# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## আদি লীলা ( খণ্ড মরিশুবা )

পূজ্যপাদ

শ্রীলকৃষ্ণদাস কবিরাজগোস্বামিবিরচিত

শীতলজিৎ সিংহনা

তৌবা মণিপুরী অনুবাদ অমসুং নৈনরোল য়াওবা।

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## আদি লীলা ( খণ্ড মরিশুবা )

পূজ্যপাদ

**শ্রীলকৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামিবিরচিত**

**শীতলজিৎ সিংহনা**

তৌবা মণিপুরী অনুবাদ অমসুং নৈনবোল যাওবা

অহানুবা সংস্করণ

ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন্ প্রেসদা শ্রীকোইজম ইবোবী সিংহনা নম্বা

অমসুং শীতলজিৎ-না ফোঙবা ।

ফংফম—(১) ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন প্রেস, ইম্ফাল

(২) শীতলজিৎ সিংহ, কৈশামথোং,

তোপ লৈরক, ইম্ফাল

ইং ১৯৯০ কুম্জা আগষ্ট



মমল লুপা ৩২

# আদি লীলা

## মরিশুবা পরিচ্ছেদ

### মূল ১

শ্রীচৈতন্যপ্রসাদেন তদ্রূপস্য বিনির্ণয়ম্ ।
বালোঽপি কুরুতে শাস্ত্রং দৃষ্ট্বা ব্রজবিলাসিনঃ । ১ ॥

### শব্দার্থ

শ্রীচৈতন্যপ্রসাদেন—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী থৌজাল্না , তৎ-রূপস্য—মহাক্কী রূপকী , বিনির্ণয়ম্—মপূঙফানা লেপ্পা , বাল—অঙাঙনা, অঙাঙনা , অপি—সু , কুরুতে—তৌয়ি , শাস্ত্রম্—শাস্ত্র , দৃষ্ট্বা—য়েংলগা , ব্রজ-বিলাসিনঃ—ব্রজলীলা শান্নবা মহাক্কী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্যনা চানবিরগদি অঙাঙমচা অমনসু ( করিসু খঙদবা মীনসু ) শাস্ত্র নৈনরগা ব্রজ-লীলা-শান্নবা শ্রীকৃষ্ণগী অশেঙ্বা তত্ত্ব লেপ্পা ঙম্মী ।

### নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীগৌরাঙ্গগী রূপ লৌবগী রাতু শ্রীচৈতন্যগী কৃপা লৈরবদি অঙাঙ অপঙবনফাওবা শাস্ত্র মতুঙ ইন্না লেপ্পা ঙম্মী । অদুগা মাগী কৃপা নত্রবদি শাস্ত্রপূর্ণা হৈরবা পণ্ডিত ওইবা মীনফাওবা শ্রীগৌরাঙ্গগী তত্ত্ব করিনো হাযবা ঙম্বা নত্তে ।

শ্লোকসিগী ব্রজবিলাসিনঃ তদ্রূপং হায়বা শরুক্তা তাকপা ধ্বনিদি, শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যসে ( ব্রজলীলা-শান্নবা ) শ্রীকৃষ্ণতুগী রূপ অমনী, হায়বদি মহাকমক্কী—দ্বারকা লীলাশান্নখিবা শ্রীকৃষ্ণগী রূপ হায়বদি আবির্ভাব-বিশেষ নত্তে হাযবনী । ব্রজবিলাসী শ্রীনন্দগী মচানী হায়দুনা ব্রজদা মীনাই, মরূপ, মমামপা, চান্নবী-নুংশিবী ( প্রেয়সী ) নচিংবা মাগী পরি-বারশিংগা লীলা শান্নখিবা মতাক হাংবনী ।

শাস্ত্রং দৃষ্ট্বা হায়বা শ্লোকসিগী অংশনা তাকপা ধ্বনিদি অসিনী, মতুদি—পরিচ্ছেদসিদা ইগদৌরিবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী তত্ত্বসে কনাগুম্বা ভক্ত

অমগী অনুভব-না ফংবা তত্ত্বদুদা নত্তে, শাস্ত্রগী মতুঙ ইন্‌বা তত্ত্বনী। কনা-গুম্বা ভক্ত অমগী অনুভব-না ফংবা তত্ত্বদুদি ভক্তশিংদনা থাজগনী, তর্ক-তৌগনবা মীতাশিংনদি মতুবু থাজদবা য়াই। অদুগা শংস্ত্রনা যুম্‌ফম ওইবিবা তত্ত্বদি শাস্ত্র-হৈবা মীমখৈনা থাজগনী।

পরিচ্ছেদসিদা মরু ওইনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা অবতার তৌবগী মুখ্য ওইবা মরমদু লেপ্লি। মতুংগীদমক অহান্‌বদা মহাক্কী তত্ত্ব লেপ্লীবনী।

## মূল ২

জয় জয় শ্রীচৈতন্য জয় নিত্যানন্দ।
জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় গৌরভক্তবৃন্দ ॥ ১ ॥

### শব্দার্থ

জয় জয়—খুরুমজৈ, শ্রীচৈতন্য—শ্রীমনমহাপ্রভু, জয়নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দবুস্থু খুরুমজৈ জয়-অদ্বৈতচন্দ্র—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যদস্থু খুরুমজৈ, জয়গৌরভক্তবৃন্দ—শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী ভক্তশিংদস্থু খুরুমজৈ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুদা খুরুমজৈ, শ্রীনিত্যানন্দবু খুরুমজৈ, শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য প্রভুবু খুরুমজৈ, শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী ভক্তপুম্বদা খুরুমজৈ।

## মূল ৩

চতুর্থ শ্লোকের অর্থ কৈল বিবরণ।
পঞ্চম শ্লোকের অর্থ শুন ভক্তগণ ॥ ৩ ॥

### শব্দার্থ

চতুর্থ—মরিশুবা, শ্লোকের—শ্লোক্কী, অর্থ—অর্থ কৈল—হল্লে, বিবরণ-কুপ্না, পঞ্চম—মঙাশুবা, শ্লোকের—শ্লোক্কী, অর্থ—অর্থ, শুন—নাকোঙনা তাবিয়ু, ভক্তগণ—হে ভক্তপুম্বা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরিশুবা শ্লোক্কী অর্থ শুগাইনা হন্‌খ্রে। হে ভক্তপুম্বা, মঙাশুবা শ্লোক্কী অর্থ নাকোঙনা তাবিয়ো।

## মূল ৪

মূল শ্লোকের অর্থ করিতে প্রকাশ।
অর্থ লাগাইতে আগে কহিযে আভাস ॥ ৪ ॥

### শব্দার্থ

মূল—মরু, শ্লোকের—শ্লোক্কী, অর্থ—অর্থ, করিতে—তৌবদা, প্রকাশ—ফোঙদোক্পা, অর্থ—অর্থ, লাগাইতে—পায়গদবগী, আগে—মমাঙদা; কহিযে—হায়গে, আভাস—ৱাহৌদোক্।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্লোক মরুগী অর্থ ফোঙদোকপদা অহানবদা ৱাহৌদোক হাযগে।

### নৈনৱোল

মূল শ্লোকের হায়বদি ৱাধা কৃষ্ণপ্রণয়বিকৃতিঃ হাযবা শ্লোক অত্তুগীনী।

করিগুম্বা শ্লোক অমগী নত্রগা বিষযগী অথ গুগাইনা খঙবা তাববদি করি তত্ব নত্রগা থৌদোক্লা শ্লোক অত্তুগী যুম্ফম ওইবিবনো হাযবত্তু খঙফম থোকযি, হায়রিবা তত্বশিং নত্রগা থৌদোক্কী অকৃপ্পা মরোলশিংত্তু আভাস (ভূমিকা, উপক্রমণিকা—ৱাহৌদোক) কৌয়ি। মূল ৫—৫৩ ফাওবদা গ্রন্থকারনা মঙাগুবা শ্লোক্কী ৱাহৌদোক ইরি।

## মূল ৫

চতুর্থ শ্লোকেব অথ এই কৈল সার।
প্রেম-নাম প্রচাবিতে এই অবতার ॥ ৫ ॥

### শব্দার্থ

চতুর্থ—মরিগুবা, শ্লোকের—শ্লোকগী, অর্থ—অর্থ, এই—অসি, কৈল—হায়রে, সার—মচি, প্রেম-নাম—(কৃষ্ণবু) নুংশিবা অমসুং (কৃষ্ণগী) মিং, প্রচারিতে—শন্দোক্লবা হাযত্তুনা, এই—মসি, অবতার—নোংগুম্বা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরিগুবা শ্লোকগী অর্থনা মচি ওইনা অসি হায়রি—হন্দক্কী অবতারসি

কৃষ্ণপ্রেম ( কৃষ্ণবু নুংশিবা ) অমসুং কৃষ্ণনাম ( কৃষ্ণগী কোলোই মিংলেন ) শন্দোক্লবগীদমক্নী।

## মূল ৬

সত্য এই হেতু, কিন্তু এহো বহিরঙ্গ।

আর এক হেতু শুন আছে অন্তরঙ্গ॥ ৬॥

### শব্দার্থ

সত্য—অচুম্বনী, এই—মসি, হেতু—মরম, কিন্তু—অদুবু, এহো—মসি, বহিরঙ্গ—মপান্থোংগীনী, আর—অতোপ্পা, এক—অমা, হেতু—মরম, শুন—নাকোঙনা তাও, আছে—লৈ, অন্তরঙ্গ—মনুঙগী ওইবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরম অসিদসু ( প্রেম-নাম প্রচারসিসু ) চুম্মী, অদুবু মসি মপান্থোংগীনী। মনুঙগী ওইবা মরম অতোপ্পা অমসু লৈ, মদু নাকোঙনা তাবিয়ু।

## মূল ৭

পূর্ব্বে যেন পৃথিবীর ভার হরিবারে।

কৃষ্ণ অবতীর্ণ হৈলা শাস্ত্রেতে প্রচারে॥ ৭॥

### শব্দার্থ

পূর্ব্বে—মমাঙৈদা, যেন—তৌবগুম্না, পৃথিবীর—পৃথিবীগী, ভাব—অরূম্বা, হরিবাবে—লোথোকপিনবা, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা, অবতীর্ণ—নোংগুম্বা, হৈলা—ওইখি, শাস্ত্রেতে—শাস্ত্রনা, প্রচারে—শন্দোকযি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শাস্ত্রনা লাউরি—ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মমাঙৈদা পৃথিবীগী অরূম্বা পোৎলূম কোকহন্নবগীদমক অবতার তৌখি।

## মূল ৮

স্বয়ং ভগবানের কর্ম্ম নহে ভার-হরণ।

স্থিতিকর্ত্তা বিষ্ণু করে জগত পালন॥ ৮॥

## শব্দার্থ

স্বয়ং ভগবানের—ভগবান মছামকী , কর্ম্ম—থবক , নহে—নত্তে , ভার-হরণ—অল্পম্বা কোকৃথোকৃপা , স্থিতিকর্ত্তা—লেঙদনবা ঙাক্লিবা , বিষ্ণু—ক্ষীরোদশায়ী নারায়ণ , করে—তৌযি , জগত—জগৎ , পালন——ঙাকপা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পৃথিবীগী পোৎলুম কোকহনবহু ভগবান্ মছামকী থবক নত্তে । জগৎপু লেঙদনা লৈহন্নবা হায়ত্নুনা অঙাক-লাই শ্রীবিষ্ণুনা ঙাক্শেল্লিবনী ।

## নৈনরোল

**স্থিতিকর্ত্তা শ্রীবিষ্ণু**—শ্রীকৃষ্ণচন্দ্র ভগবানগী অংশ-অবতার ক্ষীরাব্ধিশায়ী-বিষ্ণুনি হায়রিবনী । মহাক্না জগৎ-স্থিতিগী ( জগৎপু লেঙদনা লৈহন্নবগী ) জগৎপু ঙাক্শেল্লী । পৃথিবীগী ভার কোকৃহন্নবদি স্থিতিকর্ত্তা বিষ্ণুসিগীনী, শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রগী নত্তে ।

## মূল ৯

কিন্তু কৃষ্ণের যেই হয় অবতার-কাল ।
ভার হরণ কাল তাতে হইল মিশাল ॥ ৯ ॥

## শব্দার্থ

কিন্তু—তৌইগুম্বস্নুং , কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী , যেই—মহু , হয—ওই , ভারহরণ কাল—( পৃথিবীগী ) পোৎলুম কোক্লবা মতম , তাতে—মহুদা , হইল—ওইরে , মিশাল—পুনবা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তৌইগুম্বস্নুং পৃথিবীগী পোৎলুম কোক্লবগী মতমহু শ্রীকৃষ্ণগী অবতার মতমগা পুল্লম্মী ।

## নৈনরোল

পৃথিবীগী অরা-পোৎলুম কোক্লবগীদমক যুগগী অবতারনা অবতীর্ণ ওইগদবগী মতম ওইরবদা মতম অহুমক্তদা স্বয়ংভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা অবতার তৌবগী মতম ওইখি । নিয়ম অমা লৈ, মহুদি :—পূর্ণতম ভগবান শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা

জগত্তা কৃপ্না মতমত্তুমক্তদা অতোপ-অতোপ্পা ভগবৎ-স্বরূপ পুম্নমক—নারায়ণ, চতুর্ব্যূহ, মৎস্য—কূর্ম্মনচিংবা লীলাবতার, যুগাবতার, মন্বন্তরাবতারনচিংবা ভগবৎ-স্বরূপ পুম্নমক—শ্রীকৃষ্ণগী বিগ্রহদা (হুকচাঙদা) কুম্মকয়ি হায়রিদি শ্রীকৃষ্ণগী বিগ্রহগী মনুঙদা য়াওদুনা কুম্মকয়ি, মথোয় মথোয়গী লম্নাই তোঙানবা বিগ্রহদা নত্তে। মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণনা অবতাব তৌবা মতমদা পালনকর্ত্তা ( লৈঙাক-লাই ) বিষ্ণুসু লাক্তুনা শ্রীকৃষ্ণদা তিনখি। শ্রীবিষ্ণুনা আধেযনী ( মনূঙদা যাওবা পোৎভুনী ) অদুগা শ্রীকৃষ্ণনা আধাব-নী (য়াও-ফমদুনী)। মছাম্মুংদা য়াও ববা বিষ্ণুদুনা থোঙ ওইরগা শ্রীকৃষ্ণনা অসুর-নচিংবা হাৎলগা পৃথিবীগী ভার কোকহল্লী। বিষ্ণুগী লম্নাই তোপ্পা বিগ্রহ লৈতবনীনা শ্রীকৃষ্ণগী বিগ্রহদুনা থবক পাঙথোকয়ি, মরমদুনা খাই মযাম-সিদগী পৃথিবীগী ভার কোকৃহনবগু কৃষ্ণনা অবতার তৌবগী মরম অমনী হায়নৈ। তশেংবদি পৃথিবীগী ভার কোকপগা শ্রীকৃষ্ণগা সাক্ষাৎ মরী লৈনদে, বিষ্ণুগদা ভার-কোকৃপগা সাক্ষাৎ মরী লৈননী, অদুগা বিষ্ণুসিনা শ্রীকৃষ্ণগী মনূঙদা লৈ হাযবগীদমক অমসুং মদুগীদমক পৃথিবীগী ভার কোকৃপগা শ্রীকৃষ্ণগা খজিক্ত, মরী লৈনৈ হাযবতনা পৃথিবীগী ভার কোকৃপবু শ্রীকৃষ্ণাবতারগী বহিরঙ্গ ( মপাম্থোংগী ওইবা ) মরম্নী হায়না হায়রিবনী।

## মূল ১০

পূর্ণ ভগবান্ অবতরে যেই কালে।
আর সব অবতার তাঁতে আসি মিলে ॥ ১০ ॥

## শব্দার্থ

পূর্ণ—মপুঙ ওইবা, ভগবান্—পরমেশ্বর ভগবাম্না, অবতরে—কুম্মী, যেই কালে—মতমদুদা, আর—অতৈ, সব—পুম্নমক, অবতার—অবতার, তাঁরে—মঙোন্দা, আসি—লাক্তুনা, মিলে—তিল্লী।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মপূঙ-ওইবা ( পূর্ণ ) ভগবাম্না কুম্মকপা মতমদা ভগবানগী অতৈ অবতার পুম্নমক মঙোন্দা লাক্তুনা তিল্লে।

## মূল ১১-১২

নারায়ণ চতুর্ব্যূহ মৎস্যাদ্যবতার।
যুগমন্বন্তরাবতার যত আছে আর ॥ ১১ ॥

সবে আসি কৃষ্ণ-অঙ্গে হয় অবতীর্ণ।
ঐছে অবতরে কৃষ্ণ ভগবান্ পূর্ণ ॥ ১২ ॥

## শব্দার্থ

নারায়ণ—পরব্যোমগী অধিপতি নারায়ণ, চতুর্ব্যূহ—( বাসুদেব, সঙ্কর্ষণ, প্রদ্যুম্ন অমসুং অনিরুদ্ধ কৌবা ) ব্যূহ মরি, মৎস্য-আদি-অবতার—মৎস্য-নচিংবা লীলা অবতার, যুগ-মন্বন্তর অবতার—যুগাবতার অমসুং মন্বন্তরাবতার, যত—অযাম্বা আছে—লৈ, আর—অতৈ, সভে—পূম্নমক্না, কৃষ্ণ-অঙ্গে—শ্রীকৃষ্ণগী বিগ্রহদা, হয়—ওই, অবতীর্ণ—অকুম্বা, ঐছে—মতৌ অদুম্না, অবতরে—কুম্মী ; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ, ভগবান্—পরমেশ্বর ভগবান্, পূর্ণ—মপূঙওইবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরব্যোমাধিপতি নারায়ণ, ( বাসুদেব, সঙ্কর্ষণ, প্রদ্যুম্ন অমসুং অনিরুদ্ধ কৌবা ) ব্যূহ মরি, মৎস্যনচিংবা লীলাবতারশিং, যুগাবতার অমদি মন্বন্তরাবতার, অতুগা অতৈ লৈরিবা অবতার ময়াম পূম্নমক্না শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গদা চঙহনা কুম্মকৃয়ি। মতৌ অদুম্না পূর্ণভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা অবতার তৌয়ি।

## মূল ১৩

অতএব বিষ্ণু তখন কৃষ্ণের শরীরে।
বিষ্ণুদ্বারে করে কৃষ্ণ অসুর সংহারে ॥ ১৩ ॥

## শব্দার্থ

অতএব—মরমঅহুনা, বিষ্ণু—অঙাক-লাই বিষ্ণুনা, তখন—মতমদুদা, কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী, শরীরে—হকচাঙদা (লৈ), বিষ্ণু দ্বারে—বিষ্ণুনা থোঙ ওইনা, করে—তৌয়ি, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা, অসুর—হিংচাবা ; সংহারে—হাৎপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমঅহুনা মতমদুদা জগৎকী অঙাক-লাই বিষ্ণুনা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাঙদা লৈ। শ্রীকৃষ্ণনা বিষ্ণুগী থোঙদা অসুর হাৎলী।

### মৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণনা অসুর হাৎতে। অসুর হাৎপগী থবক্তি শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গদা য়াওরিবা শ্রীবিষ্ণুনা তৌবনী।

### মূল ১৪

আনুষঙ্গ-কর্ম্ম এই অসুর-মারণ।
যে লাগি অবতার, কহি যে মূল কারণ॥ ১৩॥

### শব্দার্থ

আনুষঙ্গ-কর্ম্ম—তুংইনবা থবক, এই—মসি, অসুর-মারণ—অসুর-হাৎপা, যে লাগি—মরমমতুগী, অবতার—নোংগুম্বা (ওই), কহি—হায়গে, যে—মতু, মূল—মক ওইবা, কারণ—মরম।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হিংচাবা হাৎপদি তুংইনবা থবক্তী (আনুষঙ্গ-কর্ম্মনী)। ভগবান্না অবতার তৌরকপগী মক-ওইবা মরমদো ঐ হৌজিক হায়রগে।

### মূল ১৫

প্রেমরস-নির্য্যাস করিতে আস্বাদন।
রাগমার্গ-ভক্তি লোকে করিতে প্রচারণ॥ ১৫॥

### শব্দার্থ

প্রেম—কৃষ্ণবু নুংশিবা, রস—বিভাব অনুভাবনচিংবা তিন্নরগা ওই রকপা প্রেমগী ফীভম, নির্য্যাস—মচি, (প্রেম-রস-নির্য্যাস—প্রেমবসগী মচি), করিতে—তৌননবা, আস্বাদন—মহাও তংবা; রাগ—(নীংজরিবা মাবু) খৌবাংবগী, মার্গ—সাধন লম্বী, ভক্তি—নীঙবা, লোকে—জগত্তা, করিতে—তৌননবা, প্রচারণ—শন্দোকপা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(শ্রীকৃষ্ণবু) নুংশিবা হায়বতুনা ওইরকপা রসগী মচিতুগী মহাও তংননবা অমসুং জগত্তা রাগমার্গগী (নুংশি-ইখৌলাংবগী লম্বীদা চৎপা) ভক্তিতু শন্দোকবা হায়তুনা (শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীগৌরাঙ্গ ওইনা) অবতার তৌখিবনী।

## মৈনতোল

প্রেম শব্দগী অর্থদি মতুংবা নুংশিবা হায়বনী। ভক্তনা শ্রীকৃষ্ণবু ঈশ্বরনী হায়বনচিংবা রাখল থাদোক্তুনা নুংশিবগীদমক্তা নুংশিবা অদুবু প্রেম হায়রনা খঙনৈ। রস-কৃষ্ণ রতিনা বিভাব-অনুভাব-নচিংবগা তিন্নরগা হায ফম-খঙদবা মহাওগী অংক-কংবা মতাঙ তমা য়োরকযি, মতমদুদা কৃষ্ণ-রতিদু ভক্তিরস কৌযি। শান্ত, দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য অমদি মধুর হাযবা মখল মঙাগী কৃষ্ণরতি লৈ। রতি মখল খুদিংমক রস ওইরকযি, মদুদি— শান্তরস, দাস্যরস, সখ্যরস, বাৎসল্যরস অদুগা মধুর রস। কৃষ্ণভক্তিরসগী মনুঙদা মঙাসিনা অথোইবনী। অসি নত্তবা গৌণরস তরেৎখক লৈ, মদুদি— হাস্য ( নোকপা ), অদ্ভুত ( অঙকপা ) বীর ( অথৌবা ), করুণ ( তোল্ল তারববু নুংশিবিবা ) রৌদ্র ( শাউবা ), বীভৎস ( ভুকচনঙাই ওইবা ) অদুগা ভয ( কিবা )। ব্রজদদি শান্তরস লৈতে, অতোপ্পা রস মরিদু লৈ।

রাগ—মছাগী নুংঙাইবগী রাখল পুঙথা-থারগা, সেবা তৌদুনা নীঙজ রিবা পোৎ ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু পেলহনবগীদমক হৌনশা ইথৌলাংববু রাগ কৌয়ি। কনাগুম্বগী চিত্তদা রাগ-সি পোক্লবদি মহাক মতমপুম্বদা শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা লুপ্তুনা লৈ—মমিৎনা উরু-উকবা পেৎ খুদিংমকপু শ্রীকৃষ্ণনী নত্রগা শ্রীকৃষ্ণগা মরী লৈনবনী নত্রগা শ্রীকৃষ্ণবু নীঙশীঙহন্নবা পোৎ অমনী হায়না খল্লী, মনাকোঙদা তারু তারুবা থোন্দু শ্রীকৃষ্ণগী নত্রগা শ্রীকৃষ্ণগা মরী লৈনবা পোৎকী মখোল্লী হায়না খল্লী, মনাতোল্লা করিগুম্বা নুংশিবা মণম তারুবগা মণমদুবু শ্রীকৃষ্ণগী নত্রগা শ্রীকৃষ্ণগা সম্বন্ধ লৈনবা পোৎকী মণম্নী হায়না খল্লী। অদুগা মবুক্লীঙদো মতম লৈব। খিবিক্তা শ্রীকৃষ্ণগা শ্রীকৃষ্ণ-সেবাগা মরী লৈনবা রাখন্দা লুপ্পী।

মসিগুম্বা রাগসি শ্রীকৃষ্ণগী ব্রজপরিবারশিংগী মরক্তা মতম পুম্বদা ওই-রিবনী, ভাব অসিগুম্বগা লোয়ননা তৌবা মখোয়গী শ্রীকৃষ্ণসেবাবু রাগা-ত্মিকাভক্তি ( রাগনা আত্মা ওইবা ভক্তি ) কৌয়ি। রাগাত্মিকা ভক্তিগী তুংইনবা ভক্তিবু হাযবদি ব্রজপরিকরশিংগী মতুঙ ইন্দুনা, মখোয়গী মনাই-ভুপা (কিঙ্কর) নত্রগা মনাইনুপী ( কিঙ্করী ) ওইবা ভাব অম্ভু পুদুনা তৌবা শ্রীকৃষ্ণ-সেবাবু রাগানুগা ভক্তি কৌয়ি।

নৈনরিবা পযারদা য়াওরিবা রাগমার্গভক্তিসি রাগানুগাভক্তিনী, রাগা-ত্মিকা ভক্তিবু হায়বা নত্তে, মরমদি রাগাত্মিকা ভক্তিদি নিত্যসিদ্ধ ব্রজ-পরিকরশিংদদা লৈগদবনী, রাগানুগা ভক্তিদি সাধন তৌবগা ফংবা য়াই। অদুনা রাগমার্গ হায়রগা রাগগী সাধন তৌনবগী লম্বীবু খঙনগদবনী।

## মূল ১৬

রসিকশেখর কৃষ্ণ পরম-করুণ।
এই দুই হেতু হৈতে ইচ্ছাব উদগম ॥ ১৬ ॥

### শব্দার্থ

রসিকশেখর—রসিক-থোইবা, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ, পরম-করুণ—নুংশি-হৈবদস্ত খমথেংবা, এই- অসি, দুই—অনী, হেতু – মরম; হৈতে—দগী, ইচ্ছাব—অপাম্বগী উদগম—পোকপা ( ওই )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণদি রসিকলক্তা মকোক্নী অদুগা নুংশিহৈবদস্ত মকোক্নী। মরম অনীসিদগী মহাক্না অবতার তৌনীঙখিবনী।

### নৈনরোল

মমাঙগী পয়ারদা যাওম্নিবা উদ্দেশ্য অমী হায়বদি প্রেমরসগী মচিগী মহাও তংবা অদুগা জগত্তা রাগমার্গভক্তি শন্দোকপা হায়বসি পাঙথোক্নবগী ইচ্ছা পোকখিবসি কবিগীনো হায়বা তাক্লি। ইচ্ছা অনীসি কনাগুম্বা অতোপ্পা অমনা মাগী চিত্তদা পোকৃহনবা নত্তে, মাগী হৌনশা ওইবা গুণ অনীদগী ইচ্ছা অনীসি পোকখিবনী। মাগী গুণ অনীদি অসিনি- মহাক ( শ্রীকৃষ্ণ ) রসিকশেখরনী অদুগা পরমকরুণ ওইবনী। মহাক রসিক-শেখর ওইবনীনা খ্বাইদগী থোইবা রস চুপ্পীঙবদি মহৌশানী। রসগী মরক্তা ভক্তগী প্রেম-রস ( নুংশিবনা ওইরকপা রস ) অদুগী মচিনা খ্বাইদগী হেন্নী। মরমদুনা ভক্তগী প্রেম-রস-নির্য্যাসগী মহাও তংনীঙলিবনী। অতোপ্পা কনাগী অরাবা উক্রুরগা অরাবদু কোকহন্দুনা নুংঙাইবা ফংননবা থৌরাং তৌনীঙবনা নুংশিহৈবনী হায়বা তাকযি। মায়ালাংদা থুরবা জীবনা সংসারদা লোইখত্বা-নাইদবা অরাবা নংলী। মখোয়গী অরাবসি কোক্-হন্নীঙবনা অমসুং মখোযবু মহাকী চরণ-সেবা তৌবগী অধিকার পীরগা পুঙথোই-থোইবা নুংঙাইবা হায়বদু ফংহন্নীঙবনা পরম-করুণ ( নুংশি-হৈবা মকোক ) শ্রীকৃষ্ণনা রাগানুগা ভক্তি শন্দোক্নীংলম্মী। জগত্তা লৈরম্বসে বিধিভক্তিদনী, অদুবু বিধিভক্তিনদি ব্রজগী ভাব ফংবা য়াদে, মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণগী অন্তরঙ্গ সেবাসু ফংবা য়াদে। মরমদুনা আত্যন্তিকী স্থিতি হায়ব-দুসু ফংবা যাদে। রাগানুগাভক্তিদনা- ব্রজভাব, অন্তরঙ্গ সেবা অমসুং

আত্যান্তিকী স্থিতি কংবা য়াই , অদুবু মতমক্তুদা রাগানুগা ভক্তিসে জগৎতা চৎনরমদে , মরমতুনা শ্রীকৃষ্ণনা রাগানুগাভক্তি প্রচার তৌনীওখি , মহাক্না নীওলিবসে মহাক্না পরম-করুণ ( মু৲শিহৈবদা খমথেংবা ) ওইবননী । জীবগী মফমদা অসুম্না মতম পুম্বদা মহাক্না করুণা তৌবসি স্বতঃসিদ্ধনী হায়রবা মতম কুইবদগী খঙনরবা য়ানী । মরমসিনা কবিরাজ গোস্বামীনা হায়রম্মী— "লোক নিস্তারিব এই ঈশ্বর স্বভাব ।—জগৎপু ল্পান্‌বিগনী হায়বসে ঈশ্বরগী হৌনশানী । ৩/২/৫ ।।"

শ্রীকৃষ্ণদি **রসিকশেখর** নী হায়বদি রসিকশিংগী মকোক হায়বনী । শ্রীকৃষ্ণদি রসগী মহাও তংবদা য়ৌনা হৈ-শিঙভী হায়বদু রসিকশেখর শব্দনা খঙহল্লী । পরতত্ত্ব ( পুঙথোই-থোইবা ) শ্রীকৃষ্ণবু শ্রুতিনা হায—**রসো বৈ সঃ**—মহাক্তী রস-স্বরূপনী । রস শব্দগী অর্থ অনীনী—রস্যতে আস্বাদ্য তে ইতি রসঃ—মহাও তংবা য়াবা পোৎ অদু রসনী, মতুদি খোইহী । অদুগা, রসয়তি আস্বাদয়তি ইতি রসঃ—মহাও ত৲লিবা মী অদুবুসু রস কৌয়ি , মতুদি—খোই । অদু ওইরবদি রস-শব্দগী অর্থদি মহাও ত৲নঙাই রস অদুগা মহাও-তংলিবা রসিক হায়বনী । নৈনরিবা পযারসিদা-মহাও ত৲লিবা রসিক—হায়বা অর্থসিমত্ত৲ ফোঙদোকযি । শ্রীকৃষ্ণদি ব্রহ্মবস্তুনী হায়তুনা হীরম পুম্নমক্তা মহাক পুম্নমক্তগী হেন্না চাওয়ি নত্রগা থোই , অদুনা বসিক ওইনসু মহাক্না পুঙহেন হেল্লী—মহাক রসিক-শেখরনী (রসিক মকোক্নী ) । নত্রগা শ্রীকৃষ্ণদি অদ্বয়তত্ত্বনী (মাগুম্বা অনীগুবা অমা লৈত্রবনী) হায়তুনা রসিক ওইনসু মহাক অদ্বয়ভেদ-শূন্য ( অনীগুবা-খেন্নবা-অমা-লৈত্রবা ) অদুনী , মহাকুম্বা রসিক অমা লৈত্রে মরমতুনা মহাক রসিক শেখরনী । শ্রুতিদা হায়রিবা রস-শব্দগী অর্থতুমক রসিকশেখর হায়রিবনী ।

রসিকশেখর ওইবা মরম্না প্রেমরসনির্য্যাস-গী মহাও ত৲নীওবা অদুগা পরমকরুণ ওই হায়তুনা রাগমার্গভক্তিপ্রচার তৌনীওবা অসি শ্রীকৃষ্ণগী ওইখি ।

## মূল ১৭

ঐশ্বর্য্যজ্ঞানেতে সব জগৎ মিশ্রিত ।

ঐশ্বর্য্য-শিথিল-প্রেমে নাহি মোর প্রীত ।। ১৭ ।।

## শব্দার্থ

ঐশ্বর্য্যজ্ঞানেতে—ঈশ্বরনী হায়বদু খঙবা য়াখয়া , সব জগৎ—জগৎ

পূম্বা, মিশ্রিত—য়াম্নে, ঐশ্বর্য্য-শিথিল—ঐশ্বর্য্যনা শোম্বহল্লবা, প্রেমে —প্রেমদা, নাহি—লৈতে, মোর—ঐগী, প্রীত—পেন্‌বা, মুগুাইবা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

ঐবু ঈশ্বরনী হায়বা জ্ঞান্না জগৎসী পূগুথন থনখরে। ঐশ্বর্য্যনা শোম্বহল্লবা প্রেমদি ঐবু পেলহন্দে।

## মূল ১৮

আমারে ঈশ্বর মানে—আপনাকে হীন।

তার প্রেমে বশ আমি না হই অধীন ॥ ১৮ ॥

**শব্দার্থ**

আমারে—ঐহাকপু ( শ্রীকৃষ্ণ ঐবু ), ঈশ্বর—মপুনী, মানে—লৌথি। আপনাকে—মছাবুনা, হীন—অতোন্‌বা, তার—মাগী, প্রেমে —প্রেমদা, বশ—মখাপোন্‌বা, আমি—ঐ, না হই—ওইদে, অধীন মখাপোন্‌বা।

পযারসিগী অন্বয়ঃ—যে আমারে ঈশ্বর (ব'লিয়া) মানে এবং আপনাকে হীন ( বলিয়া ) মানে, প্রেমে-বশ (প্রেমবশ) আমি তাহার অধীন হই না।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

কনাগুম্বনা ঐহাকপু ঈশ্বরনী ( মপুনী ) হায়না খল্লগা অমসুং মহাক মছাবুনা অতোনবনী হায়না খল্লবা, অদু ওইরবদি প্রেম-তগী মখা পোন্দূনা লৈরিবা ঐহাক্নে মহাক্কী মখা পোন্দ্রে।

**নৈনরোল**

ভক্তগী প্রেমদা ঐশ্বর্য্য-জ্ঞান য়াওরবদি মাগী প্রেমতুনা শ্রীকৃষ্ণবু পেল্‌হন্‌বা ঙমদ্রিবা করিগীনো? মতুগী পাউথুমদি অসিনীঃ—কনাগুম্বা ভক্তগী প্রেমরস-নির্য্যাস আস্বাদন তৌরগা পেন্‌গে হাযরবদি শ্রীকৃষ্ণদো ভক্তহুগী প্রেমগী মখাপোনবা তাবনী, প্রেমগী মখাপোনবা নত্তনা প্রেম-রস আস্বাদন ওইবা যাদে। শ্রীকৃষ্ণবু মখা পোল্‌হন্‌-ঙম্বা প্রেমতুগী ভক্তগীসু শ্রীকৃষ্ণনা মখা পোল্লী মরম্‌সিনা রসগীদমক মিহৌচাউবা শ্রীকৃষ্ণ মছামক্না হায়—"অহং ভক্ত পরাধীনঃ—ঐহাক ভক্তগী মপুঙ ফানা মখা পোল্লী।" ঐশ্বর্য্য-জ্ঞানী ভক্তনা শ্রীকৃষ্ণ শীঙলাক ঙমদবা ব্রহ্মাণ্ড কোটিগী অমসুং ভগবৎস্বরূপ

লৈরিবা পূম্নমক্কী ঈশ্বরনী (মবুংঙোনী, মপুনী) হায়তুনা খল্লী অতুগা মছাবুনা পৃথিবীগা চাংদম্নবদা লৈচে, মরুদগীসু হেন্না পীকপনী হায়না খল্লী ; মরমতুনা শ্রীকৃষ্ণদা চানবিযু হায়জে, অহুগা শ্রীকৃষ্ণগী মথা পোল্লী, অতুমদি শ্রীকৃষ্ণনা মাগী মথা-থাবা নত্তরে। শ্রীকৃষ্ণবু ভক্তগী মথা থাহম্নবা মাগী প্রেমগী থাক অতু ঐশ্বর্য্যজ্ঞানী ভক্তগী প্রেম্না যোৎবা ঙমদে। মরমদি ভক্তগী প্রেমদো ঐশ্বর্য্য-জ্ঞান্না শোন্থহল্লী। মাগী প্রেমগী ( মরমতুনা মছামক্কী ) মথা শ্রীকৃষ্ণনা পোন্দ্রবনীনা মাগী প্রেম্না শ্রীকৃষ্ণবু পেল্‌হন্‌বা ঙমদে।

## মুল ১৯

আমাকে ত যে যে ভক্ত ভজে যেই ভাবে।
তারে সে সে ভাবে ভজি—এ মোর স্বভাবে ॥ ১৯ ॥

## শব্দার্থ

আমাকে—ঐবু, ত—লেপ্পমক, যে যে—অতু অহু, ভক্ত—ভক্তনা, ভজে—নীঙভী, যেই ভাবে— অপাম্ন অপাম্বা মওংদা, তারে—মহাকপু, সে সে ভাব—মও, মওতুদা, ভজি—(ঐনা) নীঙভী, এ—মসি, মোর —ঐগী, স্বভাবে— হৌনশানী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্তশিংনা ঐবু নীঙবদা মখোযনা পাম্বা মওং লৈরিবা অতুগী মতুঙ ইন্না ঐসু মখোযবু নীঙভী। মসুম তৌবসি ঐগী হৌনশানী।

## নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণদি শুদ্ধপ্রেম-লৈবা ভক্তগী মথা পোল্লী অতুগা ঐশ্বর্য্যজ্ঞানগা লোয়নবা ভক্তগী মথা পোন্দে হায়না পয়াব ১৮ দা হায়খ্রে। মসিদা শ্রীকৃষ্ণবু মীচঙ-মীথায-নাইবনী হায়দফম করি লৈবগে? মতুগী পাওখুম নৈনরিবা পয়ারসিদা লৈরে। মতুদি—ভক্তনা শ্রীকৃষ্ণবু নীঙবা মওংতুদা শ্রীকৃষ্ণসু ভক্ততুবু নীঙভী অমসুং চানবী। কনাগুম্বা ভক্তনা মছাবু শ্রীকৃষ্ণগী মথাপোনবনী হায়না নীঙজতুনা শ্রীকৃষ্ণনা চানবীশনু হায়রবদি, শ্রীকৃষ্ণসু ভক্ততুবু মাগী মথা পোনবনী খন্দুনা মথা পোল্লী হাযবা তাক্রবা মচান্ অতু চান্বী। অদুগা ভক্তনা শ্রীকৃষ্ণবু থুত্তুম চন্দুনা মথা থাগে হায়বগী প্রেম নিরবদা শ্রীকৃষ্ণনসু মঙোন্দা প্রেম অতুমক পীতুনা মাগী মথা-থাবা গুইনা লৈ। শ্রীকৃষ্ণনা মতম পূম্বদা ভক্তনা নিরক নিরকপা মতুঙ ইনবা মওংদা

ভক্তত্বু চান্বী। ভক্তশী অপাম্বা মতুংও ইন্না শ্রীকৃষ্ণস্ চান্বী, মরম্মদি অতু মহাক্কী হৌনশ্না ওইবা ধর্ম্মনী। মরমসিনা মসিদা মীচঙ-মীথায় নাইবগী য়া লৈতে। কনা অমদা মানা থল্লিবা মতুংও ইন্না রুপা তৌবিরবা অতুগা কন্না অমদনা তৌবিদ্রবা, অতু ওইরবদি শ্রীকৃষ্ণবু মীচঙ-মীথায় নাই হায়গদবনী।

পযারসিগী প্রমাণ ওইনা গীতাদগী শ্লোক অমা লৌখৎলী।

## মূল ২০

যে যথা মাং প্রপদ্যন্তে তাংস্তথৈব ভজাম্যহম্।
মম বর্ত্মানুবর্ত্তন্তে মনুষ্যাঃ পার্থ সর্ব্বশঃ ॥ ২০ ॥

### শব্দার্থ

যে—মখোয় কনা কনাগুম্বনা, যথা—মওংতুদা, মাম্—ঐঙোন্দা, প্রপদ্যন্তে—চঙজে, তাম্—মহাকপু, তথা—মওং মওংতুদা, এব—লেপ্ন-মক, ভজামি—নীঙঙী, অহম—ঐ, মম—ঐগী, বর্ত্ম—লম্বী, অনু-বর্ত্তন্তে—তুং ইল্লী, মনুষ্যাঃ—মীওইবশিংনা, পার্থ—হে পৃথাগী মচা অর্জ্জুন, সর্ব্বশঃ—হীরম পূম্নমক্তা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয় কনা কনাগুম্বনা ঐঙোন্দা চঙজরকপা মওং মওংতুদা ঐনা মখোয় মখোয়তুবু নীঙঙী। হে পার্থ, মীওইবশিংনদি হীরম-পুম্বদা ঐগী লম্বী তুংইল্লী।

## মূল ২১-২২

মোর পুত্র মোর সখা মোর প্রাণপতি।
এইভাবে করে যেই মোরে শুদ্ধভক্তি ॥ ২১ ॥
আপনাকে বড মানে, আমারে সম-হীন।
সর্ব্বভাবে আমি হই তাহান অধীন ॥ ২২ ॥

### শব্দার্থ

মোর পুত্র—ঐগী ইচানুপা, মোর—ঐগী, সখা—মরূপ, মোর—ঐগী; প্রাণপতি—থবাইগী মপু, এই ভাবে—মওং অসিদা, করে—তৌয়ি; যেই—কনাগুম্বা মহাক্না, মোরে—ঐঙোন্দা; শুদ্ধভক্তি—মত্রুবা ভক্তি;




আপনাকে—মহাবু , বড - অহন্নী অচৌবনী [illegible] হায়না খল্লী , আমারে—ঐবু , সম—মান্নবা , হীন—হন্থবা , সর্ব্বভাবে—হীরম্-পূন্বদা , আমি—ঐ , হই—ওই , তাহান—মহাক্কী , অধীন—মখাপোন্‌বা ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

কনাগুম্বনা ঐহাকপু মাগী মচানুপানী, মরূপী নত্রগা থরাইগী মপুরোই-বনী হায়না খল্লবা অতুগা মহাক মহাবুনা অহন্নী-অচৌবনী হায়না খল্লবা ঐবুনা মাগা মান্নে নত্রগা মঙোন্দগী হন্থে হায়না খল্লবদি ঐহাক মহাক্কী মখা মওং পূন্বদা পোল্লী ।

**নেনরোল**

শ্রীকৃষ্ণবু ঈশ্বরনী হায়না খন্দবা অতুগা মহাকসে মখোয়দগীসু হেন্‌ব-অচৌবনী হায়না খন্দবা, অহুগী মহুত্তা মমতাবুদ্ধিনা ( কৃষ্ণবু ঐগীনী হায়বা রাখন্না ) হেন্‌মন্‌থিবনা শ্রীকৃষ্ণবু মখোয়দগী হন্থবনী নত্রগা মান্নবনী হায়না খন্‌বা, মখোয়তুগী মখা শ্রীকৃষ্ণনা পোল্লী, মরমদি শ্রীকৃষ্ণদি প্রেমবশনী ( প্রেমতনা থুতুমচন্‌বা য়াবনী ) ।

**মোর পুত্র**—শ্রীকৃষ্ণ ঐগী ইচানুপানী, ঐনা শ্রীকৃষ্ণগী মমানী নত্রগা মপানী , মরমতুনা শ্রীকৃষ্ণদি ঐঙোন্দগী পীকথে-হন্থে, ঐনা মাগী মথক্-থোংবা মীন , শ্রীকৃষ্ণবু ঐনা য়োকদবনী, ঐনা মাবু য়োকপীনী । অসিগুম্বা ভাবসে বাৎসল্য ভাব কৌয়ি । ব্রজদা শ্রীনন্দ-যশোদানা শ্রীকৃষ্ণবু মতৌ অসূম্না খল্লী । **মোর সখা**—শ্রীকৃষ্ণদি ঐগী সখানী ( মরূপী ) অতুগা ঐসু শ্রীকৃষ্ণগী মমান্নবা মরূপী , শ্রীকৃষ্ণদো ঐঙোন্দগী হন্দে অতুগা পীরু-পীক্কে, ঐখোয় অনী মরম পুন্নমক্তা মান্নে ; অমগা অমগা থম্মোইন্না মরুমী । অসিগুম্বা ভাব-পু সখ্যভাব কৌয়ি । ব্রজদা শ্রীসুবল সখাখোইসিনা অসি-গুম্বা ভাব চেল্লী । **মোর প্রাণপতি**—শ্রীকৃষ্ণদি ঐগী থরাইদগীসু হেন্না নুংশিবা ইপুরোইবনী ( কান্তনী ), ঐনা মাগী কান্তানী নুংশিবীনী । অসি-গুম্বা ভাবসিবু কান্তা-ভাব নত্রগা মধুর ভাব কৌয়ি । ব্রজদা শ্রীরাধিকান-চিংবী শক্‌হেন্‌বী গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা মধুর ভাবসি চেল্লী । পুত্র ওইনা, সখা ওইনা নত্রগা কান্তা ওইনা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা শুদ্ধ-ভক্তি তৌরবা ভক্তশিংগী মখা শ্রীকৃষ্ণনা পোল্লী ।

**শুদ্ধ ভক্তি**—মক্তবা হায়বদি মরম্ অমনা শেংহন্দবা নত্রবা ভক্তি । লমাইগী নুংঙাইনীঙবা য়াওদবা অতুগা শ্রীকৃষ্ণবু ঈশ্বরনী হায়না খন্দবা,

ফুংশিবগীদা ফুংশিবা (কেবলারতি) অদু শুদ্ধভক্তিনী। ভজ্ ধাতুদগী ভক্তি শব্দ থোকপনী, ভজ্ ধাতুগী অর্থদি সেবা তৌবনী, মরমদুনা ভক্তিশব্দসু সেবা হায়বনী। সেব্যগী (সেবা তৌফম ওইরিবা মীদুগী) পেন্নবা তৌবতনা সেবাগী পান্দম্নী, মরমদুনা ভক্তগী মরম্নাই ফুংঙাইনীঙবা পূঙথা থাদোকুনা শ্রীকৃষ্ণগী ফুংঙাইনবগীদমক্তা তৌবা শ্রীকৃষ্ণ-সেবাদু শুদ্ধভক্তিনী। কনা গুম্ববু ঐগীনী হায়বা ( মমত্বগী ) রাখন পুব্রবা, অদুগুম্বা মীগীদমক ঐখোয় কনামতনা মহাক অদুগী পেন্নবা তৌবদা ঐখোয় ঐখোয়গী ইছা-ইছাগী ফুংঙাইবা থাদোক্নীঙদে, মতৌ অদুগুম্না শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা মমত্ববুদ্ধিসি লৈত্রবদি কনামতনা শ্রীকৃষ্ণদা শুদ্ধভক্তি তৌনীঙলোই। শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা মমত্ববুদ্ধি—শ্রীকৃষ্ণ ঐগীনী—অসিগুম্বা ভাবসে শ্রীকৃষ্ণবু ঈশ্বরনী হায়দবা— মাদি ঐগা মান্নৈ নত্রগা ঐনা য়োকদবনী হাযবনচিংবা পূকচেল্লু চেল্লবা মতমদদা ওইগদবনী। মতৌ অসূম্না শুদ্ধভক্তি শব্দনা তাক্লিবদি ঐশ্বর্য্য-জ্ঞান শূন্যতা ( শ্রীকৃষ্ণবু ঈশ্বরনী হায়বা জ্ঞান যাওদবা ) অমসুং স্বসুখবাসনা শূন্যতা। ভক্তদুগী মরম্নাই ফুংঙাইনীঙবা য়াওদবা ) অদুনী। মরম্নাই ফুংঙাই-নীঙববু পূঙথা থারগা, শ্রীকৃষ্ণবু মচানুপানী, সথানী নত্রগা প্রাণ-পতিনী হায়বনচিংবা খন্দুনা শ্রীকৃষ্ণ মহাক্তুগীদমক্তা পেন্নবগীদমক সেবা তৌনীঙ-বসে শুদ্ধভক্তিনী হায়বদি মক্তবা প্রেম-নী। ব্রজগী নন্দ-যশোদা সুবল-মধুমঙ্গলখোযনচিংবা অদুগা শ্রীরাধিকানচিংবী ব্রজগোপীখোয়দা অসিগুম্বা মক্তবা প্রেম উবা ফংঙী। দ্বারকাদা দেবকী-বসুদেবনসু শ্রীকৃষ্ণবু মচানুপানী হায়না খল্লী, অদুবু শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা মখোয়গী ঈশ্বর-বুদ্ধি লৈ, মখোয়না খল্লী মাখোয়বু চান্‌বিন্দুনা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়গী মচানুপা ওইনা পোকপিরক্লিবনী। অসিগুম্বা ঐশ্বর্য্যজ্ঞান লৈবা মরম্না মখোয়গী সেবা-বাসনাদা হুংগোইবা মতৌ অমা লৈ। মরমদুনা মখোয়গী সেবা বাসনাবু শুদ্ধভক্তি ( কেবলারতি ) নত্রগা নির্মলা ( মক্তবা ) প্রেম কৌবা যাদে। পয়ারসিদা শুদ্ধ শব্দসিনা দ্বারকা-মথুরাগী ভাব অদু থিংবা ওইনা তৌখি।

মচানা মমা-মপাগী বাৎসল্যগী ( মচাবু ফুংশিবগী ) মথা পোন্‌বগুম্না, সথা অমনা মাগী মমান্নবা অমগী ফুংশি মথা থাবগুম, মপুরোইবা অমনা মাগী মুপীগী প্রেমগী মথা পোন্‌বগুম, শ্রীকৃষ্ণসু ঐশ্বর্য্যজ্ঞান-যাওদবা শুদ্ধ প্রেম-লৈবা ভক্তনা খুদুম চন্‌থিদুনা ভক্তগী মথা পোল্লী। অসিগুম্বা শুদ্ধ ভক্তগী প্রেমরসগী মটি মগাও তংনীঙবনা রসিক-শেখর শ্রীকৃষ্ণ খোয়রাং-লম্মী।

শ্রীকৃষ্ণদি শুদ্ধভক্তগী প্রেমগী মথা পোল্লী হায়বসিগী প্রমাণ ওইনা মখাদা শ্রীমদভাগবতমদগী শ্লোক অমা লৌখৎলগা হাপ্লী।

## মূল ২৩

মযি ভক্তির্হি ভূতানামমৃতত্বায় কল্পতে।
দিষ্ট্যা যদাসীন্মৎস্নেহো ভবতীনাং মদাপনঃ ॥ ২৩ ॥

### শব্দার্থ

ময়ি—ঐঙোন্দা, ভক্তিঃ—ভক্তি হি—লেপ্পমক, ভূতানাম—জীবশিংগী, অমৃতত্বায—শিদবা পুন্সী, কল্পতে—থোক্হল্লী, দিষ্ট্যা—লাইবক ফবনা, যৎ—মত্ত, আসীন্—ওইবম্মী, মৎ-স্নেহঃ—ঐবু নুংশিবা, ভবতী নাম—নখোযগী, মদ-আপনঃ—ঐবু ফংবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংদা হায়রম্মী ) ঐঙোন্দা তৌবা ভক্তিনা জীবশিংগী শিদবা পুন্সী ( হায়বদি ঐগী পার্ষদ ওইবা ) থোক্হল্লী। নখোয়না ঐবু চিংশন-ঙম্বা মওংদা নুংশিরিবদো নখোযগী লাইবক য়াম্না ফরবনী।

সূর্য্যগ্রহণ মনুঙদা শ্রীকৃষ্ণনা দ্বারকাদগী লেঙলকুনা কুরুক্ষেত্রদা ব্রজ গোপীশিংগা উনখি। মতমচুদা শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়দা হায়খি—"সখীশিং, য়েক্রবা মাঙহন্নবা থবক্তা পুল্লুবা মরম্না মতম য়াম্না শাংনা নখোয়গা উনবা ঙম্দ্রে। নখোযনা ঐবু তৌখিমল খঙদবা ওইম্না খনববা?" মতুঙদা ভক্তগী মথা-পোনবা শ্রীকৃষ্ণনা থরাই য়াম্না শোক্না মচামক ঈশ্বরনী হায়বা কাউথোকুনা হায়রম্মী—"য়েঙঙো সখীশিং, ভগবান্তনা জীবশিংগী তিন্নবা অমসুং খাইনবা হাযবসে থোকহল্লী, হিরমসিদা মীওইবনা মনীঙ তম্বা ঙমদে, মরমসিনা নখোয়গা উননীঙ উননীঙনা ঐগী লাইবক্তা নখোয়গা উনবদো তমখিদরে।" রাসি হায়রুরগা শ্রীকৃষ্ণনা চিংনরকখি, চিংনবতুদি অসিনী, গোপীশিংনা হায়রকপা যাই—"হে কৃষ্ণ, ঈশ্বরদা তাইশন্দুনা ঐখোযবু উনদ্রিবা কবিগীনো? নঙমক্কী ঈশ্বর তিন্নবা থাইনববু থোকহনবা হায়বত্তু নঙনা শীনবনী। নঙনবু নীঙবু নীঙলবদি ঐখোযন নহাক উনবা ঙম্বনী।" অসি হায়রক্কনী হাযবত্তু চিংনত্তুনা শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগী মফমদা হায়রম্লিবনী—"ঐগা নখোয়গা কায়নবসে মঙলগী মশক্কী, মরমদি কায়নবা অসিনা নখোয়না ঐবু য়াম্না নুংশিজবদো ( প্রেমদো ) অহুবু অহুম অহুম

হেঙ্গৎহল্লকপতুনা ঐগীস্মু নখোয়গীস্মু থম্মোই পেৎহনগুম্বা স্নেহ কৌবা লুংশিবা মখল অদু ওইহল্লী, লুংশিবা মখল্দুনা মফম মতম পুম্নমক্তা করিগুম্বা ফীভম অমদা ঐনা লৈরুববস্মু ঐবু নম্জিং চিংদুনা নখোযগী নাক্তা পুম্নকপা ঙম্মী। ভক্তি মখল মাপলগী মনুঙদা অমা হেক্তবু চৎলিবা মখোযদুগী সাধন ভক্তি অমদুতনা মখোযবু সংসারদগী অরান-খুভম ফংহল্লগা মখোযবু ঐগী নিত্য-পার্ষদ ওইহনবা ঙম্বা মতমদুদা সাধনভক্তি পূম্নমক্কী অযৌবী অতম্নফম ওইবা প্রেম্না ওইখৎলকপা স্নেহ অদু নখোযগী লৈবনীনা স্নেহদুনা যাম্না থুনা ঐহাকপু নমজিং-চিংদুনা নখোযগী নাক্তা পুরক্কনী হাযবসিদা করি ঙরঙাই লেবগে ?

নত্রগা, ভগবান্তনা তিম্নবা-খাইনবস্মু শীল্লিবনী হায়বা ৱাসি হায়-দোক্লুরগা শ্রীকৃষ্ণনা অমুক চিংনরকখি, গোপীশিংনা অমূক হায়রকপা য়াই, মদুদি—"হে ইবুংঙো, কনা কনানো অমনা নঙতবু পরমেশ্বরনী হায়, নত্রগা হে বাঙাঙ-হৈবা মকোক, খাইনবা থোকহল্লবনী হায়না মঙোন্দা দোষ থোংজল্লিবা মীপূম্নমক্কা খঙনবিবা ভগবান মহাক্তো নঙমক্কী, মদু ঐখোয় খঙঙী।" অস্মূম্না গোপীশিংনা হাযরকপা য়াই হায়না চিংনরদুনা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রম্মিবনী—"সখীশিং, নখোয়না ঐবু ভগবান্নী হায়নমক থল্লী, অদুম ওইনমক ঐ নখোয়গী স্নেহ হায়বা লুংশিবগী থাক অদুগী মখা পোন্‌বনী। ঐগী ইকমদা লৈবা ভক্তিদনা জীববু সংসারদগী চিংথোক্তুনা ঐগী পার্ষদ ওইহন্‌বা ঙম্লিবদবু ঐগী ইকমদা নখোয়গী অচেৎপা স্নেহ লৈরিবনীনা স্নেহ-দুনা ঐনা লৈরুবা মফম অমদগী নখোয়না চিংমীঙবা মতমদা চিংদুনা ঐবু পুবকপা ঙম্মী। অদুগুম্বা অচেৎপা স্নেহদুনা ঐবু নমজিং চিংলক্তুনা নখোয়-গা তিম্নহন্‌গনী হায়বসিদা করি চিংননঙাই লৈবগে ? ঐগী লাইবক ফবনা নখোয়না ঐবু অদুগুম্বা স্নেহ তৌরিবনী।"

শ্রীকৃষ্ণদি ব্রজগোপীশিংগী শুদ্ধপ্রেমগী মখা পোল্লি হাযবসিমক্কা মখোয়-গী প্রেমদুন। শ্রীকৃষ্ণবু মফম-মতম নাইদবমখৈ চিংদুনা মখোয়গী নাক্তা পুরকপা ঙম্মী হায়বসী নৈনরিবা শ্লোকসিনা প্রমাণ তৌরি।

## মুল ২৪

মাতা মোরে পুত্রভাবে করেন বন্ধন।
অতি হীন-জ্ঞানে করে লালন পালন ॥ ২৪ ॥

## শব্দার্থ

মাতা—ইমানা , মোরে—ঐবু , পুত্রভাবে মচানুপানী হায়দুনা , করেন—তৌয়ি , বন্ধন—পুনবা , অতিহীনজ্ঞানে—য়াম্না হন্থবনী হাযতুনা , করে—তৌয়ি , লালন—য়োকৃপা , পালন—ঙাকৃশেনবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ইমানা ঐবু মচানুপানী হাযদুনা ( থৌরীনা ) পূল্লি। ঐবু য়াম্না হন্থনা খন্দুনা যোকৃয়ি থাকৃযি অমস্তুং কদাযদা শোযখিদগে হাযদুনা ঙাকৃশেল্লী।

## মৈনত্তোল

অসিদা হায়বিবা মাতাসি শ্রীযশোদা মাতাবুনী। **বন্ধন করে**-পুল্লি হায়বিবসিনা শুম্বলদা পুনবগী য়াতু ইঙ্গিতনা তাক্লিবনী। নোংমা অয়ুক ঙস্তাদা শ্রীকৃষ্ণবু ফমুঙদা শুয়ম্রগা যশোদা মাতানা দধি-মন্থনগীদমক মপাল-লোমদা থোকখিরম্মী। মহাক্না দধিমন্থন তৌনা তৌনা শ্রীকৃষ্ণগী অঙাঙ ওইবগী মতৌ ঙংল-ঙংলদুনা কীর্ত্তন তৌরম্মী, মতম অদুদা শ্রীকৃষ্ণনা মফম-দুদা লাক্লগা খোম থক্কদবগীদমক মন্থন তৌনবা মচৈন্থু পায়রম্মী। মমানা মতম্বাক্তা পম্লগা মাবু খোম ইনবিখি। মরকসিদা খরদং লাপ্না লৈরংথক্তা শঙ্গোম ঙৌরম্বদো শৌরদুনা পাথরম্লে। মদু উরুদুনা মমানা শ্রীকৃষ্ণবু থাদোক্লম্লগা শঙ্গোম পাথবা ঙাক্নবা চংখি। শ্রীকৃষ্ণ খোম থকপা মবুক থল্লমদ্রি , ফিভমদুদা মহাকপু থাদোক্লগা মমানা চংখিবদুদা মহাক শাউর-দুনা মমাগী দহি-চফুদু থুগায়রম্লে অদুগা ইমূঙদা চঙদুনা ননী লৈরিবদু মাস্থ চারগা য়োংশিংদা য়েন্থোক্লম্মী। মমানা দধিমন্থনগী মফমদা লাক্লগা চফু থুগায়বদু উবদা কৃষ্ণনা তৌরিবনী হায়বা খঙলম্মী। মদুদগী যশোদানা চৈ অম্না পায়দুনা শ্রীকৃষ্ণগী খোঙ্গুল লীরগা খোঙথাঙ তপ্না তপ্না থাংলগা ইমূঙদা চংলকয়ি। কৃষ্ণনা মমাগী মতৌদু খঙলদুনা মপাল্লোমদা চেনখ্রে। মমাস্থ তাম্নরম্মী অদুগা থূং ওইনা কৃষ্ণবু ফারগা পুরক্লে। খূংয়েন্তা চৈ পায়বন্থ উবদা কৃষ্ণ য়াম্না কিরম্মী , মদুদা হুংশিহৈবী মমানা চৈদু লংথোকখ্রগা কৃষ্ণবু য়ারাক্-য়াতেম্গে হাযদুনা অমোনবা থৌরিনা পুন্গে লাক্লম্মী, অদুবু পুনবদি ঙম্লমদ্রে, মরমদি থৌরীদু খূদোল অনী শাংবা য়াংদুনা মখাঙদু পুন্বদা থু্ংদ্রে। অনৌবা থৌরি পুরক্তুনা শমূজন্নম্মী, অতৈ গোপীশিংনস্থ থৌরি লৌরুদুনা পুরক্লম্মী , অদুবু করিমতা পুন্বা য়ারমদ্রে , থৌরি শমূজন্-বা খূদিংগী খূদোল অনী অনী অদু য়াংলম্মী। শোম্দনা শ্রীকৃষ্ণ কিবন।

তোক্‌পা লৈতনা কল্লম্মী, অমরোমদনা যশোদা মাতাসু চোক্‌থবনা লোই-রম্লে। মতমতুদা মমানা রান্থুনা চোকথবতু উরগা ভক্ত-চান্‌বা শ্রীকৃষ্ণনা মছাব্‌ পুল্‌হন্‌খি। মসিনী দাম-বন্ধন (থৌরিনা পুন্‌বগী) লীলা। শ্রীকৃষ্ণদি স্বয়ংভগবান্নী অমসু, মনীও তন্বা নুপানী, অদুম ওইনমক ভক্তগী প্রেমগী মথা কয়ামুক পোল্লী হায়বতু অদুগা বিভু ওইন-ওইনমক ভক্তপ্রেমগী মথা পোন্‌বা মরম্না করম্বা ভক্তগী মথুৎ পুন বতু য়াবিখি হায়বতু দামবন্ধন লীলা-সিনা উৎলি। দামবন্ধন-লীলাসিনা শ্রীকৃষ্ণনা ভক্তবু চান বিবগী অমসুং ভক্ত-প্রেমগী মথা পোন বগী অযৌবী খুদমতু উৎলি। লীলাসিদা যশোদা মাতাগী মক্তবা প্রেমতুসু উৎলি। শ্রীকৃষ্ণসি স্বয়ং ভগবান্দুনী হায়বা অদুগা মহাক বিভু বস্তুনী হায়বতু প্রেম্না হাক্‌মন খিবনা যশোদা মাতানা খঙলমদে। মানা খঙবা হায়ববু—শ্রীকৃষ্ণ মাগী মচানী, শ্রীকৃষ্ণনী অফ-ফত্তগী দায়ী মহাক্নী, মচা শীশক গোপাল হায়বদো লম্‌-হেল্লে, মাগী লম্‌হেন্‌বতু তোক্‌-হন্নবা মহাক্না কৃষ্ণবু রারাব্‌ রাতেমত্রবদি কনানা রারাকপিগনী হায়বা অসি তনী। মরমতুনা মহাক্না শ্রীকৃষ্ণবু চৈনা ফুগে, থৌরিনা পুন্‌গে তৌরম্লিবনী।

শুদ্ধ-বাৎসল্যগী তুঙকম ওইরিবী শ্রীযশোদামাতানা শ্রীকৃষ্ণবু ঈশ্বরনী হায়না খল্লমদে। মহাক্না খল্লম্মী শ্রীকৃষ্ণদি খাদক্নী অঙাঙ শিশক্নী স্নান্না শোল্লিবা অঙাঙনী, মছাদা তোংবা কাও-হৃথিং ফাওবা তানবা হৈত্রিবনী, মবুক লাম্নবসু লাম্মে হায়বা থোক্ত্রিবমী। মহাক নত্তনা শ্রীকৃষ্ণগী গতি অমা লৈত্রবনী, মানা শীজরগা চাবা, মানা হিংহল্লগা হিংগদবা কৃষ্ণনী। মহাক্নী অফ-ফত্তা কবিনো খঙবসু ভমদবনী, রারাক্‌ রাতেমতুনা, ফুতুনা চৈতুনা শ্রীকৃষ্ণগী মঙ্গলগীদমক হোৎনৈ, কৃষ্ণনা লম-হেল্লকপা মতমদা মাবু যশোদানা থৌরিনফাওবা পুন্নি—শ্রীকৃষ্ণবু মাগীনী হায়বা (মমতা) বুদ্ধিদো অসি যৌরিবনী। শ্রীকৃষ্ণসু মমা যশোদাগী মক্তবা বাৎসল্য-প্রেম্না শুমৎহৎ-খিবনা মমাগী প্রেমগী মথা পোন্দুনা মমানা ফুবা চৈবা, ভাকশেন্‌বন্ধচিংবা পুম্বা যাবিতুনা ভমথৈ-লাইদবা মুংঙাইবা ফংলম্মী।

দেবকীসু বাৎসল্য-ভাব চেল্লম্মী। দেবকীগী রাসি পয়ারসিনা ছায়দে। মরমদি দেবকীগী বাৎসল্য-প্রেমদি শুদ্ধ ( মক্তবা ) নত্তে, মাগী প্রেমদা শ্রীকৃষ্ণবু ঈশ্বরনী হায়বা ভাব অতু যাওরি, হায়বদি মাগী প্রেমদো ঐশ্বর্য্য-জ্ঞানগী তোংনরে। কংসগী কৈশুমশঙদা শ্রীকৃষ্ণ পোকপনী, মতমতুদা দেবকী অমসুং বসুদেব অনীনা মচাতুবু ভগবান্নী হায়তুনা স্তব তৌখি। কংস হাৎপা মতুঙদসু শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়দা খুরুম্নবা মতমদা ভগবান্নী মখোয়দা খুরুম্নে

হায়রুনা—মখোয়না হঙ্গোইবমী। যশোদা মাতানা শ্রীকৃষ্ণবু মঙোন্দগী য়াম্না হন্থবনী ( অতি হীন ) হায়না খনবগুম খনবা দেবকী বাসুদেবদি ওমখিদে, কৃষ্ণবু মখোযনা যু-চৈবস্থ-ওমদে, মরমদি কৃষ্ণগী মফমদা মখোযগী লৈরম্বা মমতা বুদ্ধিদো যশোদা মাতাগীগুম্না অদুক হাক্না নঙশল্লমদে।

শ্রীকৃষ্ণনা শুদ্ধ-বাৎসল্য প্রেমগী মখা কযানুক পোল্লম্বগে হাযবদো পযারসিদা উৎলী।

## মুল ২৫

সখা শুদ্ধ-সখ্যে করে স্কন্ধে আরোহণ।
তুমি কোন বড়লোক,—তুমি আমি সম ॥ ২৫ ॥

## শব্দার্থ

সখা— মরূপ-মপীজা, মমান্নবা, শুদ্ধ-সখ্যে—অশেঙবা মরূপকী ভাবতা (ঈশ্বর বুদ্ধি-যাওদবা সখ্যভাব), করে—তৌযি, স্কন্ধে—লেংবান্দা, আরোহণ— কাখৎপা, তুমি—নঙ, কোন—করম্বা, বড়লোক —অচৌবা মীনো, তুমি—নঙ, আমি—ঐ; সম—মান্নৈ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ইরূপ-ইপীজাশিংনা মক্তবা সখ্য-প্রেমদা ঐগী লেংবান্দা কাদুনা তোংয়ি। ( মখোযনা হায )—"নঙনা করম্বা অচৌবা মীনো? নঙগা ঐগা মান্নৈ।"

## নৈনরোল

পয়ারসিনা শুদ্ধ-সখ্য-প্রেম উৎলী। ব্রজগী স্থবলখোযম্‌চিংবা সখাশিংদি শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা মক্তবা সখ্য প্রেম চেল্লম্মী। মখোয়না শ্রীকৃষ্ণবু মখোযদগী চেন্না চাওবনী হাযনস্থ খন্দ, মখোযগা চপ মান্নবনী হায়না লৌবম্মী। মমান্নবনী হাযনা শ্রীকৃষ্ণগা শান্নমিন্নৈ শান্নবদা পাঙ্গল পোর-বদি পোন্থাগী মতূঙ ইন্না কৃষ্ণনা মবেঙবান্দা কাদুনা তোংযি, মখোযনা থোইরগা কৃষ্ণদা মখোংনমূক তোংযি, মদুদা করিমতা হঙ্গোইবা চিংনবা লৈত্তে। বন মনুঙদা কোয়রা মতমদা উহৈ অমা চাবা হৌগৎপদা য়াম্না হাউরম্নবদি মদু কৃষ্ণদা পীজদ্রবদি চাবা ওন্নমদে, অদুনা উহৈ লুখাক অদু

কৃষ্ণগী য়ানুংদা ইন্সল্লম্মী, কৃষ্ণনা য়াম্না নুংশিনা উহৈদ্রু চায়ম্মী। অসি পূম্নমক সথাশিংগী প্রেমগী মথা পোনবদগী কৃষ্ণনা তৌরিবনী হায়বসে পয়ারসিনা উংলী।

## মূল ২৬

প্রিযা যদি মান ক ব করযে ভৎর্সন।
বেদস্তুতি হৈতে হরে সেই মোর-মন ॥ ২৬ ॥

## শব্দার্থ

প্রিযা— নুংশিবীনা , যদি—বদি , মান করি—ওইনদুনা , করয়ে—তৌয় , ভৎর্সন—চৈবা , বেদ-স্তুতি—বেদদা যাওবা প্রার্থনা , হৈতে—দগী হেন্না , হরে—হূই , সেই—মদুনা , মোর- ঐগী মন—পূক্নীঙ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐগী নুংশিবী গোপীনা ওইনদুনা ( মান তৌদুনা ) ঐবু চৈরবদি বেদ স্তুতিদগী হেন্না মদুনা ঐগী পূক্নীঙ হূই।

## নৈনরোল

পয়ারসিদা কান্তাভাবকী মহিমা উংলি। শ্রীকৃষ্ণগী প্রেয়সী (নুংশিবী) ব্রজগী শকৃহেন্বী গোপীশিংনা ওইনদুনা ( মান তৌদুনা ) অয়াম্বা মতমদা শ্রীকৃষ্ণবু যাম্না চৈ-খোংলী। অদুবু মতুদা শ্রীকৃষ্ণনা শাউদে , শাউবদি লায়রদুনা কয়ামূক নুংঙাইবগে হাযববু বেদস্তুতি নাকোঙন তারগম্ভু অদূক যৌনা নুংঙাইবা ঙম্দে। ব্রজগী ইবেম্মাশিংগী মক্তবা প্রেম্না শ্রীকৃষ্ণ মখোযগী মথা কয়ামুক পোল্লম্বগে হায়ববু মখোয়গী মফমদা মহাক্ত শিংঙমদ্রবা লম্মন তোল্লে হায়না শ্রীকৃষ্ণগী চীম্নক্না হাযরম্মী ( ন পারয়েঽহং নিরবদ্য সংযুজামিত্যাদি। শ্রীভাগবতম ১৯/৩২/২২ ॥ ), শ্রীরাধিকাগী মান তোকহন্নবা হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণনা মছামক ভগবান ওইনা ওইনা **দেহি পদপল্লবমুদারং** হাযবগা শ্রীরাধিকাগী খোঙদা তুরম্মী।

মক্তবা প্রেমতনী মহাও তংনঙাই ওইবা পোৎ হায়বদো। ভক্তশিংগী ব্যবহার মতাদা মক্তবা প্রেম ফোঙঙী হাযদুনা মখোয়গী ব্যবহারদো রসিক-শেখর শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা য়াম্না হাউনঙাই ওই। মহাভাবকী তূঙফম ওইবী

ব্রজগী ইবেম্মাশিংগী প্রেম অতুগী থোইদোকপা মতৌদি অসিনী মতুদি—মখোয়গী মপুক্রীওস্থ মহাভাবকী মছক ওই, ইন্দ্রিয়শিংস্থ পুক্রীওগী মওং ফোঙদোক্রবা থোঙ ওই হায়তুনা মহাভাবকী মছক ওই, মরমতুনা ব্রজশকহেনবীশিংগী ইন্দ্রিযশিংনা তৌথোরকপদা—করি হায়নী মখোয়না চৈরকপদস্থ—শ্রীকৃষ্ণনা পুঙপেন্দা পেল্লী ।

বেদস্তুতিদা শ্রীকৃষ্ণবু বশ তৌননবা মতীকচাবা প্রেম য়াওদে হাযতুনা বেদস্তুতিনা শ্রীকৃষ্ণবু পেল্হনবা ঙমদে ।

দ্বারকাগী লৈমশিং অতুনা শ্রীকৃষ্ণবু ঈশ্বরনী হাযনা চংলী, অতুনা মখোযগী কান্তা-ভাব অতুনা শ্রীকৃষ্ণবু পেলহনবা ঙমদে । মবমতুনা দ্বাবকাগী লৈনশিংগী মনাক্তা লৈন-লৈনমক শ্রীকৃষ্ণগী মন অতু ব্রজসুনন্দরীশিংগী কাযন-মৈচাক্লা হাহাকার লাউনা লৈ । দ্বারকাগী লৈমশিংনা কৃষ্ণ ঐশ্বর্যগীনী (মমতা বৃদ্ধি) হায়বতু কৃষ্ণবু ঈশ্ববনী হাযনা খনবা মবম্না ব্রজসুন্দবীশিংনা কৃষ্ণ ঐশ্বর্যগীনী হাযবগী থাক য়োবা ঙমদে । মরমতুনা মবক মরক্তা দ্বাবকাগী ইবেম্মাশিংনা মান তৌরবস্থ শ্রীকৃষ্ণবু কদৌঙৈদস্থ চৈবা ঙমদে । শ্রীকৃষ্ণনতুম মখোযদা চৈ। শ্রীকৃষ্ণনা চৈরকপদা মখোয়না মান তৌথতুনা লৈরবদি শ্রীকৃষ্ণনা মখোযবু থাদোক্পীরগদবা হায়না চিংনতুনা মান অতু থুরেমখৈ—থাদোকযি । অতুগা ব্রজগী ইবেম্মশিংবু চৈবগী ব্রাদি লাযরতুনা মখোঙ পাযতুনা হাযজরবা ফাওবদা অয়াম্বা মতমদা ব্রজসুন্দরীশিংগী মান তোকহন্‌বা ঙমদে । নোংমা কবেম্নস্থনা শ্রীকৃষ্ণনা "ঐদি পরমাত্মানী কনাদস্থ করিদস্থ লূপ্পা তৌদে" হাযনা রুক্মিণীদা হাযরুবদা শ্রীকৃষ্ণনা মাবু থাদোকপিগদরা হায়না চিংনবদগী রুক্মিণীনা বাস্থরম্মী । অতুগা ব্রজগী ইবেম্মা শকৃহেন্‌বীশিংদি শ্রীকৃষ্ণনা কবেম কথায়নবক্পদা মাপা-চাবা রাহৈ রাতানা ওক্তুনা থুম্‌জল্লগা শ্রীকৃষ্ণবু লৈ-খংপা থোকহন্দবা ফাওবা যাওয়ি । ব্যবহার মতাসিনা তাক্পদি দ্বারকাগী লৈমশিংগী প্রেমদগী ব্রজসুন্দরীশিংগী প্রেম্না হেন্‌বা মতৌ অমা লৈ হায়বা তাক্লী ।

নৈনবিবা পযারসিনা অতম্নরিবা প্রেমদি ব্রজসুন্দরীশিংগী প্রেমতুনী, দ্বারকাগী লৈমশিংগী প্রেমতুবু হাযবা নত্তে ।

**মূল ২৭**

**এই শুদ্ধ ভক্ত লঞা করিমু অবতার ।**
**করিব বিবিধ-বিধ অদ্ভুত বিহার ॥ ২৭ ॥**

## শব্দার্থ

এই—মসি ; শুদ্ধ—মক্তবা , ভক্ত—ভক্ত , লএ়া—পুত্থনা ; কবিমু—তৌগনী ; অবতার—নোংগুম্বা , করিব—তৌগনী , বিবিধ-বিধ—মথল মথাগী , অদ্ভুত—অঙকপা , বিহার—শান্নবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মক্তবা ভক্তশিংসিবু পুত্থনা অবতার তৌগে। মথল মথাগী অঙকপা মশান্না শান্নগে।

## নৈনরোল

**এই শুদ্ধভক্ত লএ়া কবিমু অবতার** হায়বা পবে অসিদগী ঐখোয়না খঙবদি, শ্রীকৃষ্ণগী মপা মমা ওইবা নন্দ-যশোদা, সুবলখোয়নচিংবা সখাশিং অমসুং শ্রীরাধিকানচিংবী কান্তাশিংথু জীব নত্তে—মখোয় সে শ্রীকৃষ্ণগী নিত্য (মতম পূম্বগী ওইবা) পরিকরনী, অনাদি কালদগী মতম পূম্বদা শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়শিংসিগা লোয়ননা লীলা-বিলাস শান্নরি , শ্রীকৃষ্ণনা জগত্তা অবতার তৌবা মতমদা মখোয়সু শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা কুম্লক্লগা শ্রীকৃষ্ণবু প্রকট লীলাগী রস চূপ হল্লী। শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ-শক্তিনা অনাদি-কালদগী মহাক্কী মপা-মমা, সখা, কান্তানচিংবা ওইনা মচাবু প্রকট তৌরগা শ্রীকৃষ্ণবু লীলারসগী মথেল চূপ হল্লিবনী। শ্রীকৃষ্ণদি অজ-নী (পোকপা নাইদবনী ), নিত্য ( মতমপূম্বদা লেঙদবনী ), অনাদি-নী ( মঙোন্দগী হান্বা অমা লৈত্রবনী ), তশেংবদি নন্দ-যশোদানা মাবু পোকপা নত্তে , শ্রীকৃষ্ণবু বাৎসল্য-রস চূপ হনগে হায়দুনা অনাদি-কালদগী হৌনা যশোদানা—মখোয় শ্রীকৃষ্ণগী মপা-মমানী, অদুগা শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়গী মচানুপানী হায়বা—অভিমান তৌজবগী বাদনী। শ্রীরাধিকানচিংবা কৃষ্ণগী নুংশিবীশিংনা কান্তা ওইবসু করিগুম্বা মঙগী লুহোংবা মথন্দগী ওইবা নত্তে, অনাদি কালদগী—শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়গী কান্তনী অদুগা মখোয়না মহাক্কী কান্তানী—হায়বা অভিমান লৈজবননী। লুহোংদুনা ওইবা ওইরবদি মখোয়গী কান্ত-কান্তা ওইবদু অনাদি ওইবা য়ারোই।

অপ্রকট লীলাদা শান্নবা য়াদবা লীলা অঙক্-অঙকৃপা শান্ননবগী দমক শুদ্ধ-ভক্তশিংগা হায়রবদি নিত্য পরিকরশিংগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণনা অবতার তৌখিবনী।

## মূল ২৮

বৈকুণ্ঠাদ্যে নাহি যে যে লীলার প্রচার।
সে সে লীলা করিব যাতে মোর চমৎকার ॥ ২৮ ॥

### শব্দার্থ

বৈকুণ্ঠাদ্যে—বৈকুণ্ঠনচিংবা ধামদা , নাহি—লৈতে , যে যে—মতু মছু , লীলার—লীলাগী , প্রচাব—শন্দোকপা , সে সে—মতু মতু , লীলা ( শান্নবা ) , করিব—তৌগনী , যাতে—মতুদা , মোব—ঐগী , চমৎকাব—ঙকপা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বৈকুণ্ঠনচিংবা ধামদা ফোঙদোক্ত্রিবা লীলাশিং অতু পূম্বা শান্নগনী মতুদা ঐনা ঙক্লবা।

### নৈনরোল

পরব্যোমদা ভগবৎ-স্বরূপ মযামগী লন্নাই লন্নাই ৎইবা ধাম লৈ , মখোয় খূদিংমকপু বৈকুণ্ঠ কৌয়ি , বৈকুণ্ঠ পূম্নমকসিগী সমষ্টিবু ( মপূম্বু ) পরব্যোম কৌযি , পবব্যোমবুস্থ বৈকুণ্ঠ কৌযি। পযাবসিদা যাংবিবা বৈকুণ্ঠসিনা খণ্ডহল্লিবদি তোঙান-তোঙানবা বৈকুণ্ঠশিংবু খণ্ডহন্বনী, নত্রগা পরব্যোমবু খণ্ডহল্লিবনী। অতুগা আদি-শব্দনা গোলোক-নচিংবা শ্রীকৃষ্ণগী অপ্রকট-লীলাগী মফম্বু খণ্ডহল্লিবনী। অতু ওইববদি বৈকুণ্ঠাদ্যে হাযরগা পরব্যোম ( পরব্যোমগী মনুঙ-চনবা তোঙান-তোঙানবা বৈকুণ্ঠ ) অমসুং প্রকট-নত্তবা দ্বাবকা, মথুবা, গোলোকনচিংববুস্থ খণ্ডহল্লী।

## মূল ২৯

মো-বিষযে গোপীগণের উপপতিভাবে।
যোগমাযা করিবেক আপন প্রভাবে ॥ ২৯ ॥

### শব্দার্থ

মো-বিষযে—ঐগী মরমদা , গোপীশিংগী উপপতিভাবে—( মপুরোইবা-লৈবীগা ভাওনবা মুপা ) মরুম্বী ওইনা , যোগমায়া—যোগমাযা ( কৃষ্ণলীলাগী তেঙবাঙবী শক্তিগী অধিষ্ঠাত্রী দেবী ) , করিবেক—ওইহনগনী , আপন—মছামকী , প্রভাবে—শক্তিগী মযাইনা।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

যোগামাযাগা মাগী মতাক-মযাইনা গোপীশিংগী মবুক্কুন্দা ঐবু মখোযগী মরুপ্নীনী হাযবা ভাব অত্ত পোক্হনগনী।

## নৈনরোল

**মো-বিষেষে**—ঐগী (শ্রীকৃষ্ণগী) মরমদা হাযবনী। **গোপীগণের**—গোপীশিংগী হাযবদি শ্রীরাধিকানচিংবী ব্রজগী শক্হেনবীশিংগী। **উপপতি**—কনাগুম্বা নুপানা পাম্মনবদগী ধর্ম্মবু লঙথাযবগা অতোপ্পগী নুপীবু পায়রবা অদুগা নুপীদুগী প্রেম্না মাগী মবোযববা মবন্নী হাযনা লৌবদা অদুগুম্বা নুপাবু পণ্ডিতশিংনা নুপীদুগী উপপতি (মরুপ) কৌযি। "রাগেণোল্লঙ্ঘয়ন ধর্ম্মং পরকাযাবলার্থিনা তদীয়-প্রেম সর্ব্বস্ব, বধৈরুপপতি স্মৃত। উঃ নীঃ নাযকভেদ। ১১॥" ধর্ম্মগী মতৃঙ ইন্না লুহোঙদুনা মপুবোইবা (পতি) ফংলবী নাযিকানা অতোপ্পা নুপাবু পামদুনা নুংশিনরবদি নুপাদুবু উপপতি (মরুপ) কৌযি। অদুগা কনাগুম্বা নাযক অমনা লুহোংদ্রিবী কুমারী (লেশাবী) অমগা ভাঙনববদা নাযক অদুবু কুমারীদুগী উপপতি কৌযি মখোযগী উনবসিদা ধর্ম্মনা যাবা থবক নত্তে। লুহোংলবী নুপীনা নুপা অতোপ্পা অমগা ভাঙনবদা হৌন-লৈচৎ কাযবম লৈশাবীনা নাযক অমগা ভাঙনরবসু আর্য্য-পথগী হৌন-লৈচৎ কায।

**যোগমায়া**—কৃষ্ণ লীলাগী মতেঙ পাংবী শক্তিগী অধিষ্ঠাত্রী দেবীনী। মহাকসু শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ শক্তিনী শুদ্ধসত্ত্বনা ওইবকপনী। "যোগমায়া চিচ্ছক্তি বিশুদ্ধ সত্ত্ব পরিণতি। ২/২১/৮৫॥" মহাক অঘটন ঘটন-পটীয়সীনী—অতৈনা তৌবদা ওইথোক্কবা থৌদোক্স, মাগী থনবদা-থোক্কবা শক্তিগী ময়াইনা ওইথোক্হনবা ঙম্মী।

উপপতি-ভাবকী ওইবা লীলাগী রস মখল-মখেল চুপ্পনা প্রকট-লীলাগী মরু ওইবা মনুঙগী ওইবা পান্দম্নী। মবমদি প্রকট-নত্তবা বৃন্দাবন নত্রগা গোলোক ধামদা উপপতি-ভাব লৈতে, লৈবসু ওইথোক্তে, ওইথোক্লবোইদি প্রকট নত্তবা বৃন্দাবন্দা উপপতি-ভাবকী ওইবা লীলা শান্নরমগদবনী, ব্রহ্মাণ্ডদা প্রকট-লীলা শান্নবমত্রবসু যাবনী।

অপ্রকট-বৃন্দাবন্দা উপপতি-ভাবকী ওইবা লীলা ওইথোক্কবা করিগীনো? পাউথুমদি—উপপতিভাব পাঙথোক্কবা হাযরুগা নায়িকানা পরকীয়া (অতোপ্পগী লুহোংবী নুপী) ওইগদবনী হাযবদি নায়িকাদু কৃষ্ণগী

ধর্ম্মপত্নী নত্তে, অতোপ্পগী ধর্ম্মপত্নীনী নত্রগা অতোপ্পগী কুমারী কন্যানী হায়না পূম্নমক্না খঙনগদবনী। মতুগীদমক ধর্ম্মপত্তিগী নত্রগা মপা মমাগী যুমদা নায়িকা লৈক্কম থোকমি, শ্রীকৃষ্ণগা গোপসুন্দরীশিংগা যুম অমতদা লৈমিন্নরবদি উপপতি-ভাব ওইবা যাদে। অপ্রকট বৃন্দাবন্দা ( গোকুলদা ) নন্দ-যশোদা অমসুং গোপসুন্দরীশিংগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণনা শঙ্গায অমত্তদা ( মনা-লীশীঙলোঙবা থম্বানগী মযোল হাযবদি কর্ণিকা ওইবা মফমগী অচোবা অন্তঃপুবদা লৈমকোন্দা ) মতম পূম্বদা লৈমিন্নবিবনী। গোপসুন্দরী-শিংদি শ্রীকৃষ্ণগী হ্লাদিনী শক্তি ওইবনীনা শ্রীকৃষ্ণগী স্বকীয় ( মছামক্কী ওইবী ) শক্তিনী, মরমতুনা মখোয শ্রীকৃষ্ণগী স্বকান্তানী (মছামক্কী নুপীনী)। গোকুলদা লৈবা পূন্নমক্না খনবসু অতুনক্নী। অনাদিকালদগী হৌরতুনা গোপী-শিংনা শ্রীকৃষ্ণবু মখোযগী স্বকান্তনী ( মচা মছামক্কী মপুরোইবনী ) হাযনা খল্লী, শ্রীকৃষ্ণনসু গোপীশিংবু মহাক্কী স্বকান্তাঙাবনি হাযনা খল্লী, রাখন্নী নন্দ-যশোদাখোয়নসু অতুন খল্লী। মবমতুনা অপ্রকট-বৃন্দাবন্দা গোপসুন্দরী-শিংনা কৃষ্ণ-নত্তবা অতোপ্পগা লুহোংবা হাযবদি অতোপ্পা যুমদা লৈবদি ওইথোক্তবনী। তৌবগীবুদি শ্রীকৃষ্ণনা নীঙলবদি ওইথোক্তববু ওইথোকহনবা ঙম্মী যোগমাযানা অপ্রকট-বৃন্দাবন্দসু শ্রীকৃষ্ণ অমসু, গোপীশিংগা মপূক্নীঙ-দা উপপতি-ভাবসি পোকহনবা ঙমগনী অতুগা গোকুলবাসীশিংনসু যোগ-মাযাগী প্রভাব-না গোপসুন্দরীশিংসে শ্রীকৃষ্ণগী ধর্ম্ম-পত্নী নত্তে হাযনা খনবা যারিবনী। অতুবু অদূম তৌববদি তূকচনরবা রস-দোষ অমা পোক্কনী, ময়াম পূম্নমক খঙনা খঙনা মপা-মমাগী ( নন্দ যশোদাগা ) লোযননা অন্তঃ-পুব অমতদা পর-নারী ( অতোপ্পগী নুপী ) পুশল্লক্রগা লৈমিন্নবা হায়বতু যাম্না নিন্দা তৌনঙাই ওইবা থবক ওইরমগনী। অতুগা শ্রীকৃষ্ণগী অসিগুম্বা আচরণবু য়াবীববসু নন্দ যশোদাগী বাৎসল্যদা দোষ লাক্কদৌবিবনী। অতুবু প্রকট-লীলাদদি অসিগুম্বা রস-দোষ লাকপা ওইথোক্তে। নরলীলা পাঙ-থোক্নিবা হায়তুনা প্রকট-লীলাদা পোকপনচিংবগী লীলা ফোঙদোক্লবা যাদে, মরমতুনা তোঙান-তোঙানবা যুমদা তোঙান-তোঙানবা পরিকরশিং-বু পোকহল্লী। জন্মলীলাসি ওইবা য়াননবা হাযতুনা যোগমাযানা শ্রীকৃষ্ণগী পরিকরশিংবু মখোয পরিকরনী হাযবতু কাউহল্লী, মরমতুনা মখোযনা শ্রীকৃষ্ণ-গা মখোয়গা লৈনবা সম্বন্ধ অতুগা শ্রীকৃষ্ণ কন্নানো হায়বা তত্ত্বতুসু কাউ-থোকয়ি। শ্রীরাধিকানচিংবা গোপসুন্দরীশিংনা মখোয় মছাসে গোপকন্যানী অতুগা শ্রীকৃষ্ণসিনা কনাগুম্বা গোপ অমগী মচানুপানী — নন্দ কৌবা গোপগী মচানী হায়না খল্লী। তৌবগীবুদি মখোয়গী স্বরূপ অশোংবগী ওইবা অমগা

অমগা চিংশম্নবতুবুদি মখোযগী ছক্কী মঙুক্ননী হাযবা ময়ারম্মী , শ্রীকৃষ্ণগা মখোয়গা লুহোংলবদি গোপসুন্দরীশিংতুনা মখোয় মছা মছাবু মহৈ য়ান্নে হায়না ময়াজগদবনী। অতুবু লুহোংবতু ওইখিদরে—লুহোংবা যাবমদরে , ছক-ফজবীবু পামগন্‌বা কংসবু কিবদগী গোপশিংনা লুহোংবগী চহী-মতাঙ য়ৌগদবা খজিক্তা ভায়নবী মখোযগী মচাশিংতুবু লুহোংথোকপিন্নগে হাযনা থৌরাংলম্নবসু মতম অতুদদি শ্রীকৃষ্ণগী উপনয়ন (লুগুণ-থাংবা) তৌরমদ্রি। মরমতুনা শ্রীকৃষ্ণ লুহোংবা য়ারমদে। থোইদোক হেন্দোক্না জ্যোতিষ-শাস্ত্র হৈবদা মকোক ওইবা গর্গাচার্য্যনসু শ্রীরাধিকানচিংবা গোপসুন্দরীশিংগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণনা বিবাহ তৌরবদি মঙ্গল ওইরোই হায়না হায়রম্মী। অতুনা তৌদবা য়াদতুনা গোপশিংনা মখোযগী মচান্নুপীশিংবু অতৈ গোপশিংগা লু-হোংবা তারে হায়না ব্লারেপ খি। মসুম্না ব্লারেপ্পসিদা ব্লাফম (সমস্যা) অমা লাক্লে। শ্রীরাধিকানচিংবী গোপকন্যাশিংদি শ্রীকৃষ্ণগী নিত্য-কান্তানী , মরমতুনা অতৈগা লুহোংব্রবদি শ্রীকৃষ্ণগী নিত্য-কান্তা ওইবতু য়াদ্রে। অতুগসু গোপ শিংনদি মচান্নুপীশিংগী লুহোংবগী ব্লাদি লোইশনখরে। মচান্নুপীশিংতুগী স্বরূপ অওইবা করিনো হাযবা মখোয় খঙলমদে, মখোয়দা মতু খঙহনবসু য়াদে , খঙহল্লবদি নর-লীলা ওইবা যাররোই অতুগা উপপতি-ভাব পাঙ-থোক্লবগীদমক গোপকন্যাশিংতু কৃষ্ণ নত্তবা অতৈ গোপশিংগা লুহোংলে হাযনসু থোকহনবা তাবনী। অতুনা যোগমায়াগী অঙকপা থৌশিন্না সমস্যাতুগী সমাধান তৌখি। মহাক্না কনামতবু খঙহন্দবমখৈ শ্রীরাধিকা-নচিংবী গোপসুন্দরীশিংগা ছকমান্নবা গোপী-মূর্ত্তি পুথোক্লে , অসুম্না পুথোকখিবা গোপী-মূর্ত্তিশিংগা লোয়ননা গোপশিংগা লুহোংনখরে , লুহোংখরে হাযরফাওবা নাতৈ চান্নমদে , মরমদি থাঙ্গৈশেংবা লুহোংবা হায়বা ক্রিযাদি তৌখিবা নত্তে , তৌবসু যাবা নত্তে , শ্রীকৃষ্ণগী মুংশিবী-শিংগী প্রতিমূর্ত্তিগা লোযননা অতোপ্পগা লুহোংবসু য়াবা নত্তে। গোপ-কন্যাশিংগা লোযননা গোপশিংগী লুহোংবগী হায়ন-শীঙনবা ব্লাতুগী মতুঙ ইন্না লুহোংখ্রে হায়না যোগমায়াগী প্রভাবনা গোপসুন্দরীশিং নত্তবা মী পূম্নমক্না মঙ অমা উখি , অতুবু মঙসিসু মখোয় পূম্বনা তাইবঙদা থোকপা থৌদোক্নী হায়না খনখি , মসিসু যোগমাযাগী থৌরাংনী। মতৌ অসুম ওইরবদা অভিমন্যুনচিংবা গোপশিংনা শ্রীরাধিকানচিংবী গোপীশিংবু মখোযগী মুপীনী হায়না খনবা হৌখি , অতুবু শ্রীরাধিকানচিংবীদি কন্দৌতৈ-দসু অভিমন্যুনচিংববু মপুরোইবনী হায়না থান্নমদে, খনবসু ব্লাদনী , মরমদি মখোয়দি সতী মকোক্নী , হান্নমা অখোয়দি শ্রীকৃষ্ণগী চরণ-খাদা আত্মসমর্পন

(চিঙ্খাবু কপ্পোকপা ) তৌখ্রবনী। যোগমাযানা গোপকন্যাশিংবু শুমহৎতুনা থমখিবা মরম্না মণ্ডগী লুহোংবতুগী মরমদা [illegible] কৃত্রিমতা [illegible]মন্ত্রবস্তু মী পুন্নমক্কী রা তারদগী লুহোংবগী পাওসি য়ানীও-য়ানীওদনা অওইবনী হায়না গোপকন্যাশিংনা লৌখি হাযবসিস্ত অওইবনী। অওইবা অমা ওইরসনু, মতম চানা শ্রীরাধিকানচিংবী গোপসুন্দরীশিংতু ময়াম্না হাযনবা মখোয় মখোয়গী মপুরোইবগী যুম যুমদা য়োথরে, মসিস্থ যোগমাযানা থোক-হল্লিবনী। হাযরিবা নুপাশিংগা যুম যুমস্ত নন্দালয়গী মনাক যাবটগ্রামদনী, মরমতুনা যাবট্রা লাক্লবদি শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন তৌবতু অমূক হেন্না খুদোংচারগনী হাযতুনা যোগমায়াগী কৌশল দগী ব্রজসুন্দবীশিংদো যাবট্রা লাকউ হাযবা য়াখি। মখোয় লাক্লেদি হায়ববু মখোযগী মপুরোইবনী হাযরিবা অভি-মন্যুনচিংবনা মখোযগী অঙ্গ শোকপা ওমখিদে। যাবটগ্রামদা লাকপদগী শ্রীকৃষ্ণগতুম নকছনবা হেনখবে, তুংদা নিভৃতদা উন্দবনচিংবস্ত থোকখরে। শ্রীকৃষ্ণগা লোযননা মিলন ওইনবা মখোয়না মযুমদগী থোকখিবা মতমদা যোগমাযানা পুথোকপা মখোয়গী ছকমান্নবা মূর্ত্তি যুমদা লৈহৌযি, গোপ-শিংস্থ মখোযগী মুপীশিংতু যুমদা লৈরি হায়না খল্লী। অতুবু যোগমাযানা পুথোক্লম্না মূর্ত্তিশিংতুবুস্তু যোগমায়াগী কৌশলদগী গোপশিংনা শোকপা ওমখিদে।

মতৌ অস্মম্না যোগমাযাগী কৌশল-দগী প্রকট-লীলাদা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা গোপসুন্দরীশিংগী উপপতি-ভাব পোকখি। উপপতি-ভাব অসিস্থ তাইবং ফাওনা শুইবা (বাস্তব) নত্তে, মবমদি, আতোপ্পা গোপশিংনা গোপী-শিংগা লুহোংবা তশেংনা থোক্খিদে, থোংদাকহেন্দোক্লা গোপসুন্দবী-শিংদি মখোযগী স্বরূপকী হাযবরদি শ্রীকৃষ্ণগী নিত্য-স্বকান্তানী। প্রকট-লীলাদস্থ মখোযনা শ্রীকৃষ্ণবু মবুক্ত মবুক্তা মপুবোইবনী ( পতিনী ) হাযনা লৌজরিবনী। অতুম্নদি ওইরগা নরলীলাদা যুম পানবগী আশ্রমদা লৈবরে হাযতুনা অতোপ্পা গোপগা মখোয়গা লুহোংলে হায়নবীবতুনা রাতুবুস্থ মখোযগী পূর্ব্বীওদগী তাস্থাকপা ওন্নমদে। মতুগী ফল করি ওইনগে হায়ববু-মখোয়না মপুরোইবনে হাযন ব[illegible] কবিগুম্না মরী অমতা থম্নদ্রবস্থ অতুগা থম্নীওদ্রবস্থ মখোয় লুহোংগ্রে হায়[illegible] [illegible]নাতুনা—শ্রীকৃষ্ণগা মখোযগা মিলন ওইবদা যৈথাযবা থোকতল্লী, যুমদগী থোরকপদস্থ গুরু-জনবু কিং[illegible] পোকহল্লী অতুগা শ্রীকৃষ্ণগা মিলন ওইবগী [illegible] লোংন-বা কনা [illegible]। মসি পূন্নমকী ফল ওইবা অন[illegible] [illegible]বগী ওকপাদা

হেন্গংলী। য়ানা ফংবা পোৎকী মহাও তংবদদা য়াম্না নুংঙাইবনী। **চৌরী পিরীতি হয়ে লাখ গুণ রঙ্গ।**

প্রকট-লীলাদনা শ্রীকৃষ্ণগী স্বকীযা ওইনা ওইনা পবকীযা ভাব-নী, তৌইগুম্বস্তু অপ্রকট-লীলাদদি স্বকীযা ভাব-নী, মতুগী প্রমাণ যাম্না লৈ। দন্তবক্রবু হাংলবা তুংদা শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজদা অমূক হন্না লেঙলকখিবা মতমদা যোগমায়ানা লুহোংবগী মরী লৈনবা অথুপ্পা বা পূম্বদো ময়াম পূম্নমক্তা হাযদোকখিরম্মী, মযাম্নস্তু শ্রীরাধিকানচি‌ৎবী গোপকন্যাশিংদো মতম অদুফাওবা লুহোংদ্রিবী ঙাক্নী হাযবতু খঙখি। মতমদুদা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা গোপকন্যা পূম্নমক্না লুহোংখি। মসিগী হেক তুংদা শ্রীকৃষ্ণনা বৃন্দাবন লীলা অন্তর্ধান তৌখি অদুগা শ্রীবাধিকানচি‌ৎবী কন্যাশিংস্তু হাযবিবা লুহো‌ংবসিদগী ওইরকপা স্বকীযাভাবকী অচেৎপা বিশ্বাসকা লোযননা অপ্রকট-লীলাদা চঙখি। মসিদগীস্তু খঙবা যাবদি অপ্রকট লীলাদা স্বকীযা ভাব-নী পবকীযা ভাব নত্তে হাযবসিনী। শ্রীজীবগোস্বামী চবণস্তু সিদ্ধান্তসি ( বাবেপসি ) থাঙ্গৎলম্মী অদুগা শ্রীরূপনচি‌ৎবা গোস্বামীশিংনস্তু অসি [illegible]গা সিদ্ধান্তবু যাবিখি, শ্রীরূপ গোস্বামীনা ললিতমাধব নাটক অদুদা গোপীভাবতি স্বকীয়ানী হাযনা লেপখি হাযবসি শ্রীজীব গোস্বামীনা শে‌ংনা মাচা খায়না পন্খি। বৈষ্ণব-শাস্ত্রগী মতুং ইন্না শ্রীজীব-গোস্বামীদো শ্রীভগবানগী নিত্য-পরিকরনী—ব্রজলীলাদা মহাক বিলাস মঞ্জবীনী, মরমতুনা প্রকট অমস্তু অপ্রকট লীলাদা গোপসুন্দবীশিংগী মফমদা শ্রীকৃষ্ণগী লেবস্বা ভাবসি স্বকীযা নত্রগা পরকীযা কান্তাভাব-লা হায়বতু শ্রীজীব-গোস্বামীনা থোইদোক্না খঙঙী, মরমতুনা মানা হায়বা য়াদি থৌশাদবা য়াবা নত্রগা অমুক নৈনরুবা য়াবা বিষয় নত্তে।

## মূল ৩০

আমিহ না জানি তাহা-না জানে গোপীগণ।

তুঁহাব রূপগুণে তুঁহার নিত্য হরে মন॥ ৩০ ॥

## শব্দার্থ

আমিহ—ঐস্তু ( শ্রীকৃষ্ণ মছানস্তু ), না জানি—খঙদে, তাহা—মতু, না-জানে—খঙদে; গোপীগণ—গোপীশিংনা, তুঁহার—অনীগী, রূপগুণে—ছক অমস্তুং গুণা, তুঁহার—অনীগী ( শ্রীকৃষ্ণ অমস্তুং গোপীশিংগী ), নিত্য—মতম পুম্বদা, হরে—হূজে, মন—পুক্নীঙবু।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

মহু ঐশ্ব অন্তুগা গোপীশিংনসু খণ্ডদে। অমীগী ( হায়বদি ঐগী অমস্তু, গোপীশিংগী ) রূপ ( ছক্ ) অমস্তুং গুণ্না অমীগী পূক্নীঙ মতম পূম্বদা হুনৈ।

## মৈনবোল

তাহা—যোগমাযানা শ্রীকৃষ্ণগী নিত্য-স্বকান্তা ওইবী গোপীশিংগী মবৃক্তা শ্রীকৃষ্ণবু মখোয়গী উপপতিনী হাযবগী ভাব পোকহনবা অদু ( শ্রীকৃষ্ণনসু খণ্ডদে অদুগা গোপীশিংনসু খণ্ডদে )। আমিহু শব্দগী হ (সু) অসিনা তাকপদি, শ্রীকৃষ্ণনা পূণ্ডখঙ-খঙবা ( সর্ব্বজ্ঞ ) ওইরবসু উপপতি-ভাবকী রাসি খণ্ডদে, মরমদি যোগমায়াগী প্রভাবননী। সর্ব্বশক্তিমান শ্রীকৃষ্ণগী অমস্তুং শক্তি পূম্বদগী অখোইবী ওইরিবী শ্রীরাধিকাগী মফমদা চঙজদুনা লৈরিবী যোগমায়ানা মখোয়গী মছক অওইববু কাউহনবা ঙম্লিব সিনা তাকপদি মখোযন। মহাকপু কৃপা হেন্না তৌবননী। নরলীলাগী রস মাধুর্য্যবু তেক্ত-কাযদনা থম্নবা হাযদুনা শ্রীকৃষ্ণগী ইঙ্গিতনা যোগমাযানা শ্রীকৃষ্ণখোযগী মছক খঙনহন্দবনী।

শ্রীকৃষ্ণ অমসুং গোপীশিংগী রূপ-গুণ্না মখোয়-মশেলগী পূক্নীঙ মতম পূম্নমক্তা হুই, উননীঙবনা মপূক্নীঙ লাঙতক্লে। মখোযগী রূপ-গুণ-মাধুর্য্যগী শক্তি কযামূক ঙকপগে হাযববু চাম্নক লীশীঙলক মহাও তংলবসু তংবগী পেনবা নাইদে, তংনীঙবদু খোইনা হেন্না হেঙ্গৎলকযি। ইহান-হানবা উনবদা নত্রগা ইহান্ হান্‌বদা রূপ-গুণগী রা নাকোঙনা তারবদা মহৈ মহৈ উনবা ফংনবা হাযদুনা যাম্না কন্না খৌরাংবদো—চাম্নক উনরবা নত্রগা চাম্নক গুণ শ্রবণ তৌরবা মতুঙদসু করিগুম্বা শক উরুববা নত্রগা মগুণ তাঞ্জা চাদুনা শ্রবণ তৌক্রুরবা, মতমম্তুদসু উননবা ( মিলন তৌনবা ) খৌরাংবদু অদুম চপমান্নে। রূপগুণ-মাধুর্য্যদু মতম লৈবা খিবিক্তা হান্না অমুক্তা চূপ ত্রিবোই নীঙঙী।

লুহোংবনা তিন্নহনবা নায়ক-নায়িকা ( মুপা-মুপী ) অমীগী অমনা অমবু চিংশন্নবগী মরমদি লুহোংবদগী ওইরকপা সম্বন্ধদুমনী, অদুগা উপপতি-ভাব-তদি নায়ক-নায়িকাগী মরক্তা লুহোংবগী সম্বন্ধ লৈতে, মখোযগী রূপ-গুণগী মাধুর্য্যতম্না মখোয় মশেল উননীঙবগী মরম্নী। রূপ-গুণতনা মরম ওইরগা মখোয়গী মুংশিনবহ ( প্রীতি ) থোরকপনী অদুগা হোম হোম চাউহন্নকনী।

শ্রীকৃষ্ণগা গোপীশিংগগী লৈনরিবা সম্বন্ধদু নিত্যনী গুইহাক্কী নত্তে, অদুগা সম্বন্ধতু মখোয় মখোয়গী স্বরূপকী মতাবী অদুম অমগা অমগা পুম্নদুনা লৈবনী। মরম্বদুনা মখোয়না লৈরু-লৈরুবা ফীভম থূদিংদা—মখোয় মশেলগী স্বরূপতত্ত্ব অমাদি মদুগী মতাবী সম্বন্ধদু খণ্ডগে খণ্ডডু খণ্ডভোই তে কউ—মখোয়গী নিত্য ওইবা সম্বন্ধদুনা এফম-মতম পুম্নমক্তা মখোয়গী মথক্তা প্রভাব শন্দোরক্কনী। লৈখোম-ভৈরবা য়োং-চাবী মচেৎ- অনীনা অমগা অমগা চিংশন্নে। যোগমায়াগী প্রভাব-না শ্রীকৃষ্ণ অমসুং গোপীশিংনা মখোয় মশেল মবক্তা লৈনরিবা নিত্য ওইবা সম্বন্ধদু কাউথোক্লরবসু, মখোয় মশেলগী মরক্তা লৈনবিবা নিত্য ওইবা প্রীতিদু (নুংশিনবদু) মখোয় মখোয়গী রূপ—গুন্না মবম ওইদুনা পোক্‌থোক্লরকযি। মখোয়গী উপপতিভাব অদু তশেঙবনী হায়না মখোয়না খনবনা, অদুগা খনবদুনা মবম ওইদুনা মখোযগী নুংশিবদুগী (প্রীতিদুগী) ফোঙদোক্লবা থোঙ অতোপ্পা অমা লৈব্রব না মখোয়গী রূপ—গুন্না মরম ওইরগা ফোঙদোক্লবনী।

## মূল ৩১

ধর্ম্ম ছাড়ি বাগে দুঁহে করযে মিলন।

কভু মিলে কভু না মিলে—দৈবের ঘটন ॥ ৩১ ॥

## শব্দার্থ

ধর্ম্ম— বেদ-ধর্ম্ম, লোক-ধর্ম্ম ( ময়ামগী চৎনবী ), গৃহধর্ম্ম ( ইমুংমনুংগী চৎনবী ) অসিনচিংবা ধর্ম্ম, ছাড়ি—থাদোক্লুনা; বাগে—নুংশিনবনা, দুঁহে—অনীনা (শ্রীকৃষ্ণ অমসু গোপীশিংনা), করয়ে—তৌযি, মিলন—উনবা, কভু—করিগুম্বা মতমদা, মিলে—উনৈ, কভু—করিগুম্বা মতম-দা, না মিলে—উনদে, দৈবের—লাইগী, ঘটন—(নোংদম্বা) থৌদোক।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অনীনা ( শ্রীকৃষ্ণ অমসুং গোপীশিংনা ) নুংশিনুরদগী ধর্ম্ম ( বেদধর্ম্ম-লচিংবা ) থাদোক্লুনা উনৈ। লাইবক্না তন্না মতুঙ ইন্না করিগুম্বা মতমদা উনৈ, করিগুম্বা মতমদা উনদে।

### নৈনরোল

উপপতি—ভাবকী মতাংদা হায়রা কল্লী। উপপতিভাবকী পোক্লকপা। নুংশিবা (প্রীতি) অদুনা অসুম অসুম হেঙ্গৎলকপদুমা [illegible] য়োরকযি

—মহু য়েৌবনদা বেদনা হায়বা ধর্ম্ম, ময়াম্না চৎনবা ধর্ম্ম (লোকধর্ম্ম), ইমুংগী চৎনবী ( গৃহধর্ম্ম ) অসিনচিংবা থোওইরক্তুন। অনুরাগতগী ( নোংমা লৈবা - মসুংশিতগী ) ময়াইনা অমগা অমগা উনৈ। তোইগুরসুং উনবসি মতম পূর্ণমক্তা পামজবা মওংদা পাক পাক থোক্তে, কয়িগুম্বা মতমদদ উনৈ, কয়িগুম্বা মতমদা উনদে। ওমজবমখৈ হোৎনহুনসু উনবা ক্লান্তবা মতমদা উননীওবগী থোইবাংবহু য়াম্না হেঙ্গৎলকয়ি, মহুম তৌরবদা উন-রকপা মতমদা শুংঙাইরকপদি করি অমুক হায়গনী ? উপপতি-ভাবনা উননবা হোৎনবা মত্তাওদদি ইচন—ইনেম্নচিংবা মীদগী মথল—মখাগী য়েথোয়বা লাকযি, অতুনা উনব। য়াহন্দে।

রাগ—শ্রীকৃষ্ণগা গোপসুন্দরীশিংগা মুংশিনবা, মফমসিদা রাগ-শব্দনা খঙহল্লিবদি অনুরাগগী খমথেংবী মতাং ওইবিবা মহাভাব অহুবু খঙহনবনী। মরমদি বেদধর্ম্ম—লোকধর্ম্ম—গৃহধর্ম্মনচিংবগী মরমদা থিজনবগী ইচ্ছা পোকহন্দবমখৈ মখোয় মশেল উনহনুবা ওস্বদি মহাভাব হায়বা মুংশিবগী মতাওসিতননী।

**দৈবের ঘটন** —থোদোক অহুদা কনামতগী খুৎ চঙদবা, অতোপ্পা মওং অমা প্যাত্তুনা হোৎমরবক্কাওবদা অহুম মথোক্লবা থোদোক অহুবু লাইগী নোংদম (দৈব-ঘটন) কৌয়। শ্রীরাধানচিংবী গোপীশিংনা অমসুং শ্রীকৃষ্ণনা মশেল উনগদবগী ওস্বমখৈ হোৎনৈ অদুম ওইনমক করি কয়িগুম্বা মতমদা উনবা ফংনদে। মসি লাইগী নোংদম্নী ( দৈব ঘটন—নী )।

দৈব হায়রগা নহাম্মুক্কী মপোক্তা তৌখবা কর্ম্মবু খঙনৈ। অহুবু শ্রীরাধাগা শ্রীকৃষ্ণগা অনীনা উনদবদি মখোয়না পূর্ব্বজন্মদা তৌরকপা কর্ম্মগী ফল নত্তে, মরমদি, মখোয়দ নিত্য—বস্তুনী, মখোয়গী পোকপা শিবা হায়বহু লৈতে, অহুগা জীবশিংগী মতৌগুম্বা থবক্ম মখোয়গী লৈতে। উনব-গী মুংঙাইবগী অওক-ফংবহু হেঙ্গৎনবগীদমক থৌরাংবা হেঙ্গৎনবা হায়দুনা যোগমায়ানা থুজিল-থৌরাংহুনা মরক মরক্তা অনীগী উনবদা যৈথোয়বা থোকহল্লী।

মধ্যাহ্নদা শ্রীরাধাকুণ্ডদা, অহীওদা নিকুঞ্জ-মন্দিরনচিংবদা শ্রীরাধা-কৃষ্ণ অনী উনবগী থূদম লীলা-গ্রন্থশিংদা য়াম্না মাওয়ি। উননবা হোৎন হোৎননা উনবা ফংদবগী মযাম্না থঙনবা থূদম অম্না পল্লজগে। নোংমা অহিংদা শ্রীরাধাগা উনগে হায়বগী আশাদা রাধাগী শূমাঙদা হোবা বোরোই পাঙ্গী

অমগী মখোঙদা লেপ্লগা শ্রীকৃষ্ণনা কোকিলনচিংব উচেক্না খোংবগী মতৌ তমত্তুনা শ্রীরাধাদা সঙ্কেত ( ইঙ্গিত ) তৌরম্মী। শ্রীরাধাদো ইমুঙদা লৈরম্মী, শ্রীকৃষ্ণগী সঙ্কেত অদু খঙলদ্রনা মাপাল্লোম পা গে হায়ন্তুনা খোঙ হেক হাংদোক্লগা মতমদা মহাক্কী খুত্তা শিরম্বা মোইবুঙ-খুজি নচিংবগী মখোন তারবদা মনেম্লোক জরতীন। কনানো কনানো হায়তুনা হৌগৎলক্লে। উমগে হোংনরম্বতুদা অকায়বা ফংলতুনা শ্রীকৃষ্ণদো য়াম্না নুংঙাইরমদে। অম্মুম্না মাপান খোক্কে তৌবা খুদিংগী জরতীনা হেক হেক কায়হনখি। ইথৌ-লাংলবা শ্রীকৃষ্ণদো অহিং চুপ্পা বোরোই পাম্বীগী মখোংদা লেল্লম্মী, অদুবু মতুগী অহিংতুমদি শ্রীরাধাগা উনবা ফংখিদরে।

অপ্রকট-লীলাদগী প্রকটলীলাগী থোইদোক হেন্দোকপা মতৌ অমা লৈ, মায়কৈ তাকপদোনা কান্তাভাব লীলাগী থোইদোকপা মতৌতু পয়ার ২৯-৩১ গুবসিনা পল্লী। কান্তাভাবতদা নত্তনা বাৎসল্য, সখ্য, দাস্যভাবকী মতাংদস্তু প্রকট-লীলাদনা ভাবশিংসিগী থোইদোকপা মতৌ অমা লৈ। অপ্রকট-গোলোক লীলাদদি পোকপগী (জন্ম) লীলা লৈতে, মরমতুনা বাল্য-লীলা অমসুং পৌগণ্ডলীলাসু লৈতে, অতোপ্পা মাওরা কৃষ্ণগী সেবা তৌবগী দাস্য-ভাব অতুসু লৈতে। হায়রিবা লীলাশিংসি প্রকট বৃন্দাবনদদি লৈ। মতৌ অম্মুম্না ভাব মরিসিগী লীলাদা অপ্রকট লীলাদগী হেম্না প্রকট লীলাগী অঙকপগী মচক শুইবা থোইদোকপা মতৌ অমা লৈ।

## মূল ৩২

এই সব রসনির্য্যাস করিব আস্বাদ।
এই দ্বারে করিব সর্ব্বভক্তেরে প্রসাদ ॥ ৩২ ॥

### শব্দার্থ

এই—মসি, সব- পুম্নমক, রসনির্য্যাস—রসগী মচি নত্রগা মচং, করিব—তৌগনী, আস্বাদ—মহাও চুপ্পা, এই দ্বারে—মসিনা, করিব—তৌগনী, সর্ব্বভক্তেরে—ভক্ত পুম্নমক্তা, প্রসাদ—চান্‌বিবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( মথক্তা' হায়খ্রবা লীলাশিংগী ) রস-মতাংসি চুপ্কনী। মসিনা থুগাই ওইরগা ভক্ত পুম্নমকপু চানবিগনী,

## নৈনদ্রোল

ব্রহ্মাণ্ডদা অবতার তৌরগা শ্রীকৃষ্ণনা শান্নরম্বা লীলাশিংদুনা মহাক্কী ভক্ত মথল খুদিংমকপু চান্‌বিবা ওইগনী। ভক্ত মথলশিংদুদি—মহাক্কী পরিকর ওইবা ভক্তশিং, জাতপ্রেম ( কৃষ্ণপ্রেম–পোক্লবা ) ভক্তশিং, সাধক ( ভক্তি সাধন তৌরিবা ) ভক্তশিং অমসুং ভজনোন্মুখ ( ভজন তৌনীঙবা ) ভক্তশিং অসিনী। অপ্রকট গোলোকধামদা শান্নদবা লীলাশিং অদু ব্রহ্মাণ্ড-দা প্রকট তৌরগা—দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য অমসুং মধুররসগী অঙকপা মথেল মরাঙ ফোঙদোক্লুনা—দাস, সখা, পিতা–মাতা অমসুং কান্তাশিংবু ( পরি-করশিংবু ) হান্ননা ফংখিদ্রিবা রস মথেল চুপহল্লগা মহৈ যাল্‌হনগনী। জাত-প্রেম ভক্তশিংগী ওইরিবা দেহদা সাধন মপূঙ ফারবদা, মখোয়বু নিত্য-লীলাদা চঙহন্নবগীদমক্তা ভক্ত-চান্‌বা শ্রীকৃষ্ণনা প্রকট-লীলাগী মফমদা আহিরী গোপগী মযুমদা পোকহল্লী, মতমদুদা নিত্যসিদ্ধ পরিকরশিংগা তোৎন–শন্নবদগী লীলা যাওনবগী মতীক চারক্লদুনা, শ্রীকৃষ্ণনা শান্নরিবা প্রকট-লীলাদা, ভক্তশিংদুনা চেঞ্জরিবা ভাব অদুগী ওইছল্‌বা সেবা অদু তৌবা ফংজরদুনা মখোয মহৈ য়াঞ্জে। প্রকট লীলানা থোঙ ওইদুনা সাধনসিদ্ধ ( সাধন তৌরগা সিদ্ধ ওইরকপা, নিত্য-সিদ্ধ-নত্তবা ) ভক্তশিংনা নিত্য-লীলাদা চঙজে। মতৌসুম্না জাতপ্রেম ভক্তশিংসু মহৈ য়াঞ্জে। ব্রহ্মাণ্ডদা কুম্লগা শ্রীকৃষ্ণনা প্রকট তৌরম্বা লীলাশিংদু সাধক ( সাধন তৌরিবা ) ভক্তশিংনা স্মরণ মনন ( নীঙশীঙবা অমসুং খন্দুনা লৈবা ) তৌদুনা সিদ্ধি ফংননবগী মাযকৈ পাংঙী, অদুগা শ্রীকৃষ্ণনা ব্রহ্মাণ্ডদা অবতীর্ণ ওইবিরগা লাইবক-ফবা ভক্তশিংদা দর্শন পীবিরগসু মখোয়বু মহৈ যালহনবী। মরম-সিনা প্রকটলীলাদি সাধক ভক্তশিংগী মহৈ য়াম্নবগী মরম অমা ওই। অদুগা ভজন–তৌনীঙবা মীতানা সাধ্য (পাঙথোক্কদবনা) করিনো, সাধন (পাঙ-থোক্লবা হোৎনবা) হায়বদুনা করিনো হাযনা লেপ্পা ঙমদবনা ভজনগী অর্হেম্মা লম্বী অমা চত্রবদা, শ্রীকৃষ্ণগী প্রকটলীলাগী চাংদমঙাই লৈতনা রাংলবা মাধুর্য্যগী য়ারী শাস্ত্রদগী নত্রগা মহাজনশিংদগী শ্রবণ তৌদুনা খঙজরবা মতমদা অতৈ লম্বী পূম্নমক থাদোক্লুনা শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যনা থল্লবা ব্রজলীলাবু উপাসনা তৌবগীদমক মিহৌরকযি। মতৌ অসুম্না প্রকটলীলানা ভজনোন্মুখ ভক্তশিংগী মহৈ যাম্নবগী মরম ওই। অদুদগী সংসার বিষয়াদা লূপ্লবা মীচমশিংনা, শ্রীকৃষ্ণনা শান্নখিবা প্রকট-লীলাগী অঙকপা রস-মথেল-গী য়ারী মনাকোঙনা তারগা লম্বু মগী মুংঙাইববু করিসু লৈতবনী হায়না

খণ্ডবা ওমজবকফি অদুগা রাগানুগাগী লম্বীদা শ্রীকৃষ্ণ-ভজন তৌবগী মিহৌবা হাযবদু মখোয়গী ওইরকফি। মরমসিনা বিষযদা লুপ্পিবা মীবুস্মু ভগবান্না মপাম্মাইদনা মুংশিরী হায়রাস প্রকট-লীলানা ফোঙদোকফি।

প্রেমরস-নির্য্যাস চুপ্পনা শ্রীকৃষ্ণগী প্রকটলীলাগী অথোইবা মরম্মীদি হায়রি, অদুম-ওইনমক তশেংবদি ভক্তচিত্ত পেলহনবস্মু প্রকট-লীলাগী মরু-ওইবা পান্দম্নী। মরমদি ভক্তশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী মুংঙাইবা নত্তনা অতৈ কবিমতা খণ্ডবগুম্না শ্রীকৃষ্ণস্মু ভক্তগী মুংঙাইবা নত্তনা কবিমতা খণ্ডদে। "মদন্যত্তে ন জানন্তি নাহং তেভ্যোমনাগপি। শ্রীভা, ৯/৪/৬৮॥"

## মূল ৩৩

ব্রজের নির্ম্মল রাগ শুনি ভক্তগণ।
রাগমার্গে ভজে যেন ছাডি ধর্ম্ম কর্ম্ম॥ ৩৩॥

### শব্দার্থ

ব্রজের—ব্রজগী, নির্ম্মল—মক্রবা, রাগ—প্রেম ( মুংশিবা ), শুনি—নাকোঙনা তাদুনা, ভক্তগণ—ভক্তশিংনা, রাগমার্গে—রাগগী ( মুংশিবগী ) লম্বীদা, ভজে—নীঙঙী, খুরম্মী, যেন—অদুনা, ছাডি—থাদোকুনা, ধর্ম্ম—বেদধর্ম্ম, লোকধর্ম্মনচিংবা, কর্ম্ম—যাগযজ্ঞনচিংবা বৈদিক কর্ম্ম।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রকট ) ব্রজগী মক্রবা প্রেমগী রান্নী শ্রবণ তৌরগা ভক্তশিংনা বেদনা তাকপা ধর্ম্ম-কর্ম্ম লোইনা থাদোকুনা রাগগী লম্বীদা এবু নীঙশনু।

### নৈনব্রোল্ল

মমাঙগী পয়ারদা ভক্ত পুম্নবু চান্‌বিগনী হায়খরে, অদুগা নৈনব্রিবা পযারসিদা ভক্তশিংনা রাগমার্গদা ভজন তৌগনী হায়না হায়রে। পয়ার অনীসিদা শ্রীকৃষ্ণনা ভক্তশিংবু চান্‌বিবগী রা ওাক্তা হায়রে। অদু ওইরবদি মহাক ভক্ত-নত্তবশিংবুদি চান্‌বিব্রবরা? চান্‌বিদ্রগদি ভগবানদা মীচঙ-মীখায় নাইরগী দোষ পীরোইদরা? পাউখুম :—মসিদা শ্রীকৃষ্ণবু মীচঙ-মীখায় নাই হায়বা যারোই। মাদি এগী-মীগী হায়না থাম্লদে, চপমান্ননা পুম্নমকপু য়েংঙী। সূর্য্যনা মকম পুম্নদা চপমান্ননা মঙাল পী, অদুবু মুংশু-খারা

মফমদা ফন্না মীনা খুংশাদু য়াইবা ফংডী, অদুগা ইমুণ্ডদা লৈবা মীনা খুংশা যাইবা ফংদে, মদুনা সূর্য্যবু মীচঙ-মীথায় নাই হায়বা য়াদে। কল্পবৃক্ষনা পূম্নমক্কী মফমদা চপমান্নে, অদু ওইরবস্তু মাবু সেবা-তৌবা মীনা উঁহে চাবা ফংডী, অদুগা সেবা-তৌদবা মীনা উঁহে চাবা ফংদে, মতৌ অদুগুম্না ভগবানবু মী মীতুনা তৌবা সেবা মতৌগী মতুঙ ইন্না ভগবান্নসু মী মীতুদা মহৈ চাহনবদনী। সেবা চপমান্নবা তৌবা মীশিংদা অমদনা সেবাদুগী মতীকচাবা মহৈ পীবা, অমদনা পীদ্রবদদা ভগবানবু মীচঙ-মীথায় নাই হায়গদবনী।

করিগুম্বা হায়রবা—ভগবানদি ভক্তবুদা থোইদোক্না চান্বী, ভক্ত-নত্তবা মাবুদি চান্বিদে। অসুম্না হায়বদা ভক্তগী মীচঙ চঙবগীদমক পূম্নমক্কা চপমান্নদবা ( বৈষম্য ) হায়বদু উৎলে। মসিবু বৈষম্যনী হায়না খল্লগম্ম ভক্তদা মীচঙ-চঙবগী মছক ওইবা বৈষম্যসি নাতৈ-চাবা পোৎনী, মরমদি তৌজমল ওইনা যোনি তোঙান তোঙানবদা পোকপগুম্না ভক্ত-রক্ষা তৌবদি ভক্তগী তৌজমল ডাইদে, ভগবানগী স্বরূপশক্তিগী মহৌশা ওইবা শক্তিনা ভক্তরক্ষা তৌবগী থবক পাঙথোকই, ভগবানগী স্বরূপকী মহৌশা ওইবা থবক্কী হায়দুনা মদুনা দোষ ওইবা য়াদে। ভক্তদা মীচঙ চঙবদি ভগবান্‌গী গুণ্নীবু হায়নৈ।

ভক্তনা চানবা অদুগা ভগবান্না চান্বা হায়বসি জাত্তা অমতগীনী। শ্রীমদভাগবতমগী ১/৫/২৪ শ্লোক অদুগী টীকাদা চক্রবর্ত্তীপাদনা হায়রি—ভগবদভক্তনা মফম পূম্নমক্তা চপমান্নবা কৃপা উৎলী, অদুবু প্রাকৃতগুম্না ওইহন্বা থম্মোই-কন্বা হায়বদু ভক্তিগী মপাঙ্গল্না খাঙহল্লবদা অদুগা ভক্তি অদুগী ফল ওইনা থম্মোই পেথরবদা থম্মোইদুদা ( চিত্তদুদা ) কৃপাদু থোরকয়ি। মসিদগী খঙবা ঙম্বদি—চিত্তনা ভক্তকৃপা নত্রগা ভগবৎ-কৃপা ফংবগী মতীক চারবা মতমদুদদা কৃপাদু চিত্তদা থোরকয়ি, অদুগী মমাঙদা থোক্তে —হায়বসিনী। কৃপশব্দুনা থল্লগা করিগুম্বা মফমবু হাংদোক্রবদি মফম পুম্বদা যেঙ্খোক্লিবা নুমীৎ-মঙাল অদু কুপ্লিবা মফমশিংদা ঙাল্লু হায়বা যাদে। ভক্তিগী মাপান্না ভক্তগী থম্মোইদু কৃপা ফংবা যানবা মতীক চায়। অদুগা ভক্ত-নত্তবা মীগী থম্মোইদি ভক্তি লৈতবা মরম্না কৃপা ফংবা য়ানবা মতীক চাবা হাগ্নবদু ওইদে। মরমদুনা অহান্বা মীৎয়েংদা ভক্তদা কৃপা তৌবা ভক্ত-নত্তবদা কৃপা তৌদবা ওইনা উবনা ভগবান্বু মীচঙ মীথায় নাইবা ওইনা উবনী। কৃপা ফংবদা মতীক-চাবা থম্মোইদা ভগবান্গী কৃপা

থোরকম্মি হাযবদি মহান্কী স্বরূপ-শক্তিগী হৌনশা ওইবা থবকস্মিবু ভগবন্না ভক্তম্বু চান্‌বনী ( ভক্তবৎসলতা-নী ) হায়।

## মূল ৩৪

অনুগ্রহায ভক্তানাং মানুষং দেহমাশ্রিতঃ।

ভজতে তাদৃশীঃ ক্রীড়া যাঃ শ্রুত্বা তৎপরো ভবেৎ ॥ ৩৪ ॥

## শব্দার্থ

অনুগ্রহায়—চানবিগে হাযদুনা, ভক্তানাম—ভক্তশিংবু, মানুষম—মীওইবগী, দেহম্—হকচাঙ, আশ্রিতং—লৌবিবা নত্রগ যোঙলিবা, ভজতে—পাঙথোকযি, তাদৃশীঃ—অদুগুম্বা ক্রীড়াং—লীলা যাং—মখোযদু, শ্রুত্বা—নাকোঙনা তাবগা, তৎপর—মাবুদা নীঙবা, ভবেৎ—ওইগনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্তপুম্ববু চানবিগে হাযবগীদমক শ্রীভগবান্না অদুগুম্বা লীলাশিং মুংশিবগা লোয়ননা পাঙথোক্লম্মী, লীলাশিংদুগী বাতু (ভক্তশিংগী মচীন্দগী) শ্রবণ তৌরগা মীওইবগী দেহ-লৌরিবা জীবনা ভগবান্দা মায় ওনসনগনা ( নত্রগা লীলাগী ৱারীদুদা মায় ওনসনগনী )।

### নত্রগা

ভক্ত পুম্ববু চানবিগে হাযদুনা শ্রীভগবান্না মীওইবগী দেহ ( মছামকী রূপ ) প্রকট তৌদুনা অদুগুম্বা লীলাশিং শাম্মরম্মী, লীলাশিংদুগী ৱারা শ্রবণ তৌরগা জীবনা ভগবান্দা মায় ওনসনগনী।

## নৈনরোল

রাসলীলা শ্রবণ তৌরবগী মতুংদা মহারাজ পরীক্ষিৎনা শ্রীশুকদেবদা হংখি—ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদি মছানা নীঙবদা ফংবা মপ্না (আপ্তকাম) ওইরগা করিগী ক্রীড়া (শান্নবা) তৌরম্মিবনো? শ্রীশুকদেবনা পাউখুমখি—শ্রীকৃষ্ণনা আপ্তকাম ওইদুনসু ক্রীড়া তৌরম্মি—ভক্তানাম্ অনুগ্রহায়—ভক্তশিংগী মফমদা চান্‌বীবা উৎননবগীদমক্তনী। মফমসিদা হায়রিবা

শব্দসিনা থঙহল্লিবদি ব্রজদেবীশিংবু, ব্রজগী অতোপ্পা মীশিংবু অমসুং ভূত-ভবিষ্যৎ-বর্ত্তমান কালগী ওইবা বৈষ্ণবশিংবুনী, মখোয় পূম্নমক অসিবু চান্‌বীগে হায়বগীদমক্তা শ্রীকৃষ্ণগী লীলাদি। লীলারস-মথেল চূপহন্দুনা নিত্যসিদ্ধ, কৃপাসিদ্ধ অমসুং সাধন-সিদ্ধ ওইবা ব্রজপরিকরশিংবু শ্রীকৃষ্ণনা চানবী, মহাক্নমক্কী মপোক কযাদা সাধন তৌরক্তুনা সাধন মপূঙ ফাহম্নবা হায়তুনা বর্ত্তমান কালদা পোক্লরিবা মখোয়তুনা প্রকট-লীলা তৌরকপদা দর্শন ফংহল্লগা মখোয়গী সাধন অদু চাউথৎনক্না তৌবিতুনা অতুগা মখোয়না পামজবা সেবা ফংবদা মাতঙ ওইনবা প্রেম পীবিতুনা মখোয়বু মহৈ যাল-হনবী। বর্ত্তমান সময়দদা ভজন তৌবা হৌগৎলিবা মীতাশিংদা লীলাগী মাধুর্য্য উহল্লগা মখোয়গী ভজন তৌনীঙবতু হেক্কৎহন্দুনা মখোযবু চানবী। অতুগা তুংদা পোক্লগদবা মীশিংনসু শ্রীকৃষ্ণগী পূক্নীঙ হূনঙাই ওইবা লীলাগী ৱারী শ্রবণ তৌরগা ভজন তৌনীঙহন্নবগীদমক শ্রীকৃষ্ণনা লীলা শান্নতুনা মখোয়তুবুসু মহৈ যালহল্লী। হৌজিক হংবা য়াই—শ্রীকৃষ্ণলীলাগী ৱারী হেক তাবগা মীচম্নশিংনা ভজন তৌনীঙগদৌরিবা করিগীনো? পাউখুম—**তাদৃশীঃ ক্রীডাঃ**—মহাক্না অসিগুম্বা লীলা তৌই, মহ হেক তাবদা পূম্ন মক্কী থম্মোইবু চিংশিল্লী। মণি-মন্ত্র-মহোষধিগী রাখম্ন। লাম্বা-ওমদবা শক্তি লৈবগুম্ন। শ্রীকৃষ্ণ-লীলাগীসু শক্তি অম। লৈ, শক্তিদনা লীলাগী ৱারী তার-শিংগী চিত্তবু ভজন পামহল্লী। শ্রীকৃষ্ণনা শান্নবা লীলাশিংসে তৌফম থোক'য হায়বগীদমক্তা তৌববা? মতু ওইরবদি লীলাশিংসিদা শ্রীকৃষ্ণগী প্রীতি (নুংশিবা) যাওদবা যাইনা? মতুগী পাউথুম ওইনা হাযরি—**ভজতে**—অয়োবী প্রীতিগা লোযননা লীলা পূম্বসি শান্নবিবনী, মসিদা শ্রীকৃষ্ণ মছামকসু মাপান্নাইদনা নুংঙাই। লীলা-কথা পূম্বসি শ্রবণ তৌবগী ফলদি—**মানুষং দেহমাশ্রিতঃ**—মীওইবগী দেহ লৌরিবা জীবতনা ভগবান্দা মায ওন্সনগনী। মফমসিদা **মনুষ্যদেহধারী** (মীওইবগী হকচাঙ লৌ-রিবা) হাযবা শব্দসিনা তাক্লিবদি অসিনী—জীব পূম্নমক্কী মনূঙদা ভগবান-গী লীলা তুংইন্‌বগী মওংদা ভজন তৌবগী মরু ওইবা—অধিকাবদি মীওইবা হায়বা অসিমতগী লৈ অমসুং লীলাতু নৈনবদা জীব পূম্বগী মরক্তা মীওইব তনা য়াম্না হেন্না নুংঙাইজে, মসিগী মরমদি অসিনী, শ্রীকৃষ্ণনা মী-ওইনা লীলা শান্নবনীনা মাগী লীলাগী ভাব অযাম্বা মীওইবগী ওইবা ঙাক্লী, মরমতুনা লীলা নৈনবদা অতোপ্পা জীবদগী হেন্না মীওইবনা নুংঙাই অমসুং লীলা নৈনকরগা তৌগদবা ভজন-তুসু মীওইবনা পামশন্‌বা হেল্লী। মসি-মসু তাক্লি মতুদি—মীবু ওইরবদি অমতু অমসু লীলা নৈনক্লরগা মতুগী

তুংইনবা ভজন তৌবা য়াই, মী মরক্তা ভজন তৌবগী অধিকার লৈ-লৈতে হায়বগী রা লৈতে। **তৎ-পরো ভবেৎ**—ভগবৎপরায়ণ ( ভগবান দা মায়ওক্তনবা ) নত্রগা লীলা-কথাপরায়ণ ( ভগবানগী লীলা-কথাদা মায়ওক্তনবা ) ওইগনী। ভূ-ধাতুগী বিধিলিঙদা ভবেৎ ক্রিয়া ওইরিবনী, বিধি (তৌফম থোকয়ি হায়বগী) অর্থদা লীলা কথা নাকোঙনা তারগা ভগবৎ-পরায়ণ নত্রগা লীলা-কথা-পরায়ণ ওইগদবনী, মসি তৌদবা যাদবনী হায়বদি বিধিনী, তৌত্রবদি বিধি ইন্দবগী অকায়বা লাক্কনী হায়বসি তাক্লিবনী। **তৎপর**—মফমসিদা তৎ ( মতু ) শব্দগী অর্থ ভগবান্সু ওইবা য়াই নত্রগা ক্রীড়া ( লীলা ) সু ওইবা যাই। তৎ শব্দনা ভগবানবু খণ্ডহল্লবাদ তৎপরগী অর্থদি ভগবৎ-পরায়ণ, ভগবান্তনা মাগী পর ( অথোইবা ) অয়ন ( গতি-আশ্রয় লম্বা ) ওইবিবা মহাক—ওইগনী, ভগবান নত্তনা অতোপ্পা অমা নীঙদনী। অতুগা তৎ-শব্দনা লীলাবু খণ্ডহল্লবদি তৎপরগী অর্থ লীলা-পরায়ণ ওইগনী, লীলা-পরায়ণ হায়বদি ভগবানগী লীলাতনা মাগী পর ( অথোইবা ) অয়ন ( গতি নত্রগা আশ্রয় ) ওইরিবা মহাক হায়বনী, অতৈ পুম্নমক থাদোক্তুনা ভগবানগী লীলাতদবু আশ্রয় তৌরিবা মহাক, লীলা শ্রবণ, কীর্ত্তন ( শক শোনবা ) অমদি স্মরণ ( নীঙশীঙবা ) তৌরিবা মহাক—অতুগা অতোপ্পা বিষয় অমতস্তু মপূক্লীঙদা থন্দবা মহাক অস্থ লীলা-পরায়ণ ওইরবনী।

তৎপরগী অর্থসি লীলানুষ্ঠান ( লীলা তৌবা ) তৌবদা নুংঙাইবা হায়বা নত্তে, মরমদি জীবনা লীলা অনুষ্ঠান তৌবদা লুপকদবা নত্তে, মরমদি জীবদি ভগবান নত্তে। ভগবান্না লীলা তৌবদি মাগী স্বরূপ-শক্তিগা লোয়ননা তৌবনী, ভগবানগী স্বরূপ শক্তিগা লোয়ননা প্রাকৃত জীবগা ক্রীড়া ( শান্নবা ) তৌবদি ওইথোকপা ঃবক নত্তে প্রাকৃত ওইবা মীৎনা স্বরূপ শক্তিবু দর্শন তৌবদি ওইথোক্তনী। তৎপর-শব্দগী অর্থ 'ভগবল্লীলাগী অনুকরণ তৌবদা ( মতৌ তম্বদা ) রত ( নুংঙাইদুনা লুপ্পা ) ওইবা হায়নস্থ লৌবা য়াদে, মরমদি ভগবল্লীলাগী মতৌ জীবনা তম্বা তৌহৈদে হায়রি ( নিষিদ্ধনী )। শ্রীকৃষ্ণগী রাসনচিংবা লীলাগী মরমদা শ্রীশুকদেবনা হায়রি—"নৈনৎ সমাচরেজ্জাতু মনসাপি হ্যনীশ্বরঃ। বিনশ্যত্যাচরন্মৌঢ্যাদ্ যথাহরুদ্রোহব্ধিজং বিষম্॥ শ্রীভ'-১০/৩৩/৩০॥—ঈশ্বর হায়বদি শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা কনাগুম্বা অমনা ( রাহৈনা নত্রগা থবক তৌবগী রাজি লাপ্পা থমগ্রদুনা) পূক্লীঙনা কাওবা পুম্নমক্কিনী (রাসনচিংব নত্রগা লীলা মতৌ তম্বা।)

শাজং মচেং অমা কাওবা চংপা য়াদে। কবিগুম্বা খঙদত্বনা চংলুরবদি রুদ্র (শিব মহাদেব) নত্তবা কনাগুম্বা অমনা সমুদ্রদগী থোরকপা হূ থক্লগা মাঙবগুম মাঙজগনী।" পরকীয়া-রতিগী রা নৈনবদা শ্রীউজ্জ্বল নীলমণি-গ্রন্থদস্তু হায়রি—"বর্তিতব্যং শমিচ্ছদভির্ভক্তবন্নতু কৃষ্ণবৎ। ইত্যেবং ভক্তি-শাস্ত্রাণাং তাৎপর্য্যস্য বিনির্ণয়ঃ॥ কৃষ্ণবল্লভা-প্রকরণ। ১২॥ - মঙ্গল-পাম্বা মীশিংনা ভক্তগী মতৌগুম চংকদবনী (হাযবদি ভক্তগী আচরণত্বগী মতৌ তমগদবনী), কদৌঙৈদস্তু শ্রীকৃষ্ণগীগুম্বা আচরণ (শ্রীকৃষ্ণগী আচরণবু মতৌ তম্বা হায়বত্থু) তৌরোইদৌবনী, মতৌ অস্সুম্না ভক্তি শাস্ত্র পূম্নমক্না লেপ্লিব-নী।" শ্লোকসিগী টীকাদা শ্রীজীবগোস্বামীচরন্না ইরম্মী—"শৃঙ্গার রসগী রাদি লাপ্না থমগ্রত্থনা, অতোপ্পা রসদস্তু শ্রীকৃষ্ণগী ভাব-কী মতৌ তম্ফদে।" কৃষ্ণদোনা শাজং চংপা থিংলগা ভক্তদোনা চংকদবনী হায়খরে। ভক্তগী আচরণ মতৌ তম্ভুস্ত বৈষ্ণবাচার্য্যশিংনা বিচাব তৌনা তমগদবনী হাযনা তাকপীরম্মী। সিদ্ধ ভক্তগী আচরণ খূদিংমক্কী মতৌস্তু তম্বা যাদে, মবমদি লীলাদা আবিষ্ট (চঙখ্রবা) ফীভমদা প্রেম-বৈবশ্য ওইবদগী অযাম্বা মতমদা মখোযগী আচরণ অত্থ শ্রীকৃষ্ণগী আচরণগা মান্নবগুম তৌযি, রাসস্থলীদগী শ্রীকৃষ্ণনা অন্তর্ধান (উহন্দবা) তৌখ্রবদা গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী আচরণত্থগী মতৌ তম্মী হাযনৈ। অত্থগা সাধক ভক্তগী আচরণ খূদিংমকস্তু মতৌ তম্বা যাদে, মরমদি "অপিচেৎ স্তুদুরাচাবো ভজতে মামনন্যভাক্। সাধুরেব স মন্তব্যঃ সম্যগ ব্যবসিতো হি স॥" গীতাগী (৯/৩০/) শ্লোকসিগী মনূঙগী অর্থনা খঙহন্‌বদি—সাধব-ভক্তশিংগী মবক্তস্তু লমচৎ-ফত্তবা—হায়বদি মীরল্-হূবা, অতোপ্পগী নুপী ওাঙনবা মীতানচিংবা—য়াওরি, মখোযগী তুক্কচরবা আচরণশিংগী মতৌ তম্হৈদে—হায়বসিনী। অস্সুম্না বিচার তৌরগা বৈষ্ণবাচার্য্যশিংনা লেপ্লম্বা সিদ্ধান্তদি অসিনী—ভক্তিশাস্ত্রগী বিধি (তৌ হাযবা রা) পূম্নমক ওাকপা ভক্তশিংগী আচবণত্থমক মতৌ তমগদবা ওইয়ে, অতৈ আচরণদি মতৌ তম্ফদে।

'' নত্রগী, অনীশুবা অর্থগী মতূঙ ইম্না খন্নগদবা বাকন অমনা অসিনী, মত্থদি—মীওইবগী হকচাঙত্থমক্কী শ্রীকৃষ্ণ স্বরূপতি, "যত্রাবতীর্ণং কৃষ্ণাখ্যং পরংব্রহ্ম নরাকৃতি। বিষ্ণুপুরাণ ,৪/১১/২॥" নৈনবিবা শ্লোকসিদা যাওরিবা মানুষং দেহং হাযবসিনা শ্রীকৃষ্ণগী স্বয়ং রূপতি নরাকৃতিনী (মীওইবগী মওংনী) হাযবত্থু তাক্লিবনী। আশ্রিতঃ—ফোংলিবা (প্রকটিত)। মানুষং দেহং-আশ্রিতঃ—মীওইবগী মওং ওইবা মহামক্কী রূপ (ছক)

অত্তুবু ফোঙত্নুনা ( প্রকটিত ওইহন্দুনা হায়বনী )। মীওইবগী মওং ওইবা মচ্ছামক্কী রূপ অত্তুদা ফোঙত্নুনা অবতার তৌরগা মহাক্না য়াম্না শুক্রবা লীলা শাক্লবসা পূর্বক্তুগী রারী শ্রবণ তৌরগা মীওইবশিংনা ভগবৎপরায়ণ নত্রগা লীলা-কথা-পরায়ণ ওইবা ঙম্মজে। মানুষং দেহং আশ্রিতঃ বাক্যসিগী অর্থ —"মীওইবগী দেহদা চঙত্নুনা" হায়না হন্বা য়াদে অর্থ অসিগুম্না হল্লবদি সিদ্ধান্তদা কায়বা য়াম্না লাক্কনী। অহানবদা, শ্রীকৃষ্ণনা মীওইবগী দেহ লৌত্নুনা লীলা শাক্ল হাযরগদি মীওইবগী মওংতু শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ নত্তে হায়না খণ্ডনবা ত্তারে। অনীশুবদা মী ভক্ত কনাগুম্বগী দেহদা ভগবান্না আবেশ।চঙবা। তৌরগা মহাকপু আবেশ-অবতার কৌযি , আবেশাবতারদি জীবনী , মাগা লোয়নন্না শ্রীকৃষ্ণগী নিত্য-পরিকরশিংগা করিগুম্বা লীলা অমত্তা তৌবা যাদে। অহুমশুবদা মীওইববু ওইববদি মহাক শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপনী হায়না খল্লবস্তু হেন্না লূপ্পা দোষ ওইগনী। শ্রাস্ত্রদা হায়রিবা কৃষ্ণ রূপকা খোঙ-খূৎনচিংবগী মশীঙ নত্তনা মীওইবগী দেহগা করিমত্তা মান্নদে, গুণ য়েংলগসু মান্নদে। অত্তুদগীসু হেন্দোক্লত্নুনা জীবদি অনিত্যনী, পোকপা-শিব-নাইবনী, মায়াগী মথা পোনবনী , শ্রীকৃষ্ণদি নিত্যনী, অজ (পোকপা-নাইদবনী), মাযাগীসু মপূনী, মরমত্নুনা মীনীদবু হায়রিবা মাগী দেহবু কৃষ্ণগী স্বরূপ-নী হাযবদি নাত্তে চাদ্রে। মতৌসিনা মানুষং দেহং আশ্রিতঃ হায়বা বাক্যসিগী অর্থদি—'মীওইবগী দেহদা চঙত্নুনা' হাযবসি ওইরা য়াদে।

নৈনরিবা শ্লোকসিদা উৎলিবদি—ভক্তশিংদা অত্তুগা জীব পূম্নমক্কী মফমদা চানবীবা উৎননবগীদমক্তা শ্রীকৃষ্ণগী লীলা-প্রকটন তৌবা অত্তুবুনী, মসি শ্রীকৃষ্ণনা চানবীহৈবা অথোইবনী হাযবত্থু উৎপনী। অত্তুগা অমমূক্ত উৎলিবনা—শ্রীকৃষ্ণগী প্রকট লীলাগী রারী শ্রবণ তোবগা মীশিংনা ভগবৎ-পরায়ণ নত্রগা লীলা নৈনবদা লূপ কনী হায়বসিনী , মতৌ অম্মূম্না প্রকট লীলানা রাগমার্গগী ভক্তি শন্দোকপনী। ১৫ শুবা পযারদা শ্রীকৃষ্ণগী প্রকট লীলাগী হেতুদি—"**রাগমার্গ-ভক্তি লোকে করিতে প্রচারণ।**" হায়রবসিবু নৈনরিবা শ্লোকসিনা প্রমাণ তৌরবনী।

## মূল ৩৫

**ভবেৎ ক্রিয়া বিধিলিঙ্ সেই ইহা কয়।**

**কর্ত্তব্য অবশ্য-এই, অন্যথা প্রত্যবায় ॥ ৩৫ ॥**

## শব্দার্থ

ভবেৎ—ভবেৎ, ক্রিয়া—ক্রিয়া, বিধিলিঙ—বিধিলিঙ, সেই—মতু, ইহা—মসি, কয—হায, কর্ত্তব্য—তৌফম থোকপনী, অবশ্য—লেপ্পমক এই—মসি, অন্যথা—নত্রগদি, প্রত্যবায়—অকাযবা, অমঙ্গল পাপ ( ওই )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মফমসিদা ভবেৎ ক্রিয়া বিধিলিঙদা শীজন্নরিবসিন। তাক্লিবদি মসি লেপ্পমক তৌগদবনী হাযনা তাকপনী। তাক্লিবসি ইন্দ্রগা অমঙ্গল ওইগনী।

## নৈনরোল

**ভবেৎক্রিয়া**—শ্রোক্তা যাওরিবা **ভৎপবোভবেৎ** বাক্যদা যাওরিবা **ভবেৎ** শব্দসি ক্রিযাপদনী। **বিধিলিঙ**—মসি ব্যাকরণ-গী পারিভাষিক শব্দ অমনী, করিগুম্বা ক্রিযাপদ অমা বিধি-অর্থদা শীজন্নবরদি ক্রিযাবাচক ধাতুত্তুগী তুংদা বিধিলিঙগী প্রত্যয তপ্পী। বিধিলিঙদা, প্রথম পুরুষগী একবচনদা ভূ-ধাতুগী রূপ ( ছক ) **ভবেৎ** ওই—মসিগী অর্থদি —'ওইবা চুম্মি, ওইবতুমক্কা বিধিনী (তৌহৈবনী)'। **সেই**—মতুনা হাযবদি বিধিলিঙনা। **ইহা কর**—মসি তৌ হায। করি হায় ? **কর্ত্তব্য অবশ্য এই** (মসি লেপ্পমক তৌগদবনী) হায়বসি হায। তৎপর ( হাযবদি ভগবৎ-পরায়ণ নত্রগা লীলা-কথা-পরায়ণ ) ওইবতু তৌফম থোকপনী, হাযবদি মসি বিধিনী। ঙাকফম থোকপা অতুবু ঙাকপা অতুগা মতুবু ঙাক্রগনা পাপ চঙবা অতুবু বিধি কৌয়ি। **অন্যথা**—তৌদ্রগদি হায়বদি ভগবৎপরয়াণ নত্রগা লীলা-কথা-পরাযণ ওইদ্রগদি **প্রত্যবায়** ( পাপ ) ওইগনী।

## মূল ৩৬

এই বাঞ্ছা যৈছে কৃষ্ণ-প্রাকট্য-কারণ।

অসুরসংহার আনুষঙ্গ প্রয়োজন ॥ ৩৬ ॥

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অপাম্বশিং অসিনা শ্রীকৃষ্ণনা প্রকট ওইবগী মরু ওইবা মরম ওইবগুম্না হিংচাবা হাৎপনা মরুওইদবা, অদূক লোম্নননা তৌবগী মরম ওইবদনী।

## মৈপনরোল

এই বাক্য—অপাম্বাশিং অসিনা। মমাঙগী পুয়ারশিংদা হায়খিবা রসনির্য্যাস আস্বাদনগী অদুগা রাগমার্গভক্তি-প্রচারগী বাহ্যা ( অপাম্বা ) অদুবু হায়রিবনী।

## মূল ৩৭

এই মত চৈতন্যকৃষ্ণ পূর্ণ ভগবান।
যুগধর্ম্ম প্রবর্ত্তন নহে তাঁর কাম ॥ ৩৭ ॥

## শব্দার্থ

এই মত—মতৌ অসূম্না; চৈতন্যকৃষ্ণ—শ্রীচৈতন্যগী মছক ওইবা শ্রীকৃষ্ণ, শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য, পূর্ণ—মপুঙফাবা, ভগবান—ভগবান্, যুগ-ধর্ম্ম—যুগ অমগী ধর্ম্ম, প্রবর্ত্তন—হৌদোকপা, শন্দোকপা, নহে—নত্তে, তাঁর—মহাক্কী, কাম—থবক, অপাম্বা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসূম্না পূর্ণ ভগবান শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগীসুনী, যুগগী চৎকদবা ধর্ম্ম হৌদোকপা-শন্দোকপা মহাক্কী থবক নত্তে।

## মৈপনরোল

হিংচাবা হাৎপনচিংবা পূর্ণ ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী থবক নত্তবগুম্না যুগ-ধর্ম্মনী হায়বা নাম-কীর্ত্তন হৌদোকপসু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী থবক নত্তে, মরম দি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যসু পূর্ণ ভগবান্নী, করিনা মহাক্তি স্বয়ং-শ্রীকৃষ্ণনী। যুগধর্ম্ম হৌদোকপগীদমক্তি স্বয়ং ভগবান্না অবতার তৌরকপগী দবকার লৈতে, মাগী অংশ ওইবা যুগাবতারনা থবক অসি পাঙথোকপা ঙম্মী।

## মূল ৩৮

কোন কারণে যবে হৈল অবতারে মন।
যুগধর্ম্মকাল হৈল সে-কালে মিলন ॥ ৩৮ ॥

## শব্দার্থ

কোন কারণে—করিগুম্বা মরম অমগী, যবে—মতমমদা, হৈল—

ওইবে , অবতারে—অবতার তৌবগী , মন—পূর্ণ ও , যুগধর্ম্মকাল—যুগ ধর্ম্মগী মতম , হৈল—ওইরে সে কালে—মতম অদুদা , মিলন—তিন্নবা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

ক'বিগুন্না মরম অমগীদমক ( ভগবান্না ) অবতার তৌনীগুলকপা মতমদুগা যুগধর্ম্মগী মতমগা ফাংনবন্নে ।

## নৈনরোল

যুগগী ধর্ম্ম ওইবা নামসঙ্কীর্ত্তন হোদোকপদি পূর্ণ ভগবান শ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্যগী থবক নত্তে হায়রগা মহাক্না নাম—প্রচাব তৌবন্নিবদি করিগীনো ? ব্রাহৎসিগী পাউথুমদি অসিনা - শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুনা অবতার তৌবগী মতম অদুগা যুগধর্ম্ম শন্দোকপগী মতমগা ফা নরমখি মবমদুনা যুগধর্ম্ম শন্দোক্লবগীদমক শ্রীবিষ্ণুনা অবতাব তৌবগী মতমস্য ওইবন্নে , বিষ্ণুনা তোঙান্না অবতাব তৌদদুনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী মছানুংদা যাওদুনা অবতাব তৌখি অমসুং মহাক্কী মনুংদা লেদুনা যুগধর্ম্ম প্রচার তৌখি। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী বিগ্রহগী ( হকচাংগী ) মতেঙনা থবক অসি পাংথোকয়ি হায়দুনা মসিবু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী থবক্কী হায়দুনা থম্মবত্তনী ।

## মূল ৩৯

দুই হেতু অবতরি' লঞা ভক্তগণ ।
আপনে আস্বাদে প্রেম নামসঙ্কীর্ত্তন ॥ ৩৯ ॥

## শব্দার্থ

দুই হেতু - ( মুখ্য ওইবা ) মবম অনীগীদমক , অবতরি—অবতার তৌদুনা , লঞা—পুবগা , ভক্তগণ—ভক্তশিংবু , আপনে—মছামক্না , আস্বাদে—চূপ্পী, মহাও তংডী , প্রেম—ভগবানবু নুংশিবা , নামসঙ্কীর্ত্তন —ভগবানগী নাম শোনবা ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

( মরু-ওইবা ) মরম অনীগীদমক ভক্তশিংগা লোয়নগা অবতার তৌদুনা মছামক্না প্রেম অমসুং নাম-সঙ্কীর্ত্তন আস্বাদন তৌয়ি ।

## মৈনবোল

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুনা অবতার তৌবগী মুখ্য কারণ অনীদি প্রেম-আস্বাদন অদুগা নামসঙ্কীর্ত্তন আস্বাদন তৌবগী ইচ্ছা অনীসিনী।

প্রেম-আস্বাদন মৎ অনা থোক্না তৌবা য়াই, মদুদি প্রেমগী বিষয ওইনা অমা অদুগা আশ্রয ওইনা অমা। ব্রজলীলাদা প্রেমগী বিষয ওইনা প্রেম-আস্বাদন তৌযি অদুগা নবদ্বীপ-লীলাদনা ভক্তগী ভাব লৌবগা প্রেমগী আশ্রয ওইনা প্রেম আস্বাদন তৌয়ি। প্রেম-আস্বাদন তৌবতা নত্তুনা নামসঙ্কীর্ত্তনস্তু আস্বাদন তৌযি।

## মূল ৪০

সেই দ্বারে আচণ্ডালে কীর্ত্তন সঞ্চারে।
নাম-প্রেমমালা গাঁথি পরাইল সংসারে ॥ ৪০ ॥

## শব্দার্থ

সেই দ্বারে—মদুনা, আচণ্ডালে—আ চণ্ডাল হরিজন ফাওবদা, কার্ত্তন—নামশোন্‌বা, সঞ্চারে—শন্দোকয়ি, নামপ্রেমমালা—নাম অমসুং প্রেমগী পরেং, প্রেমনা লৎ ওইরগা লেংবা নাম পরেং, পরাইল—শিবিখি, সংসারে—সংসারদা, সংসারদা লৈবা জীবশিংগী ওক্তা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মদুনা মরম ওইদুনা আ চণ্ডালশিংগী মরক্তা ফাওবা নাম-কীর্ত্তন শন্দোক্লম্মী। নাম অমসুং প্রেমগী মালা লেংলগা সংসাব-মাযাদা তাউরবা জীবশিংগী মওক্তা চুকপিরম্মী।

## মৈনবোল

কলিযুগ খুদিংদা যুগাবতারনস্তু নাম প্রচার তৌয়িদি হায়ববু প্রেম প্রচারদি তৌবা ঙমদে, শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদি প্রেমস্তু দান তৌখি অমসুং প্রেমদুগা লোয়ননা নামসঙ্কীর্ত্তনস্তু প্রচার তৌয়ি, মাগী থবক্তা যুগাবতারগী থবক্লগী থোইদোকপা ওইব্রিবদি অসিনী, অদুগা মহাক যুগাবতার নত্তে হায়বদু মাগী প্রেম-প্রচাব হায়বা থবক সিনা থঙহল্লী।

## মূল ৪১

এই মত ভক্তভাব করি অঙ্গীকার।
আপনি আচরি ভক্তি করিল প্রচার ॥ ৪১ ॥

### শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসুমা, ভক্তভাব—ভক্তগী পূকাচল, করি অঙ্গীকার —লোয়ছুনা, আপনি—মছামক্না, আচরি—চৎতুনা, ভক্তি—ভক্তি, করিল—তৌখি, প্রচার—শন্দোকপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না ভক্তগী ভাব লৌবগা মছামক্না ভক্তিগী থবক্তু তৌদুনা চৎলগা শন্দোক্লম্মী।

### নৈনব্রোল

ভক্তগী প্রেমরস মচিগী আস্বাদন অমসুং ভক্তনা তৌবা নাম-সঙ্কীর্ত্তনগী আস্বাদনদুদি শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজলীলাদা তৌখ্রবনী, নবদ্বীপ লীলাদা নাম-প্রেম আস্বাদন তৌবগী থোইদোকপা মতৌদি করিনীনা হায়বা ব্রাহং অমা থোরকয়ি। মতুগী পাউথুম ওইনা হায় র—ব্রজলীলাদা শ্রীকৃষ্ণনা প্রেম-নামসঙ্কীর্ত্তন আস্বাদম তৌবদি প্রেমগী অমসুং নামকীর্ত্তনগী বিষয ওইনা তৌবনী, আশ্রয (তৃপ্তফম) ওইনা প্রেম অমসুং নামসঙ্কীর্ত্তন আস্বাদন—হায়বদি শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিদুনা অমসু শ্রীকৃষ্ণগী নাম কীর্ত্তন তৌবগা ফংবা আনন্দদি—ব্রজলীলাদা শ্রীকৃষ্ণনা আস্বাদন তৌবা ফংদে, আস্বাদন মতা সিদি ভক্তদনা ফংগদবা পোৎনী, মরমদি ভক্তনা প্রেমগী আশ্রয়নী অমসু নাম-কীর্ত্তন তৌবনী। মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণনা ভক্তভাব লৌদুনা (শ্রীচৈতন্য ওইনা) প্রেমগী অমসুং নামসঙ্কীর্ত্তনগী আশ্রয ওইবা জাৎনা ফংবা আনন্দদু চুপ্পম্বনী। মহাক্না ভক্তগী ভাব লৌদুনা ভক্তি-অঙ্গগী তৌফম থোকপা থবকশিংদু মছামক্না চৎলগা ভক্তগী লীচৎকী খুদম উৎলম্মী।

## মূল ৪২

দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য, আর শৃঙ্গার।
চারি প্রেম, চতুর্বিধ ভক্তই আধার ॥ ৪২ ॥

### শব্দার্থ

দাস্য—নাইওইবা, সখ্য—মরূপ ওইবা, বাৎসল্য—মচাবু নুংশিবা, আর—অতুগা, শৃঙ্গার—নুপা-নুপী উননীওবা, চারি—মরি, প্রেম—নুংশিবা চতুর্বিধ—মখলমরিগী, ভক্তই—ভক্তনা; আধার—তৃঙফম্নী, আশ্রয়নী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নাই-ওইবা, মরূপ ওইবা, মচাবু নুংশিবা, অতুগা নুপা-নুপী উননীওবা নুংশিবা—ভগবানবু নুংশিবা মখল মরিনী মখোযসিগী পাত্রদি (তৃঙফমদি) মখল মরিগী ভক্তদনী।

### নৈনরোল

"পুংস স্ত্রিযা স্ত্রিযাং পুংস সংযোগং প্রতি যা স্পৃহা। স শৃঙ্গার ইতি খ্যাতো রতিক্রীড়াদিকারণম ॥ ইত্যমরটীকাযাং ভরত ॥"—নুপীগা লোযননা নুপানা অতুগা নুপাগা লোযননা নুপীনা উননীওববু শৃঙ্গার কৌয়ি। দাস্য সখ্য বাৎসল্য অমসুং মধুরনচিংবা ভাব মখল মখলগী ভক্ত মখল মখল লৈ, ভাব ময়ামসিগী মবক্তা খাইদগী থোইবা ভাব-তি কান্তা নত্রগা মধুর ভাব নী, করিনা অতৈ ভাব পুম্নমক কান্তাভাব অসিগী মনুংদা য়াওরে অতুগা শ্রীকৃষ্ণবু খাইদগী হেন্না খুদুম চন্বা ওন্নদি কান্তাভাব-সিনা হেল্লী, কান্তা-ভাব-চৎপা ভক্তনা শ্রীকৃষ্ণবু মপুঙ ফানা সেবা তৌবা ঙংজে। গোপসুন্দরীশিংদি শ্রীকৃষ্ণগী কান্তাভাব-লেবীনী, মখোযগী মরক্তা অমুক শ্রীরাধিকানা হীবম পুম্নমক্তা হেল্লিবীনী, খাইদগী থোইবা রস আস্বাদন তৌফম থোকপনী, খাইদগী থোইবা রস আস্বাদম তৌবা তাববদি খাইদগী থোইবা ভক্তগী ভাব লৌবা তারে। মরমসিনা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাগী ভাব লৌদুনা শ্রীচৈতন্য ওইনা নবদ্বীপতা অবতার তৌবিরগা নামগা প্রেমগা আস্বাদন তৌখি।

পযারসিদা রস মরিদগী রা হাযরি, শান্তরসগী রা পন্দে মরমদি ব্রজদদি শান্তরসগী পরিকর যাওদে। শান্তরসগী ভক্তগী ধামদি বৈকুণ্ঠনী।

### মূল ৪৩

নিজ নিজ ভাব সবে শ্রেষ্ঠ করি মানে।
নিজ ভাবে করে কৃষ্ণসুখ আস্বাদনে ॥ ৪৩ ॥

### শব্দার্থ

নিজ নিজ—মছা মছামক্কী, ভাব—পুকচেল, সবে—লোইনমক্না, শ্রেষ্ঠ—খ্বাইদগী হেন্‌বা, করি—ওইহন্দুনা, মানে- লৌয়ি, নিজ ভাবে—মছাগী ভাব অদুদা, করে—তৌয়ি, কৃষ্ণসুখ—কৃষ্ণগা লোয়ননা নুং-ঙাইবা, আস্বাদনে—মহাও তংবা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্ত মথল খুদিংমক্না মছাগী ভাব-তুনা অতৈ পুম্নদগী হেল্লী হায়না খল্লী। মছাগী ভাবতুদা কৃষ্ণবু সেবা তৌতুনা নুংঙাইহল্লগা ( ভক্ত মছাম্ন ) নুংঙাইবগী মহাও তংঙী।

### মুল ৪৪

তটস্থ হইয়া মনে বিচাব যদি করি।

সব রস হৈতে শৃঙ্গারে অধিক মাধুরী ॥ ৪৪ ॥

### শব্দার্থ

তটস্থ—চীদাই-তাবা, মীচঙ-নাইদবা, হইয়া—ওইতুনা, মনে—পুক্নীংদা, বিচার—খনবা, যদি—বদি, কবি—তৌযি, (যদি করি—তৌরবদি), সব রস হৈতে—রস পুম্নমক্তগী, শৃঙ্গারে—শৃঙ্গার রসদনা ( কান্তা বসদনা ); অধিক—হেন্‌বা মাধুরী—থুম্বা ( লৈ )।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মীচঙ চঙলুবা লৈতনা পুক্নীঙদা বিচার ( করিনা করিনো খন্‌বা ) তৌরগদি রস ( ভাব ) পুম্নমক্তগী শৃঙ্গার বসদা খ্বাইদগী হেনবা মাধুর্য্য ( থুম্বা, কন্জবা, লুবা ) লৈ।

### মুল ৪৫

যথোত্তরমসৌ স্বাদবিশেষোল্লাসময্যপি।

রতির্বাসনয়া স্বাদ্বী ভাসতে কাপি কস্যচিৎ ॥ ৪৫ ॥

### শব্দার্থ

যথা-উত্তরম্—মথঙ মথঙ, স্বাদবিশেষ—থোইদোক্পা মহাওনা,

উল্লাসময়ী—হেঙ্গংলকপা ওইরবা ; অপি—সু , রতি—মুংশিবা (প্রেম) , বাসনয়া—অপাম্বনা , স্বাদী—হাউবা, থুম্বা , ভাসতে—ওই , কা অপি—করিগুম্বা ( রতি ) অমনস্তু , কস্যচিৎ—কনাগুম্বগী ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

( শান্ত, দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য অমসুং মধুর ) রতি অথোইবা মথল মঙাসি মথঙ মথঙ মহাও—হেঙ্গংলকপা ওইববসু অপাম-অপাম্বগী খেন্নবা মতৃঙ ইন্না করিগুম্বা বতি মথল অমনা কনাগুম্বা ভক্ত অমগী মফমদদি থোইদোক্লা থুম্মী ।

## নৈনরোল

শ্লোক অসি শ্রীলরূপ গোস্বামীনা লেবা ভক্তিরসামৃতসিন্ধুদগী লৌথোকপনা (১/৫/৩৮) । মহাও হেনবগী মতৃঙ ইন্না রস মঙাসি শান্তদগী হৌবগা মধুবদা লোই , হায়বদি শান্তরসদগী দাস্যনা থগা হেল্লী , অসুম্না দাস্যদগী সখ্যনা, সখ্যদগী বাৎসল্যনা অদুগা বাৎসল্যদগী মধুবনা থুম্বা হেল্লী , মতৌ অসুম্না মধুবা রতিনা আস্বাদ্য ( হাউনঙাই ) ওইবা পুঙহেল হেল্লী । ( রস পূম্নমক্তা লৈবা মাধুর্য্যদগী শৃঙ্গার রসদা লৈবা মাধুর্য্যনা পুঙহেল হেল্লী হায়বদু শ্লোকসিনা উৎলি । ) অদু ওইরবদি হংনঙাই রা অমা থোরক্লে । মতুদি শৃঙ্গার রসদা মাধুর্য্য লৈরসি রস অতৈদগী হেল্লবদি কবিগীদমক ভক্ত পুম্নমক্না শ্রীকৃষ্ণবু শৃঙ্গার রসনা সেবা তৌদ্রিবা কবিগীনো ? কনা কনাগুম্বা ভক্তনা অতৈ রসবু অহাওবনী অথুংবনী হায়রিবা করিগীনো ? মসিগী পাউখুমদি অসিনি। মতুদি অপাম্বা খেন্নবা মবম্না অদুম্না ওইবনী । তোঙান তোঙানবা ভক্তগী তোঙান্ তোঙানবা অপাম্বা (বাসনা রুচি) লৈ । মরমদুনা থাইদগী হেন্না মাধুর্য্য-চেনবা শৃঙ্গার-রস অদুদবু লোইনমক্না পামদে , রস অতৈ অতৈবু কনা কনাগুম্বনা পাম্নরিবনী ।

## মূল ৪৬

অতএব 'মধুর রস' কহি তার নাম ।
স্বকীয়া-পরকীয়া-ভাবে দ্বিবিধ সংস্থান ॥ ৪৬ ॥

## শব্দার্থ

**অতএব—মরমদুনা , মধুর—মধুর, কান্তা , রস—ভাব , কহি—কৌয়ি ,**

তার—মাগী, নাম—মমিং, স্বকীয়া—স্বকীয়া ( মছামক্কী ), পরকীয়া ( অতোপ্পা অমগী ), ভাবে—ভাব-তা, দ্বিবিধ—অনীথোকপা, সংস্থান—ফীভম।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

মরমথুনা মাগী ( শৃঙ্গার রসগী ) মমিং 'মধুর-রস' কৌয়ি। স্বকীয়া (লুহোংলগা লৌবা নুপী) অমদি পরকীয়া ( অতোপ্পগী নুপী ) হায়না মখল অনীথোক্লে।

## নৈনরোল

**স্বকীয়া**—লুহোংদুনা লৌবা নুপীবু স্বকীয়া পত্নী কৌয়ি। "করগ্রহ-বিধি প্রাপ্তা পত্যুবাদেশতৎপরা:। পতিব্রত্যাদবিচলা স্বকীয়া কথিতা ইহ॥ থৌং পায়রা (লুহোংবা) বিধি মতুঙ ইন্না ফংলকপী অমসুং মপুরোইবগী যাথং-হনবা অমসুং মপুরোইববু নীংঙবা হায়বা ধর্ম্মদগী খুবৈ অমম্ফাওবা লেংঙদবা নুপীশিংবু রসশাস্ত্রদা স্বকীয়া কৌয়ি। উ. নী. কৃষ্ণবল্লভা /৩॥' শ্রীরুক্মিণীনচিংবী দ্বারকাগী লেমশিংদু শ্রীকৃষ্ণগী স্বকীয়া পত্নী ওয়াক্লী। যজ্ঞ-নচিংবা তৌদুনা মহাক্না মখোয়বু বিধি মতুঙ ইন্না লুহোংখি ( প্রকট লীলাদা )।

**পরকীয়া**—"রাগেণৈবার্পিতাত্মানো লোকযুগ্মানপেক্ষিণা। ধর্ম্মেণা-স্বীকৃতা যাস্তু পরকীয়া ভবন্তি তা॥ ইহলোক অমদি পরলোকা মরী লেনবা ধর্ম্মবু ঙাইদবমথৈ পাম্মনবদগী ( আসক্তিদগী ) অতোপ্পা নুপাগী মফমদা মছাবু কথোকপী অদুগা লুহোংবগী বিধি মতুঙ ইন্না পত্নী ওইরে হায়না য়ানদবী নুপীশিংদু পরকীয়ানী। উ° নী. কৃষ্ণবল্লভা /৬॥" ব্রজগী প্রকট লীলাদা শ্রীরাধিকানচিংবী ব্রজদেবীশিংদু শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা পরকীয়া কান্তা ওয়াক্লী, মরমদি, প্রকটলীলাদা মখোয়বু শ্রীকৃষ্ণনা লুহোংবগী বিধি ইন্না লৌখিদে, পাম্বদগী মুংশিবা মরম্না ( অনুরাগ-না মরম ওইনা ) মখোয়গা লোয়ননা তিন্ন-উনখি।

শ্রীকৃষ্ণগী পরকীয়াদি অমুক মখল অনীগী লৈ, মদুদি—কন্যকা অমসুং পরোঢা। লুহোংদ্রিবী, মপামদদা লৈবী গোপকন্যানা শ্রীকৃষ্ণবু মপুরোইবনী হায়না নীংঙবীশিংদুবু কন্যকা-পরকীয়া কৌয়ি। ব্রজগী কাত্যায়নী ব্রত-তৌবী ধনীনচিংবী গোপকন্যাশিংদু কন্যকা-পরকীয়া হায়বী কান্তানী। অদুগা

অতোপ্পা গোপশিংগা লোয়ননা লুহোংলে ( হায়না মী খাইনা খল্লবী ), অতুগা মপুরোইবশিংগদি সঙ্গ তৌদতুনা লৈরগা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা সম্ভোগ তৌনীঙবনা ইথৌলাংলবীশিংদুবু পরোঢ়া কান্তা কৌযি। হায়রুতুনা কান্নদে, পরোঢ়া ব্রজদেবীশিংগী মচা পোক্তে, যোগমাযাগী প্রভাবতগী মথোয লৈশাং-তমদবী ওয়াক্লী। "গোপৈর্ব্যূঢা অপি হরেঃ সদা সম্ভোগ-লালসাঃ। পরোঢা বল্লভাস্তস্য ব্রজনার্য্যোঽপ্রসূতিকাঃ। উ নী. কৃষ্ণ-বল্লভা /২৪ ॥" শ্রীরাধিকানচিংবী গোপ-মৌশিংসি শ্রীকৃষ্ণগী পরকীয়া কান্তা ওয়াক্লী ( প্রকট লীলাদা )।

স্বকীযা-কান্তাশিংনা তৌবা প্রেমগী সেবাদা শ্রীকৃষ্ণনা চৃপ্লিবা রসদুবু স্বকীযা মধুর রস কৌযি, অতুগা পরকীয়া কান্তাশিংনা তৌবা প্রেম সেবাদা শ্রীকৃষ্ণনা চৃপ্লিবা রসদুবু পরকীয়া মধুর-রস কৌযি।

## মুল ৪৭

পরকীয়া-ভাবে অতি রসের উল্লাস।
ব্রজ বিনা ইহার অন্যত্র নাহি বাস ॥ ৪৭ ॥

### শব্দার্থ

পরকীযা-ভাবে—পরকীযা-কান্তাগী প্রেমদা, অতি—হেন্দোক্লায়াবা, রসের—মধুর রসগী, উল্লাস—ঈহৌ-ইবাঙ, ব্রজবিনা—ব্রজ নত্তনা, ইহার—মসিগী, অন্যত্র—মফম অতৈদা, নাহি—নত্তে, বাস—লৈবা, ( ইহার বাস নাহি—মসি লৈতে )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরকীয়া ভাব-তা মধুর-রসগী ঈথক-ইরাঙ যাম্না হেঙ্গৎলী। ব্রজ নত্তনা অতৈ মফমদা ভাব অসি লৈতে।

### লৈনরোল

অসিগুম্না পরকীয়া ভাব-সে প্রকট-ব্রজ-লীলা নত্তনা মফম অতৈ অমদা লৈতে, করি হায়নী বৈকুণ্ঠনচিংবদসু লৈতে অদুগ্না গোলোক-তসু লৈতে।

* *

* মতাঙসিদা যেংশনগদবা ৱাফম অমা লৈ। লৈনরিবসি শ্রীকৃষ্ণগী প্রাকৃত-নত্তবা লীলাগী ৱানী, মরমতুনা পয়াম্লিদা স্বকীয়া ভাব-তগী পরকীয়া

ভাব-না হেল্লী-থোই হায়রিবসি শ্রীকৃষ্ণগী প্রাকৃত-নত্তবা লীলাগী মতাঙ-দনী, প্রাকৃত নায়ক নায়িকাগী মিলনগী মরমদা নত্তে। প্রাকৃত-নায়ক-নায়িকাগী মরমদি স্বকীয়া-ভাবতগী পরকীয়া-ভাবনা হেল্লী হায়বা য়াদে, মাঙনবগীদমক্তুম ওই হায়বা খ্বাই-পূম্বনা খঙনরিবনী। মরমদি, পরকীয়া প্রাকৃত-নায়িকাগা প্রাকৃত নায়ক-কা অনীগী মিলন্দা হৌজিক হৌজিক্কী মুংঙাইনরবস্তু, মতুঙ-তারকপদ'দ করি ওইবগে হায়ববু—হন্দক্কী মপোক্তা থীনা ঙাওনবা, অনায়েক তৌবা পূক্নীঙদা কবিন্নুংগী তৌকরিবা হায়না নুংনাঙবা থোবকযি করি হায়নী অপমৃত্যু ফাওবা ওইবা যাই, অত্তুগা পরকালদনা অবাবা নংবা।

নৈনরিবা পয়ারসিদা পরকীয়া ভাব অসিবু রস কৌয়ি হায়রি, অত্তুবু অলঙ্কার-শাস্ত্রগী মতুঙ ইন্নদি প্রাকৃত পরকীয়া ভাবসিবু রস মবক্তা চন্দে। শৃঙ্গার রসদা প্রাকৃত উপপতি-ভাবসে থোইদোক্কা মীনা থীনা ঙাওনৈ। অত্তুনা পযারসিদা হাযরিবা পরকীয়াভাবসে প্রাকৃত উপপতি ভাব নত্তে। রস-শাস্ত্রনা নিন্দা তৌরিবা উপপতি-ভাব-তি প্রাকৃত-নায়কনা ওইবা ভাব অত্তুনী, রস-নির্য্যাস-আস্বাদনগীদমক অবতার তৌরকপা শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা হাযবা নত্তে। মসিগী মরমদি বাস্তব (টাইবংদা থোকপা) উপপতি-ভাবতি দোষগী মচকী, তৌইগুম্বস্তু, ব্রজ লীলাদদি উপপতি-ভাবসি বাস্তব নত্তে, ব্রজদদি স্বকীযাদা পরকীয়াভাব চংপদনী, ব্রজসুন্দরীশিংদি শ্রীকৃষ্ণগী নিত্যগী ওইবা স্বকান্তানী, স্বরূপ অশেঙবা হাযরগদি স্বকীয়া কান্তা ওইবা মরম্না অহানবদা মথোয়গা শ্রীকৃষ্ণগা মিলন ওইরগা রস পোক্লকপনী, তুংদা পরকীযা ভাব-কী প্রভাব লাক্লবদা রসতুগী মুংঙাই-ঈরাঙ হেঙ্গংলকপগী য়ানী। প্রকট ব্রজ-লীলা নত্তনা অতোপ্পা মফম কদাযদস্তু অসিগুম্বা স্বকীয়া-কান্তানা পরকীয়া ভাব চংপদি উবা ফংদে, মরমদি, অতোপ্পা করিগুম্বা মফমদস্তু স্বকীযাদা পরকীযা-ভাব লৈতে, ঐখোযগী মীওইবা-সমাজদস্তু মত্তু লৈতে।

## মূল ৪৮

ব্রজবধূগণের এই ভাব নিরবধি।
তার মধ্যে শ্রীরাধায় ভাবের অবধি ॥ ৪৮ ॥

### শব্দার্থ

ব্রজবধূগণের—ব্রজ-মৌশিংগী, এইভাব—(মধুর) ভাব অসি,

নিরবধি—ওমথৈ-নাক-যোৱনা তাব—মাখোযগী, মধ্যে—মরক্তা, শ্রীরাধায—শ্রীরাধাদা, ভাব- মধুর ভাব (অসি), অবধি—ওমথৈনী।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

(মধুর ) ভাব অসি ব্রজগোপিশিংগীদি ওমথৈ-নাক যোৱবা হায়বতুনী। মখোযগী মরক্তা শ্রীরাধাগীদি ভাবসিগী ওমথৈ-থম-থেংবা হায়বতুনী।

**মৈনরোল**

মাদন-কৌবা মহাভাব অদুনা প্রেমগী অরোযবা ওমথৈনি। শ্রীরাধিকাগী প্রেমদি মাদন-কৌবা মহাভাবকী অরোযবা মতাংগুমু ফাওবনী, অদুগা অতৈ গোপীশিংগী প্রেমদি মাদন কৌবা মহাভাবকী ওমথৈ যোরমদাই মতাংগুমু ফাওবনী। হায়বদি গোপী অতৈগীদি মাদন কৌবা মহাভাব লৈতে, প্রেমগী মতাং লত্তা মাদন-নত্তবা মতাং পুম্বাদ মখোযগী লৈ।

**মূল ৪৯**

প্রৌঢ় নির্ম্মল ভাব প্রেম সর্ব্বোত্তম।

কৃষ্ণের মাধুরী আস্বাদনের কারণ॥ ৪৯॥

**শব্দার্থ**

প্রৌঢ় মমুন্-ফারবা, নির্ম্মল—মক্তবা, ভাব—রতি, কৃষ্ণগী ইন্দ্রিয় পেলহন্নীঙবা, প্রেম— নুংশিবা, সর্ব্বোত্তম—পুংথোই-থোইবা, কৃষ্ণের—কৃষ্ণগী, মাধুরী—থুম্বা, ফজবা (মাধুর্য্য), আস্বাদনের—মহাও তংনবগী, কারণ—মরম, পাম্বে।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

(শ্রীরাধাগী) মমুন-ফারবা মক্তবা ভাব (কৃষ্ণগী ইন্দ্রিয পেলহন্নীঙবা) অদুদি খ্বাই পুম্নমক্কী হেনবা প্রেম্নী। প্রেমদুনা কৃষ্ণগী মাধুর্য্য করিনো হায়বগী মহাও তংননবগী পাম্বেনী।

**মৈনরোল**

প্রৌঢ়-প্রেম—মমুন ফারবা প্রেম। কায়ননবগী মরম লৈনা লৈনা পাথও-লৈশাবী অনীগী কায়বা-লৈত্রবা নুংশি-লৈপুন্দুবু (ভাব-বন্ধন-বু) প্রেম কৌয়ি। ভাব-বন্ধনসি ওইরকপগী মকদি মহৈ মহৈ পেল্হন্নীঙবা

অদুনী , শ্রীকৃষ্ণবু হুংঙাইহন্নবগী শ্রীরাধিকানচিংবগী ইচ্ছা অদুগা শ্রীরাধা নচিংবীবু নুংঙাইহন্নবগী শ্রীকৃষ্ণগী ইচ্ছা অদুনা মখোয়গী ভাব বন্ধন ওইনন্নবগী মরম্নী, মরম অদুবু প্রেম কৌয়ি ব্রজরমণীশিংগী। প্রেমদু অসুম অসুম হেন্গৎলকপদুনা যৌরকপা মতাঙ অমদদি কায়নরকপা মতমদা থাঙবা ওয়দে . অসিগুম্বা প্রেমগী মতাংডুবু প্রৌঢ়প্রেম কৌয়ি। "প্রৌঢ়ঃ প্রেমা স যত্র স্যাদ্বিশ্লেষস্যাসহিষ্ণুতা। উঃ নী স্থা, ৫২ ॥"

**কৃষ্ণের মাধুরী** -প্রেম-তনা শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্য চূপ্নবগী অমতা ঙাযবা উপায়নী , মী মীওগা প্রেম মতাগা মতুঙ ইন্না মা মীদুনা শ্রীকৃষ্ণ-মাধুর্য্য চূপ্পা ঙমজে। "আমার মাধুর্য্য নিত্য নব নব হয়। স্ব স্ব-প্রেম-অনুরূপ ভক্ত আস্বাদয় ॥ ১/৪/১৪৩— শ্রীকৃষ্ণগী উক্তি। ঐগী মাধুর্য্যদি মতমপুম্বদা নৌদুনদা লৈ। মছা মছাগী লৈজবা প্রেমদুগী মতুঙ ইন্না ভক্তনা ( শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্য ) চূপ চৈ।" মরমসিন, মপুঙফাবদা পুঙহেল হেল্লবা প্রেম লৈজবা মহাক্তুদনা শ্রীকৃষ্ণগা মাধুর্য্যবু পুঙহেন-হেনবা মওংদা চূপ্পী। মপুঙ ফাবদা পুঙহেন-হেনবা প্রেমদাসিদি ( ভাবের অবধি অসিদি ) শ্রীমতী রাধিকাদদা ওই , মরমদুনা শ্রীরাধাগী প্রেমতনা, শ্রীকৃষ্ণ-মাধুর্য্যবু পুঙহেন-হেনবা মওংদা চূপ্নবগী পাঙ্গনী।

## মূল ৫০

অতএব সেই ভাব অঙ্গীকার করি।
সাধিলেন নিজবাঞ্ছা গৌরাঙ্গ শ্রীহরি ॥ ৫০ ॥

## শব্দার্থ

অতএব—মরমদুনা , সেই ভাব—ভাব অদু ( শ্রীরাধিকাগী ভাব অদু ), অঙ্গীকার করি- লৌদুনা , সাধিলেন—পাঙথোকখি ; নিজ—মছাগী , বাঞ্ছা- অনীঙববু , গৌরাঙ্গ—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু , শ্রীহরি—শ্রীকৃষ্ণ।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমদুনা গৌরাঙ্গ শ্রীহরিনা ( শ্রীরাধিকাগী ) ভাব অদু লৌরগা মছাগী অনীঙবা পাঙথোকখী।

## মৈনরোল

গৌরাঙ্গ শ্রীহরি—গৌরাঙ্গ-শ্রীকৃষ্ণ, কুচু-ঙৌবা শ্রীকৃষ্ণ। শ্রীকৃষ্ণগী মছাগী ওইবা কুচুদি শ্যাম ( শঙবান্নবা মুবা ) মচুনী, ঙোদে, শ্রীরাধাগী ভাব লৌবগা মছাগী অনীঙবা থুংহন্নবা মতমদা মহাক কুচু-ঙৌবা ওইরে হায়বসি গৌরাঙ্গ শ্রীহরি হায়বা বাক্যসিনা তাক্লি। মরমদুনা শ্রীরাধিকাগী ভাব লৌবগা লোয়নননা মহাক্না শ্রীরাধাগী অঙৌবা কান্তিসু লৌরে অদুগা মছাগী ওইজবা শ্যাম-কান্তিবু গৌর-কান্তিদুনা কুপ ছল্লগা গৌরাঙ্গ ( কুচু-ঙৌবা ) ওইখিবনী হায়বসু তাক্লি।

মতুংঙদা লাক্লিবা অহানবা শ্লোক না শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাগী ভাব লৌবগী প্রমাণ অদুগা অনীশুবা শ্লোক না শ্রীরাধাগী কান্তিনা শ্রীকৃষ্ণ মছাগী শ্যাম-কান্তিবু কুপছল্লগা গৌরাঙ্গ ওইবগী প্রমাণ পীরি।

## মূল ৫১

স্থরেশানাং দুর্গং গতিরতিশযেনোপনিষদাং
মুনীনাং সর্ব্বস্বং প্রণতপটলীনাং মধুরিমা।
বিনির্য্যাসঃ প্রেমণো নিখিল পশুপালাম্বুজদৃশাং
স চৈতন্যঃ কিং মে পুনরপি দৃশোর্যাস্যতি পদম্।। ৫১ ।।

## শব্দার্থ

স্থরেশানাম্—লাই-নিংথৌ ইন্দ্রনচিংবা লাইশিংগী ( দেবশিংগী ), দুর্গ—লানবল, গতিঃ—পম্ফং, অতিশযেন—য়াম্না য়াম্না, উপনিষদাম্—উপনিষদ পুম্বগী, মুনীনাম্—মুনীশিংগী, সর্ব্বস্বম—পুল্লপ-পুনবা লল্, প্রণতপটলীনাম্—ভক্ত কাঙবু পুম্নমক্কী, মধুরিমা—থুম্বা, মাধুর্য্য, বিনির্য্যাসঃ—মচি, প্রেমণো—প্রেমগী, নিখিল—লোইনমক, পশুপালা—গোপীশিংগী, অম্বুজদৃশাম্—থম্বাল-মিত্তা-তাবী, সঃ—মহাক, চৈতন্যঃ—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু, কিম্—করি, মে—ঐগী, পুনঃ—অমুকহন্না, অপি—সু, দৃশোঃ—মীৎ অনীগী, যাস্যতি—চৎকনী, পদম—মফম।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ইন্দ্রনচিংবা দেবশিংগী লানবল-গুম্বা চঙজক্কম ওইরিবা, উপনিষদশিংগী অমতা-ঙায়বা পম্ফংফম ওইবা, মুনিশিংগী মপিন্দা মরোইরে হায়বা লন

ওইরিবা, ভক্তশিংগী মাধুর্য্যগী মছক ওইবা, থম্বাল-মিত্তা-তাবী ব্রজগোপী-শিংগী প্রেমগী মচি ওইরিবা, শ্রীচৈতন্য কৌবা মহাক অহ্ণ ঐনা অমুক উথিগদরা ?

## নৈনরোল

মাদন-কৌবা মহাভাব অহুতনা কান্তা-প্রেমগী অযৌবী ফীভম্নী, মসিনী কান্তাপ্রেমগী মচি হায়বদো , শ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্যবু প্রেম-নির্য্যাস (মচি) অসিগী মছক ওইবনী হায়বসিনা তাক্লিবদি মহাক্কী দেহ পুম্নমক মাদন-কৌবা মহাভাবকী রস-না থুম্নবনী হায়বা তাক্লি। শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাগী মাদনাখ্য মহাভাব লৌরগা শ্রীগৌরাঙ্গ ওইবনী হায়বগী প্রমাণহুনী শ্লোক-সিনা ওইরিবা।

## মূল ৫২

অপারং কস্যাপি প্রণযিজনবৃন্দস্য কুতুকী
রসস্তোমং হৃত্বা, মধুরমুপভোক্তুং কমপি যঃ।
রুচং স্বামাবব্রে দ্যুতিমিহ তদীয়াং প্রকটয়ন
স দেবশ্চৈতন্যাকৃতিরতিতরাং নঃ কৃপয়তু ॥ ৭ ॥

## শব্দার্থ

অপারম্—ওমখৈ-নাইদবা , কস্য অপি—কনাগুম্বগী ; প্রণয়িজন বৃন্দস্য—মুংশিনবী মীতা পুম্বগী , কুতুকী—খওনীওবা , রসস্তোমম্—রস পুম্ববু , হৃত্বা—হুবক্লগা মধুরম—অথুম্ববু উপভোক্তুম্—মহাও তংননবা হায়তুনা কমপি—কনাগুম্বা , যঃ—মহাক্না , রুচম—কান্তিব ( মুচুবু ) , স্বাম্—মহাগী , অবব্রে কুপ্‌ছনখি , দ্যুতিম্—কান্তিবু , ইহ—অসিদা ( জগত্তা ) , তদীয়াং—মহাগী ওইবা , প্রকটয়ন্—ফোঙদোক্তুনা , সঃ—মহাক , দেব—ভগবান শ্রীকৃষ্ণ , চৈতন্য—আকৃতিঃ—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী মূর্ত্তি লৌহুনা , অতিতরাং—য়াম্না য়ৌনা , নঃ—ঐখোয়বু , কৃপয়তু—কৃপা তৌশনু ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোক্পা

খওনীওবনা মরম ওইহুনা মুংশিনবী মীতা পুম্বগী ওমখৈ-নাইদবা

হাযদোকফম-খণ্ডদবা রস-পুম্ববু হুহ্না পুমক্লগা মহাও তংগে হান্নবগী-দমক মখোয়গী কান্তি (কুচু) ফোঙদোক্লগা মছামক্কী শ্যাম-কান্তিবু কুপ্তুনা থম্লিবা, চৈতন্যগী মছক লৌরিবা দেবনা ( শ্রীকৃষ্ণনা ) এখোয়বু ষাম্না য়েৌনা থৌজান্‌বীবা ওইসম্নু।

## নৈনরোল

শ্রীরাধাগী গৌর কান্তিদু শ্রীকৃষ্ণনা লৌরগা গৌবাঙ্গ ওইবে হায়বগী প্রমাণদি শ্লোকসিনা ওই।

## মূল ৫৩

ভাব-গ্রহণ-হেতু কৈল ধর্ম্ম-স্থাপন।

মূল হেতু আগে শ্লোকে করি বিবরণ॥ ৫৩॥

## শব্দার্থ

ভাবগ্রহণ-হেতু—( শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাগী ) ভাব লৌবগী মরম, কৈল—হাযবে, ধর্ম্মস্থাপন—( কলিযুগগী ) ধর্ম্ম শ্রীনামসঙ্কীর্ত্তণ হাযবদু মপুঙফানা লিংখৎপা, মূল-হেতু—মরু ওইবা মবম ( হাযবদি শ্রীরাধাগী ভাব লৌবগী মবম ), আগে শ্লোকে—মমাঙগী শ্লোক-তা নত্রগা মতূঙগী শ্লোক-তা, কবি বিবরণ-হাযরি।

পয়ারসিগী অন্বয—ভাবগ্রহণ-হেতু কৈল (কহিল) এবং ধর্ম্ম-স্থাপনও ( কহিল ), মূলহেতু আগে-শ্লোকে (অগ্রবর্ত্তী বা পরবর্ত্তী শ্লোকে) বিবরণ করি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাগী ) ভাব লৌবগী মবম হায়রে অদুগা যুগধর্ম্ম ( শ্রীনামসঙ্কীর্ত্তণ ) মপুঙফানা লিংখৎপগী রাস্থ হায়বে। ( শ্রীরাধাগী ভাব লৌবগী মরম্না ওইবা) মরু ওইবা মরমদু তুংদা লাক্লিবা শ্লোকসিদা হায়রি।

## মূল ৫৪

এই ত পঞ্চম শ্লোকের কহিল আভাস।

এবে করি সেই শ্লোকের অর্থ প্রকাশ॥ ৫৪॥

## শব্দার্থ

এইত—মসিমক ; পঞ্চম—মঙাশুবা , শ্লোকের—শ্লোক-কী , কহিল —হায়রে , আভাস—রাহৌদোক , এবে—হৌজিক ; করি-তৌগে , সেই শ্লোকের—শ্লোক অদুগী , অর্থ—মরোল , প্রকাশ—শুগাইবা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মঙাশুবা শ্লোক-কী রাহৌদোক হাযবিবা অসিনী । হৌজিক শ্লোক অদুগী মরোল শুগাইগে ।

## মূল ৫৫

রাধা কৃষ্ণপ্রণয়বিকৃতির্হ্লাদিনীশক্তিরস্মা—
দেকাত্মানাবপি ভুবি পুরা দেহভেদং গতৌ তৌ ।
চৈতন্যাখ্যং প্রকটমধুনা তদ্দ্বয়ঞ্চৈক্যমাপ্তং
রাধাভাবদ্যুতিসুবলিতং নৌমি কৃষ্ণস্বরূপম ।। ৫৫ ।।

শ্লোকসিগী শব্দার্থ অমদি অনুবাদনচিংবদি আদি লীলাগী অহান্‌বা পরিচ্ছেদগী মঙাশুবা মূল অদুদা য়েংবিয়ু ।

শ্লোকসি শ্রীস্বরূপ গোস্বামীগী কড়চাদগী-নী ।

## মূল ৫৬

রাধা-কৃষ্ণ এক আত্মা দুই দেহ ধরি ।
অন্যোন্যে বিলসে রস আস্বাদন করি ।। ৫৬ ।।

## শব্দার্থ

রাধা-কৃষ্ণ—রাধাগা কৃষ্ণগা , এক আত্মা—মহা অমতনী ; দুইদেহ —হকচাঙ অনী , ধরি—লৌরগা , অন্যোন্যে—অমনা অমগা মহৈ মহৈ ; বিলসে—শান্নে , রস—রস , আস্বাদন করি—মহাও তংদুনা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাধাগা কৃষ্ণগা মহা অমতনী, অদুবু দেহ অনী থোক্লগা অনী মশেল লীলা-রস চুপ্নদুনা লীলা শান্নরিবে ।

## নৈনরোল

লীলা শান্নবা তারবদি হকচাঙ অনী চঙঙী, অমতনা হকচাঙ অমতদা লীলা তৌবা হাযবদি শান্নবা যাদে। মরমছুনা লীলা রস চূপকে হায়বগী-দমক অমতা ওইরম্বছুনা দেহ অনী থোকখিবনী।

## মুল ৫৭

সেই দুই এক এবে চৈতন্য গোসাঞি।
রস আস্বাদিতে দোঁহে হৈলা একঠাঁই ॥ ৫৭ ॥

## শব্দার্থ

সেই দুই—( দেহ ) অনীদুনা , এক—অমতা ( ওইদুনা ) , এবে—হৌজিক , চৈতন্য গোসাঞি—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনী , রস রস , আস্বাদিতে চূপ্পনবা হায়দুনা , দোঁহে—অনীনা , হৈলা—ওইরে , একঠাঁই মফম অমতা, হকচাঙ অমতা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অনীদুনা অমতা ওইদুনা হৌজিক শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য ওইরে। বস চূপকে হায়বগীদমক অনীনা দেহ অমতা ওইরবে।

## নৈনরোল

শ্রীরাধা অমসুং শ্রীকৃষ্ণসি স্বরূপকী হায়রগদি অমতনী। শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণগী হ্লাদিনী ( নুংঙাইবগীদমক ওইবী ) শক্তিনী , শক্তিগা শক্তিগী মপুগা খেন্নদবগুম শক্তি ওইবী শ্রীরাধাগা শক্তিমান ওইবা শ্রীকৃষ্ণগা খেন্নদে, খেন্নদে হায়দুনা মখোযনী স্বরূপকী মাযকৈদা যেংলগদি অমতনী, তোঙানবা নৎনদে। রাকমসিদগী থোরকপা খোস্থাঙদি—স্বরূপকী হায়রগা মখোয অমতনী হাযদুনা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাগী ভাব লৌবা ওস্মী—হাযবসিনী। মী অনীনা অমগা অমগা খেন্নরবদি অমগী ভাব লৌবা ঙমদে , মরমদি, মখোযদু অমগা অমগা খেন্নবনীনা মখোযগী পুক্নীঙস্তু থেম্নৈ , ভাব (রাখল) হাযবসিদি পুক্নীঙগী মতুঙ ইন্‌বনী , তোঙান্‌বা অমগী ভাবসু তোঙান্‌গনী , মরমদুনা মী অমগী মন-গী ভাব অদু চপচানা অতোপ্পা অমগী ওইবা যাদে। অদুবু শ্রীরাধাগা শ্রীকৃষ্ণগাদি স্বরূপ যেংলুরগা তোঙান-তোঙাস্তাব। ছক্তা নস্তে হায়দুনা অমগী ভাব অমনা লৌবা য়ারিবনী।

### মূল ৫৮

ইথি লাগি আগে করি তার বিবরণ।
যাহা হৈতে হয় গৌরের মহিমা কথন ॥ ৫৮ ॥

### শব্দার্থ

ইথিলাগি—মসিগীদমক, আগে—অহান্বদা, করি—ঐ তৌগে, তার—মতুগী (বাধা-কৃষ্ণনা অমতা ওইবগী), বিবরণ—মরোল, যাহা হৈতে—মতুদগী (রাধাকৃষ্ণনা অমতা ওইবদগী), হয়—ওই, গৌরের—গৌরগী, মহিমা—মতীক-মগুণ, কথন—লীবা, হায়বা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমসিগীদমক ঐহাক অহান্বদা শ্রীরাধা অমসুং শ্রীকৃষ্ণ অনীসে অমতনী হায়বগী মরোল হায়গে। মতুদগী শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুগী মহিমা খঙবা ঙমগনী।

### মূল ৫৯

রাধিকা হয়েন কৃষ্ণের প্রণয়-বিকার।
স্বরূপ শক্তি 'হ্লাদিনী' নাম যাঁহার ॥ ৫৯ ॥

### শব্দার্থ

রাধিকা—শ্রীমতী রাধারাণী, হয়েন—ওই, কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী, প্রণয়-বিকার—প্রেম্না ওইথংলকপা শকওং, স্বরূপ-শক্তি—মছামক্কী শক্তি, হ্লাদিনী—হ্লাদিনী, নাম—মিং, যাঁহার—মহাক্কী শ্রীরাধাগী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমতী রাধারাণীদি শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম্না ওনুথংলকপা শকওংনী। শ্রীমতীরাধিকাদি শ্রীকৃষ্ণগী হ্লাদিনী কৌবী স্বরূপ-শক্তিনী।

### তৈনবরোল

হ্লাদিনী, সন্ধিনী, অমসুং সংবিৎ অহুমসি শ্রীকৃষ্ণগী চিৎ-শক্তিনী; শক্তি অহুমসি মতম পুম্বদা শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপতা (মছামক্তা) লৈ হায়রুনা মখোয়সিবু স্বরূপ-শক্তি কৌযি। মরমদুনা হ্লাদিনীসু স্বরূপ-শক্তিনী।

হ্লাদিনীনা গঙছল্লকপগী মওংবু প্রেম কৌয়ি, মরমতুনা প্রেমসিনে অতুগা প্রেম্না ওইবা যাবমথৈ গঙছল্লকুনা ওইরকপা ফীভম মহাভাব হায়বতুনে হ্লাদিনী শক্তিনী, অতুগা শ্রীরাধাসে মহাভাবস্বরূপিনী ওইবনা শ্রীরাধাসু হ্লাদিনী শক্তিনী। শ্রীরাধা শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ-শক্তিনী, অতুগা শ্রীকৃষ্ণনা শক্তিমান্নী ( শক্তিগী মপুনী ) স্বরূপকী শক্তিদি স্বরূপকা খেন্নদে হায়বতুনা শক্তিগা শক্তিমান্গা অমতা ওইব। মবম্না শ্রীরাধাগা শ্রীকৃষ্ণগদসু করিমতা খেন্নবা লৈতে, মখোয়সি অমত ( একাত্ম ) ওইবা মবম্না শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাগী ভাব লৌবা ঙম্লিবনী।

শ্রীরাধাগী মিং স্বরূপ-শক্তি, হ্লাদিনী কৌয়ি হায়রি। মসিদা ৱা অমা হংনঙাই লৈরে, শক্তিগী মূর্ত্তি কবিমতা লেব যাদে, অদুব শ্রীরাধাগীদি মূর্ত্তি ( ছক-ওং ) লৈ, অসিগুম্বা ফীভম মতাসিদা শ্রীরাধানা করম্না শক্তি ওইরবনো? মসিগী পাউখম ষট্সন্দর্ভগী ভগবৎসন্দর্ভনা পীরি মতুদি— শক্তি পুম্নমক শক্তি ওইনদি মূর্ত্তি-নাইদবনী ( অমূর্ত্তনী ), মূর্ত্তি-নাইদবা শক্তিসিনা ভগবানগী বিগ্রহদা ( মূর্ত্তিদা ) বিগ্রহতুগা লোয়ননা একাত্ম (অমতা) ওইদুনা লৈ, মতমতুদা মখোয়গী তোঙান তোঙানবা মূর্ত্তি লৈতে। অদুবু শক্তিতুগী অধিষ্ঠাত্রী ( শক্তি-কোনবী ওইনা মখোয়গী মূর্ত্তি লৈ। মূর্ত্তিসি ওইনা শক্তি পুম্না ভগবানগা আবরণ হায়বদি পরিকরগী ( লেমইন-খম্নিনগী ) মছল্লী। মতৌঙ্ম্না শক্তিনা মূর্ত্তি ( ছক্লাইব ) অতুগা অমূর্ত্ত (ছক্লাই দবা ) ওইনা লৈ। মরমতুনা শ্রীব ধিকানা স্বরূপ-শক্তি হ্লাদিনীগী শক্তি-কোন্ছন্বী লাইরেম্মা ( অধিষ্ঠাত্রী দেবী ) হায়বতুনা।

## যুগ ৬০

হ্লাদিনী করায় কৃষ্ণে আনন্দাস্বাদন।

হ্লাদিনী দ্বারায় করে ভক্তের পোষণ ॥ ৬০ ॥

## শব্দার্থ

হ্লাদিনী হ্লাদিনী শক্তিনা, করায়- তৌহল্লী, কৃষ্ণে—কৃষ্ণদা, আনন্দ-আস্বাদন - নুংঙাইবগী মহাও তংবা, হ্লাদিনী দ্বারায—হ্লাদিনী শক্তিনা, করে—তৌযি, ভক্তের—ভক্তগী ; পোষণ—যোকপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হ্লাদিনী শক্তিনা কৃষ্ণদা নুংঙাইবগী মহাও তংহল্লী। হ্লাদিনী শক্তি শীজিন্নদুনা ( শ্রীকৃষ্ণনা ) ভক্তবু য়োকয়ি।

## নৈনরোল

হরাওহল্লী হাযবদি নুংঙাইহল্লী হাযবগীদমক হ্লাদিনী শক্তিবু হ্লাদিনী কৌরিবনী। হ্লাদিনীনা শ্রীকৃষ্ণবুস্তু নুংঙাইহল্লী হরাওহল্লী অদুগা ভক্তশিংগী হরাও-নুংঙাইজবস্তু যোকখৎপী। অদুনা শক্তিসি শীজম্মদুনা শ্রীকৃষ্ণনা ভক্তবুস্তু যোকখৎপী। ভক্তি যোকখৎপদি ভক্ত যোকখৎপা হায়বদুনী। হ্লাদিনীগী শকওং থোইদোকপা অমবু ভক্তি কৌয়ি, শ্রীকৃষ্ণগী কৃপানা ভক্তগী থম্মোইদা ভক্তি পোকযি। অদুগা শ্রীকৃষ্ণগীনা মতম লৈবা পুম্বদা মাগী স্বরূপ শক্তি হ্লাদিনীবু মাগী ভক্তগী থম্মোইনুংদা লংছন্দুনদা লৈরিব-নী। অস্সুম্মা লংছল্লকপা হ্লাদিনী শক্তিসিনা ভক্তগী থম্মোইদা মফম ফংলদুনা শ্রীকৃষ্ণ প্রীতি (শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিবা) হায়বা ছক-ওংদু ওইখৎলকয়ি, শ্রীকৃষ্ণ-প্রীতিসিনা ভক্তগী পামজবা ভাব-পু নোয়খৎহল্লী, মসিনী ভক্তবু য়োকপা হাযবদু, অদুগা হ্লাদিনীসিনা খুৎলাই ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণনা মতোস্সুম্মা ভক্তবু যোকয়ি।

## মূল ৬১

সচ্চিদানন্দ-পূর্ণ কৃষ্ণের স্বরূপ।
একই চিচ্ছক্তি তাঁর ধরে তিনরূপ।। ৬১ ।।

## শব্দার্থ

সচ্চিদানন্দ-পূর্ণ—সৎ চিৎ, অমসুং আনন্দনা মপুঙ ফারবা, কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণ-ভগবানগী, স্বরূপ— মছামক্কী ছক, একই— অমতনা, চিচ্ছক্তি—চিৎ-শক্তিনা তাঁর— মহাক্কী, ধরে —লৌযি, তিনরূপ— মওং অহুম।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ (দেহদি) সৎ চিৎ—আনন্দনা মপুঙ ফাবনী। মহাক্কী চিৎ-শক্তি হাযবা অমতদুনা ছক ওং অহুম থোকপনী।

## নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণদি চিৎ হায়বা অমতা ঙায়বা রূপ-নী—চিৎ-স্বরূপনী, হায়বদি জ্ঞানতত্ত্বনী ( থঙবা হায়বদুনা ওইবনী ), জড-মাযাগী রাংমদা লৈবা পোৎনী। চিৎ অসি অমূক আনন্দস্বরূপ-নী অদুগা সৎস্বরূপনী। সৎশব্দনা সত্তা ( লৈবা ) থঙনৈ, চিৎ হাযবা পোৎতু ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা অনাদিকালদগী মছা মথন্তনা ওইজবা ওইনা ঙাম্মোইরক্লিবনী, মসিনা অত্তোপ্পগী মতেঙ

ওাইদবা মরৈ ( সত্তা ) অতুবু প্রমাণ তৌগ্নি। অতুগা অমুক মফম খুদিংমক্তা লৈরিবা পোৎ পুম্নমক্কী সত্তাগী থোরকফম শ্রীকৃষ্ণ অসিনী, মরমতুনা চিৎ-বস্তু ওইবা শ্রীকৃষ্ণসে সৎ-স্বরূপ-নী। অতুগা অমুকসু চিৎ বস্তুসি মছানা আনন্দ অতুম ওইবনী, আনন্দ পুম্নমক্কী থোরকফম্নী, মরমতুনা চিৎ স্বরূপ শ্রীকৃষ্ণসে আনন্দ-স্বরূপসু ওই। মতৌ অসুম্না চিৎ-বস্তু অমখক্তুনা সৎ-সু আনন্দসু ওই। চিৎ বস্তুসিগী পীক্রেন পীকপা শরূক অতুনসু সৎসু আনন্দসু ওই। সৎ, চিৎ অমসু আনন্দ—হায়বা মখোযসিগী অমবু অতোপ্পা অনীতুগা খাইদোকপা যাদে, মফম অমদা অমনবু লৈরবদি মফমতুমক্তদা অতোপ্পা অনীতুসু হেক্তা মরৈ, মখোয অহুমগী লৈনরিশ মরীসে অতুগা মতম অমতদা লৈমিন্নবা হায়বসে তোকপা সুকয়া যাদে।

সৎ-স্বরূপ অতুগা আনন্দস্বরূপ ওইবা চিৎ অতুনা শ্রীকৃষ্ণ ওইরে, মরমতুনা শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ-তা লৈবা শক্তিমক চিৎকী শক্তিনী হায়বদি চিচ্ছক্তিনী—চৈতন্য-লৈবা শক্তিনী। মসি থরাই-পান্দবা ( জড-রূপা ) মাযা-শক্তিগী রাংমদা লৈবা চৈতন্যগী মছক্তা ওইবী হেন্দোকপা শক্তিনী। চিৎ-স্বরূপ শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ-তা লৈবা শক্তিগী সাধারণ-নামদি চিচ্ছক্তি হাযবদি স্বরূপ শক্তিনী।

চিৎ-স্বরূপ শ্রীকৃষ্ণনা পোৎ অমখক্লমক হাযবদি মাগুম্না অনীশুদবা পোৎ ওইবগুম্না মহাক্কী স্বরূপ-তা লৈবা চিৎ শক্তিসু অমখক্তনী, মরমতুনা নৈনরিবা পযারসিদা একই চিচ্ছক্তি ( অমতা ওাযবা চিৎ শক্তি ) হাযনা হায়রিবনী। চিচ্ছক্তিসি অমতা ওইরবসু ছক অহুম থোক্না ফোঙডৌ।

## মূল ৬২

আনন্দাংশে হ্লাদিনী সদংশে সন্ধিনী।

চিদংশে সংবিৎ-যারে 'জ্ঞান' করি মানি ॥ ৬২ ॥

## শব্দার্থ

আনন্দ অংশে—আনন্দগী শরুক্তা হ্লাদিনী—হরাও-নুংঙাইবগী শক্তি, সৎ-অংশে—সৎ-কী (মতম পুম্বদা লৈবগী হাযবদি নিত্য ওইবগী ) শরুক্তা, সন্ধিনী—লৈবগী মরম ফোঙদোকপী শক্তি, চিৎ-অংশে - চিৎ-কী (খঙবগী) শরুক্তা, সংবিৎ মপুঙ ফানা খঙবা ( জ্ঞান ); যারে—মাবু, জ্ঞান করি খঙবা হায়রতুনা, মানি—ঐনা লৌগ্নি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নুংঙাইবগী শক্তক্তা হ্লাদিনী, সৎ ( লেঙদনা লৈবগী ) শক্তক্তা সন্ধিনী, অদুগা খঙবগী চিৎ—কী) শক্তক্তা সংবিৎনী । সংবিৎপু 'জ্ঞান' (খঙবা) হায়না ঐনা লৌরি ।

### নৈনরোল

চিচ্ছক্তিগী ছক ফোঙ অহুম্নী । মদুদি সন্ধিনী, সংবিৎ অদুগা হ্লাদিনী । শক্তি অহুমসিগী মনূঙদা সন্ধিনীদগী সংবিৎনা অদুগা সংবিৎতগী হ্লাদিনীনা হেল্লী মতৌ অম্মুন্না হ্লাদিনীদি শক্তি পূম্বদগী হেনবীনী, মবমদুনা হ্লাদিনীবু পয়ারসিদা ইহান হান্না পল্লিবনী ।

শক্তি অহুমসিগী তটস্থ লক্ষণ হায়বদি থৌদোগী মরমদা খবদ নৈনজরি । শ্রীকৃষ্ণ মছামক্তা আহ্লাদক ( হরাওজবা মা অদুগা অতোপ্পবু হরাওহনবা মা । ওইববস্থ শক্তিদুগী মপান্না মছা মথন্তা হরাওজবা অদুগা অতোপ্পবুস্থ হরাওহনবা ঙম্বা অদুগুম্বা শক্তিবু হ্লাদিনী কৌযি । শ্রীকৃষ্ণ মছামক্তা জ্ঞান-রূপ ( জ্ঞান হাযবদুমক ) ওইদুনস্থ শক্তিদুগী মপান্না মহাক্তা খঙবা ঙম্বা অদুগা অতোপ্পবুস্থ খঙহনবা ঙম্বা—অদুগুম্বা শক্তিবু সংবিৎ কৌয়ি । অদুগা শ্রীকৃষ্ণ মছামক্তা সত্তারূপ ( লৈবা—ওইবগী মছক ) ওইরবস্থ শক্তিদুগী মপান্না মহাক্তা মছামক্কী অদুগা অতোপ্পগী সত্তাবু ধারণ ( ঙাকশেন্দুনা ফাবা ) তৌযি—অদুগুম্বা—শক্তিবু সন্ধিনী কৌযি ।

সৎ, চিৎ অমস্তুং আনন্দ হাযবা পোৎ অহুমসিগী অমবু অতোপ্পা অনীদগী খাযদোকপা য়াদবগুম্না সন্ধিনী, সংবিৎ অমস্তুং হ্লাদিনী হাযবী শক্তি অহুমসিস্থ করিগুম্বা অমবু অতোপ্পা অনীদগী খাইদোক্তবা য়াদ, চিচ্ছক্তিনা ফোঙজরকপা মতমদা হ্লাদিনী—সন্ধিনী—সংবিৎস্থ মতম অমতদা পুল্লপ থোরকয়ি । চিদ হায়বা পোৎসিদি স্বপ্রকাশ নী (মথন্তা ঙানজবনী), চিৎ—শক্তিস্থ স্বপ্রকাশনী, অদুগা চিৎ—শক্তিগী বৃত্তিস্থ ( ওইরকপা মওংস্থ ) স্বপ্রকাশনী । স্বপ্রকাশ ওইবা পোত্তি মছাবুস্থ ঙালহল্লী, অতোপ্পা পোৎপুস্থ ঙালহল্লী, রাফমসিগী প্রমাণদি মথন্তা ঙানজবা নুমীৎনা ওইরি—নুমিৎ থোরক্লগা মছাবুস্থ ঙালহল্লী অদুগা পোৎ অতৈবুস্থ ঙালহল্লী । স্বপ্রকাশ চিৎশক্তিস্থ চিৎ—শক্তিসিগী বৃত্তিস্থ মছাবু ঙালহনবগুম্না অতোপ্পা পোৎপুস্থ ঙালহল্লী । হ্লাদিনী-সন্ধিনী—সংবিৎ—অহুম্না মথল্লাই ওইবা চিচ্ছক্তিগী

স্বপ্রকাশ ওইবা লীচৎতুনা মতেং ওইরগা স্বয়ং ভগবান্না, মহাক্কী স্বরূপ হায়বদি স্বরূপ শক্তিনা ওইরকপা পরিকর—বিশেষ ওইনা আবির্ভাব তৌয়ি (ছক-কোঙওী), অদুগুম্বা লীচৎতুবু (বৃত্তি বিশেষ অদুবু বিশুদ্ধ (মক্রুবা) সত্ত্ব কৌয়ি। মাবু বিশুদ্ধ (অশেংবা) সত্ত্বনী হায়বগী মরমদি সত্ত্বসিমক্তি মায়াগা মরী লৈনদে। বিশুদ্ধ-সত্ত্বসিদা হ্লাদিনী, সন্ধিনী অমসুং সংবিৎ হায়বা শক্তি অহুমসে মতম অমতদা ঙাম্হোরক্লবস্থু, মখোয়গী মঙানগী চাঙ দি মফম পুন্নমক্তা চপ মান্নদে, করিগুম্বা মফমদা শক্তি অহুমসি চাং মান্নবা ঙাল্লী, অদুগা অমুক করিগুম্বা মফমদনা শক্তি অমনা হেন্না ঙানবস্থু য়াওরি। বিশুদ্ধসত্ত্বদা সন্ধিনী শক্তিনা হেন্না ঙাল্লবদি মাবু আধার-শক্তি (তুঙফমগী শক্তি) হায়না কৌযি, সন্ধিনী হায়বা অংশসিনা থোইনা লৈবা বিশুদ্ধ সত্ত্বনা (আধার শক্তিনা) ওইথৎলকপদি ভগবদ্ধামনচি বা অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী পলেম, পন্থৌ, শয্যা (ফমুঙ), আসন (ফিদা), থোঙঙ্‌প্লচিংবা অসি পুন্বনী। বিশুদ্ধ সত্ত্বদা সংবিৎ শক্তিনা থোইনা ঙাল্লবদি মাবু আত্মবিদ্যা কৌয়ি। আত্মবিদ্যাগী বৃত্তি (মওং) অনীনী, মদুদি—জ্ঞান (খঙবা) অমসুং জ্ঞান পোৎহনবা, আত্মবিদ্যাসিনা উপাসকশিংগী (লাই-খুরুম্বশিংগী) জ্ঞান থোকহল্লী। বিশুদ্ধসত্ত্বদা হ্লাদিনীনা থোইনা ঙাল্লবদি মাবু গুহ্যবিদ্যা (অথুপ্পা বিদ্যা) কৌয়ি। গুহ্যবিদ্যাগীসু বৃত্তি অনীনী, মদুদি ভক্তি অমসুং ভক্তি পোকহনবা, মসিনা প্রীতিনা থবাই ওইজবা ভক্তি (হায়বদি প্রেম-ভক্তি—মসুংশিনা তৌবা সেবা) অদু থোরকযি। অদুগা বিশুদ্ধ সত্ত্বদা শক্তি অহুম্মক মতম অমতদা চপমান্ননা ঙাল্লবদি মতমদুদা বিশুদ্ধসত্ত্বদুবু মূর্ত্তি কৌয়ি, শক্তি অহুমসিনা চপমান্ননা ঙান্দুনা লৈবা বিশুদ্ধ সত্ত্বনা (হায়বদি মূর্ত্তিনা) পরতত্ত্বগী ওইবা শ্রীবিগ্রহ (হকচাঙ) অদুগা পরিকরনচিংবগী বিগ্রহ থোরকয়ি।

শক্তি পুম্বসিনা লৈরিবা মরৈদি মথল অনীনে—অহানবদা শক্তি ওইনা শক্লাইদবা (অমূর্ত্ত) ওইনা লৈ, অদুগা শক্তিগী অধিষ্ঠাত্রী (শক্তি কোনবী লাই) ওইনদি মূর্ত্তনী। শক্লাইদবা শক্তি ওইবদি মখোয় ভগবান্‌গী বিগ্রহদা অমতা ওইনা তিন্নদুনা লৈ। অদুগা মূর্ত্ত অধিষ্ঠাত্রী ওইবা মখোয়দুনা ভগবান্‌গা মাগী পরিকর—নচিংবগী ছক্রম লৌগুনা লৈ।

শ্রীকৃষ্ণদা হ্লাদিনীনচিংবা শক্তি অহুম লৈ হায়বগী প্রমাণ ওইনা বিষ্ণু-পুরাণগী শ্লোক অমা লৌখৎতুনা পাল্লী।

## মূল ৬৩

হ্লাদিনী সন্ধিনী সংবিৎ ত্বয্যেকা সর্ব্বসংস্থিতৌ।
হ্লাদতাপকরী মিশ্রা ত্বয়ি নো গুণবর্জ্জিতে ॥ ৬৩ ॥

### শব্দার্থ

হ্লাদিনী—হরাও-নুংঙাইবগী শক্তি সন্ধিনী—লৈবা তূঙবগী শক্তি, সংবিৎ—খঙবগী ( জ্ঞানগী ) শক্তি, ত্বয়ি—নঙোন্দা, একা—অমতা, সর্ব্বসংস্থিতৌ—পূম্নমক্কী তূঙফম ওইবা, হ্লাদতাপকরী—হবাওহল্লিবী সাত্ত্বিকী অমসুং অৱা-মৈচাকহনবী তামসী, মিশ্রা—( অনী ) যান্নবা, ত্বয়ি—নঙোন্দা নো—লৈতে, গুণবর্জ্জিতে—সত্ত্বনচিংবা প্রাকৃত গুণ অহুম য়াওদবা।

### মৈতৈলোন্দা

হে ভগবান্, নঙগী স্বরূপ-ওইবী হ্লাদিনী, সন্ধিনী অমসুং সংবিৎ কৌবা মখল অহুমগী শক্তিসে পূম্নমক্কী তূঙফম ওইবা নঙোন্দা লৈ ( তৌই-ংস্বরূং জীবগী মনুঙদদি লৈতে )। অমসুং হরাওহনবী ( সাত্ত্বিকী ), অৱা-মৈচাকহনবী ( তামসী ) অমসুং অবা-নুংঙাই-য়ান্নবা ( রাজসী ) কৌবী শক্তি অহুমসিদি, প্রাকৃতগুণ য়াওদবা নঙোন্দদি লেতে ( জীবশিংদদি লৈ )।

### মৈনবৈল

মৈনরিবা শ্লোক অসি বিষ্ণুপুরাণদগী লৌখৎপনী ( ১/১২/৬৯ )।

হ্লাদিনী, সন্ধিনী অমসুং সংবিৎ কৌবা স্বরূপশক্তিগীনা বৃত্তি ওইবা—বৃত্তি অহুমসে শ্রীভগবান মথক্তদা লৈ, প্রাকৃত জীবদনা প্রাকৃতগুণগী ওইবা—মমিংনা সাত্ত্বিকী, রাজসী অমসুং তামসী কৌবা—শক্তি অহুমসি লৈ। প্রাকৃতগুণগী সাত্ত্বিকী শক্তিনা পুক্নীঙবু হরাওহল্লী। মায়িক জগৎসিদা মায়াদগী পোকপা পোক্তগী জীবনা ফংলিবা মায়াগী নুংঙাইবদু ( মায়িক আনন্দদু ) সত্ত্বগুণ-দগী ওইরকপা সাত্ত্বিকী শক্তিসিনা ওইহল্লিবনী, হ্লাদিনীনা ওইহনবা নত্তে। মায়িক তমোগুণগী শক্তিসি তামসী শক্তিনী। ইন্দ্রিয়গী বিষয়দা পুক্নীঙ থিংজল্লিবা অমসুং লন্-থুম্নচিংবগা কায়নরগা পুক্নীঙদা ফংলিবা অৱা-মৈচাক অদু তামসী শক্তিগী থবক্নী, মরমসিনা শক্তি-সিবু মৈচাকহনবী ( তাপকরী ) শক্তি হায়নদু কৌয়ি। মায়িক রজোগুণগী

অদুবু বসুদেব হায়বদি ঙাল্লিবা লৈফম হান্নবনী। বিশুদ্ধসত্বগী মমিং অমনা বসুদেব কৌয়ি। বিশুদ্ধ সত্ত্ববু বসুদেব কৌবগী মরমদি বিশুদ্ধ-সত্ত্বসিদা কৃষ্ণবা ভগবাস্না শাফোঙলকয়ি ( হায়বদি বাস তৌয়ি হায়দুনা ) স্বপ্রকাশ ওইবগী হৌনশা মসি ঙাল্লী হায়দুনা বিশুদ্ধ-সত্ত্ব কৌরিবনী। বিশুদ্ধ সত্ত্ব-সিনা খূৎলাই ওইরগা শ্রীভগবাস্না মছাবু ফোঙলিবনী হায়বদি ঙাল্লিবনী, মদুদি উকক্কী মতেঙনা মৈনা ঙানবগুম্বনী। বিশুদ্ধ-সত্ত্বসিদা ভগবাস্না ঙাস্থোরকপা ভগবান্দুবু করিগুম্বা অমতনা কৃপ্তে। হায়রিবা বিশুদ্ধ-সত্ত্বসি প্রাকৃত সত্ত্ব হায়বদু নংতে, মরমদি, প্রাকৃত সত্ত্বসিনা রজ অমসুং তমঃ হায়রবা অনীসিগা শম্নদবা মতমদা মনূঙ ফাওনা উবা যানা লংঙীদি হায়ববু, মদুগী মনূঙদা শ্রীভগবানগী মমি তাবদি য়াই হায়ববু, মদুনা শ্রীভগবান্গী আধারদি ওইবা ঙমদে, অদুদা নত্তনা শ্রীভগবান্বু প্রকাশ তৌবসু ঙমদে, করিনা হায়ববু রজস্তমোগা শম্নদ্রবা সত্ত্বসু প্রাকৃত গুণ অদুম মওইবনী, অদুগা ভগবান্দি প্রাকৃত গুণশিংগী ব্রা‚মদা লৈবা প্রাকৃত-নত্তবা পোৎনী, প্রাকৃত ওইবা পোৎনা কদৌঙৈদসু প্রাকৃত-নত্তবা পোৎকী আধার ( তৃঙ-ফম ) ওইবা ঙমদে, প্রাকৃত সত্ত্বদি স্বপ্রকাশ (মথন্তা ঙান্‌বা) নত্তে হায়দুনা ভগবানবু প্রকাশ তৌবসু ঙমদে।

স্বরূপশক্তিগী বৃত্তিবিশেষ ওইবা বিশুদ্ধ-সত্ত্বসিদা শ্রীভগবান মতম পূম্বদা ঙান্দুনা লৈ, মরমদুনা শ্রীশিবনা হায়রি—"ঐনা বিশুদ্ধ-সত্ত্বদুদা ভগবান বাসুদেববু পূক্নীঙনা খল্লি হায়বদি সেবা তৌরি।" বাসুদেববু খল্লিবা শ্রীশিবগী মন অদু প্রাকৃত নত্তে, মরমদি শ্রীভগবান্দি অধোক্ষ-জনী হায়বদি প্রাকৃত ইন্দ্রিয়শিংনা উবা যাদবনী [ ইন্দ্রিয়শিংগী মপান্না ওইবা য়াবা জ্ঞানদুবু মখাদা (অধ.) থম্লে হায়বদি লাস্থোকথরে হায়বগীদমক মহাক অধোক্ষজনী ]। ভগবান্দি প্রাকৃত-নত্তবা পোৎনী, ইন্দ্রিয়শিংদি প্রাকৃত বস্তুনী। ভগবান্দি ইন্দ্রিয়শিংনা উ-ঙমদবা পোৎনী, মরমদুনা মহাকপু প্রাকৃত ওইবা মন অদুনা খক উবা য়াবা নত্তে। ভজনগী মপান্না পূক্নীঙগী অমকপা পূম্নমক পূঙকোক কোক্লবদা পূক্নীঙদুদা বিশুদ্ধ-সত্ত্ব থোরক্কনী, মতমদুদা পূক্নীঙদু বিশুদ্ধ-সত্ত্বগা অমতা ওইবা ঙমগনী ( তাদাত্ম্য ফংগনী )। মৈগা লোয়ননা তাদাত্ম্য ফংলবা যোৎনা মৈগী ধর্ম্ম ফংবগুম বিশুদ্ধ সত্ত্বগা লোয়ননা তাদাত্ম্য ফংলবা মন-সু বিশুদ্ধ সত্ত্বগী ধর্ম্ম ফংঙি, মরমদুনা পূক্নীঙদুনা মতমদুদা শ্রীভগবানবু খনবা ( চিন্তা তৌবা ) ঙম্মী।

মথুরাদা শ্রীআনকদুন্দুভিদা শ্রীভগবাস্না মছাবু প্রকাশ তৌখি,

মসিদগী খঙবা-গুণ্যদি আনকচুন্দুভিদো থোইদোকপা শুদ্ধ সত্বনা ওইরকপা অমনী, মরমদুনা মহাক্কী মিং অমনা বসুদেব ওইরিবনী।

ভগবান্তা নত্তে, লক্ষ্মীনচিংবা মহাক্কী পরিকর পুম্নমক্ বিশুদ্ধ সত্বসিগী মতেঙনা ভাম্বোররিবনী।

নৈনরিবা শ্লোকসিগী মর্ম্মার্থদগী খঙবা ঙম্মদি অসিনী—শুদ্ধ সত্ব লৈতবা থম্মোইদা শ্রীভগবানসু ভাম্বোইদে। মরমদি, শুদ্ধ সত্বনা আধার ওইনা শ্রীভগবানবু কোন্দুনা ভাকশেল্লিবনী, অতৈ অতোপ্পা পোত্তানা আধার ওইবা ঙমদে। ভক্তগী থম্মোইদদি শুদ্ধসত্বগী আবির্ভাব ওই হায়দুনা ভক্তগী থম্মোইদা কৃষ্ণনা মতমপুম্নদা পোত্থারিবনী।

শ্রীভগবানগী পল্লেম, পম্লৌ, ধাম ( লমদম ), যুম, শয্যা, ফিদানচিংবা পুম্নমক শুদ্ধসত্বগী ছক-ওঙ ( বিকার ) ভাক্তনী।

## মূল ৬৭

কৃষ্ণে ভগবত্তা-জ্ঞান—সংবিতের সার।
ব্রহ্মজ্ঞানাদিক সব তার পরিবার ॥ ৬৭ ॥

## শব্দার্থ

কৃষ্ণে—শ্রীকৃষ্ণদা, ভগবত্তা-জ্ঞান—( শ্রীকৃষ্ণবু ) ভগবান্নী হায়না খঙবা, সংবিতের—সংবিৎ-শক্তিগী ( খঙবা ঙম্নগী ), সার—মচিনী, ব্রহ্মজ্ঞানাদিক—ব্রহ্মবু খঙবনচিংবা, সব—পুম্না, তার—মদুগী, পরিবার—মনুঙচনবা ভাক্লী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণবু ভগবান্নী হায়না খঙববু সংবিৎ-শক্তিগী মচি কৌয়ি। ব্রহ্মবু খঙবনচিংবা পুম্নমক মদুগী মনুঙচনবা ভাক্লী।

## নৈনরোল

হৌজিক সংবিৎ-শক্তি করিনো হায়বদু নৈনরিবা পযারসিনা তাক্লি। বিশুদ্ধ-সত্বদা সংবিৎ-শক্তিনা থোইনা ভাল্লবদি মতমদুদা মাবু আত্মবিদ্যা ( আত্মাবু খঙবা ) কৌয়ি। আত্মবিদ্যাগী বৃত্তি ( থোওং ) অনীনী—মদুদি জ্ঞান ( খঙবা ) অদুগা জ্ঞান-প্রবর্ত্তক ( খঙহনবা )। মসিনা মতেঙ ওইদুনা

উপাসক ( লাইনীঙবা মী ) হায়বহুদি জ্ঞানগী আশ্রয়নী (তূঙফম্নী) হায়বা জ্ঞান ( মখণ্ড-অহু ) পোক্লকয়ি। জ্ঞান অসিগী মপান্না উপাসক অত্থনা মাঙ্গী উপাস্য ( নীঙজরিবা ) ভগবানগী স্বরূপ ( মহুক ) খঙবা ঙমজে। তোঙান তোঙানবা উপাসকশিংগী লাইনীঙ লম্বেনস্থ ( উপাসনা-পদ্ধতিস্থ ) তোঙান্ তোঙাল্লী, জ্ঞান হাযবদি সংবিৎ শক্তিগী ছক-ওংস্থ উপাসনাগী মতূঙ ইল্লী, মরমহুনা তোঙান-তোঙানবা উপাসকশিংগী মফমদা শ্রীভগবানগী স্বরূপ ( মহুক ) খঙবস্থ তোঙান-তোঙাল্লী। সংবিৎ-শক্তিনা মপূঙ ফানা ঙাল্লবদা উপাসক অমনা স্বযং-ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু ভগবান্নী হায়না খঙবা ঙম্মী। মরমতুনা শ্রীকৃষ্ণগী ভগবত্তা খঙবনা সংবিৎ-শক্তিগী মচি হায়বদি অযৌবী মঙাম্থোক হায়বহু ওইবনী। শ্রীকৃষ্ণবু স্বয়ং ভগবান্নী হাযবসিবু খঙলবদি উপাসক অতুনা—ব্রহ্ম-পরমাত্মানচিংবদো শ্রীকৃষ্ণদগী থোকখিবা থোইদোকপা ছক্তম্নী হাযবা, শ্রীকৃষ্ণনা মখোযগী আশ্রয়নী ( তূঙফম্নী ) হায়বা, মরমহুনা মখোয লোইনমক শ্রীকৃষ্ণগী মনূঙচন বনী হায়বা—অতুবু খঙগনী।

## মূল ৬৮

হ্লাদিনীর সার—'প্রেম', প্রেমসার—'ভাব'।

ভাবের পরম কাষ্ঠা—নাম 'মহাভাব'॥ ৬৮॥

## শব্দার্থ

হ্লাদিনীর—হ্লাদিনী শক্তিগী, সার—মচি, প্রেম—( ভগবানবু ) নুংশিবা, প্রেম-সার—ভগবানবু নুংশিবগী মচি, ভাব—নুংশিবগী অযৌবী মতাঙ, ভাবের—ভাব-কী, পরম-কাষ্ঠা—অয়োবী মতাঙ, নাম—মিং, মহাভাব—রাংলেন্-রাংবা মতাঙগী প্রেম।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হ্লাদিনী শক্তিগী মচিবু প্রেম কৌয়ি, প্রেমগী মচিবু ভাব কৌয়ি। অতুগা ভাবকী অয়োবী মতাঙবু মহাভাব কৌযি।

## তৈনবোল

শুদ্ধ-সত্ত্বদা হ্লাদিনীনা থোইনা ঙানবা মতমদা মাবু গুহ্য-বিদ্যা (অথুপ্পা মখণ্ড) কৌয়ি। গুহ্যবিদ্যাসিগী বৃত্তি অনীনী—অমনা ভক্তি, অমনা

ভক্তি হৌদোকপা ( ভক্তি—প্রবর্ত্তক )। ভক্তিগী মছক ওইবী বৃত্তিবু প্রীতি-ভক্তি ( থুংশিবগী লীঙবা ) কৌয়ি। প্রীতি-ভক্তিগী অতোপ্পা মিং অমনা প্রেম (থুংশিবা) কৌযি। প্রেমসিনা ঙান থংলকপগী তোঙান-তোঙান বা মতাঙ অদু নৈনরিবা পয়ারসিদা তাক্লি।

হ্লাদিনী শক্তিগী মচিদি প্রেম কৌযি হায়রি। প্রেম ( থুংশিবা ) হায়রিবসে কৃষ্ণগী ইন্দ্রিয়শিংবু পেলহন্নীঙববুনী। পুক্নীঙগী বৃত্তি অমগী মমিংদি ইচ্ছানী ( অনীঙবা ), অদুবু প্রেমগী মছক ওইবা কৃষ্ণ—ইন্দ্রিয় পেন্নবা ইচ্ছাদি প্রাকৃত মনগী বৃত্তি নত্তে, মাদি শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ—শক্তিগী—হ্লাদিনীনা মরু ওইনা পন্থা শুদ্ধ সত্বগী বৃত্তি মখল অমনী। ভজনগী পাঙ্গল্লা ভগবাল্লা থৌজান্‌বিবদা পুক্নীঙগী অমোংপা পুম্নমক মাঙখ্রবা মতমদা চিত্তদা শুদ্ধ-সত্ব ফাওরকয়ি—মতমদুদা শ্রীকৃষ্ণনা লংলকপা হ্লাদিনী শক্তি ( হ্লাদিনীনা পন্থা শুদ্ধসত্ব ) অদু ভক্তগী থমোইদুংদা মফম ফংজৈ, মতমদুদা ভক্তগী চিত্তনা শুদ্ধ সত্বগা অমতা ওইছনখিদুনা শুদ্ধ সত্বগীগা মান্নবা ধর্ম্ম ফংঙী। যোংনা মৈগা অমতা ওইছনবা মতমদা যোংতা তোংদুনা মৈনা মছাগী থবক ফোঙ্‌দোকযি অমসুং থবক্তুবুসু অমতা—ওইছন্নববা যোংকী থবক্নী হায়নৈ। মতৌ অদুগুম্না শুদ্ধ সত্বগা অমতা ওইছন্নরবা পুক্নীঙদা তোংদুনা শুদ্ধসত্বনা মাগী থবক ফোঙদোকয়ি, অসিগুম্না ফীভমদা শ্রীকৃষ্ণবু থুংশিবগীমখক হ্লাদিনীনা পন্থা শুদ্ধসত্বগী বৃত্তি থোরকপা মতমদা মদুবুসু পুক্নীঙদুগী বৃত্তিনী হায়না থল্লী, অদুগা মদুমক মতমদুদা কৃষ্ণ-ইন্দ্রিয় পেলহন্নীঙবা নত্রগা প্রেম হায়না কৌনৈ। ভগবান্‌গী নিত্য-সিদ্ধ পরিকর-শিংগী চিত্তনচিংবা ইন্দ্রিয় পুম্নমক্তি প্রাকৃত—নত্তবা বিশুদ্ধসত্বগী মছক্নী অনাদিকালদগী মখোযগী চিত্তদা শুদ্ধ-সত্বগী বৃত্তি ওইবা কৃষ্ণ—প্রীতি ইচ্ছা নত্রগা প্রেম-না ভাস্থোইদুনা লৈ। হ্লাদিনী—অংশনা পন্থা (প্রধান ওইবা) শুদ্ধ—সত্বনা পঙছল্লকপা মতাঙদা মাবু প্রেম ( কৃষ্ণবু থুংশিবা ) কৌযি, মরমদুনা হায়রিবনী—'হ্লাদিনীগী মচিদি প্রেম্নী'। মসিনী প্রেমগী স্বরূপকী মতৌ ( লক্ষণ )। প্রেম পোক্লবদি চিত্তদা মকৃপা—মোংপা মচেং অমা ফাওবা পক্লে অদুগা মতমদুদা শ্রীকৃষ্ণবু ঐগীনী হায়বা বুদ্ধি যাম্না য়োনা পোক্লে।

প্রেম মতাসি নিত্যসিদ্ধ-পরিকরশিংদা অদুগা শ্রীকৃষ্ণদা মতম পুম্নমক্তা ভাস্থোইনা লৈ। পরিকরগী মছক ওইবা ভক্তশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু থুংভাইহনবা

পাম্মী, অদুগা শ্রীকৃষ্ণনস্থ ভক্তশিংবু মুংঙাইহন্নীঙঙী। অস্থন্না মহৈ মহৈ পেলহ-ন্নীঙবনা শ্রীকৃষ্ণগা পরিকরভক্তশিংগা মহৈ মহৈ নপ্‌ছুম্নরকয়ি, ভাব অমনা মখোয মশেল ফাজহৈ, ভাবকী লৈপুনসিগী মরমস্থ প্রীতি-ইচ্ছা ( পেলহন্নীঙবা ) নত্রগা প্রেম-নী হায়দুনা কার্য্যগা ( থবক্তা ) কারণগা ( থবক্কী মরমগা ) খেন্নদবনা মতুবুস্থ প্রেম-নী হায়। প্রেমগী মছক ওইবা ভাব-লৈপুনসিগী থোইদোকপা মতৌ অমদি অসীনী মদুদি—কায়ননবগী মরম লৈন-লৈনমক ভাব-লৈপুনসে শুকায় কাযদে। মসি কান্তা প্রেমগী মতাঙদা শ্রীউজ্জলনীলমণি কৌবা লাইরীক্তা উৎলী। মদুদি—"সর্ব্বথা ধ্বংসরহিতং সত্যপি ধ্বংসকারণে। যদভাববন্ধনং যুনোঃ স প্রেমা পরিকীর্ত্তিতঃ।"

প্রেম-না অস্থুম হম্‌-হম্‌ চাউনা হেঙ্গৎলক্লগা মথঙ মথঙ ওইনা স্নেহ, মান, প্রণয়, রাগ, অনুরাগ অমস্থ ভাব ওইখৎলকযি। প্রেমগী মছক মওইনী মতাঙশিংসিগী মরক্তা ভাব হায়বা মতাঙসিনা খ্বাইদগী রাংঙী, ভাব অসিমক প্রেমগী হম্‌-হম্‌-চাউবগী অরোয়বা মতাঙনী। মরমদুনা নৈনরিবা পয়ারসিদা **প্রেম-সাব-ভাব** ( প্রেমগী মচিদি ভাব কৌয়ি ) হায়রিবনী।

ভাব-কী মতৌ ( লক্ষণ ) করম তৌবগে হাযবদু নৈনদুনা য়েংসি। প্রেম-না কায়োনা হেঙ্গল্লকুনা প্রেমগী বিষয়বু ( তাল্লিবা পোৎপু ) ফংলে ( উপলব্ধি তৌরে ) হাযবা উৎলবা অদুগা চিত্তবু পেৎহল্লবা মতমদা প্রেমদুবু স্নেহ কৌয়ি। প্রেম লৈরবা মতাঙদস্থ উপলব্ধি তৌয়িদি হায়ববু থাও মরাং কাযরগা থাওমৈগী মৈশা অমস্থং মৈঙান হেঙ্গৎলকপগুম প্রেমদগী স্নেহদনা শ্রীকৃষ্ণবু উপলব্ধি তৌবা অমস্থং চিত্ত-পেৎপস্থ হেল্লী। স্নেহসি পোল্লবদি শ্রীকৃষ্ণবু উবনচিংথা ফংলবফাওবদা উনীঙবগী পেনবা ইবৈ লৈতে। স্নেহ-সিনা যৌনা হেঙ্গৎলক্লবদা হান্না ফংখ্রিদ্রিবা অনৌবা মাধুর্য্য অমা ফংহল্লী অদুগা মছামকস্থ থৈযাইনবা শাজৎ অমা চংখৎলকয়ি, মতমদুদা মাবু মান ( ওইনবা ) কৌয়ি। স্নেহদগী মান অসিদনা মমতাবুদ্ধি ( এগী হাযবা রাখল ) হেন্না লৈবা মরম্না থৈযাইশন্নবদু ( কুটিলতাদু ) ওইথোক্লিবনী। কুটিলতা অসি মছাগী ওইজ-থিবা কুটিলতাদু নত্তে, মসি মুংশিবা মখেল অমনী। মমতা বুদ্ধিসি অস্থম হেঙ্গৎলকপদুনা প্রেম-না মান-দগী হেন্দোক-খিদুনা ফীভম অমা ওইরকয়ি—ফীভমদু য়োরকপা মতমদা মছাগী থল্লাই, পুক্লীঙ, বুদ্ধি, হকচাঙ অমদি ফিজেৎনচিংবগা লোয়ননা মানা মুংশিজবা মীদুগী থল্লাই, পুক্লীঙ, বুদ্ধি, হকচাঙ অমদি ফিজেৎনচিংবা অমতনী হায়বদি

খেন্নদে হায়না খল্হল্লকৃয়ি, মতমতুদা প্রেমত্বু প্রণয কৌয়ি। প্রণয়সিনা অসুম অমূক হেঙ্গংলকুনা ওইরকপা ফীভমদা শ্রীকৃষ্ণবু ফংবগী মতা চারবদা য়ৌনা রাববু মুংঙাইবনী হায়তুনা অতুগা শ্রীকৃষ্ণবু ফংদবদা য়ৌনা মুংঙাইববু য়ৌনা রাবনী হায়না খল্হল্লী, মতমতুদা মাবু রাগ কৌয়ি। রাগসিনা অসুম অমূক হেঙ্গংলগা মতম পূম্বদা খঙতুনা ফংতুনদা লৈরবা মুংশিবা মীতুবু মীৎকুপ খুদিংগী নৌতুনদা লৈবা ওইনা তৌরকপা ফীভম অতুদা প্রেমবু অনুরাগ কৌয়ি। খরাই-খাবগী অরাববুদি কৈছু লৈতবনী খনবা য়াবা —অতুদগী হেন্বা অরাববুতুম কৃষ্ণ ফংননবগীদমক ভাব-কী থাক য়ৌরক্লবদা য়াম্না মুংঙাইবনী হায়না শ্রীরাধিকানা খল্লী।

শ্রীরূপ গোস্বামীপাদনদি ভাব অমসুং মহাভাব অনীসি অর্থ অমতগীনী হাযনা শীজন্নরম্মী। অতুবু শ্রীল কৃষ্ণদাস কবিরাজনদি ভাব-কা মহাভাবকা অনীসিদা খেন্নবা লৈনা উৎলী—ভাবকী তুং তাথরকপা অতুগা হেম্না রাংবা থাক-পু মহারূ মহাভাব হায়না কৌরম্মী। শ্রীরূপ গোস্বামীনা ভাব-কী থাক অনী খাযরম্মী, মতুদি—রূঢ অমসুং অধিরূঢ। কবিরাজ গোস্বামীনা রূঢবু ভাব অতুগা অধিরূঢবু মহাভাব হায়গে হায়রিবরা—অতুস্ন শেংনা খঙবা ঙমদে, মরমদি মহারূ মফম কৈদস্নু করিগুম্বা ঙমখৈ উৎলম্বা লৈতে।

কবিরাজ গোস্বামীনা মাদন (অযৌবী মযাই কাবা) কৌবা মহাভাব-পু মহাভাব কৌনীওবমাল্লে হায়না খল্লী। শ্রীউজ্জ্বলনীলমণিদা মাদনগী লক্ষণদি অসুম্না হায়রি—"সর্ব্বভাবোদগমোল্লাসী মাদনোহয়ং পরাৎপরঃ। রাজতে হ্লাদিনী সারো রাধায়ামেব যঃ সদা॥" হ্লাদিনীগী সার ওইবা প্রেমদা ভাব পূম্নমক হৌরাও-মথোই কারবদি প্রেমত্বু মাদন কৌয়ি। মাদন অসি মোদন হায়বা ভাব অতুদগীস্নু থোই অতুগা মসি শ্রীমতী রাধাদদা পোকয়ি, মফম অতৈদা উবা ফংদে। মাদন হাযবা ভাবসি ওইখৎলক্লবদি শ্রীকৃষ্ণনা তৌথিবা আলিঙ্গন (হকচাঙ কোন্বা) অমসুং চুম্বনচিংবা শীঙনাই-দবা মশীঙগী শান্নবা মখন্দগী থোরকপা মুংঙাইবা পূম্নমক্তু হকচাঙ অমখক্তুদা সাক্ষাৎ ওইনা অনুভব তৌয়ি, মসিনী মাদনগী অঙকপা থৌদৌগী থোই-দোকপা হায়বনু।

ভাব অমদি মহাভাব অসি কান্তা প্রেমদদা উবা ফংঙী, দাস্য-বাৎসল্যদা ভাব অমদি মহাভাব ওইদে। সখ্যদস্নু মহৌশানদি ভাব অমদি মহাভাব অসি ওইদে, সুবলগুম্বা সখা অমা অনীরোমগী প্রেমতনা ভাব-ফাওবা য়ৌবা ঙম্মী।

## মূল ৬৯

মহাভাবস্বরূপা শ্রীরাধাঠাকুরাণী।

সর্ব্বগুণখনি কৃষ্ণকান্তাশিরোমণি ॥ ৬৯ ॥

## শব্দার্থ

মহাভাব-স্বরূপা—মহাভাব কৌবা প্রেমতুগী মচুক ওইবী, শ্রীরাধা-ঠাকুরাণী—শ্রীমতী ইবেম্মা রাধারাণী, সর্ব্বগুণ—গুণপুম্নমক্কী, খনি—তুঙফম খোং, কৃষ্ণকান্তা—কৃষ্ণবু মুংশিজবীশিংগী, শিরোমণি—কোক্কী মণি।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাভাবকী মচুক ওইবীনী শ্রীমতী রাধারাণীদি। মহাক্কি গুণ-পুম্বগী তুঙফম খোংনী অদুগা শ্রীকৃষ্ণবু মুংশিজবী ইবেম্মাশিংগী কোক্কী লৈতেং মণিনী।

## নেনরোল

মাদন কৌবা মহাভাব অদুনা তাহৎতুনা শারবা মূর্ত্তিনা মাগী ওইবা মহাকপু মহাভাব—স্বরূপা হায়বনী। শ্রীমতী রাধানা শ্রীকৃষ্ণবু মুংশিবসি মহাভাব-কী থাক-ফাওবা য়োযি। শ্রীমতী রাধাদি শ্রীকৃষ্ণবু মুংশিজবী ইবেম্মাশিং পুম্নমক্তগী হীরম পুম্নমক্তা পুঙহেল হেন্নী, অদুনা ঠাকুরাণী (ইবেম্মা) হায়রিবনী।

শ্রীমতী রাধিকাদি অমুক গুণ পুম্নমক্কী তুঙফম খোংনী (সর্ব্বগুণ খনিনী)। মৃদুতা (মেঙবা), সুশীলতা (শাজৎ নীঙথীবী), মধুরতা (ফজবী) অসিনচিংবা-গুণ-পুম্বগী আধারবু (তুঙফম্বু) (শ্রীরাধাবু) সর্ব্বগুণখনি হায়বিবনী। শ্রীরাধাগী গুণ শীঙথাদুনা লোইবা নত্তে, মযামতুগী মরক্তগী মক ওইবা গুণ কুম্মগাথক শ্রীউজ্জ্বল—নীলমণিদা হাযরি। মদুদি—মহাক মধুরা (ফজবী), নববয়াঃ (চহী-নৌবী), চলাপাঙ্গা (মীৎতাতথক্পী), উজ্জ্বলস্মিতা (লংত্রিক্লা মোমোন-নোকপী), চারুসৌভাগ্য-রেখাঢ্যা (মহাক্কী খোঙ-খুৎশিংগী ময়িশিংদো য়াম্না ফজে অমত্তুং লাইবক কৈ হায়বা তাকযি), গন্ধোন্মাদিত-মাধবা (মহাক্কী মথুম-ফরবা হকচাঙগী মগন্না শ্রীকৃষ্ণবু পেলহনবা), সঙ্গীতপ্রসরাভিজ্ঞা (পুঙ-ঈশৈ-হৈবী), রম্যবাক্ (রাভাঙ-মুংঙাইবী), নর্ম্মপণ্ডিতা (শান্নবা-হৈবী), বিনীতা (নোল্লুকপী), করুণাপূর্ণ (মখাথোংবশিংবু মুংশিবিগন্নবী), বিদগ্ধা (রসিকা), পাটবান্বিতা

( থবকথুদিংমক্তা হৈশিংবী ), লজ্জাশীলা ( ঈকায়-থিগনবী ), সুমর্য্যাদা ( ঈকায়-খুম্ন-হৈবী ), ধৈর্য্যশালিনী ( অথাঙ-কন্বী ), গাম্ভীর্য্যশালিনী ( চাঙ-লেম্বী ), সুবিলাসা ( হকচাঙ-কায়াৎনা মীৎয়েং নায়েৎনা ইঙ্গিত তৌদুনা পুক্নীঙ ফোঙদোকপা হৈবী ), মহাভাব পরমোৎকর্ষতর্ষিনী (মহা ভাবকী অয়োবী মতাঙ ফোঙদোকুনা শ্রীকৃষ্ণগী মবমদা কাহেন্না ইথো লাংবী), গোকুলপ্রেম-বসতি (গোকুল-প্রেমগী তৃঙফম ওইবী) , জগৎশ্রেণী লসদযশাঃ ( জগৎ-শীন্দুনা মিংচৎপী ), গুর্ব্বর্পিতগুরুস্নেহা ( গুরুজন পুম্বগী মপুঙফাবা নুংশি-চানবিবা হাযবদু মঙোন্দা লৈবা ), সখীপ্রণযিতা-বশা (সখীশিংবু নুংশিবদগী তেথবী), কৃষ্ণপ্রিয়াবলীমুখ্যা (কৃষ্ণগী নুংশিবী-শিংগী মরক্তা অথোইবী ), সন্ততাশ্রবকেশবা ( শ্রীকৃষ্ণনা মতমপুম্বদা মাগী রা ইনবা ), অসিনচিংবী ওইবনী ( উঃ নীঃ রাধাপ্রকরণ ) । রত্ন হায়বসিদি খোংদা পোকপনী , খোংদগী মীওইবনা বত্ন তাল্লগা শীজমৈ , অদুগুম্না প্রেযসী ওইবী নুপীশিংগী ওইফম থোকপা গুণ পুম্নমক্তো শ্রীরাধাদা পোক-যি , প্রেয়সী অতৈগী গুণশিংগী থোরকফমসু শ্রীমতী রাধাগী গুণশিংদুনী । মরমদুনা শ্রীরাধাবু **সর্ব্বগুণখনি**-নী হায়রিবনী । **কৃষ্ণকান্তাশিরো-মণি**—শ্রীরাধাদি শ্রীকৃষ্ণগী প্রেয়সীশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্বী মকোক্নী । কোক্কী লৈতেং ওইনা শীজন্নবা মণিবু শিরোমণি ( কোক্কী মণি ) কৌযি । য়াম্না পাম্না, থরাই য়াওনা অমসুং লুনা তৌদুনা মীওইবনা শিরোমণিবু কোক্তা থোম্নী, অদুম্না থোমগা চাওথোক্করিবনী । শ্রীরাধাবু কৃষ্ণকান্তাশিরো-মণি হায়রুবগী মরমদি মহাক কৃষ্ণকান্তালক্তা খ্বাইদগী পুঙহেন্-হেন্বনী , মসি শ্রীকৃষ্ণতনা খনবা নত্তে, কৃষ্ণকান্তা অতৈশিংনসু অদুম্না খল্লী অমসুং শ্রীরাধাবু মখোয়গী মবক্তা খ্বাইদগী হেনবীনী খনবনা মখোয়সু চাংথোকচে অমসুং নুংঙাইজে ।

৬৮—৬৯ পয়ারদা শ্রীরাধাগী স্বরূপ কবিনো হাযবদু তাক্লে , হ্লাদিনী-গী অয়োবী থাক্পু মহাভাব কৌয়ি, মহাভাবসিমক শ্রীরাধাগী স্বরূপ অদুনী । শ্রীরাধাদি মহাভাবস্বরূপা-নী হাযবগী শাস্ত্রীয প্রমাণদি মখাদা পীবিবা শ্লোকসিনী ।

## মূল ৭০

তয়োরপ্যুভয়োর্মধ্যে রাধিকা সর্ব্বথাধিকা ।
মহাভাবস্বরূপেয়ং গুণৈরতিবরীয়সী ॥ ৭০ ॥

## শব্দার্থ

তয়োঃ—মখোয়নীগী ( শ্রীরাধা অমসুং চন্দ্রাবলী অনীগী ), অপি—সু, উভয়োঃ—অনীগী, মধ্যে—মরক্তা, রাধিকা—শ্রীরাধানা, সর্ব্বথা মওং পূম্নমক্না, অধিকা—হেন্বী ( ওই ), মহাভাবস্বরূপা—মহাভাবকী মচুক ওইবী, ইয়ম্—মসি, গুণৈঃ—গুণ ময়ামগা লোয়নন্না, অতিবরীয়সী—য়াম্না হেল্লী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীরাধা অমসুং চন্দ্রাবলী ) হায়বী অনীসিগী মরক্তা শ্রীরাধানা মওং খুদিংমক্তা হেল্লী, মরমদি মহাক্কিদি (শ্রীরাধাদি) মহাভাব-স্বরূপানী অমসুং গুণখিবিক্তা লৈতেংবা মরম্না য়াম্না যৌনা থোইবী হেন্বীনী।

## নৈনরোল

শ্লোকসি শ্রীরূপগোস্বামীনা লেংবা উজ্জ্বলনীলমণি কৌবা লাইরীক্কী-নী। মসিগী মমাঙগী শ্লোক অতুদা হায়বনা কৃষ্ণগী নুংশিবী ইবেম্মশিংগী মরক্তা শ্রীমতীরাধা অদুগা শ্রীচন্দ্রাবলী অনীনা পূওহেল হেল্লী। নৈনরিবা শ্লোকসিদা অমুক হায়রিবনা শ্রীচন্দ্রাবলীদগীসু শ্রীরাধানা হীরম খুদিংমক্তা য়াম্না হেল্লী। মরমদি শ্রীরাধাদি মহাভাব-স্বরূপা-নী। ব্রজগোপীশিংদসু মহাভাব লৈদি লৈ হায়রগা মহাভাব-কী অয়োবী থাক মাদন কৌবা মহাভাব অতুদি শ্রীরাধাদদা মরৈ। মাদন-কৌবা মহাভাবসি লৈবা মাতম্ব মহাভাব-স্বরূপা কৌফম থোকপনী। প্রেমগী অযৌবী মতাঙ য়েংলগা শ্রীরাধিকাদি অনীগুদবী, থোইরেন-থোইবী হায়বহনী। অয়োবী প্রেমগা লোয়নবা গুণ-পূম্নমকসু খমথেংনা ফজনা চেল্লী, মরমঙুনাগুণগী তৃওফম ওইনসু শ্রীরাধাদি খ্বাই-পূম্নমক্কগী হেল্লী হায়বদি মাগুন্না অনী গুদে।

## মূল ৭১

কৃষ্ণপ্রেম—ভাবিত যার চিত্তেন্দ্রিয় কায়।
কৃষ্ণ—নিজশক্তি রাধা—ক্রীড়ার সহায় ॥ ৭১ ॥

## শব্দার্থ

কৃষ্ণপ্রেমভাবিত—কৃষ্ণপ্রেমদগী পোকপা নত্রগা কৃষ্ণপ্রেম্না মচাক

ওইরগা শাগৎলকপা, ঈশীঙদা তীঙবগুম কৃষ্ণপ্রেমদা তীঙবা, যার— মহাক্কী ( শ্রীরাধাগী ), চিত্ত—পুক্নীঙ, ইন্দ্রিয়—ইন্দ্রিয়শিং, কায়— হকচাঙ ; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণগী, নিজশক্তি—মহামক্কী শক্তি হায়বদি স্বরূপ শক্তি, রাধা—শ্রীমতী রাধারাণী, ক্রীড়ার—লীলাগী, সহায়—তেঙ-বাঙবী।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

মহাক্কী ( শ্রীরাধাগী ) পুক্নীঙ, ইন্দ্রিয়শিং অমদি হকচাঙদি কৃষ্ণবু নুংশিবা হায়বত্থনা শেম-শাগৎলকপনী ( নত্রগা ঈশীঙদা তীঙবগুম্না কৃষ্ণ-প্রেমদা তীঙলবনী )। শ্রীরাধাদি শ্রীকৃষ্ণগী মহামক্কী শক্তিনী হায়বদি স্বরূপ-শক্তিনী, অদুগা শ্রীকৃষ্ণনা শান্নবদা ( লীলাদা ) তেঙবাঙ-ওইবীনী।

## নৈনরোল

জীবশিংগী হকচাঙ অমদি ইন্দ্রিয়নচিংবা পুম্নমক তোংশাগা ঈগনা শাগৎলী, শ্রীরাধাগী হকচাঙ—কাযাৎনচিংবদি জীবগীগুম্না প্রাকৃত তোংশাগা ঈগনা শাবা নত্তে, শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিবা ( প্রেম ) হায়বত্থদনা মচাক ওইরগা শেম—শাগৎলকপনী। শ্রীকৃষ্ণগী হ্লাদিনী শক্তিনা ওইরকপা প্রেম অদুনা ছকওং অমা লৌরগা অনাদিকালদগী শ্রীরাধাগী পুক্নীঙ—হকচাঙ—ইন্দ্রিয়গী ছক লৌদুনা লৈরকপনী। মরমদুনা শ্রীরাধাসে শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমগী বিকারস্নী ( ওন্থোবকপা ছকওং-স্নী ), মরমদুনা স্বরূপ—শক্তি হ্লাদিনীস্নী। প্রেমনা অসিগুম্বা ছক-ওং লৌবস্ হৌনশানী। মরমদি, প্রেম—দি হ্লাদিনী সন্ধিনী-সংবিৎ—না থরাই ওইবা শুদ্ধ—সত্ত্বগী থোইদোকপা বৃত্তি অমনী, অদুগা শ্রীরাধাগী (ভগবানগী অমসুং ভগবৎ—পরিকরশিংগীসু) বিগ্রহসু ( হকচাঙ মূর্ত্তিসু ) শুদ্ধ সত্ত্বগী বৃত্তিবিশেষনী। মরমদুনা স্বরূপ-লক্ষণগী ব্রা ( মচাক্কী ব্রা ) হায়বগদি শ্রীরাধাগী দেহনচিংবগা প্রেমগা পোৎছক অমতনী, মরমদুনা শুদ্ধ—সত্ত্বনা ওইরকপা প্রেম অদুনা বৃত্তি—বিশেষ অমা লৌরগা শুদ্ধসত্ত্বগী ওইবা দেহ ইন্দ্রিয়নচিংবা ওইখৎলকপদি ওইথোক্কবা থোদো নত্তে।

নত্রগা

করিগুম্বা পোৎ অমবু মহীলাঙবা পোৎ অমদা তীঙলগা পোৎতুগী মহান্নুংদা মহীদু হুত্থুনা চঙবগুম চঙঙী, মতমদুদা পোৎ অদু অতোপ্পা পোৎ অমনা ভাবিত ওইরে হায়নৈ, মত্থদি মাইবশিংনা হীদাক গুলিবু পান-মনাগী মহীদা তীঙহনা ভাবিত তৌয়ি, গুলিদুগী শরুক খুদিংদা পান-মনাগী

রস অদু চঙহল্লী। যোৎকী মচেৎ খূদিংদা মৈ চঙলগা য়োৎপু মৈগা অমতা ওইহল্লী, মতমদুদা যোৎ অদু মৈনা ভাবিত ওইরে হায়নৈ। ভাবিত শব্দগী অর্থদু অস্মুন্না লৌরবদি কৃষ্ণপ্রেম ভাবিত যার হায়বসিনচিংবা শব্দকী অর্থদি মথাগী অস্মুন্না হনবা য়াই। মদুদি—শ্রীরাধাগী চিত্ত, ইন্দ্রিয়, কায়—পুম্নমক্কী মনূঙদা, যোৎ-তা মৈনা চঙবগুম, কৃষ্ণপ্রেম্না চঙদুনা মাগী চিত্ত-ইন্দ্রিয়শিংবু প্রেম ভাবিত ওইহল্লে হায়বদি প্রেমগা অমতা ওইখ্রে। অসিগুম্বা ফীভমদা চিত্ত ইন্দ্রিয়-কায়বু প্রেমগী বিকার (অহোংবা ছক-ওং) কৌবা য়াই।

শ্রীরাধাবু শ্রীকৃষ্ণগী নিজ-শক্তি ( মছামক্কী শক্তিনী ) হায়রি অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী লীলাগী তেঙবাঙবীনী হায়বি। কান্তারস চুপ্পগী শান্নবদা শ্রীরাধানা তেঙবাঙলিবনী। শ্রীরাধাগী পুক্নীঙ-হকচাঙ-ইন্দ্রিয়শিংদি হ্লাদিনী-শক্তিনা গ্লেকপা প্রেম হায়বদুনা শাগৎলকপনী হায়দুনা অদুগা হ্লাদিনীনা শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ-শক্তিনী হায়বা মবন্না শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণগী লীলা-তেঙবাঙবী ওইবা ঙম্লিবনী। মবমদি শ্রীকৃষ্ণদি আত্মারাম-নী ( মথন্তনা নুংঙাইবা ঙম্বনী ), স্বতন্ত্র পুরুষনী ( মনীঙতম্বনী )। স্বশক্ত্যেকসহায়-নী (মথন্তগী শক্তিনা মাগী সহায় ওইবনী), মহাক মাগী স্বরূপ শক্তি নত্তনা অতোপ্পা শক্তি অমদগী মতেঙ লৌবা যাদে, লৌরগদি মাগী আত্মারাম অদুগা স্বশক্ত্যেকসহায় ওইবা হায়বদু লৈত্রে। শ্রীরাধা শ্রীকৃষ্ণগী লীলাগী তেঙবাঙবীনী হায়বসিনা তাকপদি শ্রীরাধাদি শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ-শক্তিনী হায়বনী।

## মূল ৭২

আনন্দচিন্ময়রসপ্রতিভাবিতাভি-
স্তাভির্য এব নিজরূপতয়া কলাভিঃ।
গোলোক এব নিবসত্যখিলাত্মভূতো
গোবিন্দমাদিপুরুষম্ তমহং ভজামি ॥ ৭২ ॥

## শব্দার্থ

আনন্দ—নুংঙাইবা, চিৎ—অমসুং জ্ঞানগী, ময—মছক ওইবা, —রসনা, প্রতিভাবিতাভিঃ—শাগৎলবা, তাভিঃ—মথোয়না (গোপীশিংনা যঃ—মহাক, এব—লেপ্পনক, নিজরূপতয়া—(কৃষ্ণ) মছামক্কী রূপ অদুনা;

কলাভি :—হ্লাদিনী শক্তিগী শরূপী শরূপশিংনা, গোলোকে এব—গোলোক অতুমক্তদা ; নিবসতি —লৈযে, অখিল—আত্মা-ভূত :—পুম্নমক্কী আত্মা ওইবা, গোহিন্দম—গোবিন্দবু, আদি পুরুষম্—ইহান-হানবা মুপাবু, তম—মহাকপু, অহম্—ঐনা, ভজামি—খুকমজরি।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

আনন্দ-চিন্ময়রসনা ( হায়বদি পরম-প্রেমগী ওইবা মধুর বসনা ) শাগৎলকপী, গোবিন্দ কান্তা ( তালোঙ্গ ) ওইনা মিংচৎলবী মছামক্কী স্বরূপ-শক্তি-ওইবী হ্লাদিনী ছক্তম্বী ব্রজ দেবীশিংগা লোযননা গোলোক-মক্তদা লৈবিবা আদি পুরুষ ওইবা ( গোলোক-বাসী অমসুং মুংশিবা মী ) পুম্নমক্কী খম-থেংনা মুংশিরবা গোবিন্দ অহু ঐনা ( ব্রহ্মানা ) খুরুমজরি।

## তৈনরোল

শ্লোক অসি ব্রহ্মসংহিতাদগীনী ( ৫/৩৭ )। শ্রীরাধাগী চিত্ত-ইন্দ্রিয়-কায় অহু কৃষ্ণ প্রেমতনা ভাবিত ওইংনী হায়বহু শ্লোকসিনা প্রমাণ তৌযি।

## মূল ৭৩

কৃষ্ণেরে করায যৈছে রস আস্বাদন।
ক্রীড়ার সহায যৈছে, শুন বিবরণ ॥ ৩৭ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণেরে—কৃষ্ণবু, করায—তৌহল্লী, যৈছে—করম্না মওদা, রস—আনন্দ ( নুংঙাইবা ), আস্বাদন—ফংবা, ক্রীড়ার—লীলাগী (শান্নবগী), সহায—তেংবাঙ (ওই), যৈছে— করম্না মওংদা, শুন—না'কোঙ না তাবিযু, বিবরণ—অকুপ্পা মরোল।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

( কৃষ্ণ-কান্তাশিংনা ) কৃষ্ণবু আনন্দ করম্না ফংহল্লী হায়বহুগী অমসুং করম্না লীলাগী তেঙবাঙবী ওই হাযবহুগী অকুপ্পা মরোল অহু নাকোঙনা তাবিযু।

## মূল ৭৪-৭৫

কৃষ্ণকান্তাগণ দেখি ত্রিবিধ প্রকার।
এক লক্ষ্মীগণ, পুরে মহিষীগণ আর ॥ ৭৪ ॥

ব্রজাঙ্গনারূপ আর কান্তাগণ সার।
শ্রীরাধিকা হৈতে কান্তাগণের বিস্তার ॥ ৭৫ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণকান্তাগণ—শ্রীকৃষ্ণগী মুংশিবীশিংদি, দেখি—ঐনা উই, ত্রিবিধ—মখল অহুমগী, প্রকার—জাত্তানী, এক—অমনা। লক্ষ্মীগণ—লক্ষ্মীশিংনী, পুরে—নগরদা (দ্বারকা অমসুং মথুরাদা), মহিষীগণ—লৈমশিং, আর—অতোপ্পা অমনা, ব্রজ-অঙ্গনা-রূপ—ব্রজগী ইবেম্মশিংগী মছক ওইবী, আর—অতুগা কান্তাগণসার—কান্তালক্কী মচি, শ্রীরাধিকা হৈতে - শ্রীরাধিকাদগী, কান্তাগণের—কান্তাশিংগী বিস্তার—শন্দোক্লকপনী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণকান্তাশিংদি মখল অহুম থোকযি হায়না ঐনা উজে। অমনা লক্ষ্মীশিংনী, অতুগা অতৈ অমনা নগরদা (হায়র্বদি দ্বারকা অমসুং মথুরাদা) লৈমশিংনী। কান্তালক্কা মচি ওইবী ব্রজগী গোপীশিংনা কান্তা জাৎ অমনী। কান্তাশিংসে শ্রীরাধিকাদগী শন্দোকখিবনী।

## মূল ৭৬

অবতারী কৃষ্ণ যৈছে করে অবতার।
অংশিনী রাধা হৈতে তিন গণের বিস্তার ॥ ৭৬ ॥

### শব্দার্থ

অবতারী—অবতারশিংগী থোরকফম, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ, যৈছে—মওংগুম্না, করে—তৌযি, অবতার—নোংগুম্বা (অবতার), অংশিনী—অংশপুম্বগী থোরকফম মপুম, রাধা হৈতে—রাধাদগী, তিন—অহুম, গণের—কাংলুপকী, বিস্তার—শন্দোকপা, ওইরকপা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অবতারশিংগী থোরকফম মপুম ওইবা কৃষ্ণনা ভগবানগী স্বরূপ মখল

মথল ওইনা নোংৎমক্কপগুম মপুম—ওইবী শ্রীরাধারাণীদগী কাগুলুপ অহুমগী কান্তাশিং ( হায়রবদি লক্ষ্মীশিং, মহিষীশিং অমসুং ললিতানচিংবী ব্রজগোপীশিং ) থোরকপনী।

## মূল ৭৭

লক্ষ্মীগণ তাঁর বৈভববিলাসাংশরূপ।

মহিষীগণ বৈভব-প্রকাশ-স্বরূপ ॥ ৭৭ ॥

### শব্দার্থ

লক্ষ্মীগণ—লক্ষ্মীশিং, তাঁর—মহাক্কী ( শ্রীরাধাগী ), বৈভববিলাস-অংশ-রূপ—বৈভব-বিলাসগী মশুগী ছক্কী, মহিষীগণ—লৈমশিং ( রাণী-শিং ), বৈভব-প্রকাশ-স্বরূপ—বৈভব প্রকাশগী মছক্কী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লক্ষ্মীশিংদি মহাক্কী ( শ্রীরাধাগী ) বৈভব-বিলাসগী অংশ ওাক্কী। মহিষীশিংনা ( রাণীশিংনা ) মহাক্কী বৈভব-প্রকাশগী মছক্কী।

### নৈনৱোল

কনা কনাগুম্বগী স্বরূপ অহুনা মখোয়গী থোরকফম স্বরূপকদি মাম্নরগা শক্তি ফোঙদোকপগী মতাঙদদি থোরকফম স্বরূপকী শক্তি য়োদবা মখোয়-তুবু বৈভব অমসুং প্রাভব কৌয়। প্রাভবতগী বৈভবকীনা শক্তি ফোঙ-দোকপা হেল্লৌ। থোইদোকপা লীলা অমগীদমক স্বয়ংরূপনা তোতোপ্পা লৌরগা ছকউৎলবদি মতমদুদা মহাকপু **বিলাস** কৌয়ি, শক্তি ফোংদোক-পগী মতাঙদা বিলাস-রূপ অহু স্বয়ংরূপকা হাইফেৎ মান্নে হায়রবদি খজিক্কুং হন্নে। শক্তিগী মতাঙদা স্বয়ংরূপতগী হন্নে হাযহুনা বিলাস অসি মূল স্বরূপ-কীদি অংশগুম্রে, মরমসিনা স্বরূপসিবু বৈভব-বিলাস-গী মছক ওইবা অংশ হায়নস্ত কৌবা যাই। পয়ারসিদা লক্ষ্মীশিংগী স্বরূপ করিনো হাযবহু তাক্লী। বৈকুণ্ঠগী লক্ষ্মীশিংদো স্বরূপকী হাযরগদি শ্রীরাধিকাগা খেন্নদে, অহুবু শ্রীরাধাগী খুৎ অনী পাল্লী, লক্ষ্মীগীনা খুৎ মরি পাল্লী, মরমহুনা শ্রীরাধাগী মওংগা শ্রীলক্ষ্মীগী মওংগা মান্নদে। শ্রীরাধাদি শক্তিপুম্বদা পুঙ-হেন্-হেন্‌বী ওইবিবনী, লক্ষ্মীনা মাগুম্না শক্তি য়োনা চেন্দে। মরমসিনা লক্ষ্মীবু শ্রীরাধাগী বৈভব-বিলাসগী অংশনী হায়রিবনী।

থোরককম স্বরূপকা মওং মান্নববু প্রকাশ কৌয়ি। শ্রীরাধাগী খুৎ অনী পান্বগুম্না মহিষীশিংসু খুৎ অনীদমক পাল্লী, মরমসিনা মহিষীশিংবু শ্রীরাধাগী প্রকাশ-নী হায়না হাযরিবনী। শ্রীরাধাদগী মহিষীশিংদনা শক্তি ( ছক ফজবদা অমদি মাধুর্য্যনচিবদা ) ব্রাংনা ফোঙদোকযি হাযত্নুন' মখোযবু শ্রীরাধাগী বৈভব-নী হায়না হায়রিবনী। এতৌ অস্নুন্না মহিষীশিংদু শ্রীরাধাগী বৈভব-প্রকাশ-নী। মসিনী মহিষীশিগী তত্বদি।

পরব্যোমগী মধুঙো নাবাযণ অদু শ্রীকৃষ্ণগী বৈভব-বিলাসনী, মহাক্কী কান্তা লক্ষ্মীসু শ্রীকৃষ্ণগী কান্তা শ্রীরাধাগী বৈভব বিলাসনী। দ্বারকাগী মবুঙোসু ব্রজনিংথৌ-মপারি শ্রীকৃষ্ণগী বৈভব-প্রকাশনী। শ্রীকৃষ্ণদগী ভগবৎ-স্বরূপ অতৈ অতৈ থোরকপওম্না মখোযশিংদুগী কান্তাশিংসু শ্রীরাধাদগী থোকখিবনী।

**বৈভব-বিলাস** শব্দগী মরমদা হায়গদবা অমসু লৈ। বৈভব-তগী প্রাভব-তনা শক্তি বাৎনা উৎলী, দেবকীগী মচাবুঙোদগী পবব্যোমগী মবুঙোনা শক্তি হন্থনা উৎলী, দেবকীগী মচাবুংঙোদি বৈভব-রূপ-নী মরমত্নুনা পবব্যোমগী মবুঙোনা প্রাভব রূপ ওইবনা নাতৈ চায। নারায়ণ্না প্রাভব-বিলাস ওইরবদি মহাক্কী কান্তা লক্ষ্মীসু শ্রীরাধাগী বৈভব-বিলাস ওইদত্নুনা প্রাভব-বিলাস ওইবনা নাতৈ চায হাযনা থল্লী। পয়ারসিদা বৈভব-বিলাস হায়বস্নিবসি খুৎইনা শিন্দোকপদা শোযবন্সু যায।

## মূল ৭৮

আকার স্বভাব-ভেদ ব্রজদেবীগণ।
কায ব্যূহরূপে তাঁর রসের কারণ ॥ ৭৮ ॥

## শব্দার্থ

আকার—ছক-ওং, স্বভাব—মতৌ-মরাং, ভেদে—খেন্নবা মতুঙ ইন্না, ব্রজদেবীগণ—ললিতানচিংবী ব্রজগোপীশিং, কায়ব্যূহরূপে—'প্রকাশ' (ওই), তাঁর—মাগী (শ্রীরাধাগী), রসের কারণ—রস শোগৎনবগী নত্রগা রস মথেল মথেল থোকহন্নবগীদমক।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রজদেবীশিংসে তোঙান্-তোঙান্বা ছকওংগীনী অদুগা তোঙান্-তোঙান্বা স্বভাবকীনী ( মতৌমরাংগীনী ) মখোয়সি মহাক্কী ( শ্রীরাধাগী )

প্রকাশ ( ওইরকপা ) ঙাক্নী, মখোয়না শ্রীরাধাগী রস শোগৎনবগী হায়বদি রস মথেল মথেল থোকহন্নবগী লৈবনী।

## লৈনথোল

রস য়োকখৎনবগীদমক রূপ-অমস্তুং-স্বভাব তোঙান্-তোঙান্বী ব্রজ-গোপীসী ছক ওইনা শ্রীরাধানা মছাবু ফোঙদোক্লিবনী ( হাযবদি গোপীশিং-সে শ্রীরাধাদগী থোকখিবনী )।

## মূল ৭৯

বহু কান্তা বিনা নহে রসের উল্লাস।

লীলার সহায় লাগি বহুত প্রকাশ ॥ ৭৯ ॥

### শব্দার্থ

বহু—যাম্বা, কান্তা—লুংশিনবী। বিনা—নত্তনা, নহে—ওইদে, রসের—শৃঙ্গার ( নুপী-নুপা পানবা ) রসগী, উল্লাস—মকা য়াম্না লাম্-থৎপা, লীলার—শান্নবগী, সহায় লাগি—তেঙাবাঙনবা হাযত্তুনা, বহুত—ময়াম ওইনা, প্রকাশ—ছকফোঙবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শৃঙ্গার রসনা মকা-য়াম্না লামথৎপা হায়বত্তুদি কান্তা মশীঙ য়ামত্রবদি ওইবা যাদে। লীলাগী তেঙবাঙনবা হায়ত্তুনা ছক-য়াম ফোঙবনী।

## মূল ৮০

তার মধ্যে ব্রজে নানা ভাব-রসভেদে।

কৃষ্ণকে করায় রাসাদিক-লীলাস্বাদে ॥ ৮০ ॥

### শব্দার্থ

তার—মখোযগী, মধ্যে—মনুঙদা, ব্রজে—ব্রজদা, নানা—মখল মখাগী, ভাব-রস-ভেদে—ভাব অমসুং রস তোঙান্ তোঙান্না, কৃষ্ণকে—শ্রীকৃষ্ণবু, করায়—তৌহল্লী, রাসাদিক-লীলা-আস্বাদে—রাসনচিংবা লীলাগী রস চূপ্নগী 'মহাও-না'।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয়ত্তুগী ( ব্রজদেবীশিংগী ) মরক্তা ব্রজদদি ভাব (পুকচেল) অমদি

রস থেন্নবী কাঙলুপ য়াম্না নৈ। মখোয়না রস-নচিংবা লীলাগী রস শ্রীকৃষ্ণনবু চুপ হল্লী।

## নৈনরোল

রাসগী মরমদা শ্রীধর স্বামীনা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী ১০/৩৩/২ শ্লোক অতুগী টীকাদা হায়—"রাসো নাম বহুনর্ত্তকীযুক্তো নৃত্যবিশেষঃ—জগোইশাবী ময়াম লোয়ননা শাবা জগোই মখল অমবু রাস কৌয়ি।" জগোই মখলসিগী মরমদা বৈষ্ণবতোষণীকারনা হায়রি—"নটৈর্গৃহীতকণ্ঠীনামন্যোন্যাত্তকরশ্রিয়াম্। নর্ত্তকীনাং ভবেদরাসো মণ্ডলীভূয়ো নর্ত্তনাম্ ॥—জগোই-শাবা অমমন্না জগোইশাবী অমমম্‌গী ওক কোল্লগা জগোই শাবা-শাবীশিং মশেল অমনা অমগী খুৎপায়রগা জগোই-শাবা-শাবীনা কোযনা শম্নরগা (মণ্ডলগী মওংদা ) শাবা জগোইবু রাস কৌয়ি।" ব্রজগী রাস-লীলাদা য়াওরিবা গোপী খুদিংগী শ্রীকৃষ্ণনা মহামক্কী মূর্ত্তি অমমম চোংথোকুনা ( আত্মপ্রকাশ তৌদুনা ) লীলা শান্নে। হায়রিবা অর্থসিদগী খণ্ডবদি—রাসদা কান্তা য়াম্না য়াওবা তাই হায়বসিনী।

রাস-লীলাদা করম্না রস ইহৌরকপগে হায়বগী মরমদসু বৈষ্ণব-তোষণীনা হায়রি—"রাসঃ পরম-রস কদম্বময়ঃ ইতি যৌগিকার্থঃ—শ্রীমদ-ভাগবতম ১০/৩৩/৩/ টীকা॥" মসিগী অর্থদি অসিনী—রাসলীলা পরমরস পুন্নমক্লা তিল্লবনী, রাসদা অথোয়বা বস পুন্নমক ফুদোকয়ি। মুখ্য (অথোযবা) রস মঙানী, মহুদি—শান্ত, দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য অমসুং শৃঙ্গার, অদুগা গৌণরস-না তরেৎনী, মহুদি—হাস্য ( নোকপা ), অদ্ভুত ( অঙকপা ), বীর ( থৌনা ফবা ), করুণ ( নুংশিনঙাই ওইবা ), রৌদ্র (শাউগৎপা), বীভৎস (তুকচনঙাই ওইবা), অমসুং ভয় (কিবা)। রাসদা রস পুন্নমকসি ইহৌরক-য়ি। রস-পুন্নমক থোরক্লবসু রাসদা শৃঙ্গার-রসনা মকোক থোংঙী। শৃঙ্গার-রসনা অঙ্গী ( মপুম ) অদুগা অতৈ রসনা অঙ্গ ( শরুক ) হাযবদি শৌগৎ-নবগী যাওবা রসনী। শান্ত-নচিংবা রসদি মহৌশানা শৃঙ্গাব-রসগা যেরুর-বসু অঙ্গী শৃঙ্গার-বসবু শৌগৎপা মতমদদি য়েরুবা ওইদে। মত অসি কাব্যপ্রকাশনসু য়ারি।

শৃঙ্গার-রসনা মপুঙ ফানা ফুগায়রকপা অদুগা মাগী মীচং ওইনা অতৈ রস পুন্নমক থোরকপা হাযবসিনা রাসলীলাগী খ্বাইগা মান্নদবা মতৌ অমনী, ব্রজ নত্তনা অতৈ অতোপ্পা ধামদা মসি ওইথোক্তে অমসু, স্বয়ং

শ্রীরাধা নত্তনা অহৈ অতোপ্পা থামগী কান্তাশিংগী লোয়নবগস্নু হাযরিবা খোইদোকপা মতৌ অসি ওইথোক্লবনী।

## মূল ৮১

গোবিন্দানন্দিনী রাধা—গোবিন্দ-মোহিনী।
গোবিন্দ-সর্ব্বস্ব—সর্ব্বকান্তা-শিরোমণি ॥ ৮১ ॥

### শব্দার্থ

গোবিন্দ-আনন্দিনী—গোবিন্দবু নুংঙাইহনবী, রাধা—শ্রীমতী রাধা-রাণী, গোবিন্দ-মোহিনী—গোবিন্দবু শুমহৎপী, গোবিন্দ-সর্ব্বস্ব—গোবিন্দনা সর্ব্বস্ব ( লৈজবা পুম্বা ) ওইবী, সর্ব্ব-কান্তা-শিরোমণি—কান্তা পুম্নমক্কী কোক্কীমণি ( পুওথোই থোইবী )।

### মৈথৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমতী রাধারাণীদি গোবিন্দবু নুংঙাইহল্লী অমসুং গোবিন্দবু শুমহৎপীনী। মাগী লৈজবা পুম্বা হায়ববু গোবিন্দনা মরোযরবনী, মহাক্তি কান্তা পুম্নমক্কী মকোক্কী মণি-নী ( হাযবদি কান্তাশিংগী মকোক্কী )।

## মূল ৮২

দেবী কৃষ্ণময়ী প্রোক্তা রাধিকা পরদেবতা।
সর্ব্বলক্ষ্মীময়ী সর্ব্ব-কান্তিঃ সম্মোহনী পরা ॥ ৮২ ॥

### শব্দার্থ

দেবী—লংনা ঙান্‌বী, কৃষ্ণময়ী—কৃষ্ণদগী খেন্নদবী, প্রোক্তা—কৌয়ি, রাধিকা—শ্রীমতী-রাধারাণী, পরদেবতা—কৃষ্ণগুম্না পূজা তৌনঙাই ওইবী অথোয়বী দেবতা ( লাই ); সর্ব্বলক্ষ্মীময়ী—লক্ষ্মীপুম্নমক্কী মছক ওইবী, সর্ব্বকান্তিঃ—কান্তি পুম্নমক্কী তুঙফম ওইবী, সম্মোহনী—( কৃষ্ণবু ) মপুঙফানা শুমহৎ-ঙম্বী, পরা—পুওথোই-থোইবী শক্তি।

### মৈথৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরাধাদি দেবীনী ( য়োনা লংলগা ঙান্‌বীনী ), কৃষ্ণদগী করিমতা খেন্নদবী ( নত্রগা নুং-পান অনীমক্তা কৃষ্ণদবু উবী ), পরদেবতানী ( কৃষ্ণবু

পূজা তৌবগুম্না পূজা তৌনভাই ওইবীনী) , লক্ষ্মীপুন্নমক্কী মকোক ওইবীনী, কান্তি ( মঙান্ ) পুন্নমক্কী তৃঙকম ওইবীনী, কৃষ্ণবু মপুঙ ফানা শুমহৎতহ্নীনী, অমসুং ( শ্রীকৃষ্ণগী ) পুঙথোই-থোইবী শক্তিনী ।

## নৈনরোল

শ্লোকসিদা রাধিকা শব্দসি বিশেষ্যনী, অতুগা দেবী-নচিংবা শব্দশিংনা রাধিকাগী মহিমা উৎননবা বিশেষণ ওাক্তনী । শ্লোক্তা হায়রিবা দেবী শব্দনা মমাঙগী পয়ারদা হায়খিবা গোবিন্দানন্দিনী শব্দগী, সম্মোহনী শব্দনা, গোবিন্দমোহিনী শব্দগী সর্ব্বকান্তিঃ শব্দনা গোবিন্দসর্ব্বস্ব শব্দগী অমসুং সর্ব্বলক্ষ্মীময়ী শব্দনা সর্ব্বকান্তাশিরোমনি শব্দগী প্রমাণ-নী ।

## মূল ৮৩

দেবী কহি—দ্যোতমানা পরম সুন্দরী ।
কিম্বা কৃষ্ণপূজা ক্রীডার বসতিনগরী ॥ ৮৩ ॥

## শব্দার্থ

দেবী—দেবী শব্দদি , কহি—ঐনা হায়জরি , দ্যোতমানা—ওাম্থোইবী , পরম সুন্দরী—ছকহেম্থোইবী , কিম্বা—নত্রগা , কৃষ্ণ-পূজা-ক্রীড়ার—কৃষ্ণবু নুংশিনা লাৎপগী অমসুং শান্নবগী , বসতি—লৈফম , নগরী—সহর ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দেবীগী অর্থদি পুঙলং-লংনা ওাম্থোইবী অমসুং ছকহেম্থোইবী হায়বনী । নত্রগা কৃষ্ণবু নুংশিনা লাৎপা অত্তুগা শান্নবা হায়বত্তুগী মযুম নগরী হায়বনী ।

## নৈনরোল

দিব্ ধাতুগী অর্থ দ্যুতি ( ওান্‌বা ) হায়না লৌত্না দেবী শব্দগী অর্থ দ্যোতমানা ( ওাম্থোইবী ) হায়রিবনী । অতুগা দিব ধাতুগী অর্থ ক্রীড়া ( শান্নবা ) হায়না লৌরগনা দেবী শব্দগী অর্থ ক্রীড়ার বসতি নগরী ( শান্নবা হায়বত্তুগী লৈফম নগর ) হায়রিবনী । কৃষ্ণ-পূজা-ক্রীড়ার বসতি নগরী হায়বগী মরমদি অসিনী—শ্রীরাধাদি দেবীনী হায়রদি নগরীনী, নগরীগা চাংদমনাইনী—নগরীসিদা শ্রীকৃষ্ণবু পেলহন্নবা (পূজা তৌনবা অমসুং শান্নবগী পোৎলম মঙ্গল মথেল লৈ । মহাভাবময়ী শ্রীরাধাদা

কিলকিঞ্চিত-নচিংবা মখল মখাগী ভাব, মান-প্রণয়-নচিংবা মখল মথেলগী প্রেম, রূপ-গুণচিংবগীসু শীঙনাইদবা মখল-মথেল লৈ, মখোয় খুদিংমক শ্রীকৃষ্ণবু পেল্‌হন্নবগী ( পূজাগী ) মরম ওাক্নী, পূজাগী পোৎলম মথেল পুম্বা নগরগী দোকানশিংদা ফংবগুম শ্রীকৃষ্ণনা পেন্নবগী মরম ওইবা মখল মথেলগী পোৎ পুন্নমক শ্রীরাধাদা ফংঙী, মবমন্থনা শ্রীরাধাবু কৃষ্ণ-পূজাগী লৈফম নগরী (বসতি নগরী) হায়রিবনী। অমূক বাসনচিংবা লীলাদা বৈদগ্ধী ( রসিকতা ) নচিংবা চঙফম থোকপা পুন্নমক্তু শ্রীরাধা মথন্তুদা মপূঙ ফানা লৈ—শ্রীরাধা রাসনচিংবা ক্রীড়াগী ( শান্নবগী ) ছন্দোকপা যাদ্রবা গুণ-খিবিক্না লেফম্নী, মরমন্থনা শ্রীরাধাবু কৃষ্ণ-ক্রীড়াগী লৈফম নগরী হায-বিবনী। মবমসিনা অসিদা য়াওবিবা দেবী শব্দসিনা মমাওগী পযারগীদা যাওবা গোবিন্দানন্দিনী হাযবা শব্দগী প্রমাণ ওইববনী।

## মূল ৮৪

'কৃষ্ণময়ী'—কৃষ্ণ যার ভিতরে-বাহিরে।

যাহাঁ যাহাঁ নেত্র পড়ে তাঁহা কৃষ্ণ স্ফুরে ॥ ৮৪ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণময়ী—কৃষ্ণময়ী হায়বা শব্দ, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা, যার—মহাক্কী, ভিতরে—মুংদা, বাহিরে—পান্দা, যাহাঁ যাঁহা—মফম মফমদা, নেত্র—মীৎ, পড়ে—তাই, তাঁহা—মফমতুদা, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ, স্ফুরে—( নীঙ-শংলকপা পোৎ ) থোরকযি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

'কৃষ্ণময়ী' শব্দগী অর্থদি মাগী মুং-পান্ অনীমক্তা কৃষ্ণ-ভাক্তা ওায়ববু হায়বনী। মাগী মীৎয়েংনা তারু-তারুবা মফম মফমদা কৃষ্ণতবু মউই।

### নৈনরোল

শ্রীরাধাগী মুং-পান অনীমক্তা কৃষ্ণ লৈ হায়রি। মহাক্না মীৎ উইছন্দুনা লৈরবসু থম্মোইমুংদা থম্মোই-হুবা শ্রীকৃষ্ণবু উজৈ অদুগা কৃষ্ণ-সঙ্গী মুং-ওাইবতুসু মফওঙী। অদুগা পাল্লোমদা কৃষ্ণ লৈ হায়বগী মরমনা অসিনী—মীৎ পাঙথোক্লগা পান্দা য়েংলুবা পুন্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণবু নীঙশীঙলকয়ি। তমাল-পাম্বীদা নক্লগা ফুয়না-হোবা নোং য়েংলুবদা শ্রীকৃষ্ণগী কুচু নীঙশীঙলকযি,

ইন্দ্রধনু য়েংলুবদা শ্রীকৃষ্ণগী চূড়াদা য়াওবা রাহোং মতু নীঙশীঙঙী, নোংথক্তা উরোক্ উচেক্কী পরেং উরুরগা কৃষ্ণগী থবাক্তা ঙাঙবা মুক্তাপারেংবু নীঙশীঙঙী, লৈ-পাম্বী উরগা কৃষ্ণগী থবাক্তা চোম্থনা যাম্থরিবা লৈ-পরেং নীঙশীঙঙী, শম্নাও উরগা শ্রীকৃষ্ণনা শল শেন্‌বগী রা নীঙশীঙঙী, শঙ্গোম অনোবা-অফম্বা-ক্ষীর-ননীনচিংবা উরগা শ্রীকৃষ্ণনা ভোজন (চাবা) তৌবগী রা নীঙশীঙঙী, অসিনচিংবগী মওংদা কবিগুম্বা পোৎ অমতং হেক উবদা পোৎ অদুনা শ্রীকৃষ্ণবু নীঙশীঙনবগী মরম ওই।

## মূল ৮৫

কিম্বা প্রেমরসময় কৃষ্ণের স্বরূপ।

তাঁর শক্তি তাঁর সহ হয় একরূপ ॥ ৮৫ ॥

### শব্দার্থ

কিম্বা—নত্রগা, প্রেমরসময়—প্রেম অমসুং রসশিংনা থল্লবা, কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী, স্বরূপ—মছক্কী, তাঁর—মাগী, শক্তি—শক্তি, তাঁবসহ—মাগা লোয়নননা হয়—ওই, একরূপ—অমতা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নত্রগা, (কৃষ্ণময়ীগী অর্থদি) প্রেমগী বস্তুশিংদনা মচাক ওইহুনা শারবা হকচাঙনা মাগী ওইবা অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপনী হায়বনী। শ্রীকৃষ্ণগা মহাক্কী শক্তিগা অমতনী, হায়বদি খেন্নদে।

### নৈনরোল

শক্তিগা শক্তিমানগা খেন্নদবগুম শ্রীরাধাবু শ্রীকৃষ্ণগা খেন্নদে হায়রিবনী। স্বরূপকী মোজুরগাদি শ্রীরাধাগা খেন্নদবা মরম্না শ্রীরাধাগী স্বরূপ-সু শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপকা খেন্নদে, শ্রীকৃষ্ণনা প্রেমরসময় ওইবগুম্না শ্রীমতী রাধাসু প্রেমরসময়ী-নী। মরমসিনা শ্রীরাধাদি কৃষ্ণরূপ-নী ( হায়বদি প্রেমরসময়-স্বরূপনী ), মরমতুনা মহাক কৃষ্ণময়ী-নী।

## মূল ৮৬

কৃষ্ণবাঞ্ছা-পূর্ত্তিরূপ করে আরাধনে।

'অতএব রাধিকা' নাম পুরাণে বাখানে ॥ ৮৬ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণবাঞ্ছা—কৃষ্ণনা পাগ্রা অদুগী , পূর্ত্তিরূপ—থুংহন্নবগী মওংগী , করে—তৌয়ি , আরাধনে—লাৎপা , অতএব—মরমদুনা , রাধিকা—শ্রীমতী রাধিকা ( লাই-লাৎপী ) , নাম—মিং , পুরাণশিংদা , বাখানে—রারীনৈ ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( মানা ) আরাধনা ( ইডাৎ-পূজা ) তৌবদি কৃষ্ণগী অপাম্বা থুংনবগী মছক্নী । মরমদুনা পুরাণশিংনা মহাকপু রাধিকা' ( অরাৎপী ) হায়না কৌয়ি ।

### মুল ৮৭

অনয়ারাধিতো নূনং ভগবান হরিরীশ্বরঃ ।
যন্নো বিহায় গোবিন্দঃ প্রীতো যামনয়দ্রহঃ ॥ ৮৭ ॥

### শব্দার্থ

অনয়া—( মুপী ) অসিনা , আরাধিতঃ—লাৎলিবা , নূনং—লেপ্পমক , ভগবান্—ভগবান্ , হরিঃ—( ভক্ত ওইবা মীগী অরাববু ) হূরান্‌বা , ঈশ্বরঃ—ভক্তগী অনীওববু থুংহন-ওম্বা , যৎ—মরমদুনা , নঃ—ঐখোয়বু , বিহায়—থাদোক্তুনা , গোবিন্দ—শ্রীকৃষ্ণ প্রীতঃ—পেল্লবা ( ওইরদুনা ) , যাম—( মুপী ) মাবু , অনয়ৎ—পুখ্রে , রহঃ—অচীকপদা ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শোয়দ্রে (ভক্তগী অরাববু) হূরান্‌বা অদুগা ভক্তগী অনীওববু থুংহন্‌ওম্বা ভগবান্ শ্রীনারাযণদো ( মুপী ) মহাক্না লাৎলবনী । মরমদি শ্রীগোবিন্দনা পেন্‌বিরদুনা ঐখোয় পুম্নমকপু থাদোক্লম্লগা ( মুপী ) মহাকপু অচীকপা মফমদা পুদুনা চৎখ্রে ।

### তৈনরোল

শ্লোক অসি শ্রীমদ্ভাগবতম্-দগী লৌথোরকপনী ( ১০/৩০/২৮ ) । মসিদা ভাওলিবা রাসে শ্রীরাধাগী মীচং-ওইবী সখীশিংনা হায়বনী । শরৎ রাসগী অহিংদা শ্রীকৃষ্ণনা খঙহৌদনা রাসমণ্ডলীদগী মাওথ্রবদা মাগা ক্নায়নবগী মৈচাক-চাক্লবী গোপী পুম্নমক্না মহাকপু থিবা বন থুদিং কোযনা

চংপা হৌরম্মী। অস্থূম কোযচং চংলকপনা মখোয় লোয়নমক বনগী অচীকপা ( নিভৃত ) মফম অমদা থু্লুরে। মফমদুদা মখোযনা লৈমায়থক্তা শ্রীকৃষ্ণগী খোঙ্গুন তারম্বদু উরে, শ্রীকৃষ্ণগী খোঙ্গুন অদুবু মখোযনা হান্নন্না উখ্রবনীনা হৌজিক খোঙ্গুনগী মছক খঙলে। শ্রীকৃষ্ণগী খোঙ্গুনগা লোযননা অতোপ্পা খোঙ্গুন খবস্থু মফমদুদা লৈরম্মী, হাযরিবা খোঙ্গুনশিংদুদি কনাগী-নো হাযবা লোইনমক্না খঙলমদরে, শ্রীরাধাগী ওইবী সখীশিংনদি শ্রীরাধাগী খোঙ্গুনবু খঙভী, মবমদুনা মখোযতনা খোঙ্গুনশিংদো শ্রীরাধাগীনী হাযবা খঙলম্মী। খোঙ্গুনশিংদুনা পুন্নপ লেমিন্নবন্নবদুদা শ্রীকৃষ্ণগা শ্রীমতী রাধাগা লৈমিন্নখবে হাযবা মখোয খঙলম্মী। মসিদা শ্রীরাধাগা মরাইবক ফবে হাযবা খঙলদুনা মহাক্কী সখীশিংনা যাম্না পুক্নীঙ লুমজখি অদুগা নুংঙাই-জখি। শ্রীরাধাগী বিপক্ষ ওইবী (চন্দ্রাবলীগী ওইবী অমস্তুং তটস্থা ওইবী ( শ্রীরাধাগীস্ত চন্দ্রাবলীগীস্ত নত্তবী ) গোপীশিংনা শ্রীরাধাগী পদচিহ্নবু ( খোঙ্গন ) খঙদবা মবম্না মখোয় কনামতনা অথুপ্পা ব্রাদো খঙলমদ্রে মখোয়না খঙবা হাযববু লাইবকফবী কনাগুম্বী নুজা অমনা শ্রীকৃষ্ণগা সঙ্গ তৌবা ফংবগী লাইবক অদু ফংখবে হায়বা অসিতনী। লাইবকফবীদু কনানো হাযবদি মখোয খঙলমদে, অদুগা শ্রীরাধাগী পক্ষদা য়াওরিবী সখীশিংনস্থু হাযদোক্লমদে, অদুবু নুংঙাইমনখ্রদুনা লাইবক-ফবী নুজাদুগী ( শ্রীরাধাগী ) লাইবক-ফবগী ব্রাদো ঙাঙনীংমনখিদুনা লাইবক-ফবী রাধাগী নাম অদু নাথৈনা লোংলগা মাগী সখীশিংদুনা মাগী লাইবক অদু বর্ণন তৌরগা **অনয়ারাধিতঃ** নূনং—নচিংবসি হাযখিবনী।

## মূল ৮৮

অতএব সর্ব্ব-পূজ্যা, পরম-দেবতা।
সর্ব্ব-পালিকা সর্ব্ব-জগতের মাতা ॥ ৮৮ ॥

### শব্দার্থ

অতএব—মরমদুনা, সর্ব্বপূজ্যা—পূম্নমক্কী পূজা তৌনফম ওইবী, পরম-দেবতা—(কৃষ্ণগুম্না পূজা তৌনঙাই ওইবী) পূঙথোই-থোইবী দেবতা ( লাই ), সর্ব্ব-পালিকা—পূম্নমকপু ঙাক-শেন্‌বিবী, সর্ব্বজগতের—জগৎ-পূম্বগী, মাতা—মমা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমদুনা রাধাদি থাই পূম্নমক্না পূজা তৌনঙাই ওইবী পরম-দেবতানী

( পুঙথোই-থোইবী লাইরেম্মানী )। মহাক পুম্নমক্কী ওাক্-শেনবিবীনী অতুগা জগৎ-পুম্বগী মমানী।

## মূল ৮৯

সর্ব্বলক্ষ্মী-শব্দ পূর্ব্বে করিয়াছি ব্যাখ্যান।
সর্ব্বলক্ষ্মীগণের তেঁহো হয় অধিষ্ঠান ॥ ৮৯ ॥

### শব্দার্থ

সর্ব্বলক্ষ্মী-শব্দ—সর্ব্বলক্ষ্মী হায়বা ৱাহৈ, পূর্ব্বে—মমাঙদা, করিয়াছি—ব্যাখ্যা তৌত্নুনা তাকখ্রে, সর্ব্বলক্ষ্মীগণের—লক্ষ্মী পুম্নমক্কী, তেঁহো—মহাক ( শ্রীরাধা ), হয—ওই, অধিষ্ঠান—তুঙফম।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সর্ব্বলক্ষ্মী হায়বা শব্দসি মমাঙদা ঐনা ব্যাখ্যা তৌত্নুনা তাকখ্রে। মহাক্তি ( শ্রীরাধাদি ) লক্ষ্মী পুম্নমক্কী তুঙনফম মরুনী।

## মূল ৯০

কিম্বা 'সর্ব্বলক্ষ্মী' কৃষ্ণের ষড বিধ ঐশ্বর্য্য।
তাঁর অধিষ্ঠাত্রী শক্তি—সর্ব্বশক্তিবর্য্য ॥ ৯০ ॥

### শব্দার্থ

কিম্বা—নত্রগা, সর্ব্বলক্ষ্মী—সর্ব্বলক্ষ্মী হায়বা শব্দ, কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী ষড বিধ—মখল তরুক্কী, ঐশ্বর্য্য—লল্, তাঁর—মহাক্কী ( শ্রীকৃষ্ণগী ), অধিষ্ঠাত্রী—পুঙথোই-থোইবী, শক্তি—শক্তি, সর্ব্বশক্তিবর্য্য—শক্তি পুম্নমক্কী মকোক্।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নত্রগা, সর্ব্বলক্ষ্মী হায়বা শব্দসিগী অর্থদি শ্রীকৃষ্ণগী ঐশ্বর্য্য ( লল ) মখল তরুক হায়বনী। শ্রীরাধাদি শ্রীকৃষ্ণগী পুঙথোই-থোইবী শক্তিনী, শক্তি পুম্বগী মকোক্নী।

## মূল ৯১

সর্ব্বসৌন্দর্য্য—কান্তি বৈসযে যাঁহাতে।
সর্ব্বলক্ষ্মীগণের শোভা হয় যাঁহা হৈতে॥ ৯১॥

### শব্দার্থ

সর্ব্বসৌন্দর্য্য-কান্তি—ফজবা (সৌন্দর্য্য) পুম্বা অমসুং মঙান্ (কান্তি) পুম্বা, বৈসয়ে—লৈ, যাঁহাতে—মঙোন্দা, সর্ব্বলক্ষ্মীগণের—লক্ষ্মী পুম্নমক্কী, শোভা—লৈতেং, হয়—ওই, যাঁহা হৈতে—মঙোন্দগী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মঙোন্দা ( শ্রীরাধাদা ) ফজবা পুম্বা অমসুং কুচুগী মঙাল পুম্বা লৈ। লক্ষ্মী পুম্নমক্কী ফজবদো মঙোন্দগী লৌবা ঙাক্নী।

## মূল ৯২

কিম্বা 'কান্তি'—শব্দে কৃষ্ণের সব ইচ্ছা কহে।
কৃষ্ণের সকল বাঞ্ছা রাধাতেই রহে॥ ৯২॥

### শব্দার্থ

কিম্বা—নত্রগা, কান্তি-শব্দে—কান্তি শব্দনা, কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী, সব ইচ্ছা—অনীঙবা পুম্বা, কহে—কৌযি, কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী, সকল—পুম্নমক, বাঞ্ছা—অনীঙবা, রাধাতেই—শ্রীরাধাতদা, রহে—লৈ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নত্রগা, কান্তি-শব্দগী অর্থদি 'শ্রীকৃষ্ণগী অনীঙবা পুম্বা' হায়বনী। শ্রীকৃষ্ণগী অনীঙবা পুম্বদি শ্রীমতী রাধারাণীদদা লৈ।

## মূল ৯৩

রাধিকা করেন কৃষ্ণের বাঞ্ছিত পূরণ।
'সর্ব্বকান্তি—শব্দের এই অর্থ বিবরণ॥ ৯৩॥

### শব্দার্থ

রাধিকা—শ্রীমতী রাধিকানা, করেন—তৌয়ি, কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী;

বাঞ্ছিত—অপাম্বা, অনীঙবা , পুরণ—থুংহনবা , সৰ্ব্বকান্তি-শব্দের—সর্ব্ব-কান্তি শব্দগী , ঐই—মসিনী , অর্থ বিবরণ—অর্থগী অকুপ্পা মরোল ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

শ্রীমতী রাধিকানা শ্রীকৃষ্ণগী অনীঙবা পূম্বা থুংহল্লী । সৰ্ব্বকান্তি শব্দগী অকুপ্পা অর্থগী মরোল অসিনী ।

**মূল ৯৪**

জগত-মোহন কৃষ্ণ,—তাঁর মোহিনী ।

অতএব সমস্তের পরা ঠাকুরাণী ॥ ৯৪ ॥

**শব্দার্থ**

জগৎ-মোহন—জগৎ-শুমহৎপা , কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ , তাঁর—মহাকী , মোহিনী—শুমহৎপীনী , অতএব—মরমন্থনা , সমস্তের—পূম্নমক্কগী , পরা—অথোইবী , ঠাকুরাণী—ইবেম্মা ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

জগৎ-শুমহৎপা শ্রীকৃষ্ণনী, শ্রীরাধাদি মহাকপুসু ( শ্রীকৃষ্ণবুসু ) শুম-হৎপীনী । মরমন্থনা পুম্নমক্কগী থোইবী ইবেম্মানী ।

**মূল ৯৫**

রাধা পূর্ণশক্তি, কৃষ্ণ পূর্ণ-শক্তিমান্ ।

দুই বস্তু ভেদ নাহি শাস্ত্র পরমাণ ॥ ৯৫ ॥

**শব্দার্থ**

রাধা—শ্রীমতী রাধারাণীদি , পূর্ণ-শক্তি—মপুঙফাবী শক্তিনী , কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা , পূর্ণ-শক্তিমান্—মপুঙ-ফাবা শক্তিগী মপূনী , দুই—অনী , বস্তু—পোৎ , ভেদ—থেন্নবা , নাহি—লৈতে , শাস্ত্রপরমাণ—শাস্ত্রগী প্রমাণনী ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

শ্রীমতী রাধানা মপুঙফাবা শক্তিনী, অদুগা শ্রীকৃষ্ণনা মপুঙ ফাবা শক্তিগী মপূনী । পোৎ অনীসি থেন্নদে, রাকমসি শাস্ত্রগী প্রমাণনী ।

## মূল ৯৬

মৃগমদ, তার গন্ধ,—যৈছে অবিচ্ছেদ্।
অগ্নি-জ্বালাতে যৈছে নাহি কভু ভেদ ॥ ৯৬ ॥

## শব্দার্থ

মৃগমদ—কস্তুরী, তার—মাগী, গন্ধ—মণম, যৈছে—অদুগুম্না, অবিচ্ছেদ—খাইদোক্লবা য়াদবগী ( মরম্না খেন্নদবা ), অগ্নি—মৈগা, জ্বালাতে—মৈশাগদা, যৈছে—গুম্না ; নাহি—লৈতে, কভু—কদৌঙৈদস্সু, ভেদ—খেন্নবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কস্তুরীগা মণমগা খাইদোক্লবা য়াদবা মরম্না মখোযনী খেন্নদবগুম্ অদুগা মৈগা মৈশাগা অনীনা কদৌঙৈদস্সু খেন্নদবগুম ( শ্রীরাধা-শক্তিগা শ্রীকৃষ্ণ-শক্তিমানগা অনীসি অমতনী হাযবদি খেন্নদে )।

## নৈনরোল

শক্তিগা শক্তি-মপুগা খেন্নদবগী ব্রা হায়রিবসি পোৎ ওইনা (বস্তুগত) খেন্নদবা নত্তে, লৈক্লবগী ফীভম মতা য়েংলগা উরুবা অবস্থাগত খেন্নদবা হায়বত্নী। পুথ্রীদা লৈবা ঈশীঙগা খুজাইদা লৈবা ঈশীঙগা পোৎ ওইনদি করিস্সু খেন্নদে, মরমদি পুথ্রীগী ঈশীঙগী মচাক্না খুজাইগী ঈশীঙগী মচাক্না অমত্তনী, অদুবু পুথ্রীগী ঈশীঙগা খুজাইগী ঈশীঙগা ফীভম মতাগী খেন্নবদি লৈ—ঈশীঙ অমনা পুথ্রীদা অদুগা অতোপ্পা ঈশীঙ অমনা খুজাইদা। অদুগা অমূক শঙ্গোমগা ঈশীঙগা পোৎ ওইনা খেন্নে, অদুবু অনীদু তিন্সন্নরবদি ফীভম-মতাগী খেন্নবা হাযবত্নু লৈত্রে, মরমদি পাত্র অমতদা অনীমক লৈরে। কস্তুরীগা মাগী গন্ধগা মচাক অমতনী পোৎ নত্তে, মৈগা মৈচাকপগী শক্তিগস্সু মচাক অমতনা শাবা নত্তে, মরমদুনা কস্তুরীগা মণমগদা নত্রগা মৈগা মৈচাকপগী শক্তিগদা পোৎ ওইনা খেন্নদবা হায়বত্নু লৈতে, অদুবু খেন্নদবা লৈতে ( হায়বদি খেন্নবা লৈ ) হায়রবস্সু কস্তুরীদগী মণম্সু অদুগা মৈদগী মৈচাক-শক্তিবু খাইদোকপদি হায়বদি তোঙান্ তোঙান লৈহনবদি য়াদে। কস্তুরীগী মণম-দু কস্তুরীদা আশ্রয় ( চঙজবা ) তৌদুনা লৈ, মৈগী মৈচাক-শক্তিস্সু মতম পূম্নমক্তা মৈদা আশ্রয় তৌদুনা লৈ। অসিগুম্বা আশ্রয় ( চঙজফম-তুঙফম ) হায়বসিগা আশ্রিত ( চঙজরিবা, তুঙজরিবা ) হাযবসিগা অনীগী মরী ভংনবা য়াদবত্নুনী মখোয়গী খেন্নদবা হায়বদি। কস্তুরীগী

মণম্না কস্তুরীগী শক্তিনী, কস্তুরীনা শক্তিচুগী শক্তিমান্ ( শক্তি-মপু ) হায়ব-চুনী, মৈচাক— শক্তিনা মৈগী শক্তিনী, মৈনা শক্তিচুগী শক্তিমান ( শক্তি-মপু ) হায়বচুনী। শক্তিগা শক্তিমান্‌গা মতম পুম্বদা পুল্লপ লৈমিন্নৈ হায়ব-সিনে অমস্তুং মখোয় অনীবু খাইদোকপা য়াদবসিনে অভেদ ( খেন্নদবা ) শব্দনা থিন্দুনা তাক্লিবনী।

খাইদোক্লবা য়াদে ( অবিচ্ছেদ্যনী ) হায়চুনা খেন্নদবনী হায়ববস্তু পোৎ ওইনদি শক্তিগা শক্তিমানগা অনীসি খেন্নৈ ( অনীগী ভেদ লৈ ); ভেদবাদীশিংনস্তু তন্নং তরংনা ভেদ লৈ হায়বসি যাই, অভেদবাদীশিংনস্তু য়ানীডদে হায়বা ডমদে।

মতৌ অস্তুন্না, শক্তিগা শক্তিমান্‌গা অনীগী মরক্তা খেন্নবস্তু ( ভেদ ) উবা ফংঙী অচুগা খেন্নদবস্তু ( অভেদ ) উবা ফংঙী। অভেদবুদা উবা মীতা-শিংনা হায়—শক্তিগা শক্তিমানগদা করিগুম্বা খেন্নবা অমতা য়াওদে, অচুগা ভেদবুদা উবা কাওবুনা হায়— শক্তিগা শক্তিনান্‌গদা খেন্নবা লৈ। তৌইগুম্বস্তুং গৌডীয় বৈষ্ণবাচার্য্যশিংনদি মত অনীগী সমন্বয় তৌরগা হায়—অনীমক্কী ৱাচু মত্যনী ( অওইবনী ), শক্তিগা শক্তিমান্‌গদা ভেদস্তু লৈ অভেদস্তু লৈ—শক্তিগা শক্তিমানগগী মরক্তা লৈবিবা সম্বন্ধসি ভেদা-ভেদ—( ভেদ + অভেদ — খেন্নবা + খেন্নদবা ) সম্বন্ধনী অমস্তুং ভেদসিগা অভেদসিগা অনীমক্ক মতম অমতদা লৈমিন্নৈ, অচুবু সম্বন্ধ অমতদা লৈনরিবা পোৎ অনীগী ( শক্তিগা শক্তিমান্‌গগী ) মতম অমতদা ওইবা ভেদ অমস্তুং অভেদ অসিবু ঐখোয়না খনবদা লাম্বা (চিন্তা তৌবা) ডমদে, মরমসিনা গৌডীয় বৈষ্ণবাচার্য্যশিংনা শক্তিগা শক্তিমান্‌গগী সম্বন্ধ তত্ত্ববু অচিন্ত্য-( ৱাখল্না লাম্বদা ফংদবা ) ভেদাভেদ তত্ত্বনী হায়না হায়।

শ্রীভগবান্‌গস্তু মহাক্কী মহৌশাগী শক্তি পুম্বগা লৈনবা সম্বন্ধচু অচিন্ত্য-ভেদাভেদ—সম্বন্ধসিনী। বৈষ্ণব-দর্শনকারশিংনা মরু ওইনা পোৎ মঙা লৈ হায়না লেপল্লী, মচুদি—ঈশ্বর, জীব, মাযা, কাল ( মতম ), কর্ম্ম (থবক)। পোৎ মঙাসিগী মন্নুংদা ঈশ্বরতনা স্বতন্ত্র ( মনীঙ তম্বা ), স্বয়ংসিদ্ধ ( মথন্তনা ওইজবা ), অদ্বয়তত্ত্ব ( অনীগুদবা ) বস্তুনী; মহাক্কা জাতি-তিন্নবা স্বয়ং-সিদ্ধ ওইবা পোৎ অতৈ অমা লৈতে, অচুগা জাতি তিন্নদবা স্বয়ংসিদ্ধ ওইবা করিগুম্বা পোৎস্তু লৈতে। অচুগা জীবনচিংবা পোৎ মরিসিদি স্বতন্ত্র নত্রগা স্বয়ংসিদ্ধ ওইদে, মখোয়দি ঈশ্বরগী শক্তিনী, শক্তিমান্‌গী আশ্রয় নত্তনা

শক্তিনা লৈবা ওমদে হায়দুনা জীব-নচিংবা শক্তিদি ঈশ্বরগী আশ্রিততনী ( চঙজরিবা পোৎতানী ) অদুনা মখাপোন্‌বনী। মতৌ অসুম্না শক্তি অমসুং শক্তিমান হায়বা পোৎ অনী ফংলে, শক্তিমান ঈশ্বরনা আশ্রয়তত্ত্ব ওইবনা অদুগা জীব-নচিংবা শক্তিনা আশ্রিত-তত্ত্ব ওইবনা মখোয়গী মরক্তা লৈন-বিবা মবীদু ( সম্বন্ধদু ) খাইদোক্কবা য়াদবনী, মরমদি শক্তিমান্‌গী আশ্রয় নত্তনা শক্তি লৈবা যাদে।

প্রাকৃত জগৎতা খণ্ডদে প্রাকৃত-নত্তবা ভগবদ্ধামদা খণ্ডদে মফম পুম্বদা ঈশ্বর নত্তবা পোৎ অতৈ উবা ফংলিবা পুম্বা ঐখোয়গী ৱাখল্না থোক্কবা প্রভাব-না ঈশ্বর শক্তিতনা ওইরকপা ওাক্লী, মরমদুনা মখোযসু ঈশ্বরগী শক্তিনী অদুগা ঈশ্বরদগী আশ্রিততনী। শক্তিগা শক্তিমানগগী সম্বন্ধদি অচিন্ত্য-ভেদাভেদ-সম্বন্ধ ওইবনীনা ঈশ্বরগা পোৎ অতৈ পুম্নমকগী মরক্তা লৈনবা সম্বন্ধসু অচিন্ত্য-ভেদাভেদ-সম্বন্ধনী। ঈশ্বরগী শক্তিনা ওইরকপা পোৎ ঐখোয়গী নাকোঙনা তারিবা অমদি মীৎনা উরিবা—পুম্নমক অদ্বয়জ্ঞানতত্ত্ব ওইবা ঈশ্বর শ্রীকৃষ্ণগী মনুং চনবওাক্লী অমসু, মাগা খেন্নদে হায়বদি মওোন্দ গী তোঙান্দে ( অভিন্ন-নী ) হায়না শাস্ত্রনা হায। অদুগা ৱাখল্না লাম্ব-ফংঙমদবা (অচিন্ত্য) প্রভাব-না মাগী শক্তিমক্‌না পোৎ পুম্নমক ছকফোঙলক-পনী হায়নসু শাস্ত্রনা হায়। পোৎশিংদু স্বতন্ত্র ( মনীঙ তম্বা ) মতৌ মাল্লবসু ঈশ্বরদগী তোঙান্‌বা নত্তে। মতৌ অসুম্না, ঈশ্বরগা মাগী শক্তিগগী মতম অমতদা ভেদ অমসুং অভেদ ওইরিবসি ঐখোযনা চিন্তা তৌবদা থোকপা ওমদে হাযদুনা বৈষ্ণবাচার্য্যশিংনা শক্তিগা শক্তিমান্‌গগী সম্বন্ধবু অচিন্ত্য-( খনবদা থোক্কবা ) ভেদাভেদ তত্ত্বনী হায়না স্থাযবল্লিবনী।

## মূল ৯৭

রাধা-কৃষ্ণ ঐছে সদা একই স্বরূপ।
লীলারস আস্বাদিতে ধরে দুইরূপ ॥ ৯৭ ॥

## শব্দার্থ

রাধা-কৃষ্ণ—রাধাগা কৃষ্ণগা, ঐছে—মতৌ অদুম্না, সদা—মতম-পুম্বদা, একই স্বরূপ—মছা অমতনী, লীলারস—রাসলীলানচিংবা শান্নবগী মছাও, আস্বাদিতে—তংননবগীদমক, ধরে—লৌয়ি, দুই—অনী, রূপ—ছক্তম্।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অদুগুম্না রাধাগা কৃষ্ণগা মছা অমতনী (হায়বদি তোংডান্নদে)। লীলা শান্নবগী মহাও তংগে হায়বগীদমক ছক্তম্ অনী লৌবনী।

## মূল ৯৮–৯৯

প্রেমভক্তি শিখাইতে আপনে অবতরি।
রাধা ভাব–কান্তি দুই অঙ্গীকার করি ॥ ৯৮ ॥
শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য রূপে কৈল অবতার।
এই ত পঞ্চম শ্লোকের অর্থ-পরচার ॥ ৯৯ ॥

### শব্দার্থ

প্রেমভক্তি—মুংশিনা নীডবা, শিখাইতে—তম্বিগে হাযদুনা, আপনে—মছামক, অবতরি—অবতার তৌদুনা, রাধাভাব-কান্তি—রাধাগী ভাব ( পুকচেল, প্রেম ) অমসুং কান্তি (কুচু), দুই—অনী, অঙ্গীকার করি—ছাগোম্নদুনা, শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যরূপে—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী ছক্তমদা, কৈল অবতার—নোংগুম্লকখি, এই ত—মসিমক্কী, পঞ্চম—মঙাশুবা, শ্লোকের—শ্লোক-কী, অর্থ-পরচার—অর্থ শন্দোকপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রেমভক্তি তাক্পিগে হাযনা (শ্রীকৃষ্ণ) মছামক কৃম্নরুগা রাধাগী ভাব অমসুং কান্তি অনীসিবু ছাগোম্নরগা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী ছক্তমদা নোংগুম্লকখি। মসিমক্কী মঙাশুবা শ্লোক্-কী অর্থ শন্দোকপা।

## মূল ১০০

ষষ্ঠ শ্লোকের অর্থ করিতে প্রকাশ।
প্রথমে কহিয়ে সেই শ্লোকের আভাস ॥ ১০০ ॥

### শব্দার্থ

ষষ্ঠ—তরুকশুবা, শ্লোকের—শ্লোক্কী, অর্থ—রাবোল, করিতে প্রকাশ—ফোঙদোক্লবগীদমক, প্রথমে—অহান্‌বদা, কহিয়ে—হায়গে, সেই শ্লোকের—শ্লোক অদুগী, আভাস—রামাঙ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তরাকওুবা শ্লোককী অর্থ ফোঙদোক্লবগীদমক ঐহাক অহান্‌বদা শ্লোক অতুগী রামাঙ যান্নগে।

### মূল ১০১

অবতরি প্রভু প্রচারিলা সঙ্কীর্ত্তন।

এহো বাহ্য হেতু, পূর্ব্বে করিয়াছি সূচন ॥ ১০১ ॥

### শব্দার্থ

অবতরি—অবতার তৌরগা, প্রভু—শ্রীভগবাননা ; প্রচারিলা—শন্দোক্লম্মী, সঙ্কীর্ত্তন—নাম শোন্‌বা, এহো—মসি, বাহ্য—মপান্থোংগী, গৌণ, হেতু—মরম্মী, পূর্ব্বে—হান্নবা, করিয়াছি সূচন—উৎখরে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন মহাপ্রভুনা অবতার তৌরগা নাম-সঙ্কীর্ত্তন শন্দোক্লম্মী। মসি (নাম-সঙ্কীর্ত্তনসি) মপান্থোংগী ওইবা মরম্মী হায়বহু ঐনা হান্নবা উৎখরে।

### মূল ১০২

অবতারের আর এক আছে মুখ্য বীজ।

রসিকশেখর কৃষ্ণের সেই কার্য্য নিজ ॥ ১০২

### শব্দার্থ

অবতারের—অবতার তৌরকপগী, আর—অতোপ্পা, এক—অমা, আছে—লৈ, মুখ্যবীজ—মরুওইবা মরম, রসিকশেখর—রস চুপ্পা হৈবদা মকোক ওইবা, কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী ; সেই কার্য্য—থবক অদু, নিজ—মছামক্কীনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা ( শ্রীমন্‌ মহাপ্রভু ওইনা ) অবতার তৌরকপগী অতোপ্পা মরুওইবা মরম অমা লৈ। থবক অদুদি রস-চুপ্পা হৈবলক্তা মকোক ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণ মছামক্কীনী।

### মূল ১০৩

অতিগূঢ় হেতু সেই ত্রিবিধ প্রকার।

দামোদর স্বরূপ হৈতে যাহার প্রচার ॥ ১০৩ ॥

## শব্দার্থ

অতি—য়াম্না , গূঢ—থুপ্পা , হেতু—মরম , সেই—মহ্ , ত্রিবিধ—অহুমথোকপা , প্রকার—মখল্লী , দামোদর স্বরূপ হৈতে—স্বরূপ দামোদর-দগী , যাহার—মহুগী ; প্রচার—শন্দোকপা ( ওই ) ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

য়াম্না থুপ্পা মরমহুদি মখন অহুম থোকয়ি । স্বরূপ দামোদরনা (মরমহু) শন্দোক্লম্বনী ।

## মৈনক্লোল

শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা অবতার তৌবগী মুখ্য—কারণ অসিদি স্বরূপ দামোদরনা খঙবনী । মহাক্না হায়দোরকপদগী অতৈনা খঙবনী । মুখ্য-কারণসে মখল অহুম্নী, মহুদি—শ্রীরাধিকাগী প্রণয-মহিমা ( শ্রীকৃষ্ণবু মু‚শিবহু কয়ামুক যৌবা), শ্রীকৃষ্ণ মছামক্কী মাধুর্য্য অহুনা করম্না মতৌগী নো, অহুগা শ্রীমতী রাধানা মাধুর্য্যহুবু চুপচবগা কযামুক মুংঙাইজবা । পোত্তা মখল অহুমসে খঙগে হাযবগীদমক শ্রীকৃষ্ণগী লালসা অহুম পোকযি , লালসা অহুমসিগী পুল্লপ অহুনা শ্রীমন্ মহাপ্রভু ওইনা অবতাব তৌবগী মুখ্য--কারন্নী ।

## মূল ১০৪

স্বরূপগোসাঞি—প্রভুর অতি অন্তরঙ্গ ।
তাহাতে জানেন প্রভুব এ সব প্রসঙ্গ ॥ ১০৪ ॥

## শব্দার্থ

স্বরূপগোসাঞি—স্বরূপদামোদর গোস্বামী , প্রভুর—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী , অতি—যাম্না , অন্তরঙ্গ—মমু‚ হঞ্জনবা মীনী , তাহাতে—মরমহুনা , জানেন—( মহাক্না ) খঙঙী , প্রভুর—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী , এ সব—মসি পুম্বা , প্রসঙ্গ—ৱাফম ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

স্বরূপ দামোদর গোস্বামীদি প্রভুগী মমুং হঞ্জম্না লোয়নবা অমনী । মরমহুনা মহাক্না ৱাফম পুম্নমক্কী মুম্না খঙলিবনী ।

## মূল ১০৫

রাধিকার ভাব-মূর্ত্তি প্রভুর অন্তর।
সেই ভাবে সুখ-দুঃখ উঠে নিরন্তর ॥ ১০৫ ॥

### শব্দার্থ

রাধিকার—শ্রীমতীরাধিকাগী, ভাব-মূর্ত্তি—ভাব-কী মছক্কী, প্রভুর—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী, অন্তর—পুক্কীওদি, সেই ভাবে—পুক্চেল অতুনা, সুখ-দুঃখ—অবা-নুংঙাই, উঠে—পোকয়ি। নিরন্তর—তত্তনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী পুক্কীওদি শ্রীরাধিকাগী ভাব-অতুনা মূর্ত্তি লৌদুনা লৈবনী। ভাব অতুনা তত্তনা অবা-নুংঙাই পোকয়ি।

## মূল ১০৬

শেষলীলায় প্রভুর কৃষ্ণবিরহ-উন্মাদ।
ভ্রমময় চেষ্টা, আর প্রলাপময় বাদ ॥ ১০৬ ॥

### শব্দার্থ

শেষ-লীলায়—অরোয়বা মতাওগী লীলাদা, প্রভুর—শ্রীচৈতন্যমহাপ্রভুগী কৃষ্ণবিরহ—কৃষ্ণগা কায়নবগী মরম্না ওইবা, উন্মাদ—ঙাওবা, ভ্রমময়—শেরাম্নবা, চেষ্টা—থোদৌ, আর—অতুগা, প্রলাপময়—অরেম্বদা রারীশান্নবগী ওইবা, বাদ—বাঙাঙ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অরোয়বা মতাওগী লীলাদা প্রভুনা কৃষ্ণগা কায়নবগীদমক ঙাওয়ি, শেরাম্নবা থোদৌ ( তৌয়ি ), অতুগা কান্নদবা রারী শান্নবগী রা (ঙাওভী)।

### মৈনরোল

**ভ্রমময় চেষ্টা**—শেরাম্নবা থোদৌ। মতুদি, শ্রীকৃষ্ণনা মথুরাদা লৈরবা মতমদা, মথুরাদা লৈখি হায়বতু করিগুম্বা মতমদা কাউথোকখিদুনা, শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণবু ব্রজদা লৈ হায়না শেরাম্ননা থনবা মরমতুনা কৃষ্ণগা উনকগে হায়দুনা কুঞ্জ তাঙ্গা অভিসার চৎলগা বাসক সজ্জানচিংবা শেমশায়, অমূক করিগুম্বা মতমদা মোঙ্খক্তা নোংমংবা উরগা নোংচুবু কৃষ্ণনী

হায়না খন্দুনা খণ্ডিতা ( তংনরবা ) নায়িকাগী ভাব-তা খুদোন্‌বীতনা করিনো তৌড়না চৈ-ঙাংবা তৌয়ি। অশিগুম্বা মতৌবু ভ্রমময় চেষ্টা কৌয়ি।

**প্রলাপময়-বাদ**—কান্নদবা ৱারী শান্নবগী ৱাহৈ। ব্যর্থালাপঃ প্রলাপঃ স্যাৎ ( উঃ নীঃ উদ্ভাঃ ৮৭ )। প্রলাপময়-বাদ করিনো হায়বদু মথাগী থংনবা পয়ারদা হায়ৱি।

## মূল ১০৭

বাধিকার ভাব যৈছে উদ্ধবদর্শনে।
সেই ভাবে মত্ত প্রভু রহে বাত্রিদিনে॥ ১০৭॥

## শব্দার্থ

রাধিকার—শ্রীমতী রাধারাণীগী, ভাব—পূকচেল, যৈছে—তুগুম্না, উদ্ধবদর্শনে—( শ্রীকৃষ্ণনা দূত ওইনা থাখিবা ) উদ্ধবপু উবদা, সেই ভাবে—ভাব অদুদা, মত্ত—ঙাওবা ( ওইদুনা ), প্রভু—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু, রহে—লৈ, বাত্রিদিনে—অহিং-নুংথিল।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীকৃষ্ণনা দূত ওইনা থাখিবা ) উদ্ধব-পু উবদা শ্রীরাধাগী ওইখিবা পূকচেল মতাদুদা মহাপ্রভুনা অহিং-নুংথিল চুপ্না ঙাওদুনা লৈ।

## নৈনরোল

**প্রলাপময় বাদ** করম তৌবনো হাযবদু হাযরি। মথুরাদগী শ্রীকৃষ্ণনা উদ্ধবপু দূত ওইনা ব্রজদা থাখিবম্মী, অদুগীদমক উদ্ধবনা শ্রীকৃষ্ণগী পাও খঙহন্নবগীদমক শ্রীরাধিকানচিংবী গোপীশিংগী নাক-তান্না লেঙ-খিৱম্বা মতমদা উদ্ধব-পু উৱগা শ্রীরাধাগী পূক্নীঙদা পোকখিবা ভাব-শিং অদুগা ভাবশিং দুনা নমহংদুনা শ্রীরাধানা ঙাঙথোবকখিবা ৱাশিংদো, শ্রীমন্ মহাপ্রভুনসু শ্রীকৃষ্ণ-কাযনবদু নীঙশীঙলকপা মতমদা রাধা-ভাব-তা চঙদুনা প্রভুগী পূব, দসু রাধা-ভাবশিংদু পোকখি অদুগা মতমদুদা প্রভুনা ঙাঙথোরকপদা প্রলাপময বাদ ঙাক্না থোরকখি। ( শ্রীরাধাগী প্রলাপময় বাদ অসি চিত্রজল্প হায়না খঙনৈ অদুগা শ্রীমদ্ ভাগবতমগী ভ্রমরগীত অদুদা মসি পূন্নমক যাওরি। )

## মূল ১০৮

রাত্র্যে বিলাপ করে স্বরূপের কণ্ঠ ধরি।
আবেশে আপন ভাব কহেন উঘাড়ি ॥ ১০৮ ॥

### শব্দার্থ

রাত্র্যে—অহিংদা, বিলাপ—তেংথাবা, করে—তৌরি, স্বরূপের—স্বরূপ দামোদরগী, কণ্ঠ—ঙক, ধরি—কোন্দুনা, আবেশে—চঙবদা, আপন—মছাগী, ভাব—পূকচেল, কহেন—হায়, উঘাড়ি—তেংথোক্লুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহিংদা (প্রভুনা) স্বরূপ দামোদরগী ঙক কোল্লগা তেংথারকয়ি। ভাব-তা চঙবনা মছাগী ভাব অদু মপূক্লীঙ তেংনা হায়দোকযি।

### মৈনমল্লোল

স্বরূপ দামোদরদু ব্রজ-লীলাগী ললিতা সখী-নী। রাধাভাব-তা চঙদুনা প্রভুনা মছাবু রাধানী খনবগুম্মা স্বরূপ দামোদরবুসু ললিতানী হায়না খনখি। শ্রীকৃষ্ণগা কাযনরবদা লৈবা যাত্রদুনা শ্রীরাধানা প্রাণপ্রিয় সখী ললিতাগী কণ্ঠ কোল্লগা বিলাপ তৌবগুম্মা রাধাগী ভাব-তা চঙলবা শ্রীমন্ মহাপ্রভুসু স্বরূপ দামোদরগী কণ্ঠ কোল্লগা তেংথারম্মী।

## মূল ১০৯

যবে যেই ভাব উঠে প্রভুর অন্তর।
সেই গীতি-শ্লোকে সুখ দেন দামোদর ॥ ১০৯ ॥

### শব্দার্থ

যবে—মতমদা, যেই—মদু, ভাব—রাখল, উঠে—থোকয়ি, প্রভুর—প্রভুগী, অন্তর—পুক্লীঙদা, সেই—মদু; গীতি-শ্লোকে—ঈশৈ অমসুং শ্লোক-না, সুখ—নুংঙাইবা; দেন—পী, দামোদর—দামোদরনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী পুক্লুংদা ওইরকপা ভাব ভাব অদুগী মতম মতমদুদা দামোদরনা (ভাব-তুগা চানবা) ঈশৈ অমদি শ্লোক (থীদুনা) প্রভুবু নুংঙাইহল্লী।

## মূল ১১০

এবে কার্য্য নাহি কিছু এ-সব বিচারে।
আগে ইহা বিবরিব করিয়া বিস্তারে ॥ ১১০ ॥

### শব্দার্থ

এবে—হৌজিক, কার্য্য—কান্নবা, নাহি—লৈত্রে, কিছু—করিছু, এসব—মসি-পুম্বা, বিচারে—থিবনা, খন্নবনা, আগে—মতূঙদা, মতূঙ-দা, ইহা—মসি, বিবরিব—লীরক্কে, করিয়া বিস্তারে—শন্দোক্লা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসি-পুম্বা বিচার তৌরুতুনা হৌজিক্তি করিস্থু কান্নদে। মতূঙদা যাম্না শন্দোক্লা মসিগী ব্রা লীথরক্কে।

## মূল ১১১

পূর্ব্বে ব্রজে কৃষ্ণের ত্রিবিধ বয়োধর্ম্ম।
কৌমার, পৌগণ্ড, আর কৈশোর অতিমর্ম্ম ॥ ১১১ ॥

### শব্দার্থ

পূর্ব্বে—মমাঙৈঙদা, ব্রজে—ব্রজদা, কৃষ্ণের—কৃষ্ণগী, ত্রিবিধ—মখল অহুমগী, বয়োধর্ম্ম—চহী মতাঙ, কৌমার—চহী মঙা ফাওবগী মতাঙ, পৌগণ্ড—কৌমার লোইবদগী চহী তরাগুবা ফাওবগী মতাঙ, আর—অতুগা, কৈশোর—পৌগণ্ড লোইবদগী চহী তরা তরুক গুবা ফাওবগী মতাঙ, অতিমর্ম্ম—যাম্না থোইবা।

### লৈনরোল

কৈশোর ওইবা মতাঙতু কৃষ্ণগী চহীগী মরু-ওইবা মতাঙনী, মসি য়াম্না মুংশিরবা মতাঙনী, অতুনা কৈশোরবু অতি মর্ম্ম হায়রিবনী। মতম পুম্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণদি কৈশোর-দদা লৈবনী, প্রকট-লীলাদা বাৎসল্যগা সখ্যরসগা অনী চুপ্নবা হায়তুনা বাল্যগা পৌগণ্ডগী মতাঙতু মহাক্লা লৌখি-রনী হায়বদি বাল্য-ভাব তা অতুগা পৌগণ্ডগী ভাবতা চণ্ডখিবনী, কৈশোরদা গুণ পুম্নমক ঙাম্মোইতুনা লৈ হায়বনা কৈশোরদা চহীমতাঙগী (বয়োধর্ম্মগী) মপুঙ য়োনা ফাবা হায়বতু ওই। মরমতুনা কৈশোরনা ধর্ম্মীনী ; কৈশোরদনা ভক্তি-রস পুম্নমক্কী তুঙফম্নী (আশ্রয়নী) অতুগা কৈশোর মতম পুহ্দা

অনৌ-অনৌবা শান্নবগী মখল মথেম্না থম্লি, মরমসিনা কৈশোরতনা খাইদগী থোইবনী, অতি মর্ম্ম ওইবনী।

## মূল ১১২

বাৎসল্য—আবেশে কৈল কৌমার সফল।

পৌগণ্ড সফল কৈল লঞা সখাবল॥ ১১২॥

### শব্দার্থ

বাৎসল্য-আবেশে—বাৎসল্য ভাব-তা চঙলগা, কৈল—ওইহনখি, কৌমাব—কৌমারগী চহী মতাঙ, সফল—মহৈ যান্‌বা, পৌগণ্ড—পৌগণ্ডবু, সফল কৈল—মহৈ যাল্‌হনখি, লঞা—লোয়ননা, সখা-বল—মরূপশিং।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বাৎসল্য ভাব-তা চঙতুনা চহীমতাঙ কৌমার হায়বতুবু মহৈ যাল্‌হনখি, সখাশিংগা লোয়ননা পৌগণ্ডগী মতাঙবু মহৈ যালহন্‌খি।

## মূল ১১৩

রাধিকাদি লঞা কৈল রাসাদি বিলাস।

বাঞ্ছা ভরি আস্বাদিল রসের নির্য্যাস॥ ১১৩॥

### শব্দার্থ

রাধিকা-আদি—রাধিকানচিংববু, লঞা—লোয়ননা, কৈল—তৌখি, রাস-আদি—রাসনচিংবা, বিলাস—শান্নবা, বাঞ্ছা—অনীঙবা, ভরি—থন্না, আস্বাদিল—চূপখি, রসের—রসগী, নির্য্যাস—মচি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাধিকানচিংবগা লোয়ননা রাসনচিংবা লীলা শান্নখি। মনীঙ থুংনা রসগী মচি ওইরা মধুর হায়বদি কান্তারসবু চূপখি।

## মূল ১১৪

কৈশোর-বয়স, কাম, জগৎসকল।

রাসাদিলীলায় তিন করিল সফল॥ ১১৪॥

## শব্দার্থ

কৈশোর-বয়স—কৈশোর কৌবা চহী মতাঙ, কাম—নুপী-নুপা নুংশিনবা, জগৎসকল—জগৎ পুম্নমক, রাস-আদি লীলায়—রাসনচিংবা লীলানা, তিন—অহুম, করিল সফল—মহৈ য়াল্হন্খি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাস-নচিংবা লীলানা কৈশোর-কৌবা চহীমতাঙ, কাম ( নুপা-নুপী-নুংশিনবা ) অমসুং জগৎ ময়াম লোইনমক—অহুমসিবু মহৈ য়াল্হনখি।

## মূল ১১৫

সোঽপি কৈশোরকবযো মানয়ন্ মধুসূদনঃ।
রেমে স্ত্রীরত্নকুটস্থঃ ক্ষপাসু ক্ষপিতাহিত। ॥ ১৫৫ ॥

## শব্দার্থ

সঃ—মহাক, অপি—সু, কৈশোরকবয়—কৈশোব হাযবা চহী মতাঙ, মানযন—সম্মান তৌদুনা হাযবদি মহৈ যাল্হন্দুনা, মধুসূদনঃ—মধু কৌবা হিংচাববু হাৎপা ( শ্রীকৃষ্ণ ), রেমে—নুংঙাইরম্মী, স্ত্রীবত্ন-নুপীলক্তা বত্নগুম্না মমল য়াম্নী, কুট—ময়াম, স্থঃ—লৈবা, ( স্ত্রীরত্নকুটস্থ —নুপী অথোইবী হাযবদি গোপীময়ামগী মনুংদা লৈদুনা ), ক্ষপাসু—অহিং অপূম্বদা, ক্ষপিত-আহিতঃ—যৈথায়-থিঙ্গাযবদু মাঙহন্বা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অমঙ্গলবু মাঙহনবা মধু-হাৎপা শ্রীকৃষ্ণদুনা কৈশোর হায়বা চহী-মতাঙবু সম্মান তৌদুনা ( হাযবদি মহৈ য়ালহন্দুনা ) নুপীরত্ন ময়ামগী মরক্তা লৈরগা অহিং ময়াম নুংঙাইরম্মী।

## দৈনরোল

শ্লোক অসি বিষ্ণুপুরাণ-দগী লোথোকরকপনী ( ৫/১৩/৬০ )। ক্ষপিত-আহিতঃ অসি মধুসূদনগী বিশেষণনী। ব্রজসুন্দরীশিংগা লোযননা রাসলীলা তৌদুনা শ্রীকৃষ্ণনা ক্ষপিতাহিতঃ ওইরে—জগৎকী অমঙ্গল পুম্না কোকহল্লে, রাস-নচিংবা লীলা-শান্নরগা মতৌ করম্না জগৎকী

অমঙ্গল পূন্বা কোকহল্লিবনো ? পাউথুম—জগৎকী অমঙ্গল ওইবগী অমতা-ওায়বা মরমদি শ্রীকৃষ্ণদগী মায়-ওষ্মোকপা হায়বহুনী। ভয়ং দ্বিতীয়াভিনিবেশতঃ স্যাদীশাদপেতস্য বিপর্যযোহস্মৃতিঃ। তন্মায়য়াতো বুধ আভজেত্তং ভক্ত্যৈকযেশং গুরুদেবতাত্মা ॥ শ্রীভা-১১/২/৩৭ ॥—মায়া লাংদা থুখিবনা পরমেশ্বরদগী মায়-ওষ্মোক্লবা জীবনা মাগী স্বরূপ-পু ( মা কনানো নত্রগা করিনো ) হায়বহু কাউথোকয়ি , অত্থুনা মাগী দেহবু আত্মা-নী হায়না হায়, অনীশুবা পোৎ ওইবা দেহ-ইন্দ্রিয়দা লুপ্পবদি অকিবা পোকয়ি। মরমত্থুনা জ্ঞানী ওইবা মীনা গুরুবু দেবতা ওইনা অমসুং মুংশিবা অমা ওইনা থল্লগা ভক্তিগা লোয়ননা পবমেশ্বরবু ভজন তৌগদবনী।" মরমত্থুনা শ্রীকৃষ্ণবু কাউবা কোক্লবা তৌবা অত্থুনা জীবগী অৱাবা কোক্লবগী মক ওইবা মরম্নী। শ্রীমদভাগবতম্‌দগী লৌখৎলক্লিবা শ্লোক অসিদগী খঙবা রাদি—শ্রীকৃষ্ণ-ভজন তৌবদনা মত্থু ( অৱাবা—কোকপত্থু ) ওইথোকয়ি। শ্রীকৃষ্ণ-ভজন তৌবদা মায় ওন্সন্‌গে হায়রবদি শ্রীকৃষ্ণগী লীলাকথা শ্রবণ তৌদবা শুকয়া যাদে। সাধুগী চীন্দগী শ্রীকৃষ্ণগী মহিমা শ্রবণ তৌরবদদা শ্রীকৃষ্ণদা অস্নুম অস্নুম শ্রদ্ধা ( থাজবা ), রতি ( মুংঙাইনা লূপ্পা ) অমসুং ভক্তি পোক্লনী। "সতাং প্রসঙ্গান্মমবীর্য্যসংবিদো ভবতি হৃৎকর্ণরসায়নাঃ কথাঃ। তজ্জোষণাদাশ্বপবর্গবর্ত্মনি শ্রদ্ধারতির্ভক্তিরনুক্রমিষ্যতি ॥ ভা ৩/২৫/২৪ ॥" থোইদোক্লা রাসলীলাসি শ্রবণ নত্রগা বর্ণন তৌবগী থোইদোকপা মহৈদি অসিনী—শ্রদ্ধাগা লোয়ননা লীলাসিবু মতম পূম্নমক্তা শ্রবণ কীর্তন তৌরিবা মীত্থুগী অৱাবা-পূম্বগী থোরকফম মক্ল—থম্মোইগী লাঈনা ক্লাম—অত্থু থুনমক কোকয়ি, অত্থুনা থীন্দনা মহাক ভগবান্দা পরা-ভক্তি ( পুঙথোই থোইবা ভক্তি ) হায়বহু ফংবা ঙম্মী। "বিক্রীড়িতং ব্রজবধূভিরিদঞ্চ বিষ্ণোঃ শ্রদ্ধান্বিতোহনুশৃনুযাদথ বর্ণয়েদ যঃ। ভক্তিং পরাং ভগবতি প্রতিলভ্য কামং হৃদ্রোগমাশ্বপহিনোত্যচিরেণধীরঃ ॥ ভা ১০/৩৩/৩৯ ॥" তশেংনমক জীবশিংনা শ্রবণ তৌনীঙগদৌবা অত্থুগা মত্থু শ্রবণ তৌরগা জীবনা ভগবান্দা মায়ওন্সন্‌বা য়ানবা অত্থুগুম্বা লীলা পূম্নমক্তু শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজদা অবতার তৌরগা শান্নবিখি। "অনুগ্রহায ভক্তানাং মানুষং দেহমাশ্রিতঃ। ভজতে তাদৃশীঃ ক্রীড়াঃ যাঃ শ্রুত্বা তৎপরো ভবেৎ ॥ ভা ১০/৩৩/৩৬ ॥" মরমত্থুনা রাসনচিংবা লীলানা জগৎকী অমঙ্গল-মাঙনবগী অথোইবা লম্বীনী হায়না তাক্লিবসিদা করিসু চিংনঙাই লৈতে।

## মূল ১১৬

বাচা সূচিতশর্ব্বরীরতিকলাপ্রাগলভ্যয়া রাধিকাং
ব্রীডাকুঞ্চিতলোচনাং বিরচয়ন্নগ্রে সখীনামসৌ।
তদ্বক্ষোরুহচিত্রকেলিমকরীপাণ্ডিত্যপারং গতঃ
কৈশোরং সফলীকরোতি কলয়ন্ কুঞ্জে বিহারং হরিঃ ॥ ১১৬ ॥

## শব্দার্থ

বাচা—ৱাহৈনা, সূচিত—ফোঙদোক্লিবা, শর্ব্বরী—অহিংগী, রতি—নুংশি-নুংওনগী শান্নবদা, কলা—হৈশিংবা, প্রাগল্‌ভ্যয়া—লমকেৎ-লমহাইবনা, ( সূচিতশর্ব্বরী-রতিকলা-প্রাগল্‌ভ্যয়া—অহিংদা শান্নবা রতি-লৌগী লমকেৎ-লমহাইবা ফোঙদোক্‌পা), রাধিকাম্—শ্রীমতী রাধা রাণীবু, ব্রীডা—ইকায়বা, কুঞ্চিতলোচনাম—মীৎ উম্‌শল্লবী, ( ব্রীডা-কুঞ্চিত-লোচনাম—ইকাযবদগী মীৎ উমশল্লবী ), বিরচযন—ওইহন্দুনা, অগ্রে—মমাঙদা, সখীনাম—সখীশিংগী, অসৌ—মহাক্না, তৎ—মহাক্কী, বক্ষঃ-রুহ—থবাক্কী চীঙডুম্‌দা, চিত্রকেলি—মখল মথেনগী শান্নবা, মকরী—ঙা কোরিযান (কিহোম) যেকপদা, পাণ্ডিত্য—হৈশিংবগী, পারং—ওমখৈ, ( তদ্বক্ষোরুহ-চিত্রকেলিমকরী-পণ্ডিত্য-পারম—শ্রীরাধাগী থবাক্কী চীঙদূম অনীদা মখল-মথেল থোক্না শান্নবগী ঙা-কোরিযান্ যেকপদা হৈবগী অযৌবী ওমখৈ ), গতঃ—য়ৌরম্না, কৈশোরম্—চহীমতাঙ কৈশোববু; সফলীকরোতি—মহৈ য়ালহল্লী, কলয়ন—তৌদুনা, কুঞ্জে—কুঞ্জদা, বিহারম—শান্নবা, হরিঃ—হরিনা ( শ্রীকৃষ্ণনা )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহিংগী রতি-লৌগী লম্‌কেৎ-লমহাইবা ফোঙদোকপগী ৱাহৈনা সখীশিংগী মমাঙদা শ্রীরাধাবু ইকায়বদগী মীৎ উমশনহল্লগা মহাক্কী (শ্রীরাধাগী) থবাক-চীঙদূম অনীদা ঙা-মকর য়েকপগী হৈশিংবদা অযৌবী ওমখৈ উৎতুনা কুঞ্জদা শান্ন-শান্ননা শ্রীকৃষ্ণনা মছাগী কৈশোর কোবা চহী মতাঙবু মহৈ য়ালহল্লী।

## নৈনরোল

শ্লোক অসি ভক্তিরসামৃতসিন্ধুদগী ( ২/১/২৩১ ) লৌথোকপনী।

রাসনচিংবা লীলাগী অমসুং কুঞ্জ-ক্রীড়াগী অন্তরঙ্গ। দূতী অমনা যজ্ঞপত্নী-মান্‌বীশিংগী মফমদা মথক্কা লোখৎলিবা শ্লোকসিদা হায়রিবা রাহৈসি হায়খিবনী। শোকসিগী মর্ম্মদি ( মনূঙগী ওইবা রাফমদি ) অসিনী। করি-গুম্বা মতম অমদা শ্রীরাধানা কুঞ্জ মনূঙদা ফমতুনা লৈ, মাল্লী অকোয়বা মাযকৈ মরিদ। মহাক্কী অন্তরঙ্গা-সখীশিং ফম্লম্মী। মতমতুদা শ্রীকৃষ্ণ লেঙলক্লুনা থুংখি, মখোয়গী মরক্তা ফম্লগা শ্রীরাধাদা অহিংদা শাম্নবগী থৌদোক্তু লীথবকযি---বতি-লৌগী মশীঙ হেঙ্গৎনবা তৌবদা মহাক মছামক্লা কয়াদা লম-হেনখিবা অতুগা শ্রীরাধানসু কযাদা-লমহেনখিবা অতুপূম্বা সখীশিংগী মমাঙদা শ্রীকৃষ্ণনা হঙ্গোযবা যাওদবমখৈ শীৎ-শীৎনা ফোঙদোক্লম্মী। মতুদা ইকায়থীবী শ্রীরাধাছু ইকাযবনা ইরেঞ্জনা ফীভম কায়দবমখৈ লৈবা ওম্লমদে, অতুনা হাঙ্গাযবদগী মীৎ উম্‌শল্লম্মী। পাও তম্লগদা শ্রীকৃষ্ণনা তোকখিদে---শ্রীরাধানা ঈকাযতুনা লৈরিঙৈ মতমতুদা শ্রীকৃষ্ণনা অমূক্তা শ্রীরাধাগী থবাক্কী চীঙদূম অনীতুদা মখূৎ-মক্ক। কস্তুরী-কুমকুম পাযতুনা ঙা-মকরী ফজনা য়েকপা হৌখি অতুগা অদুম্না লাই-য়েকপদসু অযৌবী থাক্কী য়েক্তুনা হৈবা উংখি। মতৌ অম্মুম্না মথল মখাগী রস-লীলাদা শ্রীকৃষ্ণনা মাগী মুংশিনবী-শিংগা লোযননা কুঞ্জদা শাম্নখি অমসুং লীলারস পূম্নমক অসি চূপ্তুনা মহাক্না মাগী কৈশোর-রযসবু মহৈ-য়ালহনখি।

## মূল ১১৭

হরিবেষ ন চেদবাতরিষ্যন—
মধুরাযা, মধুরাক্ষি। রাধিকা চ।
অভবিষ্যদিয, বৃথা বিসৃষ্টি
র্মকরাঙ্কস্তু বিশেষতস্তদাত্র ॥ ১১৭ ॥

## শব্দার্থ

হরিঃ—শ্রীকৃষ্ণ, এষঃ—মসি, ন—নত্তে, চেৎ- বদি, অবাতরিষ্যৎ—অরতাব তৌরম্বা ওই (রবদি), মধুরাযাং—মথুরাদা, মধুরাক্ষি—মুংশি-মীত্তা-তাবী (হে বৃন্দে), রাধিকা—শ্রীমতী রাধিকা, চ—অমসুং, অভ-বিষ্যৎ—ওইরমগদবনী, ইয়ম্—মসি, বৃথা—অরেম্বা, বিসৃষ্টি—বিধাতাগী লৈশেমপূম্বা, মকর-অঙ্ক—কামদেব, তু—অতুগীসু মথক্কা, বিশেষতঃ—থোইদোক হেন্দোক্না, তদা—মতমতুদা, অত্র—মসিদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দেবী পৌর্ণমাসীনা বৃন্দাদা হায়রম্মী—হে মুংশি-মীত্তা-তাবী বৃন্দে। হরিনে অত্থুগা শ্রীমতী রাধিকানে অনীসিনা মথুরামণ্ডলদা অবতাব তৌরমদ্র-বোইদি বিধাতাগী লৈশেম (সৃষ্টি) পুম্বা অরেম্বা ওইরমগনী, অত্থুগা মফম-সিদা কামদেবমক থোইদোক্না অরেম্বা ওইরমগনী।

## নৈনরোল

শ্লোকসি শ্রীলরূপগোস্বামীনা লেংবা বিদগ্ধ-মাধব (৭/৩) কৌবা লাইবীক্তগী লৌথোরকপনী। মসিগী মর্ম্মার্থদি অসিনী শ্রীরাধাগা শ্রীকৃষ্ণ গনা মথুরামণ্ডলসিদা অবতাব তৌতুনা লীলা শান্নখিবনা বিধাতাগী সৃষ্টি মহৈ য়াম্লে, থোইদোক হেন্দোক্লা কামদেবগী মহৈ যানখি। ( ১১৪ শুবা পয়ারগী প্রমাণ ওইবা শ্লোক-নী মসি )।

## মূল ১১৮–১১৯

এই মত পূর্ব্বে কৃষ্ণ রসের সদন।
যদ্যপি করিল রসনির্য্যাস-চর্ব্বণ ॥ ১১৮ ॥
তথাপি নহিল তিন বাঞ্ছিত পূরণ।
তাহা আস্বাদিতে যদি কবিল যতন ॥ ১১৯ ॥

### শব্দার্থ

এই মত—মতৌ অসুম্না, পূর্ব্বে—মমাঙৈঙদা, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ, রসের—বসগী, সদন—তৃঙফম (আশ্রয), যদ্যপি—বসু, করিল—তৌরম্মী, (যদ্যপি করিল—তৌরবসু), রসনির্য্যাস—রসগী মচি, চর্ব্বণ—ছাইবা, তথাপি—অদুম ওইনমক, নহিল—ওইরমদে, তিন—অহুম, বাঞ্ছিত—অনীঙবা, পূরণ—থুংবা, তাহা—মদু, আস্বাদিতে—মহাও তংনবা, যদি করিল—তৌরবসু, যতন—হোৎনবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রস-তৃঙফম শ্রীকৃষ্ণনা মমাঙৈঙদা মতৌ অসুম্না প্রেমরসগী মচি ছাই-তংলবসু, মহাক্না অনীঙবা অহুমথক্তি মহাও তংনবা হোৎন-হোৎননা থুংবা ঙমখিদে।

## মূল ১২০

তাঁহার প্রথম বাঞ্ছা করিয়ে ব্যাখ্যান।
কৃষ্ণ কহে,—আমি হই রসের নিধান ॥ ১২০ ॥

### শব্দার্থ

তাঁহার—মহাক্কী (শ্রীকৃষ্ণগী), প্রথম—অহান্‌বা, বাঞ্ছা—অনীঙবা, করিয়ে--তৌগে, ব্যাখ্যান—ব্যাখ্যা (শব্দোক্পা হায়বা), কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ-না, কহে—হায়, আমি—ঐ, হই—ওই, রসের—রসগী, নিধান—তৃঙফম।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী অহানবা বাঞ্ছাতু ঐহাক ব্যাখ্যা তৌগে। শ্রীকৃষ্ণনা হায—"ঐহাক রসগী তৃঙফম্নী।"

## মূল ১২১

পূর্ণানন্দময় আমি চিন্ময় পূর্ণতত্ত্ব।
রাধিকার প্রেমে আমায় করায় উন্মত্ত ॥ ১২১ ॥

### শব্দার্থ

পূর্ণানন্দময়—মপুঙ-ফাবা নুংঙাইবগী মছক্নী, আমি—ঐ, চিন্ময়—চিংঙাক্তনী, পূর্ণতত্ত্ব—মপুঙ-ফাবা তত্ত্বনী, রাধিকার—শ্রীমতী রাধিকাগী; প্রেমে—প্রেম্না, আমায—ঐবু, করায—ওইহল্লী, উন্মত্ত—অঙাওবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐহাক মপুঙ ফাবা অওইবনী (সং-নী), মপুঙ-ফাবা-নুংঙাইবগী মছক্নী, অতুগা চিন্ময়নী (জ্ঞানতত্ত্বনী)। (অতুবু) শ্রীমতিরাধারাণীগী নুংশিবনা ঐবু ঙাওহল্লে।

### তৈনবোল

শ্রীকৃষ্ণনা হায—'ঐনী নুংঙাইবা হায়বতু, ঐগী নুংঙাইবসিসু মতম খরদগী নত্তে, মতম-পুম্বগীনী (নিত্যনী), ঐগী নুংঙাইবসিদি মথন্তমক অতুম থোকচরকপনী হায়বদি ঐ ইছানা ইছাবু নুংঙাইহন্‌জবা ঙম্মী,

অতোপ্পগী মতেঙ য়াওদ্রবস্থ যাবনী। ঐহাক পূর্ণতত্ত্বনী হাযবদি হীরম খুদিং-মক্তা ঐহাক মপুঙ ফাবনী, হায়বদি ঐগী অরাৎপা অমতা লৈতে, মবমতুনা অরাৎপামেয়বগীদমক পাখৎনঙাই মবম লৈতে। অতুবু শ্রীমতী রাধিকাগী প্রেম্না ঐবু ঙাওহল্লে অমসুং পাখৎহল্লে।।"

## মূল ১২২

না জানি রাধার প্রেমে আছে কত বল।
যে বলে আমারে করে সর্ব্বদা বিহ্বল।। ১২২।।

## শব্দার্থ

না জানি—(কৃষ্ণ ঐহাক্না) খঙদে, রাধার প্রেমে—রাধাগী প্রেমদা, আছে—লৈ, কত—কয়া, বল—পাঙ্গল, যে বলে—পাঙ্গল অদুনা, আমারে—ঐবু, করে—ওইহল্লে সর্ব্বদা—মতম পুম্বদা, বিহ্বল—ঙাওবদগী জ্ঞান-মাঙবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাধাগী প্রেমদা ( রাধানা কৃষ্ণবু নুংশিবা হাযবসিদা ) পাঙ্গল-শক্তি কযা লৈবনো হাযবা ঐহাক খঙদে, ( মরমদি ) পাঙ্গল অদু শীজন্নদুনা মহাক্না ( শ্রীমতী বাধিকানা ) ঐবু মতম লৈবা খিবিক্তা জ্ঞান-মাঙবা ওইহল্লী।

## লৈনরোল

বাধিকাগী প্রেমদুনা ( হাযবদি শ্রীমতী রাধিকাগী প্রেম অদু আস্বাদন তৌনীঙবনা ) কৃষ্ণবু কযামূক খোযরাংহনবগে হাযববু মহাক হেক্তা ঙাওদুনা জ্ঞান মাঙবনী।

## মূল ১২৩

রাধিকার প্রেম-গুরু, আমি-শিষ্য নট।
সদা আমা নানা নৃত্যে নাচায় উদ্ভট।। ১২৩।।

## শব্দার্থ

রাধিকার—শ্রীমতী রাধারাণীগী, প্রেম—নুংশিবা হায়বদুনা, গুরু—গুরুনী; ওজানী, আমি—ঐনা, শিষ্য—পড়োরান সেবক, নট—

জগোই-শাবা , সদা—মতমপূম্বদা , আমা—ঐবু , নানা—মখল মখাগী , নৃত্যো—জগোইদা নাচায়—শাইল্লী , উন্নট—অঙক-ফংনা, যাম্না শাফু কন্না ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরাধাগী প্রেম্না ঐগী জগোইগী গুজা—গুরুনী ঐনা প্রেমতুগী শিষ্য নটনী ( জগোইশাবা মীনী ) । প্রেম অত্তুনা ঐবু জগোই মখল মখা অঙক ফংনা শাফু কন্না শাইল্লী ।

## নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণনা হায়—শ্রীরাধাগী প্রেম্না এবু অঙকফংনা শাফু কন্না জগোই শাইল্লী । ঐহাক পুম্নমক্কী মপু ( সর্বেশ্বর ) ওইরবসু করিগুম্বা মতমদা অমুক দেহি পদপল্লবমুদারং হায়দুনা শ্রীরাধাগী মখোঙ পায । শক্তি পূম্বগী মপু ওইনমক অতুগা অকিবা লৈরিবা পূম্বগী কিনঙাই ওইরবসু করি-গুম্বা মতমদা জটিলাবু কিজৈ , সত্য-স্বরূপ ওইরবসু ঐহাক করিগুম্বা মতমদা শ্রীরাধাগী মফমদা ছক-লোৎতুনা চৎলী , মতৌম্নম্না মখল-মখাগী শান্নবগী হংগুম্না শ্রীরাধাগী প্রেম্না ঐবু শান্নে ।”

## মূল ১২৪

কস্মাদ বৃন্দে প্রিয়সখি হরেঃ পাদমূলাৎ কুতোঽসৌ
কুণ্ডারণ্যে কিমিহ কুরুতে নৃত্যশিক্ষাং গুরুঃ কঃ ।
তং ত্বন্মূর্তিঃ প্রতিতরুলতং দিগ্বিদিক্ষু স্ফুরন্তী
শৈলূষীব ভ্রমতি পরিতো নর্তয়ন্তী স্ব-পশ্চাৎ ॥ ১২৪ ॥

### শব্দার্থ

কস্মাৎ—কদোমদগীনো , বৃন্দে—হে বৃন্দা প্রিয়সখি—নুংশিবী ইতা , হরেঃ- শ্রীহরিগী , পাদমূলাৎ—খুযাদগী , কুতঃ—কদায়দা , অসৌ - মহাক ( শ্রীকৃষ্ণ ), কুণ্ডারণ্যে—রাধাকুণ্ডনা মপান্দা লৈবা বনগী মনুঙদা , কিম—কবি , ইহ—মফমসিদা , কুরুতে—তৌরি , নৃত্যশিক্ষাম্ —জগোই-তম্বা , গুরুঃ—গুজা , কঃ—কনানো , তম্—মহাকপু , ত্বৎ-মূর্তিঃ—নঙগী মূর্তিনা , প্রতিতরুলতম্—উপাম্বী অমসুং উবী খুদিংমক্তা , দিগ -বিদিক্ষু—মাযকৈ পূম্নমক্তা , স্ফুরন্তী—থোকহল্লিবী , শৈলূষী—

জগোই-হৈবী, ইব—গুম্না, ভ্রমতি—কোয়চৎ চংলী, পরিত.—অকোয়-বদা, নর্ত্তয়ন্তী—জগোই শাহন্দুনা, স্ব-পশ্চাৎ—মতুংডদা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

( শ্রীরাধানা হায়রম্মী ), হে শুংশিবী ইতা বৃন্দা, নঙ কদোমদগী লাক্লিবনো? (বৃন্দানা খুম্নকয়ি), শ্রীকৃষ্ণগী চরণাক্তগী লাক্লিবনী। (শ্রীরাধানা হায়রম্মী), মহাক লৈহৌয়ি? (বৃন্দানা খুম্নকয়ি, মহাক, শ্রীরাধাকুণ্ড মনাক্তী বন-অতুদা লৈ। ( শ্রীরাধানা হংলম্মী ), মফমতুদা মহাক করি তৌহৌরি? ( বৃন্দানা খুম্নম্মী, মহাক মফমতুদা ) জগোই ( তম্মী )। ( রাধানা হংলম্মী ) ওজাদি কনানো? ( বৃন্দানা খুম্নম্মী ), মায়কৈ পুম্নমক্তা উজাও অমদি উরী খুদিংমক্তা ফো.-ঙান্না থোবক্লিবা নঙগী মূর্ত্তিনা জগোই-হৈবীগী মতৌগুম্না মছামক্তী মতুংড ইলুহন্দুনা শ্রীকৃষ্ণবু জগোই শাহল্লগা কোয়চৎ-চংহল্লী।

## নৈনরোল

শ্লোক অসি কৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামীনা লেংবা গোবিন্দলীলামৃত ( ৮/৭৭ ) হায়বা লাইরীক্তগী লোথোকপনী।

নোংমা মধ্যাহ্নগী মতমদা শ্রীরাধাবু উনবগী আশাদা শ্রীকৃষ্ণনা রাধা-কুণ্ড মনাক্তী বন-দা লেঙলকখি। রাধাপ্রেম্না লাকহৎখিতুনা শ্রীকৃষ্ণ কযামূক খোয়রাংখিবগে হায়ববু য়েংলু য়েংলুবা মায়কৈদা রাধাগী মূর্ত্তি ঙাক্তা ফোং-ঙাম্না থোরকখি। উ-পাম্বী খুদিংদা, উরী পাম্বী খুদিংদা মহাক শ্রীরাধাবুদা উবগুম তৌখি। লিবি-শীৎপা নুংশিংকী ইথক-ইপোম্না পামেল উশাগী মতোন্, উরীগী মতোন-শিংতু নোমহৌ নোম্হৌ নোম্নম্মী, মতুদা রাধাপ্রেম্না খোয়রাঙলবা শ্রীকৃষ্ণনা থনখি—শ্রীরাধামক্তা জগোই শাবি, জগোইতুগী মতৌ তমতুনা মহাকস্তু অমূক জগোই শারম্মী—মতৌদি জগোই ওজাগী তুংডদা লৈরগা জগোই-তম্বা মীনা তৌবগুম্ননী। অস্মুম তৌনা তৌনা মহাক মফম অমদস্থু অমদস্থু কোযচৎ চৎলম্মী। মতুংডদা শ্রীরাধাস্থু শ্রীকৃষ্ণগা মিলন ওইনবগীদমক বন মনুংডদা চঙলকখি, মতমতুদা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাগী হকুম্ ( অঙ্গ-গন্ধ ) ফংলতুনা ইবেম্মা লেংলকপগী ব্রা থঙখি অতুগা মিলনগীদমক খৌরাংমন্‌খিবনা, থুনমক পুশল্লকুবা ইবুংঙোনা বৃন্দাদেবীবু থাখিরম্মী। বৃন্দাগা শ্রীরাধাগা উনরগা ঙাঙনখিবা ব্রাফমতুনী নৈনরিবা শ্লোকসিদা ইরিবসে।

## মুল ১২৫

নিজ প্রেমাস্বাদে মোর হয় যে আহ্লাদ।
তাহা হৈতে কোটিগুণ রাধাপ্রেমাস্বাদ ॥ ১২৫ ॥

### শব্দার্থ

নিজ—ইছামক্কী ( শ্রীকৃষ্ণগী ), প্রেম-আস্বাদে—প্রেম আস্বাদন তৌবদা, মোর—ঐগী, হয়—ওই, যে—মতু, আহ্লাদ—হরাওবা, নুংঙাইবা, তাহা হৈতে—মতুদগী, কোটিগুণ—শরূক কোটি হেল্লী, রাধা-প্রেম-আস্বাদ—রাধা প্রেমগী মহাওন।।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐনা শ্রীমতী রাধিকাবু নুংশিবগী মহাও তংলগা ফংবা নুংঙাইবা শরূক্কুগী শ্রীমতী বাধানা ঐবু নুংশিবগী মহাও ত্‌লগা ফংবা মাগী নুংঙাইবতুনা শরূক কোটি অমা হেল্লী।

### নৈনরোল

শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণবু সেবা তৌবদা লোয়নরিবা প্রেম অতুগী আশ্রয়দি ( তৃঙফমদি ) শ্রীরাধানী, অতুগা শ্রীকৃষ্ণনা প্রেমতুগী বিষযনী ( নুংশিফম ওইরিবতুনী)। আশ্রয ওইনা প্রেম অতু আস্বাদন তৌবগা শ্রীরাধানা নুংঙাই বা অতুনা বিষয় ওইনা প্রেম অতু আস্বাদন তৌরগা শ্রীকৃষ্ণন, ফংবা নুংঙাইবদগী শরূক কোটি হেল্লী। ৱাফমসি শ্রীরাধিকাগী অবস্থা উরগা শ্রীকৃষ্ণনা অনুমান তৌরম্বনী। নত্রবদি নবদ্বীপ-লীলাগী মমাঙদা মতু থঙননবা তাঞ্জা শ্রীকৃষ্ণনা ফংখিদ্রি।

## মুল ১২৬

আমি যৈছে পরস্পর বিরুদ্ধ-ধর্ম্মাশ্রয।
রাধা-প্রেম তৈছে সদা বিরুদ্ধ-ধর্ম্মময ॥ ১২৬ ॥

### শব্দার্থ

আমি—ঐহাক, যৈছে—অতুগুম্না, পরস্পর-অমগা অমগা, রিরুদ্ধধর্ম্ম—ওন্ন-তৈনবা শাজংকী, আশ্রয়-তৃঙফম, রাধা প্রেম—শ্রীরাধাগী প্রেমম্তু, তৈছে—অদুম্না, সদা—মতম-লৈবা খিবিক্তা, বিরুদ্ধ-ধর্ম্মময়—ওন্ন-তৈনবা মতৌ ঙাক্তনী।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐহাক্না অমগা অমগা ওন্ন-তৈনবা শাক্তং-মতৌগী তৃঙকম ওইবগুম্না শ্রীমতী রাধারাণীগী প্রেমস্থ মতম পুম্বদা ওন্নতৈনবা মতৌ ডাক্তগী ওই।

## তৈনবয়োল

ধর্ম্ম ( শাক্তং-মতৌ ) অনী অমগা অমগা ওন্ন-তৈনরবদি মখোয়নী পুন্নপ লৈমিন্নবা য়াদে, অদুবু অনীতুগী অমতা ওইবা তৃঙকমদি শ্রীকৃষ্ণনী। মহুদি অণু ( কুপ্লেন-কুপ্পা ) অদুগা বিভু ( চাউরেন চাউবা ), পীক্লেন-পীকপা পোং অদু কদৌঙৈদস্থ চাউরেন-চাউবা ওইবা য়াদে, অদুবু শ্রীকৃষ্ণদদি মদু ওইথোকয়ি, মতম অমতদা শ্রীকৃষ্ণদি অণু-দগী হেন্না কুপ্পী অদুগা চাউরে হায়বদগীস্থ হেন্না চাউযি। — "অণোরণীযান মহতো মহীয়ান্ ( কঠ-১/২/২০, শ্বেতাশ্বতর ৩/২০ )।" ফমদুনা লৈরিঙৈ মতমদস্থ মহাক্তি অমুক মতম অদুমক্তদা লাপ্পা চংপা ঙম্মী, চেপ্পুনা লৈরিঙৈ মতম অদুমক্তদস্থ মফম পুম্বদা চংপা ঙম্মী। "আসীনো দূরং ব্রজতি শয়ানো যাতি সর্ব্বতঃ। ( কঠ-১/২/২০ )।" অসিগুম্বা ওন্ন-তৈনবা মতৌগী ( ধর্ম্মগী ) তৃঙকম্মী শ্রীকৃষ্ণদি। পূর্ণানন্দময় পূর্ণতত্ত্ব ওইনা ওইনা রাধা-প্রেম্না লাকহৎতুনা শ্রীকৃষ্ণনা ঙাওখিবনী হায়বসি মানা ওন্নতৈনবা ধর্ম্মগী আশ্রয় ওইবগী খুদম্নী। শ্রীরাধাগী প্রেমস্থ অম্সুম্না বিরুদ্ধ ধর্ম্মগী আশ্রয়-নী।

## মূল ১২৭

রাধা প্রেম বিভু — যার বাঢ়িতে নাহি ঠাঞি।
তথাপি সে ক্ষণে ক্ষণে বাঢ়য়ে সদাই ॥ ১২৭ ॥

## শব্দার্থ

রাধাপ্রেম—শ্রীমতী রাধানা নুংশিবদি, বিভু—পুঙশন-শনবনী ( সর্ব্বব্যাপীনী ), যার—মদুগী, বাঢ়িতে—চাউখৎলক্নবগী, নাহি—লৈতে, ঠাঞি—মফম, তথাপি—অদুম ওইনমক, সে—মহাক, ক্ষণে-ক্ষণে—ক্ষণ খুদিংগী, বাঢ়য়ে—হেঙ্গৎলকয়ি, সদাই—মতম পুম্বদা।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমতী রাধানা নুংশিবদি বিভুনী ( পুমশন-শন্-পুম্পাক্ পাক্পনী ), মাগী অমুক চাউখৎনবগী মফম লৈতে। অদুম ওইনমক মা মতম পুম্বদা ক্ষণ ক্ষণ খুদিংগী হেঙ্গৎলী।

## নৈনরোল

শ্রীরাধাগী প্রেমদি চিচ্ছক্তিগী বৃত্তিনী, চিচ্ছক্তিদি পূর্ণনী ( মপুঙ-ফাবনী ), ওমখৈ-নাইদবনী অমসুং পুঙশন-শন্নবা পোৎতানী, মরমঅদুনা শ্রীরাধাগী প্রেমসু মপুঙফাবা, ওমখৈ নাইদবা অমসুং পুঙশন-শনবা পোৎ-তানী। মপুঙ ফাবা অমদি পুঙশন শনবা পোৎতি হেন্না চাউখৎলকপা যাদে। রাধা—প্রেম অদুবু বিভু প্রেম কৌবা য়াই, মরমদি মাদন হায়না খঙনরিবা মহাভাব অদু প্রেমগী অযৌবী মতাঙনী। অদুবু রাধাগী প্রেম অসি বিভু ওইনমক ক্ষণ খুদিংগী হেঙ্গৎলী। অদুনা রাধাপ্রেমদি বিরুদ্ধধর্ম্মময়-নী ( ওন্নতৈনবা মতৌ ঙাক্তনী )।

## মূল ১২৮

যাহা বই গুরু বস্তু নাহি সুনিশ্চিত।

তথাপি গুরুর ধর্ম্ম গৌরব-বর্জ্জিত ॥ ১২৮ ॥

## শব্দার্থ

যাহা বই—মদু নত্তনা, গুরু—খ্বাইদগী হেন্‌বা, থোইরেন থোইবা, বস্তু—পোৎ, নাহি—লৈতে( হায়বা), সুনিশ্চিত—নীঙথিনা লেপ্পরবনী, তথাপি—অদুম ওইনমক, গুরুর—থোইরেন থোইবা মাগী, ধর্ম্ম—মতৌ-দি, গৌরব—চাউথোকপা, বর্জ্জিত—যাওদবা ( গৌরব-বর্জ্জিত—চাউ-থোকচদবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মা নত্তবা অতোপ্পা থোইরেন থোইবা ( গুরু ) পোৎ অতোপ্পা অমা লৈত্রে হায়না লেপ্পরবা পোৎনী (রাধা প্রেমদি)। অদুম ওইনমক প্রেমসিদা চাউথোকপগী শক্তি চঙদে, মসি থোইবেন-থোইবা পোৎকী লীচৎনী।

## নৈনরোল

রাধাপ্রেমদি খ্বাইদগী থোইবা পোৎনী, মসিদগী হেনবা পোৎ অমা লৈত্রবনী, অদুম ওইনমক রাধাপ্রেমদদি নাপম্নচিংবা করিমতা য়াওদে। অয়াম্বা ঐখোষনা উবদদি থোইরেন-থোইবা ওইবগী নাপল তৌবা থেংনৈ। অদুবু রাধাপ্রেমদদি মদু য়াওদে। রাধাগী প্রেমদি বিরুদ্ধধর্ম্মময়নী হায়বগী মসি খুদম অমনী।

## মূল ১২৯

যাহা হৈতে সুনির্ম্মল দ্বিতীয় নাহি আর ।
তথাপি সর্ব্বদা বাম্য বক্র—ব্যবহার ॥ ১২৯ ॥

## শব্দার্থ

যাহা হৈতে—মতুদগী হেন্না , সুনির্ম্মল—নীঙথিনা মোৎত্রবা (লূরবা) , দ্বিতীয়—অনীশুবা , নাহি—লৈত্রে , আর—অতৈ , তথাপি—অদূম ওইনমক , সর্ব্বদা—মতম-পুম্বদা , বাম্য—ওইনচাওবা ( বামা নায়িকাগী ভাব ) , বক্র—পৈথোকপা, অখোয়বা, তিংদবা ; ব্যবহার—মতৌমরাং ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতুদগী ( রাধাপ্রেমদগী ) হেন্না নীঙথিবা মোক্তবা ( লূবা ) অনীশুবা অতৈ অমা লৈত্রে, অদুম ওইনমক মাগী ব্যবহার মতাদো মতম পুম্বদা ওইনচাওবা অমদি পৈথোকপা পূকচেল-খোয়বা মতৌনী ।

### নৈনরোল

বাম্য—বামা নায়িকাগী ভাব । মতম পুম্বদা মান তৌহুনদা ( ওইন-চাওবী ওইহুনদা ) লৈবী, মান-হুনা শোন্থরগা শাউগনবী, নায়ক-না থেমহুনা বশ তৌরগা চঙব্রবা, অদুগা নায়কী মফমদা অয়াম্বা মতমদা ক্রুরা ( মুংশিহৈতবী ) ওইবী নায়িকাবু বামা নায়িকা কৌয়ি ।

শ্রীরাধাগী প্রেমদি যাম্না য়োনা মক্তবা ওইরবনী—শেংঙ্ৱবা, তিংখ্রবা অদুগা কৃষ্ণগী মুংঙাইরগা লোইরে হায়না লৈববা প্রেম্না , পূক্লীঙ-হকচাং-থরাই মঙামক পুঙহৈ হৈজল্লগা মওং পুম্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণগী পেন্নবা তৌবনা শ্রীরাধাগী প্রেমগী মথৌনী , মরমদুনা প্রেমসিদা বামতা ( ওইনচাওবা ) অমদি কুটীলতা ( খোযচৎনবা ) হায়বদুগী মফম যাওদে । অদুবু অঙকপদি, রাধাপ্রেমসে নীঙথিনা মক্তবা প্রেম ওইহুনসু মতুদা বাম্য—বক্র ব্যবহার উবা ফংঙি । মসি রাধাপ্রেমগী বিরুদ্ধধর্ম্মময় ওইবগী খূদম অমনী ।

য়েংশিনগদবা অমা লৈ, মতুদি—বাম্য-বক্র ব্যবহারনা রাধাপ্রেমগী সুনির্ম্মলতা ( নীঙথিনা মক্তবা ) হায়বদুগী অমাঙবা লৈতে । করিগুম্বা পোৎ অমদা জাৎ অতোপ্পগী পোৎ যান্শল্লবদি পোৎতুগী মক্তবা হায়বদু মাঙশ্রে ।

থূদম ওইনা হায়রগা, ঈশীঙদা ঈশীঙ নত্তবা পোৎ ওইরিবা লৈখোম হাপ-চল্লবদি ঈশীঙগী লুবা হায়বত্থু মাঙখ্রে। অত্থুবু বাম্য-বক্রতা হায়বসে প্রেম-দগী থেন্নবা অতোপ্পা জাৎ অমগী পোত্তা নত্তে—সমুদ্রগী ইথক-ইপোমগুম্না বাম্য অমসুং বক্রতাসে প্রেমগী ঈথক থোইদোকপা অমনী, মখোয়গা তিন্নরগা প্রেমদি মকশন্দে, অহোইনদুম প্রেমত্থু ফজবা হেক্কৎলকয়ি অদুগা আস্বাদন তৌবদা অঙকপা মহাও অমা পোকয়ি।

## মূল ১৩০

বিভুরপি কলয়ন সদাভিবৃদ্ধিং
গুরুরপি গৌরবচর্য্যযা বিহীনং।
মুহুরুপচিত-বক্রিমাপি শুদ্ধো
জয়তি মুরদ্বিষি রাধিকানুরাগঃ ॥ ১৩০ ॥

## শব্দার্থ

বিভু—পুঙশন-শনবা, মপুঙ-ফাবা, অপি—ওইববসু, কলয়ন—ওইহন্দুনা, সদা—মতম পুম্বদা, অভিবৃদ্ধিম্—হেক্কৎপা, গুরু—খাইদগী হেনবা, অপি—ওইদুনসু, গৌরবচর্য্যয়া—নাপন্নচিংবা, বিহীনঃ—য়াওদ-বনী, মুহুঃ—হন্না হন্না, উপচিত-বক্রিমা—হেক্কৎলকপা অখোযবা, অপি—ওইরবসু, শুদ্ধঃ—নীঙথিনা শেংঙী (মক্তে), জযতি—জয় ওইরি, মুরদ্বিষি—মুরগী য়েক্লবদা (শ্রীকৃষ্ণদা), রাধিকা-অনুরাগঃ—রাধিকাগী অনুরাগ (নৌত্থুনদা লৈবা প্রেম)।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বিভু (মপুঙ-ফাবা) ওইরবসু মতম পুম্বদা হেক্কত্থুনা লৈবা, গুরু (পুঙথোই-থোইবা) ওইরবসু নাপন্-য়াওদবা, বক্রতাগা লোয়নরবসু নীঙথিনা মক্তবা—মুরারি শ্রীকৃষ্ণদা লৈরিবা শ্রীরাধাগী অত্থুগুম্বা অনুরাগনা (নৌত্থুনদা লৈবা প্রেম্না) জয় ওইরি।

### নৈনরোল

শ্লোকসি দানকেলিকৌমুদী (২) কোবা শ্রীরূপগোস্বামীনা লেংবা লাইরীক্তগীনী।

## মূল ১৩১

সেই প্রেমার শ্রীরাধিকা পরম 'আশ্রয়'।
সেই প্রেমার আমি হই কেবল 'বিষয়' ॥ ১৩১ ॥

### শব্দার্থ

সেই—মতু, প্রেমাব—প্রেমগী, শ্রীরাধিকা—শ্রীমতীরাধারাণীনা, পরম—পূণ্ডথোই-থোইবা, আশ্রয়—তূণ্ডফম্মী, সেই প্রেমার—প্রেমমতুগী, আমি—ঐনা, হই—ওই, কেবল—মতুতা ওইবা বিষয়—অতম্নফম্।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রেমমতুগী শ্রীরাধিকানা পূণ্ডথোই-থোইবা তূণ্ডফম্মী। প্রেমমতুগী অতম্নফম-তা ওইবা ( বিষযদমক ওইবা ) হাযবতু ঐনা ওই।

### নৈনরোল

**পরম আশ্রয়**—অমতা ঙায়বা তূণ্ডফম ( আশ্রয )। মঙোন্দা প্রেম লৈবা নত্রগা মহাক্না প্রেমগা লোযননা সেবা তৌবা—অতু গুন্বা মহাকপু **প্রেমগী আশ্রয় কৌয়ি**। প্রেমগা লোয়ননা কনাগুম্ববু সেবা তৌরবদি সেবা তৌযম ওইরিবা মহাকপু প্রেমগী **বিষয় কৌয়ি**। বিভু প্রেম হাযবদি মাদন কৌবা মহাভাব অতুদি শ্রীরাধিকাদদা লৈ, প্রেমসিগা লোয়ননা শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণবু সেবা তৌযি। মবমতুনা শ্রীরাধানা প্রেমসিগী আশ্রয়নী অতুগা শ্রীকৃষ্ণনা মতুগী বিষযনী। শ্রীরাধাবু মাদন কৌবা প্রেমসিগী **পরম আশ্রয় কৌরবগী** অর্থদি শ্রীরাধা নত্তনা অতোপ্পা শ্রীকৃষ্ণপ্রেয়সী ( মুংশিবী ) অমতদসু হাযরিবা প্রেমসি লৈতে, শ্রীরাধিকা মথন্তনা মাদন কৌবা ( বিভু ওইবা ) প্রেমসিগী মপুনী।

**কেবল বিষয়**—বিষয়দমক ওইবা, আশ্রযদি ওইদবা হায়বনী। শ্রীকৃষ্ণদি মাদন কৌবা মহাভাবকী বিষযদমক ওই, আশ্রয়দি নত্তে। প্রেমগী মথণ্ড মথণ্ড থাক কাখৎলকপদা স্নেহ, মান, প্রণয়, রাগ, অনুরাগ, ভাব অমসুং মহাভাব হায়না থাক খরসি লৈ। মহাভাবকীসু মোদন অমসুং মাদন কৌবা থাক অনী লৈ। স্নেহদগী মোদন ফাওবা শ্রীকৃষ্ণদা অমসুং ব্রজসুন্দরী পুম্নমক্তা লৈ, ব্রজসুন্দরীশিংনা থাক মথল খরসিগী প্রেমগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণবু সেবা তৌযি। মরমতুনা শ্রীকৃষ্ণদি প্রেমশিংসিগী বিষয়নী। অতুগা প্রেমগী থাক মরামসি শ্রীকৃষ্ণদা লৈ হায়তুনা শ্রীকৃষ্ণনা থাকশিংসিগী

( মোদন-ফাওবগী ) আশ্রয়সু ওই। অদুবু প্রেম-বিকাশগী অরোয়বা থাক ওইরিবা মাদন-কৌবা মহাভাবসিদি শ্রীকৃষ্ণদা লৈতে ( শ্রীরাধা নত্তনা অতৈ কনামতদা লৈতে ), মরমত্তুনা শ্রীকৃষ্ণনা মাদন-কৌবা মহাভাবকী আশ্রয় নত্তে—বিষয়দমক ওই, মরমদি মাদন-কৌবা মহাভাবকা লোয়ননা শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণবু সেবা তৌযি।

## মূল ১৩২

বিষয়জাতীয় সুখ আমার আস্বাদ।

আমা হৈতে কোটিগুণ আশ্রয়ের আহ্লাদ ॥ ১৩২ ॥

## শব্দার্থ

বিষয়জাতীয়—বিষয় ওইবগী জাৎনা ফংগদবা, সুখ—নুংঙাইবা, আমার—ঐগী, আস্বাদ—মহাওতংবা, আমা হৈতে—ঐঙোন্দগী, কোটিগুণ—শরুক কোটি হেন্না, আশ্রয়ের—আশ্রয়গী, আহ্লাদ—নুংঙাইবা ( ওই )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( মাদন-কৌবা মহাভাবকী ) বিষয় ওইরগা ফংগদবা নুংঙাইবদু ঐনা মহাও তংঙী। ঐঙোন্দগী আশ্রয়-ওইবীগী ( শ্রীরাধাগী ) নুংঙাইবনা শরুক কোটি হেল্লী।

## মূল ১৩৩

আশ্রয়জাতীয় সুখ পাইতে মন ধায়।

যত্নে আস্বাদিতে নারি কি করি উপায় ॥ ১৩৩ ॥

## শব্দার্থ

আশ্রয়জাতীয়—আশ্রয় ওইবা মীতনা ফংগদবা, সুখ—নুংঙাইবদু, পাইতে—ফংননবা, মন—পূক্নীঙ, ধায়—চেন্শল্লী, যত্নে—হোৎনবনদি, আস্বাদিতে—মহাও তংবা; নারি—ফংবা ঙমদে, কি—করি, করি—তৌনী, উপায়—পাম্বৈ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

আশ্রয় ওইরগা ফংবা নুংঙাইবদো ফংননবা পূক্নীঙনা কোয়চেন্ চেল্লী ( ফংগে ) হোৎনবনসু মহাওদু তংবা ফংদ্রে, করি উপায় তৌগনী ?"

## মূল ১৩৪

কভু যদি এই প্রেমার হইয়ে আশ্রয়।
তবে এই প্রেমানন্দের অনুভব হয় ॥ ১৩৪ ॥

### শব্দার্থ

কভু—করিগুম্বা মতমদা, যদি—বদি, এই প্রেমার—প্রেম অসিগী, হইয়ে—ওই, আশ্রয়—তুঙফম, তবে—অদু ওইরবদি, এই প্রেম-আনন্দের—প্রেমগী নুংঙাইবসিগী, অনুভব—ফংবা, হয—ওই।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

করিগুম্বা মতমদা (শ্রীরাধাগী) মাদন-কোবা প্রেমসিগী আশ্রয ওইরবদি প্রেমসিদগী ওইরকপা নুংঙাইবদু ফংগনী।

## মূল ১৩৫

এত চিন্তি রহে কৃষ্ণ পরম কৌতুকী।
হৃদয়ে বাঢয়ে প্রেমলোভ ধকধকী ॥ ১৩৫ ॥

### শব্দার্থ

এত—অসি, চিন্তি—খন্দুনা, রহে—লৈ, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ পরম কৌতুকী—য়াম্না খৌরাংবা (ওইনা), হৃদয়ে—থম্মোইদুংদা, বাঢয়ে—হেঙ্গৎলম্মী, প্রেম-লোভ—রাধাগী প্রেম-দুবু পাম্বা, ধক্ধকী—মৈচাক হেঙ্গৎনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না খন্দুনা শ্রীকৃষ্ণনা য়োনা খৌরাংনা লৈখি। থম্মোইদুংদা (শ্রীরাধাগী মাদন-কোবা) প্রেম অদুবু পামদুনা মিহৌবদি মৈচাক কম্না হেঙ্গৎলম্মী।

## মূল ১৩৬

এই এক শুন আর লোভের প্রকার।
স্বমাধুর্য্য দেখি কৃষ্ণ করেন বিচার ॥ ১৩৬ ॥

### শব্দার্থ

এই—মসি , এক—অমনী , শুন—নাকোঙনা তাবিযু . আর—অতোপ্পা , লোভের—মিহৌবগী , প্রকার—মখল , স্বমাধুর্য্য—মছামক্কী অথুম্বা ( মছাগী ছক-ফজবনচিংবগী পূক্নীঙছুবদো ) , দেখি—উরগা , কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা , করেন—তৌযি , বিচার—খনবা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মসিনা অমনী । অতোপ্পা মিহৌবা মখল অমগী ব্রা তাবিযু । (মছুদি—) শ্রীকৃষ্ণনা মছামক্কী মাধুর্য্য ( ফজবা ) উরগা ব্রাখন তৌয়ি ।

### মূল ১৩৭

অদ্ভুত অনন্ত পূর্ণ মোর মধুরিমা ।
ত্রিজগতে ইহার কেহো নাহি পায় সীমা ॥ ১৩৭ ॥

### শব্দার্থ

অদ্ভুত—অঙকপা , অনন্ত—খন্বা-নাইদবা পূর্ণ—মপূঙফাবা , মোর—ঐগী , মধুরিমা—মাধুর্য্য , ত্রিজগতে—জগৎকী মরোল অহুমদা , ইহার—মসিগী , কেহো—কনাম্ব নাহি পায়—ফংদে , সীমা—ঙমখৈ ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীকৃষ্ণনা হায়- ) ঐগী মাধুর্য্যদি অঙকপনী, খন্বা-নাইদবা মপূঙ-ফাবনী । মরোল অহুমসিদা মসিগী লোইফম ঙমখৈবু কনামতনা ফংবা ঙমদে ।

### মূল ১৩৮

এই প্রেমদ্বারে নিত্য রাধিকা একলি ।
আমার মাধুর্য্যামৃত আস্বাদে সকলি ।

### শব্দার্থ

এই প্রেমদ্বারে—( শ্রীরাধিকাগী ) প্রেমসিনা , নিত্য—মতমপুম্বদা , রাধিকা—শ্রীমতী রাধা-রাণীনা একলি—মথন্তমক , আমার—ঐগী , মাধুর্য্য-অমৃত—মাধুর্য্য হায়বা অমৃতবু , আস্বাদে—মহাও তংঙী , সকলি—পুম্নমক ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( মাদন-কৌবা ) প্রেম অসিনা মতেঙ ওইদুনা মতম পুম্বদা শ্রীমতী রাধারাণীনা মথন্তমক-ঐগী মাধুর্য্য হায়বা অমৃতবু লোইনমক মহাও তংখোকথি।

## মূল ১৩৯

যত্তপি নির্ম্মল রাধার সৎপ্রেমদর্পণ।
তথাপি স্বচ্ছতা তার বাঢ়ে ক্ষণেক্ষণ॥ ১৩৯ ॥

### শব্দার্থ

যত্তপি—বস্সু, নির্ম্মল—মকুবা, অশেংবা ওইবা, রাধার—শ্রীরাধাগী, সৎপ্রেমদর্পণ—অশেংবা মুংশিবা হায়বা মুংশেল; তথাপি—অদুম ওইনমক, স্বচ্ছতা—(মুংশেলগী মমু্দা পোংকী মমি) তাবা যাবদু, তার—মদুগী (প্রেমদর্পণগী), বাঢ়ে—হেঙ্গৎলি, ক্ষণে-ক্ষণ—ক্ষণ খুদিংগী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরাধাগী প্রেমদি মুংশেনগুম্বা শেংলবসু মাগী মশেংদু মীৎকুপ খুদিংগী হেঙ্গৎলী।

## মূল ১৪০

আমার মাধুর্য্যের নাহি বাঢ়িতে অবকাশে।
এ দর্পণের আগে নবনবরূপে ভাসে॥ ১৪০ ॥

### শব্দার্থ

আমার—ঐগী, মাধুর্য্যের—মাধুর্য্যগী। নাহি—লৈতে, বাঢ়িতে—হেঙ্গৎনবগী, অবকাশে—অহাঙবা তাঞ্জা, এ দর্পণের—মুংশেন-সিগী, আগে—মমাঙদা, নব নব রূপে—অনৌ অনৌবা মওংদা, ভাসে—ঙাল্লী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐগী মাধুর্য্যগীদি হেঙ্গৎনঙাই তাঞ্জা অহাঙবা লৈতে। ( অদুবু রাধা-প্রেম কৌবা ) মুংশেলসিগী মমাঙদা অনৌ অনৌবা মওং লৌদুনা ( ঐগী মাধুর্য্যনা ) ঙাল্লী।

## মূল ১৪১

মন্মাধুর্য্য রাধাপ্রেম—দোঁহে হোড করি।
ক্ষণে ক্ষণে বাঢে দোঁহে কেহো নাহি হারি ॥ ১৪১ ॥

## শব্দার্থ

মন্মাধুর্য্য—ঐগী মাধুর্য্য, রাধাপ্রেম—শ্রীমতী রাধারাণীগী ( কৃষ্ণবু নুংশিবা হায়বা ) প্রেম, দোঁহে—অনীনা, হোড করি—শীণ্ডনহুনা, অমনা অমদগী হেন্নবা তান্নহুনা, ক্ষণে ক্ষণে—ক্ষণ খূদিংদা, বাঢে—হেঙ্গৎলী, দোঁহে—অনীগী কনামতনা, না হারি—মাযথীনদবমথৈ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐগী মাধুর্য্যগা শ্রীরাধাগী প্রেমগা (হাযবদি কৃষ্ণবু নুংশিবা হায়বহুগা) অনীসিনা মহৈ মহৈ শীংনহুনা ( হায়বদি ঐনা হেল্লে ঐনা হেল্লে হায়না তান্নহুনা ) কনামতনা মায়থীদবমথৈ ক্ষণ খূদিংগী হেঙ্গৎনৈ (হাযবদি অমস্থু অমস্থু হেঙ্গৎমিন্নৈ )।

## মূল ১৪২

আমার মাধুর্য্য নিত্য নব নব হয়।
স্ব স্ব প্রেম অণুরূপ ভক্তে আস্বাদয়ে ॥ ১৪২ ॥

## শব্দার্থ

আমার—ঐগী, মাধুর্য্য—মাধুর্য্যনা, নিত্য—মতম পুম্বদা, নব নব—নৌহুনদা লৈ, অনৌ-অনৌবা মওং লৌযি, স্ব স্ব প্রেম অণুরূপ—মছা মছাগী নুংশিবা মতূঙ ইন্না, ভক্তে—ভক্তনা, আস্বাদয়ে—মহাও তংঙী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐগী মাধুর্য্যদি মতম পুম্বদা নৌখৎতুনদা লৈ। ভক্তশিংনা মছা মছাগী প্রেম মতূঙ ইন্না ( মাধুর্য্যহুবু ) চুপচৈ।

## মূল ১৪৩

দর্পণাদ্যে দেখি যদি আপন মাধুরী।
আস্বাদিতে লোভ হয়, আস্বাদিতে নারি ॥ ১৪৩ ॥

## শব্দার্থ

দর্পণাদ্যে—মুংশেল্লচিংবদা , দেখি যদি—উরবদি , আপন মাধুরী—ইছাগী ছকহেন্‌বত্থ ( মাধুর্য্যদ্থ ), আস্বাদিতে—মহাও তংনীঙবগী , লোভ—মিহৌবা , হয়—ওই , আস্বাদিতে নারি—মহাও তংবদি ঙমদে ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মুংশেল্লচিংবদা এগী মাধুর্য্যবু উরুরবদি মত্থবু আস্বাদন তৌনীঙলকয়ি, অদুবু আস্বাদন তৌবদি ঙমদে ।

## মূল ১৪৪

বিচার করিয়ে যদি আস্বাদ-উপায় ।
রাধিকা স্বরূপ হৈতে তবে মন ধায় ॥ ১৪৪ ॥

## শব্দার্থ

বিচার করিয়ে—খন্থে , যদি—বদি , আস্বাদ-উপায়—মহাও তংনবগী পান্থে , রাধিকা-স্বরূপ—রাধিকাগী মছক , হৈতে—ওইনবা হায়ত্থনা , তবে—অদু ওইরবদি , মন—পুক্নীঙনা , ধায়—চেন্তাল্ তাল্লী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( কৃষ্ণ মছামক্কী মাধুর্য্যত্থগী ) মহাও তংননবগী পান্থে খন্থরুরগদি রাধিকাগী মতৌ ওইননবা পুক্নীঙ লাঙথৎলকয়ি ।

### নৈনরোল

রাধিকা স্বরূপ—শ্রীরাধাগী ভাব লৌবগা মহাকা মান্নবা ( ওইনীঙঙকয়ি ) ।

## মূল ১৪৫

অপবিকলিত-পূর্ব্ব কশ্চমৎকারকারী
স্ফুরতি মম গরীয়ানেষ মাধুর্য্যপূরঃ ।
অয়মহমপি হন্ত প্রেক্ষ্য যং লুব্ধচেতাঃ
সরভসমুপভোক্তুং কাময়ে রাধিকেব ॥ ১৪৫ ॥

ফাল্লবা, অম্ভু ওইরবদি মীয়ুগী খোৱাংবদু লেপ্পরোই, খোৱাংবদু মরক-থংপা লৈতবমখৈ অস্তুম অস্তুম হেঙ্গৎকনী।

## মূল ১৪৯

অতৃপ্ত হইয়া করে বিধির নিন্দন।

অবিদগ্ধ বিধি ভাল না জানে সৃজন ।। ১৪৯ ।।

### শব্দার্থ

অতৃপ্ত—পেন্দবা, হইয়া—ওইদুনা, করে—তৌযি, বিধির নিন্দন—লৈশেম্বা বিধিবু চৈবা, অবিদগ্ধ—শেম-শাবদা হৈ-শিংদবা, বিধি—লৈশেম্বা ব্রহ্মা, ভাল—ফজনা, না জানে—খঙদে, সৃজন—সৃষ্টি (শেম্বা)।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(কৃষ্ণ মাধুর্য্য আস্বাদন তৌবা মীয়ুনা) পেনবা নাইরক্তদুনা বিধিবু তাথিনা চৈ। হৈ-শিংদবা বিধিদু শেম-শাবা নীঙথিনা হৈত্রে (হায়না চৈ)।

## মূল ১৫০

কোটি নেত্র নাহি দিল, সবে দিল দুই।

তাহাতে নিমিষ, কৃষ্ণ কি দেখিব মুই ।। ১৫০ ।।

### শব্দার্থ

কোটি—কোটি, লক্ষ চামা, নেত্র—মীৎ, নাহি দিল—পীরমত্রে, সাব—মশীঙ শুববদা, য়ায়বদা, দিল—পীবীরে, দুই—অনী, তাহাতে—মদুদসু, নিমিষ—মীৎকুপ য়াওরে, কৃষ্ণ—কৃষ্ণবু, কি—করম্না, দেখিব—য়েংগনী, মুই—ঐনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(বিধিনা) মীৎ কোটি কোটি পীবীদরে, অনীদমক পীবীরে। মদুদসু মীৎকুপ (য়াওরে)। করম্না (অকুপ্পা মীৎ অনীসিনা) কৃষ্ণগী মাধুর্য্যবু ঐনা য়েংগনী ?

## মূল ১৫১

অটতি যদ্ভবানহ্নি কাননং
ত্রুটিযুগায়তে ত্বামপশ্যতাম্।
কুটিলকুন্তলং শ্রীমুখঞ্চ তে
জড উদীক্ষতাং পক্ষ্মকৃদ্দৃশাম্ ॥ ১৫১ ॥

## শব্দার্থ

অটতি—চৎলী , যৎ—মতমত্তুদা , ভবান—নহাক্না , অহ্নি—অযুক-নুংথিন্দা , কাননম—বন-লোমদা , ত্রুটি—ক্ষণ-গী তংখাইবু , যুগাযতে—যুগ অমনী হায়না থল্লী , ত্বাম—নহাকপু , অপশ্যতাম—উদবশিংগীদি , কুটিলকুন্তলম্—খোই-খোই-তাবা-শম্নাং-হৌবা , শ্রীমুখম—ফজবা মায়-থোঙবু , তে—নহাক্কী , জড—থরাই-পান্দবা , উদীক্ষতাম—থক্রোমদা যেংখৎপা মীশিংগী , পক্ষ্মকৃৎ—মীৎকী-পা শেম্বা ( বিধি-ব্রহ্মা )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণদা হঙ্গৎলম্মী— ) "নঙনা অযুক-নুংথিন্দা বৃন্দাবন-দা লেঙবা মতমদা নহাকপু উদ্রবা মীশিংগী মকমদা ক্ষণ-তংখাই অমবু যুগ অমনী হায়না লৌয়ি। খোই-খোইবা-শম্নাংনা লৈতেংবা নঙগী ফজবা মাযথোঙচুবু য়েংজরিবা মীশিংগী মীত্তা পা শাত্নুনা হাপ্লম্লিবা ( বিধি-ব্রহ্মা ) অত্নু থরায়-পান্দবা পোং ওইরমগনী।

## লৈনরোল

শ্লোকসি শ্রীমদ্ভাগবতমদগী ( ১০/৩১/১৫ )। শবৎকী মহারাসদা শ্রীকৃষ্ণনা মাঙথরবদা মহাকপু থিনা থিনা গোপীশিংনা বিলাপ তৌর তৌরগা হাযখিবা রাশিংত্নুগী খরা শ্লোকসিদা যাওরি। মহাভাবকী লক্ষণ ময়ামগী মনুঙদা ক্ষণকল্পতা ( ক্ষণ অমতগী মতম্বু কল্প অমগা শাংবা মান্নানা কৃষ্ণগা কাযনরবদা খনবা ) অত্নুগা নিমেষ-অসহ্যতা ( মীৎকূপ অমা উদববু খাঙবা ঙমদবা ) লক্ষণ অনীসী শ্লোকসিদা হায়রি।

## মূল ১৫২

গোপ্যশ্চ কৃষ্ণমুপলভ্য চিরাদভীষ্টং
যৎপ্রেক্ষণে দৃশিষু পক্ষ্মকৃতং শপন্তি।

দৃগ্‌ভির্হৃদিকৃতমলং পরিরভ্য সর্ব্বা-

স্তদ্ভাবমাপুরপি নিত্যযুজাং দুরাপম্‌ ॥ ১৫২ ॥

## শব্দার্থ

গোপ্য়ঃ—গোপীশিংনা , চ—অমসুং , কৃষ্ণম্‌—শ্রীকৃষ্ণবু , উপলভ্য—উবগা , চিরাৎ—মতম কুইনবী তুংদা , অভীষ্টম্‌—নীঙজরক্লবা পোৎ , যৎ-প্রেক্ষণে—মহু উবদা , দৃশিষু—মীৎতা , পক্ষ্মকৃতম্‌—পা শেম্নবু , শপন্তি—শাপ তৌযি , দৃগ ভিঃ—মীৎনা , হৃদিকৃতম্‌—থম্মোইনুংদা চঙহল্লগা , অলং—য়াম্না চেৎনা , পরিরভ্য—কোন্দুনা , সর্ব্বাঃ—লোইনমক্না , তদ্ভাবম্‌—মামক ওইথোকখিবা হায়বহু , আপু—ফংখি , অপি—সু ; নিত্যযুজাং—আরুঢ (য়ৌনা কাখৎলবা) গোপীশিংগী (নত্রগা মতমপুম্বদা পক্লতুনা লৈরিবী রুক্মিণীনচিংবী পাটরাণীশিংগী ) , দুরাপম্‌—ফংবদা ঱ারবা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণবু যেংবদা অকায়বা ওই হায়দুনা মীৎকী পা শেম্বা বিধাতাবু ফাওবা শাপ তৌরিবা গোপী পুম্নমক্না মতম কুইরবগী তুংদা (কুরুক্ষেত্রদা) শ্রীকৃষ্ণবু মনাক্তা ফংলবা তুংদা মীৎনা লৌশল্লগা থম্মোইদা চঙহন্দুনা য়াম্না চেৎনা কোন্‌শল্লগা আরূঢ ( য়ৌনা কাখৎলবা ) যোগীশিংনফাওবা ( নত্রগা নিত্তিগী পক্লতুনা লৈবা রুক্মিণীনচিংবী পাটরাণীশিংনফাওবা ) ফংবা ঱ারবা মামক ওইথোকখিবা নত্রগা মাগা ওইছম্নখিবগী ( তন্ময়তাগী ) ভুংঙাইবহু ফংখি ।

### নৈনরোল

শ্লোকসি শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দগীনী (১০/৮২/৩৯) । শ্রীকৃষ্ণ উদবদা গোপী-শিংনা চাংদম্নঙাই-লৈতবা অরাবা ফংবগুম্‌ শ্রীকৃষ্ণবু উবদা মখোয়গী সুংঙাই-বসু চাংদম্নঙাই লৈতে ।

## মূল ১৫৩

কৃষ্ণাবলোকন বিনা নেত্রে ফল নাহি আন ।

যেই জন কৃষ্ণ দেখে, সে-ই ভাগ্যবান্‌ ॥ ১৫৩ ॥

## শব্দার্থ

কৃষ্ণ-অবলোকন—শ্রীকৃষ্ণবু য়েংবা , বিনা—নত্তনা , নেত্রে—মীত্তা ,

ফল – মহৈ , নাহি—লৈতে , আন—অতোপ্পা অমা , যেই জন—কনাগুম্বা মীনা , কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণবু , দেখে—উরে , সে-ই—মহাকৃতুমক , ভাগ্যবান্ —লাইবকফবনী ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

কৃষ্ণবু য়েংবা নত্তনা মীৎকী মহৈ অতোপ্পা অমা যাদ্রে । কৃষ্ণবু উরবা মীতুমক মরাযবক ফরবনী ।

## মূল ১৫৪

অক্ষণ্বতাং ফলমিদং ন পরং বিদামঃ
সখ্যঃ পশূননুবিবেশয়তোর্ব্বযস্যৈঃ ।
বক্ত্রং ব্রজেশসুতযোরনুবেণুজুষ্টং
যৈর্বা নিপীতমনুরক্তকটাক্ষমোক্ষম্ ॥ ১৫৪ ॥

**শব্দার্থ**

অক্ষণ্বতাং—মীৎপানবশিংগী , ফলম—মহৈ ; ইদম্—অসি , ন—নত্তে , পবম—অতোপ্পা , বিদামঃ—এখোয় খঙই , ( ন বিদামঃ—এখোয খঙদে ) , সখ্য —হে ইতাশা , পশূন—শনশিংবু , অনুবিবেশয়তঃ (বৃন্দাবন মনূঙদা) হোইজল্লিবা , বযস্যৈ —মমান্নবশিংগা , বক্ত্রম—মাযথোঙ , ব্রজেশ-সুতযোঃ—ব্রজনিংথৌ মপারি অনীগী ( রাম-কৃষ্ণগী ) , অনুবেণু-জুষ্টম—বাঁশীগা লোযননা , যৈ —মখোয় কনা কনাগুম্বনা , বা—নত্রগা , নিপীতম্—থাক্তবমখৈ থক্লবা ( মপূঙফানা উরবা ) , অণুরক্তকটাক্ষমোক্ষম্ —নুংশিবা নীঙজবা মীগী মফমদা মীৎচিনা য়েংবিবা ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

( গোপীশিংনা হাযরম্মী ) "হে ইতাশা, মমান্নবশিংগা লোয়ননা, শনবী শনাওনচিংবা শাশিংবু বৃন্দাবন মনূঙদা হোইজল্লিবা ব্রজ-নিংথৌ-মপারি রাম-কৃষ্ণগী বেণু-খোঙবদা লূপ্লিবা অতুগা মখোয়বু নুংশিরিবা মীদা মীৎচিনা খোইখোই য়েংবা মায়থোঙ অতুবু মপূঙফানা উরবা মীশিংদু মহৈ য়াল্লবনী , মীৎকী মহৈ য়াম্নাই অতোপ্পা অমা লৈত্রে ।

## নৈনরোল

শরৎ ঋতু হৌগংলকপদা গোপীশিংনা শকথিবা শ্লোকসি শ্রীমদ্ভাগবতম্-দগী লৌথোবকপনী ( ১০/২১/৭ )।

## মূল ১৫৫

গোপ্যস্তপঃ কিমচরন যদমুষ্য রূপং
লাবণ্যসারমসমোর্দ্ধমনন্যসিদ্ধম্।
দৃগ ভিঃ পিবন্ত্যনুসবাভিনবং দুরাপ
মেকান্তধাম যশসঃ শ্রিয় ঈশ্বরস্য ॥ ১৫৫ ॥

## শব্দার্থ

গোপ্যঃ—গোপীশিংনা, তপ—তপ, কিম—করি, অচরন—তৌথিবা, যৎ—মতুদা, অমুষ্য—মহাক্কী ( শ্রীকৃষ্ণগী ), রূপম—ছক-পু, লাবণ্য-সারম্—রাশিনা মতুম য়াল্লবা, অসমোর্দ্ধম—মান্নবসু লৈত্রবা অতুগা অহেনবসু লৈত্রবা, অনন্যসিদ্ধম—উপায অমনা থোকওমদবা হাযবদি হৌনশা ওইরবা, দৃগ ভিঃ—মীৎশিংনা, পিবন্তি—( মখোযনা ) থকয়ি, অনুসব-অভিনবম্—তত্তনা নৌবা, দুরাপম্—ফংবদা ৱারবা, একান্ত-ধাম—অমতা ওায়বা মফম, যশসঃ—মিংচৎকী, শ্রিয়ঃ—ফজবগী নত্রগা লক্ষ্মীগী, ঈশ্বরস্য—ঐশ্বর্য্যগী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাশিনা মতুম মতুম যাল্লবা ছক মতুগা মান্নবা লৈত্রবা অতুগা মতুদগী হেনবসু লৈত্রবা ছক, লৈতেংগী মতেঙনা ফজবা নত্তবা ছক, অতুম মছাগী ওইজরবা ছক, অতৎপা লৈতনা নৌহুনদা লৈবা ছক, মিংচৎ, ফজবা অমদি ঐশ্বর্য্যগী অমতা-ওায়বা তুণ্ডফম ওইবা ছক অতুগা ( লক্ষ্মীনচিংবনা ) ফংবদা ৱাবা ছক—শ্রীকৃষ্ণগী ছক অসিবু মীৎনা থক্লিবা ( উবা ফংজরিবা ) গোপী-শিংহুনা করি তপ তৌরকুনা ফংলিবনো ?

## নৈনরোল

শ্লোকসি শ্রীমদ্ভাগবতম্দগী লৌথোরকপনী ( ১০/৪৪/১৪ )। কংসগী রঙ্গস্থলদা ( চায়নপুণ্ডদা ) শ্রীকৃষ্ণনা মুষ্টিকপা চাণুরপা থেংনগদবগী থোরকপা মতমদা মথুরাগী লুজাশিংনা হায়নখিবা ৱাহুঙ শ্লোকসিদা ৱাওরিবসিনী।

## মূল ১৫৬

অপূর্ব্ব মাধুরী কৃষ্ণের, অপূর্ব্ব তার বল।
যাহার শ্রবণে মন হয় টলমল ॥ ১৫৬ ॥

### শব্দার্থ

অপূর্ব্ব—অঙকপা, মাধুরী—মাধুর্য্যনী, কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী, অপূর্ব্ব—অঙকপনী, তার—মতুগী (মাধুর্য্যগী), বল—পাঙ্গল, শক্তি, যাহার—মতুগী (রা), শ্রবণে—নাকোঙনা তাবদা, মন—পুক্নীঙ, হয়—ওই, টলমল—লাঙতক্নবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যদি অঙকপা (মমাঙদা ওইখিদ্রিবা) অমনী, মাধুর্য্যসিগী মপাঙ্গলসু অঙকপনী। মতুগী রা নাকোঙনা তাবগা পুক্নীঙ লাঙতক্নৈ।

## মূল ১৫৭

কৃষ্ণের মাধুরী কৃষ্ণে উপজায় লোভ।
সম্যক্ আস্বাদিতে নারে, মনে রহে ক্ষোভ ॥ ১৫৭ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী, মাধুরী—মাধুর্য্যনা, কৃষ্ণে—শ্রীকৃষ্ণমক্তদা, উপজায়—পোকহল্লী, লোভ—মিহোবা, সম্যক্—মপূঙফানা, আস্বাদিতে—মহাওতংবা, নারে—ঙমদে, মনে—পুক্নীঙদা, রহে—লৈ, ক্ষোভ—হুংনাংবা, হুংঙাইতবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যদি শ্রীকৃষ্ণফাওবদা মিহোবা পোকহল্লী। (অতুবু) মপূঙফানা মহাও তংবা ঙমদবা মরম্না পুক্নীঙ হুংনাংহুনা অতুম লৈ।

## মূল ১৫৮

এই ত দ্বিতীয় হেতুর কৈল বিবরণ।
তৃতীয় হেতুর এবে শুনহ লক্ষণ ॥ ১৫৮ ॥

### শব্দার্থ

এই ত — মসিনী , দ্বিতীয় — অনীশুবা , হেতুর —(শ্রীচৈতন্য-অবতারগী) মরমগী , কৈল — তৌজরে , বিবরণ — অকুপ্পা মরোল , তৃতীয় — অহুমশুবা , হেতুর — মরমগী , এবে — হৌজিক , শুনহ — নাকোঙনা তাবিযু , লক্ষণ — মতৌ ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মসিনীদো ( শ্রীচৈতন্যনা অবতার তৌবগী ) অনীশুবা মরমগী অকুপ্পা মরোল লীজরিবা। হৌজিক অহুমশুবা মরমগী মওং-মতৌ নাকোঙনা তাবিযু ।

### মূল ১৫৯

অত্যন্ত নিগূঢ় এই রসের সিদ্ধান্ত ।
স্বরূপ গোসাঞি মাত্র জানেন একান্ত ॥ ১৫৯ ॥

### শব্দার্থ

অত্যন্ত—য়াম্না য়োনা , নিগূঢ় — অথুপ্পনী , এই রসের — রস অসিগী , সিদ্ধান্ত—রায, রাবেপ , স্বরূপ গোসাঞিমাত্র—স্বরূপ দামোদর গোস্বামীতনা , জানেন—খঙঙী , একান্ত—মপূঙ-ফানা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রস অসিগী [ শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্য আস্বাদন তৌরগা শ্রীমতী রাধিকানা ফংবা রস ( নুংঙাইবা ) অদুগী ] মরম ওইবা সিদ্ধান্তদু যাম্না থুপ্পা রানী। ( রাদু ) স্বরূপ দামোদর গোস্বামীতনা মপূঙফানা খঙঙী ( অতৈ কনামতনা খঙদে ) ।

### মূল ১৬০

যেবা কেহ অন্য জানে, সেহো তাঁহা হৈতে ।
চৈতন্য গোসাঞির তেঁহো অত্যন্ত মর্ম্ম যাতে ॥ ১৬০ ॥

### শব্দার্থ

যেবা—মহাক , কেহ—কনানো অমা ; অন্য—অতোপ্পা , জানে—

খণ্ডলে , সেহো—মহাক্ , তাঁহা হৈতে—মঙোন্দগীনী ( স্বরূপ দামোদর-দগীনী ), চৈতন্য গোসাঞির—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী , তেঁহো—মহাক , অত্যন্ত—য়াম্না , মর্ম্ম—অমঙা ওইনা তিন্নবা , যাতে—মরমতুদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনাগুম্বা অতোপ্পা অমনা খণ্ডলবন্নু মানা খণ্ডলিবত্নু মঙোন্দগীনী ( স্বরূপ দামোদর গোস্বামীদগীনী )। মরমদি মহাক শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী মনুঙ-হৎজম্না তিন্নবা মীনী।

### মূল ১৬১

গোপীগণের প্রেম—'অধিরূঢভাব' নাম।
বিশুদ্ধ নির্ম্মল প্রেম কভু নহে কাম ।। ১৬১ ।।

### শব্দার্থ

গোপীগণের—গোপীশিংগী , প্রেম—নুংশিবা , অধিরূঢভাব—মহাভাব-কী অনীশুবা ফীভম ( অবস্থা ), নাম—মিং ( কৌয়ি ), বিশুদ্ধ—থোইদোক্না শেংবা , নির্ম্মল—মকুবা , প্রেম—মনুঙশি , কভু—কদৌঙৈদসু , নহে—নত্তে ; কাম—মছাগী ইন্দ্রিয় পেন্নবা মনুঙশি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপীশিংগী প্রেমগী মিংদি 'অধিরূঢভাব' কৌয়ি। মকুবা অশেঙবা প্রেমদি কদৌঙৈদসু কাম হায়বত্নু নত্তে।

### নৈনবয়েল

**অধিরূঢ-ভাব**—প্রেম্না অনুরাগগী থাক য়োরগা, অনুরাগঅদুনা মাগী অরোয়বা ওমথৈগী অরোয়বা চিদায় মপান্দু য়োৎথলক্লবা মতমদা অনুরাগ অদুবু মহাভাব নম্লগা ভাব কৌয়ি। মহাভাবসিগী অবস্থা অনীনী, অহানবা অবস্থাগী মমিংনা রূঢ কৌয়ি, অতৈগা অনীশুবা অবস্থাগী মমিংনা অধিরূঢ কৌয়ি। সাত্ত্বিকভাব-পুম্নমক-থোরক্লবা মহাভাবকী অবস্থাদা মহাভাব অদুবু রূঢ কৌয়ি। "উদ্দীপ্তা সাত্ত্বিকা যত্র স রূঢ ইতি ভণ্যতে।। উঃ নীঃ স্থাঃ ১৪৪ ।।" সাত্ত্বিকভাব পুম্নমক্না রূঢ ভাব-তা হায়রিবা অনুভাব

পুম্নম ক্রশীস্নু করিগুম্বা হায়দোকফম খণ্ডদবা থোইদোকপা মওং অমা ওইরকপা, অদুগুম্বা মহাভাবকী ফীভমদুবু অধিরূঢ় কৌয়ি। "রূঢোক্তেভ্যোঽনুভাবেভ্যঃ কামপ্যাপ্তা বিশিষ্টতাম্। যত্রানুভাবা দৃশ্যন্তে সোঽধিরূঢো নিগদ্যতে॥ উঃ নীঃ স্থাঃ ১২৩॥" রূঢ মহাভাবকী খুদম—মীৎ কৃপ্পনা শ্রীকৃষ্ণবু উবা ফংদবদুস্নু রূঢ-ভাব-তা লৈবী গোপীশিংনা মতম খজিক্কুংছুবু ফাওবা থাওবা ঙমদে, শ্রীকৃষ্ণগা মিলন ওইবা মতমদস্নু চহী-কল্প অমগী মতম্নু ক্ষণ অমথক্কনী হাযনা মখোয়না খল্লী, অদুগা অমুক শ্রীকৃষ্ণগা কায়নবা মতমদনা ক্ষণ অমবু কল্পমূক শাংবোইনা খল্লী, শ্রীকৃষ্ণগী নুংঙাইবদস্নু করিগুম্বা নুংঙাইতবগা লাক্লবদি হায়না চিংনবক্তুনা খন্থকরগা গোপীশিংগী অৱাবদুম ওইরকযি। শ্রীকৃষ্ণস্ফূর্তি তৎপা লৈতবনা দেহনচিংবা পুম্নবু রূঢভাববতীশিংনা কাউথোকয়ি। মসি পুম্নমক্কী রূঢমহাভাবকী অনুভাব হায়বদি মপাম্মোংগী লক্ষণ হায়বদুনী।

**গোপীদিগের প্রেম** -গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিবসি প্রেমনী, কাম নত্তে। প্রেম-শব্দগী অর্থ করিনো? প্রেম = প্রিয় + ইমন্, মরমদুনা প্রেম-গী অর্থদি প্রিযগী (নুংশিফম ওইবা মীগী) ভাব প্রিযতা হাযবদুনী, অদুবু প্রিযতা কদায়বু কৌবগে? প্রিয় = প্রী + ক, প্রী ধাতুগী অর্থদি কামনা, ইচ্ছা ( অপাম্বা ) হাযবনী, প্রী — কান্তৌ ( কবিকল্পদ্রুম ), অদু ওইরবদি প্রেম—শব্দগী অর্থদি ইচ্ছা ( অপাম্বা ), প্রীতিগী ইচ্ছা ( নুংশিবা পাম্বা ) হায়বা তারে। কম্ ধাতুগী তুংদা অন্-প্রত্যয তৌরগা থোরকপা কাম শব্দগী অর্থস্নু ইচ্ছা, প্রীতিগীদমক ইচ্ছা হাযবনী। অদু ওইরবদি ঐখোয়না উরিবসি প্রেমগী অর্থদু কামগীস্নু অর্থ ওইরে—অনীমক্কী অর্থদি ইচ্ছা ( অপাম্বা ), প্রীতিগী ইচ্ছা, সুখগী ( নুংঙাইবগী ) ইচ্ছা হায়বা তারে ( মরমদি নুংঙাইবগী ইচ্ছা নত্তনা কনামতনা অৱাবা ফংগে হায়বগী ইচ্ছা তৌদে )। অদু ওইরবদি প্রেমগা কামগা অমতা ওইবা তারবরা? মসিগী পাউখুমদি বিশুদ্ধ নির্মল হায়রবসি পীয়ি, কাম-গা প্রেম-গা অনীগী অর্থ প্রীতিগী ইচ্ছা ওইরবস্নু ভক্তগী মতাঙদদি প্রীতিগী ইচ্ছা অসি মখল অনীগী ওইবা য়াই, মদুদি—মছাগী প্রীতিগী ইচ্ছা অমসুং কৃষ্ণগী প্রীতিগী ইচ্ছা। রূঢি-অর্থদা মছাগী প্রীতিগী ইচ্ছা অদুবু কাম কৌয়ি, অদুগা কৃষ্ণগী প্রীতিগী ইচ্ছা অদুবু প্রেম কৌয়ি। প্রীতি-ইচ্ছা মখল অনীসিগী মমুওদা মছাগী নুংঙাইনবগী তৌবা ইচ্ছা খুমল্লী অদুগা পাক্তবনী, মরমদুনা তাখিনঙাইনী হায়বদা হাযমনবা থোক্লোই। অদুগা কৃষ্ণগী

প্রীতিগীদমক তৌবা ইচ্ছাশুদি য়ৌনা পাক-শন্নী, পূকচেন-চাওবগী ওই, য়ৌনা থাগৎনগাইনী হায়বসি ইরায়-লায়না খঙবা ওন্মী—ইচ্ছা অমনা ( কাম হায়বসিনা ) মছাগী পীক্লবা মকোম্নুংদা ওমখৈরে। অমত্তুনা ( প্রেম হায়বত্তুনা ) বিভু-বস্তু ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী—মরমত্তুনা প্রাকৃত জগৎ-পুম্নদা অমসুং প্রাকৃত-নত্তবা ধাম লৈরিবা পুম্নমক্কী সুখগী ( নুংঙাইনবগী ) ওইরে। মরমত্তুনা প্রেম হায়বসি প্রীতি-ইচ্ছাগী খাইদগী হেন্না লংবা মওং অমনী, অত্তুগা কাম হায়বসিনা প্রীতি ইচ্ছাগী তাথিনগাই মায়কৈনী, প্রীতি-ইচ্ছাগী অমোৎপনী। প্রেমদদি অমোৎপসি য়াওদে হায়তুনা প্রেম-বু মোত্তবা (নির্ম্মল) হায়গ্নিবনী। রা অমনা অসীনী। ইচ্ছা হাযবসি পূক্নীঙগী থবক্নী, মছাগী নুংঙাইনবগী ইচ্ছাসে প্রাকৃত ওইবা মন-গী থবক ওইবম্ন যাই, প্রাকৃত মন-গী থবক্তি প্রাকৃত-নী, মরমত্তুনা লম্নাই-ইন্দ্রিয়-পেন্নবগী ইচ্ছা ( গী মছক ওইবা কামত্তু ) সু প্রাকৃত ওইবা পোৎ ওইবা তারে, মত্তু ওইরবা মতমদদি কাম হায়বসে শেংদবা ( অবিশুদ্ধ ) পোৎ ওইগনী, মরমদি মা প্রাকৃত-নী। অত্তুবু কৃষ্ণপ্রীতিগী ( কৃষ্ণবু নুংশিবগী—মানা পেন্নবগী ) ইচ্ছাগী মছক ওইবা প্রেম-দি প্রাকৃত মনগী প্রাকৃত বৃত্তি ( থবক ) নত্তে, মাদি কৃষ্ণগী স্বরূপ-শক্তিগী বৃত্তিবিশেষ-নী, মবম অত্তুনা প্রেমসি প্রাকৃত-নত্তবা চিৎ-ওাক্তগী ওইবা ( চিন্ময় ওইবা ) অমনী, অত্তুনা বিশুদ্ধনী অশেওবনী। মরমসিনা কামগা প্রেমগা অমত্তা নত্তে, প্রেম-না বিশুদ্ধনী, কাম-দি বিশুদ্ধ নত্তে। প্রেম-না নির্ম্মল-নী ( মোত্ত-বনী ), কামদি নির্ম্মল নত্তে, প্রেমনা কদৌঙৈদসু কাম নত্তে।

কনাগুম্বনা হংবা যাই—গোপীশিংগী প্রেমদি কাম নত্তে হাযরবদি শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা মখোয়গী লৈরিবা ভাব-পু "গোপ্য কামাৎ-হায়বনচিংবা ( শ্রীভাঃ ৭/১/৩০। ) শ্লোক অত্তুদা কাম হায়না কৌরিবা করিগীনো? মসিগী পাউখুমদি মখাদা লাক্লিবা শ্লোকসিদা হাযরি—গোপীশিংগী প্রেম-দি কাম হায়না কৌরে। অত্তুবু তশেংবদি অসিদা শীজন্নরিবা কাম শব্দসে মছাগী ইন্দ্রিয পেলহন্নীঙবগী কাম অত্তু মাত্তে, মসিনা কাম হাযবত্তুমক ওইরবদি শ্রীউদ্ধবনচিংবা ভগবান্না নুংশিরবা মছাগী কাম-লৈতবা ভক্ত-শিংনা গোপীপ্রেম ফংগে হায়বগীদমক প্রার্থনা তৌরোইদৌবনী।

অমুক্ক হংবা য়াই—গোপীপ্রেম-না কাম হায়বত্তু নত্রবদি করিগীদমক প্রেমত্তুবু কাম কৌরিবনো? মত্তুগী পাউখুমদি অসিনী—"সহজে গোপীর প্রেম নহে প্রাকৃত কাম। কামক্রীড়া সাম্যে তার কহি কাম নাম ॥ ২/৮/-১৭৪ ॥"—গোপীপ্রেম-দি মাগী হৌনশাগী হায়রবদি প্রাকৃত কাম নত্তে।

কামগী শাম্নবগা মাগীগা মান্নে হায়বগীদমক মাবু কাম কৌবনী।" কামগী শাম্নবগা প্রেমগী শাম্নবগা মপাম্মোংদদা য়াম্না মান্নবনী। অদুগা শান্নবা অনীসিগী পান্দমদি ( উদ্দেশ্যদি ) মান্নদে, মরমদি প্রেমদি মহাক্না কাম নত্তে।

## মূল ১৬২

প্রেমৈব গোপরামাণাং কাম ইত্যগমৎ প্রথাম্।
ইত্যুদ্ধবাদযোঽপ্যেতং বাঞ্ছন্তি ভগবৎপ্রিয়াঃ ॥ ১৬২ ॥

### শব্দার্থ

প্রেম-ইব—প্রেম-তনা, গোপরামাণাম্—গোপ-নুপীশিংগী, কাম—কাম ( ইন্দ্রিয় পেল্‌হন্নীডবা ), ইতি—মসি, প্রথাম্—চংনবী, অগমৎ—ওইবা ফংখ্রে, ইতি—( মরম ) অসিনা, উদ্ধবাদয়ঃ—উদ্ধবনচিংবনা, অপি—সু, এতম্—মসিবু (প্রেমসিবু) বাঞ্ছন্তি—পামজে, ভগবৎপ্রিয়া—ভগবান্‌গী নুংশিরবা ভক্তশিংনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রজগোপ-নুপীশিংগী প্রেম-দি 'কাম' হায়দুনা চংনখরে, ( অদুবু মাগী স্বরূপ য়েংলগদি কাম নত্তে ), মরমসিনা উদ্ধবনচিংবা ভগবানগী ভক্তশিংনসু প্রেম অসি পামজে।

## মূল ১৬৩

কাম-প্রেম দোঁহাকার বিভিন্ন লক্ষণ।
লৌহ আর হেম যৈছে স্বরূপে বিলক্ষণ ॥ ১৬৩ ॥

### শব্দার্থ

কাম-প্রেম—কামগা প্রেমগা, দোঁহাকার—অনীগী, বিভিন্ন—তোঙান্—তোঙানবা, লক্ষণ—মতৌনী, লৌহ—য়োৎ, আর—অদুগা, হেম—সনা, যৈছে—গুম্না, স্বরূপে—মহাগী ওইবা ছক্তমদা, বিলক্ষণ—মান্নদবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

য়োংকা সনাগা স্বরূপ থেন্নবগুম্না কামগা ( ইন্দ্রিয় পেন্নবা পাম্বগা ) প্রেমগা ( কৃষ্ণগী নুংশিবগী পাম্বগা ) অনীসু থেন্নৈ।

## মূল ১৬৪

আত্মেন্দ্রিয়-প্রীতি-ইচ্ছা—তারে বলি 'কাম'।
কৃষ্ণেন্দ্রিয়-প্রীতি-ইচ্ছা—ধরে প্রেম নাম ॥ ১৬৪ ॥

### শব্দার্থ

আত্মেন্দ্রিয়—মছাগী ইন্দ্রিয়গী ; প্রীতি-ইচ্ছা—পেন্‌বা পাম্বা, তারে—মতুবু, বলি—ঐনা কৌয়ি, কাম—কাম, কৃষ্ণেন্দ্রিয়—কৃষ্ণগী ইন্দ্রিয়গী, প্রীতি-ইচ্ছা—পেন্‌বা পাম্বনা, ধরে—লৌয়ি, প্রেম—প্রেম, নাম—মিং।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনাগুম্বগী মছাগী ইন্দ্রিয় পেনবা পাম্ববু ঐনা কাম হায়না কৌয়ি, অদুগা কৃষ্ণগী ইন্দ্রিয় পেন্‌বা পাম্বা হায়বদুনা প্রেম হায়বা মিং লৌয়ি।

## মূল ১৬৫

কামের তাৎপর্য্য—নিজসম্ভোগ কেবল।
কৃষ্ণসুখ তাৎপর্য্য—হয় প্রেম ত প্রবল ॥ ১৬৫ ॥

### শব্দার্থ

কামের—কামগী, তাৎপর্য্য—পান্দমদি, নিজসম্ভোগ—মছা মথন্তমক চাবা (মছাগী ইন্দ্রিয়-পেলুহনবা), কেবল—অদুতমক, কৃষ্ণসুখ তাৎপর্য্য—কৃষ্ণগী নুংঙাইবনা পান্দম ওইবা, হয়—ওই ; প্রেম ত—প্রেমদি লেপ্পমক, প্রবল—শাফুকনবা (ওই)।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কামগী পান্দম্‌দি মছাগী ইন্দিয় পেনবতনী। প্রেমগীদি কৃষ্ণগী নুংঙাইবনা পান্দম্নী, মরমদুনা প্রেমদি মপাঙ্গল য়াম্বা কল্লী।

## মূল ১৬৬-১৬৮

লোকধর্ম্ম বেদধর্ম্ম দেহধর্ম্ম কর্ম্ম।
লজ্জা ধৈর্য্য দেহসুখ আত্মসুখ মর্ম্ম ॥ ১৬৬ ॥

ছস্ত্যজ আর্য্যপথ নিজ পরিজন।
স্বজনে করয়ে যত তাড়ন—ভর্ৎসন ॥ ১৬৭ ॥
সর্ব্বত্যাগ করি করে কৃষ্ণের ভজন।
কৃষ্ণসুখ হেতু করে প্রেম-সেবন ॥ ১৬৮ ॥

## শব্দার্থ

লোকধর্ম্ম—মীয়াম্না চৎনরিবা আচার, বেদধর্ম্ম—বেদনা তাকপা কর্ম্ম ( যজ্ঞনচিংবা থবক ), দেহধর্ম্ম—হকচাঙগীদমক তৌগদবা থবক, কর্ম্ম—ফল ফংবগীদমক তৌবা থবক ( সকাম কর্ম্ম ), লজ্জা—ইকাইবা, ধৈর্য্য—অথাঙ-কনবা দেহসুখ—হকচাঙগী নুংঙাইবা, আত্মসুখ—ইছাগী নুংঙাইবা, মর্ম্ম - মচি, ছস্ত্যজ—থাদোকপদা ৱাবা, আর্য্যপথ—হৌন-খঙবা মীগী লম্বী, নিজ পরিজন—মছাগী ইমুংগী মী, স্বজনে—মছাগী মীনা, করয়ে—তৌযি, যত—অতুখক, তাড়ন—যৈবা, ভর্ৎসন—চৈবা, সর্ব্বত্যাগ—লোইনমক থাদোকপা, করি—তৌতুনা, করে—তৌযি, কৃষ্ণের ভজন—কৃষ্ণবু নীঙবা, কৃষ্ণসুখহেতু—কৃষ্ণগী নুংঙাইনবা, করে—তৌয়ি, প্রেম-সেবন—নুংশিনা তৌবা সেবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মযামগী চৎনবী আচার, বেদগী পাউতাক, দেহগী তৌফম থোকপা থবক, মহৈ চানীঙবগী থবক, ইকাযবা, অথাঙ-কনবা, হকচাঙগী নুংঙাইবা, ইছাগী নুংঙাইবা মচি, থাদোকদবদা ৱারবা হৌন-খঙবগী লীচৎ, মছাগী ইমুংমনুঙগী মী, ঐগী ওইবা মীনা য়ৈবা-চৈবা-লোইনমক থাদোক্লগা কৃষ্ণ ভজন তৌয়ি। কৃষ্ণগী নুংঙাইনবগীদমক্তা প্রেম-সেবা তৌয়ি।

## নৈনফোল

লোকধর্ম্ম—মীযাম্না চৎনবিবা আচার, মীওইবগী সমাজদা লৈবা তারবদি অমগা অমগা নুংশিনতুনা মায় ঙাক্লবা অতুগা অমনা অমগী অৱা-অনংদা তেঙবাঙনবা অসি লোকাচার নত্রগা লোকধর্ম্মনী। লোকধর্ম্ম হাযব-সিন্থ কামগী ( হায়বদি ইছাগী ইন্দ্রি পেন্নবগী ) মনুঙ চনবনী।

বেদধর্ম্ম—বেদনা হায়বা কর্ম্ম, যজ্ঞনচিংবা থবক। বেদনা হায়ব। কর্ম্মনচিংবা তৌবদি শিরবা মতুঙদা স্বর্গনচিংবগী নুংঙাইবা ফংলুবা অতুগা

হন্দকী মপোক্তনা লল্হু্মচিংবা ঋংনবনী। মসিনা ত্তাকপদি বেদধর্ম্মদি ইছাগী ইন্দ্রিয় পেল্লবা থবক্নী মনূঙ চন্‌বনী হায়বসিনী। অদুনা বেদধর্ম্মস্মু কামগী থবক্নী।

দেহধর্ম্ম—হকচাঙগীদমক ওইবা থবক, অরাম খৌরাংবনচিংবসি দেহগী ধর্ম্মনী। অরাম-খৌরাং কোক্লবগীদমক তৌবা থবক খুদিংমক দেহ-ধর্ম্মগীদমক তৌবা থবক্নী ( কর্ম্মনী )। অরাম-খৌরাংবনচিংবা কোকহল্লগা ইছাগী মুংঙাইনবা মরমগীদমক তৌবনী হায়দুনা অদুগুম্বা দেহধর্ম্মগী ওইবা থবক পুম্নমক কামগী মনূঙ চনবনী।

লজ্জা—ইকাইবা, লোকসমাজদা ঈকাইবা খঙত্রবদি চোপ্পী, মীনা থীনা ঙাঙনৈ, অদুগা পূক্নীঙ মুংঙাইতে, অদুনা ঈকাইবা নংদনবা তৌরগা ইছাগী মুংঙাইনবা তৌবস্ম কামগী মনূঙ চনবনী।

ধৈর্য্য—অখাঙকনবা, অখাঙ কনদ্রবদি মিংচৎ থীবা য়াই, অদুগা অয়াম্বা মতমদা খুদোংথীবসু লাকপা য়াই। অদুনা অখাঙকনবস্মু ইছাগী মুংঙাইনবগীনী হায়দুনা কামগী মনূঙ চন্‌বনী।

দেহসুখ—হকচাঙগী মুংঙাইবা থবক, মতুদি খোঙ-থূৎ নোইবা হকচাঙ নম্বা, কালেন্দা কুমাই কুমদুনা হকচাঙ ইংহনবা অদুগা ইংথমথাদা মৈ-তীকপা কুংশা য়াইবনচিংবা থবক। হকচাঙ মুংঙাইনবা থবকশিংসু ইছাগী পেল্লবা থবক্নী হায়দুনা কামগী মনূঙ চন্নী।

আর্য্যপথ—আর্য্যশিংনা চংপা লম্বী নত্রগা লমচৎ ( আচরণ )। আর্য্য কদায়বু কৌযি? "কর্ত্তব্যমাচরন কামমকর্ত্তব্যমনাচরন। তিষ্ঠতি প্রকৃতা-চারো য. স আর্য্য ইতি স্মৃত.।।—তৌফম থোকপা তৌরগা তৌফম থোক্ত-ববু তৌত্রগা অওইবা আচার চৎলিবা মী অদু আর্য্যনী।।" মতৌস্মুম্না অচুম্বা অফবা আচার-চৎলিবা আর্য্যশিংনা তাক্লম্বা আচারবু আর্য্যপথ হায়বদি সদাচার ( অওইবা-অফবা শাজৎ ) কৌয়ি মতুদি—শাগৈ পাল্লবী মোনা মপুরোইববু নীঙবা অসি আর্য্যপথ অমনী। শাগৈ-পানবী মৌশিংনা মপুবোইববু নীঙবদি থাদোকপা ঙমদে, থাদোক্লবদি মাগী মিংচৎ থীগনী, থাদোক্রগনা ময়াম্না মৌ মাবু ঈকাই-থুম্নগনী, অদুনা মহাক মুংঙাইজগনী। আর্য্যপথ চংপনা মছাগী মুংঙাইববু য়োকপা থবক্নী হায়দুনা আর্য্য-পথ চৎপা হায়বসিস্মু কামগী থবক্নী।

নিজপরিজন—ইমুংগী মীশিং, ইপা, ইমা, ইচিন-ইনাও, ইকু-ইনেম্নচিংবা। মখোয়সিবু থাদোক্তুনা হায়রবদি মখোয়না হায়রা ইন্দক্তুনা লৈবী মুপীশিংবু থীনা ভাওনৈ। থীনা ভাওহন্দনবা ইমুংগী মীশিংনা হায়বা ইন্দুনা লৈরবদি মছাগী মুংঙাইবা পোকয়ি। মছাগী মুংঙাইবা থীবনীনা মসিস্তু কামগী মনুং চন্‌বনী।

ব্রজসুন্দরীশিংনা কৃষ্ণগী মুংঙাইবস্তুদা মথক্লী, মছা মছাগী মুংঙাইবা (আত্মসুখ) হায়বস্তু মচেৎ অমতা থন্দে। অক্তুনা মখোয়না মছাগী মুংঙাই-নবগী মরম-ওইবা বেদধর্ম্ম, লোকধর্ম্ম, দেহধর্ম্ম নচিংবা পূগথা থাদোক্তুনা কৃষ্ণ-সেবা তৌয়ি। ব্রজসুন্দরীশিংগী প্রেম মতাসিবু দৃঢ় অনুরাগ (অচেৎপা মুংশিইখৌলাংবা) কৌয়ি।

## মূল ১৬৯

ইহাকে কহিয়ে কৃষ্ণে দৃঢ় অনুরাগ।

স্বচ্ছ ধৌত বস্ত্রে যেন নাহি কোন দাগ ॥ ১৬৯ ॥

### শব্দার্থ

ইহাকে—মসিবু, কহিয়ে—কৌয়ি, কৃষ্ণে—কৃষ্ণদা, দৃঢ়—অচেৎপা, অনুরাগ—মুংশি-ইখৌলাংবা, স্বচ্ছ—মোক্তবা, ধৌত—শূধোক্লবা, বস্ত্রে—ফিদা, যেন—গুম্না, নাহি—লৈতে, কোন—করিগুম্বা, দাগ—অচুবা মফম।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মসিবু (মথক্কী হাযখ্রিবা গোপীশিংগী ব্যবহারসিবু) কৃষ্ণদা চেৎনা লৈবা মুংশিবা (অনুরাগ) কৌয়ি। মোক্তবা শুধোক্লবা ফি অমদা অচুবা মফম লৈতবগুম্বা (প্রেম মতানী)।

## মূল ১৭০

অতএব কাম-প্রেমে বহুত অন্তর।

কাম অন্ধতম প্রেম নির্ম্মল ভাস্কর ॥ ১৭০ ॥

### শব্দার্থ

অতএব—মরমঅক্তুনা, কাম-প্রেমে—কামগা প্রেমগা, বহুত—য়াম্না,

অন্তর—থৌমৈ, কাম অন্ধতম—কামদি শূকমূক মন্থনী, প্রেম—প্রেম-না, নির্ম্মল—মক্তবা; ভাস্কর—নুমীৎনী।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

মরমন্থুনা কামগা প্রেমগা অনীসি য়াম্না থৌমৈ। কাম-দি শূকমূক মন্থনী, অদুগা প্রেম হাযবন্থুনা মক্তবা নুমীৎনী।

## মূল ১৭১

অতএব গোপীগণে নাহি কামগন্ধ।

কৃষ্ণসুখ লাগি মাত্র, কৃষ্ণে সে সম্বন্ধ ॥ ১৭১ ॥

## শব্দার্থ

অতএব—মরমন্থুনা, গোপীগণের—গোপীশিংদা, নাহি—লৈতে, কামগন্ধ—কামগী মনম, কৃষ্ণসুখ—কৃষ্ণগী নুংঙাইবা, লাগি—গীদমক, মাত্র—তনী কৃষ্ণে—কৃষ্ণদা, সে—মদু, সম্বন্ধ—মরী, (কৃষ্ণে সে সম্বন্ধ —কৃষ্ণগা মথোয়গা লৈনবা মরী)।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

মরমন্থুনা গোপীশিংদা কামগী মনম চঙদে। কৃষ্ণগা মথোয়গা লৈনবা মরীদি কৃষ্ণগী নুংঙাইনবগীদমক্তনী।

## মূল ১৭২

যত্তে সুজাতচরণাম্বুরুহং স্তনেষু

ভীতাঃ শনৈঃ প্রিয় দধীমহি কর্কশেষু।

তেনাটবীমটসি তদ্ব্যথতে নকিং স্বিৎ

কূর্পাদিভির্ভ্রমতি ধীর্ভবদায়ুষাং নঃ ॥ ১৭২ ॥

## শব্দার্থ

যৎ—মদু, তে—নহাক্কী, সুজাত—যোনা থোৎলবা, চরণ-অম্বুরুহম—খোঙ-থম্বাল, স্তনেষু—খোম-দা, ভীতাঃ—অক্কিবা, শনৈঃ—তপ্না তপ্না, প্রিয়—হে নুংশিবা, দধীমহি—পায়দুনা থমজে, কর্কশেষু—অকন্‌বা, তেন—মদুনা (খোঙ-থোৎতুনা); অটবীম্—বন মনুংদা,

অটসি—কোয়চং চংলী, তৎ—মহু (খোঙহু), ব্যথতে—পাররিণী, ন—নত্তে, (ন ব্যথতে - নারিরোইদ্রা হায়না), কিম্ স্বিৎ—ঐখোয়না চিংনৈ, কূপ-আদিভিঃ—নুঙজ্রেঙ-নূঙগায় মচেৎনা, ভ্রমতি—ভাওরে, ধীঃ—বুদ্ধি, ভবৎ-আয়ুষাম্—নহাক্না থরাই ওইরিবশিংগী, নঃ—ঐখোয়গী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে মুংশিবা। নঙগী যৌনা থোৎলবা খোঙ-থম্বান্দা ঐখোয়গী চগম্মরবা খোমথক্তা ( তক্লগা নারগনী হায়না ঐখোয়না ) কিনা কিনা যাম্না তপ্না তপ্না পাযহুনা থমজে, নহাক্না ( অথোৎপা ) খোঙহু থাংহুনা বম্‌দা কোযনা চৎলিবহুবু নখোঙ-থম্বান্দুবু মচান-থোরবা নূঙগাযনা যুহুনা নাদবরা ? ( শোয়দনমক নাররিনী হাযনা খনবদগী ) ঐখোযগী থম্মোইসে য়াম্না লাঙতক্লরে, মরমদি নহাক ঐখোযগী থরাইনী।

### মৈনরোল

শ্লোকসি শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দগী লৌথোকপনী (১০/৩১/১৯)। রাহৈশিংসি গোপীশিংনা হায়খিবনী। শারদীয মহাবাসগী অহিংদা শ্রীকৃষ্ণনা রাসস্থলীদগী মাঙখিবা মতমদা মহাকপু থিহুনা গোপীশিংনা বন-বন থূদিংদা কোয়না চৎলকপদা নুঙগাযনা থল্লবা লম্বীশিংহু উবদগী রাহৈশিংসে গোপীশিংনা হায়খিবনী।

## মূল ১৭৩

আত্মসুখদুঃখ গোপীর নাহিক বিচাব।
কৃষ্ণসুখহেতু চেষ্টা মনো ব্যবহার ॥ ১৭৩ ॥

### শব্দার্থ

আত্মসুখদুঃখ—মহাগী অশা নুংঙাই (হাযবনী), গোপীর—গোপীগী, নাহিক -লৈতে, বিচার—রাখল, কৃষ্ণসুখহেতু—কৃষ্ণগী নুংঙাইবগীদমক, চেষ্টা—হোৎনবা ( হকচাঙগী থবক ), মনোব্যবহার—পুক্নীঙগী থবক।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহা মহাগী রাগদরা নুংঙাইগদরা হায়বগী রাখল গোপীশিংগী লৈতে। মখোয়গী মপুক্নীংগী থবক ( চিন্তা-ভাবনা-অভিলাষাদি ) অমসুং হকচাঙগী থবক হায়ববু কৃষ্ণগী নুংঙাইনবগীদমক্তনী।

## মৈনদ্রোল

আর সব—অতে পৃষ্বা, কৃষ্ণগী নুংঙাইনবগী ওইরোইদৌবা পুন্নমক, মতুদি—বেদধর্ম্ম—লোকধর্ম্ম—স্বজন—আর্য্যপথনচিংবা। শুদ্ধ—অশেংবা, করিমতা য়ান্দবা হায়বদি মছা মছাগী নুংঙাইবা পান্বদু যাওদবা।

## মুল ১৭৫

এবং মদর্থোজ্ঝিত লোকবেদ-
স্বানাং হি বো ময্যনুবৃত্তয়েঽবলাঃ।
ময়া পরোক্ষং ভজতা তিরোহিতং
মাসূয়িতুং মার্হথ তৎ প্রিয়ং প্রিয়াঃ॥ ১৭৫॥

## শব্দার্থ

এবম্—অসুম্না, মৎ-অর্থ—ঐগীদমক, উজ্ঝিত-থাদোক্লবা, লোক—লোকাচার, সমাজগী চৎনবী, বেদ—বেদগী ধর্ম্ম, স্বানাম—মরম্নাই ইমুংগী মীশিং, (উজ্ঝিতলোকবেদস্বানাম—লোকধর্ম্ম বেদধর্ম্ম অমদি ইমুংগী মীশিংবু থাদোক্রবা নখোয়গী), হি—লেপ্পমক, বঃ—নখোয়গী, ময়ি—ঐঙোন্দা, অনুবৃত্তয়ে—উৎকণ্ঠা (খোরাংবা) হেঙ্গৎ-নবগীদমক্তা, অবলাঃ—পাঙ্গল-শোনবী নুজাশা, ময়া—ঐনা, পরোক্ষম—উহন্দতুনা, ভজতা—নীঙলবা, তিরোহিতম—থুপ্পবনী, মা-অসূয়িতুম্—ঐঙোন্দা ইরাল হাপচন্দুনা শাউবা, মা অর্হথ—হৌনদে, তৎ—মরমতুনা, প্রিয়ম—নুংশিববু, প্রিয়াঃ—হে নুংশিবীশা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে পাঙ্গল-শোনবী নুজা গোপীশিং, নখোইনা মতৌ অসুম্না ঐগীদমক লোকধর্ম্ম অমদি মরীমতা-পুন্সবু থাদোক্লে। ঐনা নখোযগী মাঙদগী থুপ্পবগী মরমদি নাখোয়না ঐবু খনবদো (নখোয়গী উৎকণ্ঠাদু) হেঙ্গৎহনগে হায়বগীদমক্তা ঐনা পাম্ন্বননী। ইছক উহন্দ্রবসু ঐহাক (নখোয়গী প্রেম-আলাপনচিংবদু ইনাকোঙনা তানা তানা) নখোয়বু নীঙতুনদা লৈরুবনী। হে নুংশিবীশিং, ঐদি নখোয়গী নুংশিবনী, মরমতুনা ঐঙোন্দা দোষ পীশন্দুনা শাউবদি নখোয়গী হৌনবা থবক নত্তে।

## মূল ১৭৬

কৃষ্ণের প্রতিজ্ঞা এক আছে পূর্ব্ব হৈতে।
যে যৈছে ভজে, কৃষ্ণ তারে ভজে তৈছে ॥ ১৭৬ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণের — শ্রীকৃষ্ণগী , প্রতিজ্ঞা—ৱাশক , এক—অমা , আছে—লৈ , পূর্ব্ব হৈতে — মমাঙৈঙদগী , যে—মী মানা , যৈছে—মওংহুদা , ভজে—নীঙঙী , কৃষ্ণ — শ্রীকৃষ্ণনা , তারে—মহাকপু ; ভজে—নীঙঙী , তৈছে—মতৌ অদুগুম্মা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মমাঙৈঙদগী হৌনা শ্রীকৃষ্ণগী ৱাশক অমা লৈ । মহুদি—মী মীহুনা নীঙজবা মতূঙ ইন্না কৃষ্ণনস্তু মাবু মদুম্মা নীঙঙী ।

## মূল ১৭৭

যে যথা মাং প্রপদ্যন্তে তাংস্তথৈব ভজাম্যহম্ ।
মম বর্ত্মানুবর্ত্তন্তে মনুষ্যাঃ পার্থ সর্ব্বশঃ ॥ ১৭৭ ॥

### শব্দার্থ

যে—মী মীহুনা যথা—মওং অদুদা , মাম—ঐঙোন্দা , প্রপদ্যন্তে—চঙজে , তান—মখোয়বু , তথা-ইব—মওং অদুমক্তদা , ভজামি—নিঙঙী , অহম্—ঐনা , মম—ঐগী , বর্ত্ম—লম্বী , অনুবর্ত্তন্তে—ভুং ইল্লী , মনুষ্যাঃ—মীওইবশিংনা , পার্থ—পৃথানা ( কুন্তীনা ) পোকপা অর্জ্জুন , সর্ব্বশঃ—মওং পুম্নমক্তা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মীশিংনা ঐবু নীঙবা মতুঙ ইন্না ঐনস্তু মখোয়বু নীঙঙী । হে অর্জ্জুন, মীওইবশিংদি ঐগী লম্বী মওং পুম্নমক্তা ইন্দুনা চংলী ।

### তৈনবৈরোল

শ্লোকসি শ্রীমদ্ভগবদগীতাদগী লোথোকরকপনী ( ৪/১১ ) । কৃষ্ণনা অর্জ্জুন-দা হায়খিবনী । শ্রীকৃষ্ণনা হাযরম্বী—মী মীগী অপাম্বা মতুঙ ইন্না ঐবু নীঙঙী, ঐস্তু মা মাগী অপাম্বহু থুংহন্দুনা মাবু মহৈ য়াগহল্লী । হৌজিক

কনাগুম্বনা হংবা য়াই—কনাগুম্বনা কৃষ্ণ ঐহাকপু সাক্ষাৎ ওইনা ভজন তৌদহ্নুনা করিগুম্বা ফল অমা পাম্বদগী ইন্দ্রনচিংবা দেবতাশিংবু ভজন তৌরিবশিংহুগী মরমদা করি তৌবা তারে ? মহুদম্মু চিংননগাই মরম করি-মতা লৈতে, করিগুম্বা ফল অমা পাম্বদগী ইন্দ্রনচিংবা দেবতাশিংবু উপাসনা ( লাৎপা ) তৌবিবশিংহুগী অনীগুবহু ঐনা ইন্দ্রনচিংবহু ওইরগা থুংহনবী। হে অর্জ্জুন, কনামনা ইন্দ্রবু উপাসনা তৌয়ি, কনামনা নারায়ণবু উপাসনা তৌয়ি, কনামনা পরমাত্মাবু উপাসনা তৌয়ি, কনামনা নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মবু উপাসনা তৌয়ি, মতৌ অস্মুম্না মী মীহুগী অপাম্বা মতুঙ ইন্না লাইনীঙ-লম্বেন ( ভজন-মার্গ ) মশীঙ নাইদনা লৈ, অহুবু ভজনমার্গশিং পুম্নমকসে ঐবু নীঙবগী মার্গ ওাক্তনী, মরমদি ইন্দ্রন'চংবা ওইহুনা ঐনা উপাসকশিং-হুগী অপাম্বা পোংহু পীনবী—ঐনা পুম্নমক্কী থোরকফম মূল ( মরু ) অহুনী। সাক্ষাৎ ওইনা ( হকৃথেংননা ) নত্রগা পরোক্ষ ওইনা ( হকৃথেংনবা নত্তনা)। মী পুম্বনা ঐবুতা ভজন তৌবনী, অহুগা ঐতন। পুম্নমক্কী অপাম্বহু পীবিবনী।

## মূল ১৭৮

যে প্রতিজ্ঞা ভঙ্গ হৈল গোপীর ভজনে।

তাহাতে প্রমাণ কৃষ্ণ-শ্রীমুখবচনে ॥ ১৭৮ ॥

## শব্দার্থ

সে প্রতিজ্ঞা—( কৃষ্ণনা মানা মানা নীঙবহু থুংহল্লী হায়বা ) ৱাশক অহু, ভঙ্গ—কাযবা, হৈল—ওইরে, গোপীর—গোপীগী, ভজনে—লাইনীঙদা, তাহাতে—মহুগী মরমদা, প্রমাণ—প্রমাণ-দি, কৃষ্ণশ্রীমুখ-বচনে—শ্রীকৃষ্ণগী চীনবাম্বোংদগী থোরকপা ৱাহৈনী।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপীশিংগী ভজনগী মতাঙদদি ( শ্রীকৃষ্ণগী ) ৱাশক অহু কায়রে। শ্রীকৃষ্ণগী চীন্‌বাম্বোংদগী থোরকপা ৱাহৈনা ( ৱাশক কাযরে ) হাযবহুগী প্রমাণ ওইরে।

## মূল ১৭৯

ন পারয়েঽহং নিরবদ্যসংযুজাং

স্বসাধুকৃত্যং বিবুধাযুষাপি বঃ।

যা মাঽভজন্ দুর্জ্জরগেহশৃঙ্খলাঃ
সংবৃশ্চ্য তদ্বঃ প্রতিযাতু সাধুনা ॥ ২৯ ॥

## শব্দার্থ

ন—নত্তে, পারয়ে—তৌবা ঙম্মী, ( ন পারয়ে—তৌবা ঙমদে ), অহম্—ঐ, নিরবদ্যসংযুজাম্—রাংলে হায়বা যাদবমথৈ নীঙলিবী, স্বসাধুকৃত্যম—অফবা থবক্কী চপচাবা মহূৎ-হন্বা, বিবুধায়ুষা—দেবতা-শিংগী পুন্সিমূবু শাংনা পুন্সিত্থুনা, অপি—সু, বঃ—নখোয়গী, যাঃ—নখোয় হায়বীশিংনা, মা—ঐবু, অভজন—নীঙলে, দুর্জ্জরগেহশৃঙ্খলা—থদংপদা রারবা যুমগী য়োঙ্লিং কোঙ্লৌ পূম্ববু, সংবৃশ্চ্য—মপূঙফানা থদংলগা, তৎ—মদু, বঃ—নখোয়গী, প্রতিযাতু—লমন্শিংবা ওইসনু, সাধুনা—থবক অফবত্থুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে গোপীশিং, থদংপদা রানঙাই ওইবা যুমগী য়োঙ্লিং-কোঙ্লৌবু মপূঙ ফানা থদংলগা নখোয়না ঐবু নীঙলে। নিন্দা-তৌনঙাই লৈতবমথৈ ঐবু নীঙলীবী নখোয়গী অফবা থবক্কুগী মহূৎ চপ-চানা হনবদি দেবতাগী পুন্সিমূক শাংনা পুন্সিত্থুনসু ঐহাক ঙমগদবা লৈতে। মরমত্থুনা নখোয়গী অফবা থবক্কুনা নখোয়না তৌবা অফবা থবক্কুগী মহূৎ হন্বা ( লমন্শিংবা ) হায়বদু ওইরসনু।

## নৈনরোল

শ্লোকসি শ্রীমদ্ভাগবতমদগী লোথোকপনী ( ১০/৩২/২২ )। মসি শ্রীকৃষ্ণনা অন্তর্দ্ধান ওইকবগা রাসস্থলীদা হল্লকুবদা গোপীশিংদা হায়খিবা বচন অমনী।

ভক্তনা নীঙবা মতূঙ ইন্না শ্রীকৃষ্ণসু ভক্তত্থবু নীঙভী হাযবা শ্রীকৃষ্ণগী রাশক্কী। অদুবু গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু নীঙবা মনীঙদু য়োনা শ্রীকৃষ্ণনা নীঙবা ঙমদে, মরমত্থুনা মহাক গোপীশিংগী লমন কুইনা তোম্লে অদুগা মহাক্কী রাশক অদু গোপীশিংগী মতাঙদদি কায়রে হায়বসি শ্রীকৃষ্ণগী চীন্নক্কা হায়রি।

## মূল ১৮০

তবে যে দেখিয়ে গোপীর নিজ দেহে প্রীত।
সেহো ত কৃষ্ণের লাগি, জানিহ নিশ্চিত ॥ ১৮০ ॥

## শব্দার্থ

তবে যে—অদুবুনে, দেখিয়ে—( ঐখোয়না ) উই, গোপীর—গোপীগী, নিজ—মহাগী, দেহে—দেহেদা, প্রীত—নুংশিবা ( লৈ ), সেহোত—মহুস্থু, কৃষ্ণের লাগি- কৃষ্ণগীদমক্তনী, জানিহ—খঙবিযু, নিশ্চিত—লেপ্পমক।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপীশিংনা মখোয়গী মহা মহাগী দেহবু নুংশি হায়না ঐখোয়না উই। মহু কৃষ্ণগীদমক্তনী ( অত্তৈ করিমতগী নত্তে ) হায়বসি লেপ্পমক খঙও।

## মূল ১৮১

এই দেহ কৈলু আমি কৃষ্ণে সমর্পণ।
তাঁর ধন তাঁর ইহা সম্ভোগ-সাধন ॥ ১৮১ ॥

## শব্দার্থ

এই দেহ—হকচাঙ অসি, কৈলু—তৌরে; আমি—ঐনা, কৃষ্ণে—শ্রীকৃষ্ণদা, সমর্পণ—কৎপা; তাঁর—মাগী ( শ্রীকৃষ্ণগী ) ধন—লন্নী, তাঁর—মাগী, ইহা—মসি, সম্ভোগ-সাধন- সম্ভোগ পাঙথোক্লবগীনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপীনা হায—হকচাঙ অসি ঐনা শ্রীকৃষ্ণদা কৎখ্রবনী। ( মসি ) মাগী লন্নী, মসি মাগী সম্ভোগ পাঙথোক্লবনী, হায়বদি মাগী সেবাগীনী।

## মূল ১৮২

এ-দেহ-দর্শন-স্পর্শে কৃষ্ণ-সন্তোষণ।
এই লাগি করে দেহের মার্জ্জন-ভূষণ ॥ ১৮২ ॥

## শব্দার্থ

এ-দেহ-দর্শন-স্পর্শে—হকচাঙসি য়েংলগা অমদি খুৎনা শোক-নাল্লগা,

কৃষ্ণ—সন্তোষণ—কৃষ্ণনা পেন্‌বা ( ওই ), এই লাগি—মসিগীদমক, করে তৌযি, দেহের—হকচাঙগী, মার্জ্জন—নূরা নম্বোকপা, ভূষণ—লৈতেংবা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

হকচাঙসি য়েংলগা অমদি শোক-নাল্লগা কৃষ্ণনা পেল্লী। মরমসিগীদমক হকচাঙ-নূরা নম্বোকপনী অদুগা হকচাঙদা লৈতেং তৌবনী।

## নৈনরোল

গোপীশিংনা মখোয়গী হকচাঙতু শ্রীকৃষ্ণদা কৎপ্রে, হকচাঙতু মখোয়গী ওইদ্রে শ্রীকৃষ্ণগী ওইখ্রে। শ্রীকৃষ্ণনা য়েংবদা নুংঙাইনবা হায়তুনা মখোযনা কচ্চখ্রবা হকচাঙতুগী নূরা-চাগা লৈতনবা নাম্বোল্লগা লৈতেঙ তৌয়ি। শ্রীকৃষ্ণগী মপোৎ মরল ওইখ্রবা হকচাঙতুবু শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিবগীনী হায়তুনা ফজহন্নবা হোৎনৈ। মসি গোপীশিংগী মরম্লাই পেন্নবগী নত্তে, শ্রীকৃষ্ণগী নুংঙাইবা হেঙ্গৎহন্নবগীনী। মরমসিনা নূরা-চাগা গাম্বোকুনা হকচাঙ-লৈতেং তৌবদা কাম-গন্ধ চঙদে।

## মূল ১৮৩

নিজাঙ্গমপি যা গোপ্যো মমেতি সমুপাসতে।
তাভ্যঃ পরং ন মে পার্থ নিগূঢ়প্রেমভাজনম্‌ ॥ ১৮৩ ॥

**শব্দার্থ**

নিজ-অঙ্গম্‌—মছামক্কী হকচাঙবু, অপি—সু, যাঃ—মখোয়, গোপ্যঃ—গোপীশিংনা, মম-ইতি—কৃষ্ণ-ঐগীনী হায়তুনা, সমুপাসতে—লুনা তৌয়ি, তাভ্যঃ—মখোয়দগী (গোপীশিংদগী) পরম্‌—থোইবা, হেন্‌বা, ন—লৈত্রে, মে—ঐগী, পার্থ—হে অর্জ্জুন, নিগূঢ়-প্রেম-ভাজনম্‌—চেৎলবা-প্রেমগী পাত্র ( ভূঙকম )।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

মছা মছাগী হকচাঙবুসু কৃষ্ণ ঐগীনী হায়তুনা ঐবু লুনা তৌজরিবা গোপীশিংতুদগী হেন্‌বা চেৎলবা-প্রেমগী ভূঙকম ওইবা অমা ঐগীদি লৈত্রেনে, হে অর্জ্জুন।

### নৈনবোল

শ্লোকসি আদি-পুরাণ কোবা লাইরীক্তগী লোথোকপনী। মসি শ্রীকৃষ্ণগী বচন অমনী।

## মূল ১৮৪

আর এক অদ্ভুত গোপী-ভাবের স্বভাব।
বুদ্ধির গোচর নহে যাহার প্রভাব ॥ ১৮৪ ॥

### শব্দার্থ

আর—অতৈ, এক—অমা, অদ্ভুত— ঙকঙাই ওইবা, গোপী-ভাবের—গোপী-প্রেমগী (গোপীনা কৃষ্ণবু নুংশিংবগী), স্বভাব—লীচৎ, বুদ্ধির—বুদ্ধিগী, গোচর—উনঙাই, নহে—ওইদে, যাহার—মহাক্কী, প্রভাব—মতীক-ময়াই।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপীশিংনা (শ্রীকৃষ্ণবু) নুংশিবগী লীচৎতি ঙকঙাই ওইবা অমনী। মদুগী (লীচৎতুগী) মতীক-ময়াই (প্রভাব) অদু বুদ্ধিনা লায়ঙাই ওইবা পোৎ নত্তে।

## মূল ১৮৫

গোপীগণ করে যবে কৃষ্ণ-দরশন।
সুখবাঞ্ছা নাহি, সুখ হয় কোটিগুণ ॥ ১৮৫ ॥

### শব্দার্থ

গোপীগণ—গোপীশিংনা, করে—তৌয়ি, যবে—মতমদুদা, কৃষ্ণ-দরশন—কৃষ্ণবু যেংবা নত্রগা উবা, সুখবাঞ্ছা—নুংঙাইনীংবা, নাহি—লৈতে; সুখ—নুংঙাইবা, হয়—ওই, কোটিগুণ—শরূক কোটি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু উবদা নুংঙাইনীংবগী ঋা লৈত্রবসু শরূক কোটি হেন্না নুংঙাইজে।

### তৈলমরোল

মছা মছাগী নুংঙাইবা থিবগীদমক গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন তৌবা নত্তে, অদুবু দর্শনগী ফল ওইনা গোপীশিংনা নুংঙাইজবদি ওমখৈ নাইদে। মসিগুম্না গোপী-প্রেমগী লীচৎসে বুদ্ধিনা লাম্না ফংদে।

### মূল ১৮৬

গোপীকাদর্শনে কৃষ্ণের যে আনন্দ হয়।
তাহা হৈতে কোটিগুণ গোপী আস্বাদয় ॥ ১৮৬ ॥

### শব্দার্থ

গোপিকাদর্শনে—গোপীবু উবদা, কৃষ্ণের—কৃষ্ণগী, যে—মহু, আনন্দ—নুংঙাইবা, হয়—ওই, তাহা হৈতে—মহুদগী, কোটিগুণ—শরূক কোটি হেন্না, গোপী—গোপীনা, আস্বাদয় মহাও ফংঙি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপীবু উবদা কৃষ্ণনা নুংঙাইবদগী শরূক কোটি হেন্না গোপীনা নুংঙাই।

### মূল ১৮৭

তাঁসভার নাহি নিজসুখ-অনুরোধ।
তথাপি বাঢয়ে সুখ, পড়িল বিরোধ ॥ ১৮৭ ॥

### শব্দার্থ

তাঁসভার—মখোয় পুম্নমক্কী ( গোপীশিংগী ); নাহি—লৈতে, নিজ-সুখ-অনুরোধ—মছা মছাগী নুংঙাইনবা থিবা. তথাপি—অদুম ওইনমক, বাঢয়ে—হেনগৎলকয়ি, সুখ—নুংঙাইবদু ; পড়িল—ওইরবে, বিরোধ—য়েৎনবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয় পুম্নমক্কী (গোপী কনামতগী) নুংঙাইবা ফংনীওবগী বা লৈতে। অদুমকপু নুংঙাইবসি অমুম হেনগৎলকয়ি। ( য়াফম অনীসি মহৈ মহৈ ) য়েৎনরে।

## মূল ১৮৮

এ বিরোধের এক এই দেখি সমাধান।
গোপিকার সুখ কৃষ্ণসুখে পর্য্যবসান ॥ ১৮৮ ॥

## শব্দার্থ

এ বিরোধের— য়েৎনবসিগী , এক—অমা , এই—মসি , দেখি—উই , সমাধান—কোক্লবা পাম্বে , গোপিকার—গোপীশিংগী সুখ—নুংঙাইবদি , কৃষ্ণসুখে—কৃষ্ণগী নুংঙাইবদা , পর্য্যবসান—খম্বা ( ওই )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

যেৎনবসিগী কোক্লবা পাম্বদি অসিমখক উই মতুদি গোপীশিংগী নুংঙাইবদি মতোন্‌-লোম্বদা কৃষ্ণগী নুংঙাইবা ওই।

## তৈনরোল

কৃষ্ণগী নুংঙাইবা উবদা গোপীশিংগী থম্মোইদা নুংঙাইবা পোকই— পোক্লিবসি গোপীশিংগী মরম্মাই নুংঙাইবা থিবদগী পোকপা নত্তে , অদুগা লীলা-শক্তিনা মখোয়গী চিত্তদা নুংঙাইবদু ফংনীঙবসু পোকহল্লী—মদু কৃষ্ণগী নুংঙাইববু য়োকখৎনবগীদমক্তনী, গোপীশিংনা সুখ আস্বাদন তৌনীঙবনা ওইবা মরমগী নত্তে , সুখ-আস্বাদন অদু গোপীশিংনা তৌবগী ফল ওইনা শ্রীকৃষ্ণগী সুখ সু হেন্সংলী, মরমদুন গোপীশিংগী সুখনা মতোন্‌-লোম্বদি কৃষ্ণগী সুখদা লোম্মী। কৃষ্ণগী সুখবু য়োকখৎনীঙবা হাযবদুনা কৃষ্ণদর্শন তৌবদা গোপীশিংগী নুংঙাইরিবদু পোকহনবনী, গোপীশিংগী মরম্মাই নুংঙাইববু যোকখৎনবা নত্তে , মবমদুনা নুংঙাইনীঙবা হাযবদু লৈত্রবফাওবা নুংঙাইবা ফংবদি করিসু যেৎনননাই লৈতে , হেক উবদা যেৎনবা মাল্লবসু তশেংবদি মদু যেৎনবা নত্তে।

গোপীশিংগী মরম্মাইগী নুংঙাইনীঙবা লৈতবা লীচৎসিনা বৃন্দাবনধামদা ভক্তশিংনা শ্রীমতী রাধারাণী অমসুং মাগী সখীশিংবু সেবা তৌগদৌবগী হোৎনৈ। গোপীশিংনা চানবিরবা ভক্তবু শ্রীকৃষ্ণনা চানবা, মরমদি গোপীশিংনা ভক্ত অমবু কৃষ্ণগী সেবা তৌবদা মতীক চাবগনী হায়না হায়বিরবদি কৃষ্ণনা ভক্তগী সেবা শুদক্তা লৌশনবী। মরমসিনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা কৃষ্ণবু পেম্নবা লৌবগী মদুত্তা গোপীশিংবু পেম্নবা তৌখি।

## মূল ১৮৯

গোপিকা-দর্শনে কৃষ্ণের বাঢে প্রফুল্লতা।
সে মাধুর্য্য বাঢে—যার নাহিক সমতা ॥ ১৮৯ ॥

### শব্দার্থ

গোপিকা-দর্শনে—গোপীবু উবদা, কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী, বাঢে—হেন্‌গৎলী, প্রফুল্লতা—পুক্লীঙ মকা লাম্বা, হরাওবা, সে মাধুর্য্য—মাধুর্য্যদু, ফজবদু ( কৃষ্ণগী মাধুর্য্যদু ), বাঢে—হেন্‌গৎলকয়ি, যার—মদুগী, নাহিক—লৈতে, সমতা—মান্নবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপীশিংবু উবদা শ্রীকৃষ্ণগী হরাওবা হেন্‌গৎলী, অদুগা মহাক্কী চাঙদম্নঙাই লৈতবা মাধুর্য্যদু ( খোয়থুম্না ফজবদু ) হেন্‌গৎলকয়ি।

## মূল ১৯০

'আমার দর্শনে কৃষ্ণ পাইল এত সুখ।'
এই সুখে গোপীর প্রফুল্ল অঙ্গমুখ ॥ ১৯০ ॥

### শব্দার্থ

আমার দর্শনে—ঐবু উবদা, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা, পাইল—ফংলে, এত—অসুক, সুখ—নুংঙাইবা, এই সুখে—নুংঙাইবসিদা, গোপীর—গোপীগী, প্রফুল্ল—মকা ফল্লী, অঙ্গমুখ—হকচাঙনে মায়থোঙনে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

'ঐবু উবদা শ্রীকৃষ্ণনা অসুক নুংঙাইরিবকো!' (কৃষ্ণনা) নুংঙাইবসিনা মরম ওইদুনা গোপীগী হকচাঙ অমসুং মায়থোঙ অনীমক নুংঙাইবনা মকা ফল্লী।

## মূল ১৯১

গোপীশোভা দেখি কৃষ্ণের শোভা বাঢে যত।
কৃষ্ণশোভা দেখি গোপীর শোভা বাঢ়ে তত ॥ ১৯১ ॥

## শব্দার্থ

গোপীশোভা—গোপীগী ছক-ফজবা, দেখি - উবগা, কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী, শোভা—ছক্কী ফজবা, বাঢে—হেঙ্গৎলী, যত - অত্তক, কৃষ্ণ-শোভা - কৃষ্ণ-ছক্কা ফজবত্থু, দেখি—উরগা, গোপীর—গোপীর্ণা, শোভা—ছক্কীফজবা, বাঢে—হেঙ্গৎলী, তত—অদুক্কী মতীক।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপীশিংগী ফজবা ছক উরগা কৃষ্ণগী ফজব হেঙ্গৎলম্বত্থুগী মতীক কৃষ্ণগী ফজবা উরগা গোপীশিংগী ফজবস্থু হেঙ্গৎলী।

## মুল ১৯২

এই মত পরস্পব পড়ে হুড়াহুড়ি।

পবস্পব বাঢে, কেহো মুখ নাহি মুড়ি ॥ ১৯২ ॥

## শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অস্থুন্না; পবস্পব—অমগা অমগা, মহৈ মহৈ, পড়ে—তৌযি, হুড়াহুড়ি—লেংগা লেংগা থেঙ্গাযনত্থুনা হেঙ্গৎনবা হোৎনবা; পবস্পর—মহৈ মহৈ, বাঢে - হেন্নৈ, কেহো—কনামতনা, মুখ - মায়, নাহি—নত্তে, মুড়ি—লৈথোক্কুনা (নাহি মুড়ি—লৈথোক্লদবমখৈ)।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অস্থুন্না (কৃষ্ণ শোভাগা গোপী-শোভাগা) মহৈ মহৈ কুক কুক ইন্নত্থুনা হেঙ্গৎতৌবগী হোৎনৈ। কনামতস্থু মাযথীত্থুনা মায লৈথোক্লদবমখৈ মহৈ মহৈ হেঙ্গৎনৈ।

## মুল ১৯৩

কিন্তু কৃষ্ণের সুখ হয় গোপী-রূপ-গুণে।

তাঁর সুখে সুখবৃদ্ধি হয় গোপীগণে ॥ ১৯৩ ॥

## শব্দার্থ

কিন্তু—অত্থবু, কৃষ্ণের—কৃষ্ণগী, সুখ—নুংঙাইবা, হয—ওই,

গোপী-রূপ-গুণে—গোপীগী ছক্কা-গুণগদা, তাঁর- মাগী ( শ্রীকৃষ্ণগী ), সুখে - নুংঙাইবত্তুনা। , সুখবৃদ্ধি—নুংঙাইবগী হেঙ্গৎপা , হয়--ওই , গোপী গণে— গোপীশিংদা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

অত্তুবু, গোপীশিংগী রূপ-গুণ অদুদা কৃষ্ণগী নুংঙাইজবা ওই। মহাকী নুংঙাইনত্তুনা গোপীশিংদসু নুংঙাইবা হেঙ্গংলী।

## মূল ১৯৪

অতএব সেই সুখে কৃষ্ণসুখ পোষে।

এই হেতু গোপী প্রেমে নাহি কামদোষে॥ ১৯৪ ॥

### শব্দার্থ

অতএব- মরমত্তুনা , সেই সুখে—(গোপীশিংগী) নুংঙাইবা অদুনা , কৃষ্ণসুখ—কৃষ্ণগী নুংঙাইববু , পোষে- যোকযি , এই হেতু - মরমসিনা , গোপী-প্রেমে—গোপীগী প্রেমদা , নাহি -লৈতে , কামদোষে—কামগী দোষ হায়ববি মছাগী নুংঙাইনীঙবদগী থোরকপা দোষ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

মরমত্তুনা ( গোপীশিংগী ) নুংঙাইবত্তুনা কৃষ্ণগী নুংঙাইববু য়োকযি। মরমসিনা গোপীগী প্রেমদা ( কৃষ্ণবু নুংশিবদা ) কাম-দোষ ( মছাগী নুং-ঙাইনীঙবদগী পোকপা দোষ ) অত্তু যাওদে।

## মূল ১৯৫

উপেত্য পথি সুন্দরীততিভিবাভিরভ্যর্চ্চিতং

স্মিতাঙ্কুরকরম্বিতৈর্নটদপাঙ্গভঙ্গীশতৈঃ।

স্তনস্তবকসঞ্চরন্নয়নচঞ্চরীকাঞ্চলং।

ব্রজে বিজয়িনং ভজে বিপিনদেশতঃ কেশবম্॥ ১৯৫ ॥

### শব্দার্থ

উপেত্য—( অট্টালিকা মথক্তা ) কাখৎত্তুনা , পথি—লম্বীদা , সুন্দরী-ততিভিঃ-আভিঃ—ব্রজনুজাশিংনা , অভ্যর্চ্চিতম্—পূজা তৌরিবা ,

স্মিত-অঙ্কুর-করম্বিতৈঃ—পুক্লাঁও-তুজুং হন্নাওনা মোমোন-নোকচবিবী নটৎ-অপাঙ্গ-ভঙ্গীশতৈঃ—জগোইশাবা মীৎচিগী মীৎয়েং মথেল চমনা, স্তনস্তবকসঞ্চরন-নয়নচঞ্চরীকা—অঞ্চলম -গোপীশিংগী থবাক-চীওতুম্না লৈ-বাংগী স্তবক (নাচোম) অতুদা খোইম্গী মছক ওইবা মীৎকী মীৎচিনা মীযেং তাবিবা, ব্রজে-ব্রজদা, বিজযিনম - লেঙলক্লিবা, ভজে—ঐনা থুগ মইজ বিপিনদেশতঃ—বন মনূঙদগী, কেশবম্ কেশব-পু।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

বন মনূঙদগী ( শ্রীকৃষ্ণনা ) ব্রজদা লেংলকপা মতমদা, অট্টালিকাদা কাখৎলগা ব্রজগী শকহেনবীশিং অতুনা পুক্লাঁও-তুজুং-হবাওনা মোমোন নোক্লহুনা জগোই-শাবা মীৎচিগী মীৎযেং নথেল চামনা লন্থীদা পূজা তৌজবিবা মহাকপু অতুগা গোপীশিংগী মথাগী চাঁওদূমগী মছক ওইবা লৈ নাচোমদা মহাক্কী খোইমুগী মছক ওইব মাৎনা মীৎচি মীৎযে তা ববিবা কেশব মহাকপু ঐনা পূজা তৌজরি।

**নৈনরোল**

শ্লোকসি শ্রীপাদ রূপগোস্বামীনা লেংবা স্তবমালা অতুদা য়াওবা কেশবাষ্টক ( ৮ ) অতুদগী লৌথোকপনী।

গোপীশিংগী স্তুখনা শ্রীকৃষ্ণগী সুখ হেঙ্গৎনবগী মবম ওই হায়বহু শ্লোকসিদা উৎলি।

## মূল ১৯৬

আর এক গোপীপ্রেমের স্বাভাবিক চিহ্ন।

যে প্রকারে হয় প্রেম কামগন্ধহীন ॥ ১৭৬ ॥

**শব্দার্থ**

আর—অতৈ, এক—অমা, গোপী-প্রেমের—গোপীপ্রেমগী, স্বাভাবিক—মহোশা ওইবা, চিহ্ন—খুদম, যে প্রকারে—করম্না মওংদা, হয়—ওই, প্রেম—প্রেম-না, কামগন্ধহীন—কামগী মণম চঙদবা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

গোপীপ্রেমদা কামগী মণম কবন্না চঙদে হায়বগী মরমদা গোপীপ্রেমগী মহোশা ওইবা খুদম অতোপ্পা অমগা লৈ।

## মূল ১৯৭

গোপীপ্রেমে করে কৃষ্ণমাধুর্য্যের পুষ্টি।
মাধুর্য্য বাঢ়ায় প্রেম হঞা মহাতুষ্টি ॥ ১৯৭ ॥

### শব্দার্থ

গোপীপ্রেমে--গোপীগী প্রেম-না, করে—তৌযি, কৃষ্ণমাধুর্য্যের—শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যগী, পুষ্টি- যোকপা, মাধুর্য্য—( শ্রীকৃষ্ণগী ) মাধুর্য্যনা, বাঢায—হেঙ্গৎহল্লী, প্রেম—গোপীপ্রেমবু, হঞা—ওইদুনা, মহাতুষ্টি—যাম্না পেন্‌বা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপীশিংগী প্রেম-না শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যবু যোকযি। শ্রীকৃষ্ণগা মাধুর্য্যনা য়াম্না পেল্লদুনা গোপীশিংগী প্রেম-বু হেঙ্গৎহল্লী।

## মূল ১৯৮

প্রীতিবিষযানন্দে তদাশ্রয়ানন্দ।
তাহাঁ নাহি নিজসুখবাঞ্ছার সম্বন্ধ ॥ ১৯৮ ॥

### শব্দার্থ

প্রীতিবিষয়-আনন্দে—নুংশিফম ওইরিবা মহাক্না নুংঙাইরগা, তৎ-আশ্রয়-আনন্দ—মদুগী ( প্রেমদুগী ) তুংওফম ওইরিবা মহাক্কী নুংঙাইবা ( ওই ), তাঁহা—মদুদা ( আশ্রযগী নুংঙাইবদা ), নাহি—লৈতে, নিজসুখবাঞ্ছার—মছাগী নুংঙাইনীঙবগী, সম্বন্ধ—মরী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নুংশিফম ওইরিবা মহাক্না ( প্রীতিবিষযনা ) নুংঙাইরগা মদুগী তুংওফম ওইরিবা মহাক্কী ( প্রীতি-আশ্রয়গী ) নুংঙাইবা ওই। মদুদা ( আশ্রয়গী নুংঙাইবদা ) মছাগী নুংঙাইনীঙবগী রা লৈতে।

## মূল ১৯৯-২০০

নিরুপাধি প্রেম যাহাঁ তাহাঁ এই রীতি।
প্রীতিবিষয়সুখে আশ্রয়ের প্রীতি ॥ ১৯৯ ॥

নিজপ্রেমানন্দে কৃষ্ণ-সেবানন্দ বাধে
সে আনন্দের প্রতি ভক্তের হয় মহাক্রোধে ॥ ২০০ ॥

## শব্দার্থ

নিরুপাধি—ছল্লাইদবা ( কামগী মগম চঙদবা ), প্রেম—নুংশিবা, যাহাঁ—( লৈবা ) মফমদা, তাহাঁ—মফমদুদা এই—মসি, রীতি—নিযম, হৌনবী, প্রীতিবিষয়সুখে - নুংশিফম ওইবা মাগী নুংঙাইরগা, আশ্রয়ের—তূঙফমগী, প্রীতি—নুংঙাইজবা, নিজপ্রেম-আনন্দে—মছানা (কৃষ্ণবু) নুংশিরুরগা নুংঙাইবদুনা, কৃষ্ণসেবা-আনন্দ— কৃষ্ণবু সেবা তৌরগা কৃষ্ণনা নুংঙাইবদু, বাধে—থিঙঙী, সে আনন্দের প্রীতি—( ভক্তগী মবন্নাই ) নুংঙাইবদুবু, হয—ওই, মহাক্রোধে—য়াম্না কন্না শাউবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ছল্লাইদবা ( কামগী মগম চংদবা ) প্রেম-না লৈবা মফমদা নিয়ম অসি লৈ, মদুদি - নুংশিফম ওইবা মহাক্না নুংঙাইরগা নুংশি—তূঙফম ( আশ্রয় ) ওইব মহাক্না নুংঙাইজে। ( প্রেমগা বিষয় কৃষ্ণবু ) নুংশিরুরগা ( আশ্রয় ) মছাগী নুংঙাইবদুনা ( কৃষ্ণবু ) সেবা তৌরগা মদুদা কৃষ্ণনা নুংঙাইজবদুবু থিঙঙী। হায়বদি কৃষ্ণবু নুংঙাইহন্নবা হোৎনবদা অকাধবা ওই। ( মরমদুনা ভক্তগী মরন্নাই ) নুংঙাইবদুবু ( ভক্তনা ) য়াম্না শাউয়ি।

## মূল ২০১

অঙ্গস্তম্ভারম্ভমুত্তুঙ্গয়ন্তং
প্রেমানন্দং দারুকো নাভ্যনন্দৎ।
কংসারাতের্বীজনে যেন সাক্ষা-
দক্ষোদীয়ানন্তরায়ো ব্যধায়ি ॥ ২০১ ।

## শব্দার্থ

অঙ্গ- হকচাঙগী, স্তম্ভ- পঙথবা, আরম্ভম - হৌবা, উত্তুঙ্গয়ন্তম্—হেন্নৎহনবা, প্রেম-আনন্দম্ নুংশিবদগী পোক্লকপা নুংঙাইবা, দারুকঃ—শ্রীকৃষ্ণগী সারথি দারুক, ন -নত্তে; অভ্যনন্দৎ—ত্তরাম ত্তরাম ওক্লমী, পাম্নমী, ( ন অভ্যনন্দৎ—পাম্নমদে ), কংসারাতেঃ—কংসগী য়েক্লবা শ্রীকৃষ্ণগী, বীজনে—চামর থৌগন তৌবদা; যেন -মদুনা ( হায়বদি

প্রেম-আনন্দতুনা) , সাক্ষাৎ—তশেংনা , অক্ষোদীয়ান্—থোইনা হেন্না , অম্বুবাযঃ—বিপ্লি, অকায়বা , ব্যধায়ি—ওইহল্লী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী (অঙ্গদা) চামর থৌগল্ তৌবদা তশেংনমক থোইনা হেন্না বিপ্লি ওইহল্লী হায়তুনা হকচাঙবুপণ্ডথহনবা প্রেমগী আনন্দবু দারুক না পাম্লমদে।

### নৈনরোল

দারুক হায়বসি শ্রীকৃষ্ণগী সারথিনী , দ্বারকাদা নোংমা মহাক্না শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গদা চামর থৌগল তৌরম্মী , শ্রীকৃষ্ণবু সেবা তৌবগীদমক দারুক সারথিগী মপুক্তা কা-হেনা নুংঙাইজখি , নুংঙাইমনখিদুনা মাগী হকচাঙদা স্তম্ভ ( পঙথবা ) কৌবা সাত্ত্বিক-ভাব পোক্লকুনা মখুৎ শিথবয়ে , মতুদা চামর থৌগন তৌবদা য়াম্না কাযখি , মতৌ অস্মূম তৌনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদা কায়রে হায়তুন দারুক-ন মছামক্তী নুংঙাইবদুবু নিন্দা তৌখি ।

শ্লোকসি ভক্তিরসামৃতসিন্ধুদগীনী ( ৩/২/৬২ ) ।

### মূল ২০২

গোবিন্দ প্রেক্ষণাক্ষেপি বাষ্পপূরাভিবর্ষিণম্ ।
উচ্চৈরনিন্দদানন্দমরবিন্দবিলোচনা ।। ২০২ ।।

### শব্দার্থ

গোবিন্দ-প্রেক্ষণ—গোবিন্দ উববু , আক্ষেপি—থিংলিবা বাষ্পপূর অভিবর্ষিণম্—মীৎলু পিরাং শিন্থহনবা । উচ্চৈঃ—খোল হৌনা , অনিন্দৎ—নিন্দা তৌরম্মী , আনন্দম্—নুংঙাইববু , অরবিন্দ বিলোচনা—থম্বাল মাত্তা পানবীনা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

থম্বাল-মাত্তা-পানবা কৃষ্ণপ্রেয়সীনা ( রুক্মিনী নত্রগা রাধানা ) শ্রীগোবিন্দবু দর্শন তৌবদা বিপ্লি লোকহনবা পিরাংবু শিন্থহল্লিবা আনন্দবু ( নুংঙাইববু ) খোল-হৌনা নিন্দা তৌখি ।

### নৈনরোল

শ্লোকসি ভক্তিরসামৃত সিন্ধুদগীনী ( ২/৩/৫৪ ) ।

শ্রীরুক্মিনীনা ( কনা অমগী মত মতুং ইন্না শ্রীরাধানা ) শ্রীকৃষ্ণগী

মায়থোঙ-থাজবু য়েংজরম্মী, য়েংবদগী পোক্লকপা মুংঙাইবনা পিরাং কৌবা স্যাত্তিক-ভাব পোকথংলক্লে, অদুনা মাগী মীৎ অনীমক পিবাংনা থনথরে, মহাক শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোঙ-থাজবু নীঙথিনা য়েংবা ফংলমদে, মবমদুনা মহাক্না কৃষ্ণ-মাযথোঙ য়েংবদগী পোকপা মুংঙাইবদুবু নিন্দা তৌরম্মী।

## মূল ২০৩

আর শুদ্ধভক্ত কৃষ্ণপ্রেমসেবা বিনে।
স্বসুখার্থ সালোক্যাদি না করে গ্রহণে। ২০৩।।

## শব্দার্থ

আর—অদুগা, শুদ্ধ-ভক্ত—অশেঙবা ভক্তনা, কৃষ্ণ-প্রেম সেবা—কৃষ্ণবু নুংশিবগী তৌবা সেবা, বিনে—নত্তনা, স্ব—মশাগী, সুখার্থ—মুংঙাইনবগীদমক, সালোক্য-আদি—সালোক্য (ভগবানগী লোকদা লৈবা) হায়বা মুক্তিনচিংবা মুক্তি মখল মঙা, না করে—তৌদে, গ্রহণে—লৌবা,

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুগা অশেঙবা ভক্তিদি কৃষ্ণবু নুংশিবগী তৌবা সেবা নত্তনা মশাগী মুংঙাইনবগীদমক সালোক্যনচিংবা (মুক্তি মখল মঙাথক) লৌদে।

## বৈষ্ণবল

ভক্তশিংদি কৃষ্ণসেবাদা কায়থদবা প্রেমানন্দবু নিন্দা তৌয়ি, মরমদি মখোয়না কৃষ্ণসেবা নত্তনা করিমত্তা পামদে। ব্রজপরিকরশিংদা নত্তনা শুদ্ধ ভক্তশিংসু শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ফংব্রবদি— সালোক্য, সার্ষ্টি, সামীপ্য অমদি সারূপ্য মুক্তিফাওবা লৌদে। অতোপ্পা মুংঙাইবগী য়াদি তুচ্ছনী। ঐশ্বর্য্য মার্গদা ভজন তৌরগা সালোক্য নচিংবা মুক্তি ফংলিবা জীবশিংনা ভগবলোক অদুগী হৌনশা ভগবানগা মমান্নবা রূপ নম্ম। ঐশ্বর্য্য অদুম মশানা ফংজৈ। অদুবু মশা মশাগী মুংঙাইনবগীদমক মুক্তি অদু হায়বদি রূপ-ঐশ্বর্য্যনচিংবদু লৌদে- মদু লৌবদি ভগবানগী সেবাগীদমকনি। অইনদি লৌয়ি সেবাতনি মখোয়ন পামজবা। ঐশ্বর্য্যমার্গগী শুদ্ধভক্তশিংনফাওবা মশাগী মুংঙাইবা থিদে, অদুনা শুদ্ধ মাধুর্য্যমার্গগী ভক্ত ব্রজদেবীশিংগী ভাব-তদি মশাগী মুংঙাইবা থিবগী মণমফাওবা লেয়োই হায়বসি হায়মনবা নত্তে।

সালোক্যাদি—মুক্তি ( অয়ানখুভম ) মখল মঙানী—সালোক্য, সার্ষ্টি, সামীপ্য, সারূপ্য অমসুং সাযুজ্য। মুক্তি মখল মঙাসিগী মনুংদা কনাগুম্বা ভক্তনা সাযুজ্যমুক্তিবু লৌদে। মমমতুংনা পযারসিদা সালোক্যাদি হায়বা শব্দসিদা সালোক্য, সার্ষ্টি, সামীপ্য অমদি সারূপ্য হায়বা মুক্তি মখল মরিসিদবু হায়রিবনী। পয়ারসিগী প্রমাণ ওইনা মখাদা শ্লোক খরা পীরি।

## মূল ২০৪

মদ্গুণশ্রুতিমাত্রেণ ময়ি সর্ব্বগুহাশয়ে।
মনোগতিরবিচ্ছিন্না যথা গঙ্গাম্ভসোঽম্বুধৌ॥ ২০৪॥

### শব্দার্থ

মৎ—গুণশ্রুতিমাত্রেণ - ঐগী . ুণ নাকোঙনা তাবমক্তদা। ময়ি—ঐঙোন্দা, সর্ব্বগুহাশয়ে—পুম্নমকী থম্মোইলকান্নুংদা লৈরিবা, মনোগতিঃ—পুক্নীঙ লৈশনবা, অবিচ্ছিন্না—তৎতবা, যথা—মতৌগুম্না, গঙ্গাম্ভসঃ—গঙ্গাগী ঈশীঙনা অম্বুধৌ—সমুদ্রদা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐগী ভক্তশিংনা ঐগী গুণ মনাকোঙনা হেক তাবমক্তদা পুম্নমকী থম্মোই-লকান্নুংদা লৈরিবা ঐঙোন্দা মখোয়গী পুক্নীঙচু গঙ্গাগী ঈশীঙনা সমুদ্রদা চেন্থবগুম তৎপা নাইদবমখৈ চেল্‌শল্লী।

## মূল ২০৫

লক্ষণং ভক্তিযোগস্য নির্গুণস্য হ্যুদাহৃতম।
অহৈতুক্যব্যবহিতা যা ভক্তিঃ পুরুষোত্তমে॥ ২০৫॥

### শব্দার্থ

লক্ষণম্—মতৌমরাং, খুদম; ভক্তিযোগস্য—ভক্তিযোগগী, নির্গুণস্য—অশেঙবা, শুদ্ধ, হি—লেপ্পক, উদাহৃতম্—হায়রি, অহৈতুকী—ফল ফংগে হায়না থিদবা, অব্যবহিতা—তৎতবা, মরকখৎতবা, যা ভক্তিঃ—ভক্তি অদু; পুরুষোত্তমে—পরমেশ্বর ভগবান্দা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

পুরুষোত্তম ভগবান্দা তৌবা অশেঙবা ভক্তিসেবাগী লক্ষণশিংদি অসিনী—সেবাতু ( ভক্ত মছাগা। ... লাইবা খিদবা ওইগদবানী অম্বগা মবক্তা অতং—অখম নাইরোইদবনী।

**মূল ২০৬**

সালোক্য সার্ষ্টি-সারূপ্য সামীপ্যৈকত্বমপ্যুত।
দীয়মানং ন গৃহ্নন্তি বিনা মৎসেবনং জনা ॥ ২০৬ ॥

**শব্দার্থ**

সালোক্য—(ভগবানগা লোয়ননা) লোক অমতদা লেমিন্নবা মুক্তি, সার্ষ্টি (ভগবানগীগা মান্নবা) ঐশ্বর্য্য লৈবা মুক্তি, সারূপ্য—(ভগবানগীগা) ... মান্নবা মুক্তি, সামীপ্য (ভগবানগী) নাক্তা লৈবা মুক্তি, একত্বম্ (ভগবানগা। অমত্তা ... সাযুজ্য হায়বা মুক্তি অপি-স্থ, উত- ... ... পীরক্লবদ, ন গৃহ্নন্তি লৌদে, বিনা—নত্তনা, মৎসেবনং ... তৌগদবা সবা জনাঃ মীশিংনা হায়বদি ভগবান-... ভক্ত শিংন।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

সালোক্য সার্ষ্টি, সারূপ্য সামীপ্য অমদি সাযুজ্য হায়বা মুক্তি মখল-শিংসে পীবব ফাওবদা ঐগী ভক্তশিংনা ... তৌগদব সেবা নত্তনা লৌদে।

**তাৎপর্য্য**

মূল ২০৪-২০৬-তা যাওবিবা শ্লোকশিংসে শ্রীমদ্ভাগবতম্দগী লৌথোকপনি। (৩/২৯/১১-১৩)। কপিলদেবগী শক্তম্দা শ্রীকৃষ্ণনা তাওখিবা বচন তাক্লী মসি।

**মূল ২০৭**

মৎসেবয়া প্রতীতং তে সালোক্যাদি চতুষ্টয়ম্।
নেচ্ছন্তি সেবয়া পূর্ণাঃ কুতোঽন্যৎ কালবিপ্লুতম্ ॥ ২০৭ ॥

## শব্দার্থ

মৎসেবযা— ঐবু সেবা তৌবগী মযাইনা, প্রতীতম্ — মথন মথন্তমক লাকচবা, তে— মখোয়না, সালোক্যাদি— সালোক্যনচিংবা, চতুষ্টয়ম্ — ( মুক্তি ) মরিসিবু, ন-ইচ্ছন্তি— লৌনীগুদে, সেবযা— ঐগী সেবানা, পূর্ণা— থল্লবা হাযবদি নীঙবা থুংলবা, কুতঃ— কদাযদগী, অন্যৎ— অতোপ্পা, কালবিপ্লুতম্— মতম্না মাঙ-তাক্হন্নঙাই ওইবা পোৎ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীভগবান বৈকুণ্ঠনাথনা দুর্ব্বাসাদা হাযখি— ) এগী সেবা তৌবদা মপুঙফানা নুংঙাইরবা ঐগী ভক্তশিংনা- ঐগী সেবা তৌবগা মবাইনা লাকচবা সালোক্যনচিংবা মুক্তি মবিবু পাম্বীদে, অদুনসু মতম্না মাঙহন্বা ঙম্বা স্বর্গনচিংবা অতোপ্পা পোত্তা অমবু মখোযন, কদাযদগী লৌবিগদৌরিবনো ?

### তাৎপর্য্য

শ্লোকসি শ্রীমদ্ভাগবতম্দগী লৌথোরকপনী ( ৯/৪/৬৭ )। মসি ভগবদ্ভক্ত মহারাজা অম্বরীষগী লাচৎকী মতাঙদা শ্রীভগবান্ বৈকুণ্ঠনাথনা দুর্ব্বাসাদা হায়খিবনী। ভক্তশিংগী চিত্তদি ভগবানগী সেবানা পোকপা নুংঙাইবনা পূঙথন-থল্লী, মরমদুনা মখোযগী অব্রাৎপ। অমতা লৈত্রে, মবমদুনা মখোয়না অতৈ কবিমতা পামদ্রে। মরমসিনা ভক্তশিংনা সালোক্যনচিংবা মুক্তিবু ইলাই-লাইনা লাক্লবসু লৌনীগুদে মবমদি মুক্তিদু মখোযদা কান্নদে হায়না থল্লী। সালোক্যনচিংবা মুক্তি মখল মরিদি নিত্যনী ( লেঙদবনী ), মাঙ-তাকপা লৈতবনী, অসিমকপু পামদ্রবা মখোযনা ইহকালগী নুংঙাই-যাইফবা অদুগা পরলোক্কী স্বর্গনচিংববু— হাযবদি মতম্না মাঙতাকহন্বা য়াবা পোত্তাবু— করম্না পামগদৌরিবনো ? বা হাযববু— সেবাগী নুংঙাইবনা মখোযগী চিত্তদু মতমপুম্বদা হন্দুনদা লৈরবনী, অদুনা মখোয মছাগী নুংঙাইনীঙবগী মতাঙ কদাযদা ফংগদৌরিবনো ?

### মূল ২০৮

কামগন্ধহীন স্বাভাবিক গোপীপ্রেম।
নির্ম্মল উজ্জ্বল শুদ্ধ যেন দগ্ধহেম ॥ ২০৮ ॥

## শব্দার্থ

কামগন্ধহীন—কামগী মণম য়াওদবা, স্বাভাবিক—মহৌশাগী ওইবা, গোপীপ্রেম—গোপীশিংগী প্রেম, নির্ম্মল—মকুবা, উজ্জ্বল—অবঙবা, শুদ্ধ—অশেঙবা, যেন—গুম্বা, দগ্ধ—মৈযিল্লুবা, হেম—সনা অহিংবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহৌশাগী ওইবা গোপীপ্রেমদি কামগী মণম যাওদবনী। মসি মৈযিল্লবা সনাগুম্বা মক্তে, লঙঙী অমস্তুং পুঙশেঙনী।

## মূল ২০৯

কৃষ্ণের সহায় গুরু বান্ধব প্রেয়সী।
গোপিকা হয়েন প্রিয়া শিষ্যা, সখী, দাসী ॥ ২০৯ ॥

## শব্দার্থ

কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী সহায়—তেঙবাঙবা, গুরু—(প্রেমশিক্ষাগী) ওজা, বান্ধব—মরূপ, প্রেয়সী—নুংশিবী নুপী, গোপিকা—গোপী, হয়েন—ওই, প্রিয়া শিষ্যা—নুংশিরবী শিষ্যা, সখী—চৎপক্লনা লোযনবী, দাসী—মনাইনুবী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপীশিংদি শ্রীকৃষ্ণগী তেঙবাঙবীনী, (প্রেম-শিক্ষাগী) ওজানী, মরূপা, পাল্লবা নুপীনী (কান্তানী), নুংশিরবী শিষ্যানী (কৃষ্ণ য়াথং ইনবীনী), চীক্পক্লনা লোয়নবীনী, মানাই-নুবীনী।

## নৈনরোল

পবারসিগী প্রমাণ ওইনা মথাদা শ্লোক অমা হাপ্লি।

## মূল ২১০

সহায়া গুরবঃ শিষ্যা, ভুজিষ্যা বান্ধবাঃ স্ত্রিয়ঃ।
সত্যং বদামি তে পার্থ গোপ্যঃ কিং মে ভবন্তি ন ॥ ২১০ ॥

## শব্দার্থ

সহায়াঃ—তেঙবাঙবী, গুরবঃ—গুরু, ওজা (তম্বী-তাকপীবা মী),

শিষ্যাঃ—যাথং ৱাকপী শিষ্যা, ভূজিষ্যা—ভোগ তৌনগাই ওইবী, বান্ধবাঃ—মরূপ, স্ত্রিয়ঃ—যুম্বাম্নবী নুপী, সত্যম্—অণ্ডইবা, বদামি হায়রিবনী, তে—নঙোন্দা, পার্থ—হে অর্জ্জুন, গোপ্যঃ গোপীশিং, কিম্—করি, মে—ঐগী, ভবন্তি ন ওইদবগে।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

( শ্রীকৃষ্ণনা হায়বম্মী )—হে অর্জ্জুন নঙোন্দা সত্য তৌদুনা হায়রিবনী, গোপীশিংদি ঐগী তেঙবাঙবনী, ওজানী, শিষ্যানী, ভোগ-তৌফম্নী, মরূপী, যুম্বাম্বী নুপীনী, মরমসিনা মখোয়না ঐগী করিবু ওইদবা লেবগে ?

## নৈনরোল

শ্লোক অসি গোপী প্রেমামৃতদগী লৌথোরকপনা।

## মূল ২১১

গোপিকা জানেন কৃষ্ণের মনের বাঞ্ছিত।
প্রেমসেবা পরিপাটী ইষ্ট-সমাহিত॥ ২১১॥

## শব্দার্থ

গোপিকা—গোপীনা, জানেন—খঙঙ্গা, কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী মনের—পুক্নীংগী, বাঞ্ছিত—অপাম্বা, প্রেমসেবা—নুংশিনা তৌবা সেবাগা, পরিপাটী—চঙখোনবা, ইষ্ট-সমীহিত—শ্রীকৃষ্ণগী অপাম্বা পাঙথোকবা হকচাঙগী মতৌ-মরাং।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

শ্রীকৃষ্ণগী পুক্নীঙদা পাম্বা, প্রেম-সেবাগী চঙখোনবা, অদুগা নৌ িঙবা পাঙথোকবা গোপীশিংগী হকচাঙগী মতৌ মরাংশিং গোপীশিংনা খঙঙ্গী।

## মূল ২১২

মম্মাহাত্ম্যং মৎসপর্য্যাং মচ্ছ্রদ্ধাং মম্মনোগতম।
জানন্তি গোপিকাঃ পার্থ নান্যে জানন্তি তত্ত্বতঃ॥ ২১২॥

## শব্দার্থ

মৎ-মাহাত্ম্যম্—ঐগী মহিমা (ইতিক), মৎসপর্য্যাম—ঐগী সেবা,

মৎশ্রদ্ধাম—ঐগী অপাঙ্গা হীরম, মৎ-মনোগতম—ঐগী পুক্লীওগী রাখল, জানন্তি—খঙলী, গোপিকাঃ—গোপীশিংনা, পার্থ—হে অর্জ্জুন, ন-অন্যে জানন্তি—অতৈনা খঙদে, তত্ত্বতঃ- মনূঙ থীংনা, অওইবা ওইনা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

হে অর্জ্জুন, ঐগী মহিমা ( ইতিক ), ঐগী সেবা, ঐনা পাগা পোৎ, অদুগা ঐগী পুক্লাওগী বাখল গোপীশিংনা খঙলী, অতৈনদি পূম্নমকসে চপ-চানা খঙদে।

## নৈনরোল

শ্লোকসি আদিপুরাণদগা লৌথোকপনী। বাফমসি শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনগী নফমদা গোপীশিংগী নবনদা হাযখিবনা।

## মুল ২১৩

সেই গোপীগণমধ্যে উত্তমা রাধিকা।
রূপে গুণে সৌভাগ্যে প্রেমে সর্ব্বাধিকা ॥ ২১৩ ॥

**শব্দার্থ**

সেই গোপীগণমধ্যে গোপীশিং অদুগা নবক্তা, উত্তমা—অথোইবী, রাধিকা- শ্রীমতী রাধারাণী—না, রূপে—ছক্তা, গুণে—গুণ-দা, সৌভাগ্যে—লাইবক ফবদা ( মপুরোইব্‌বু বশ তৌবদা ), প্রেমে—নুং-শিবদা, সর্ব্ব-অধিক. পূম্নমক্তগা হেনবীনী।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

গোপীশিংগী মরক্তা অথোইবাদি শ্রীরাধিকানী ছক্তা, গুণ-দা লাইবকফবদা, প্রেমদা- যেংউ যেংবা মাযকৈ পূম্নমক্তা খ্ব ইদগী হেনবীনী।

## মুল ২১৪

যথা রাধা প্রিয়া বিষ্ণোস্তস্যাঃ কুণ্ডং প্রিয়ম্ তথা।
সর্ব্বগোপীষু সৈবৈক বিষ্ণোরত্যন্তবল্লভা ॥ ২১৪ ॥

**শব্দার্থ**

যথা—করম্না, রাধা—শ্রীমতী রাধারাণী, প্রিয়া—নুংশিবী ( ওই ),

বিষ্ণোঃ—বিষ্ণুগী, তস্যাঃ—মহাক্কী ( শ্রীরাধাগী ), কুণ্ডম্—কুণ্ড, প্রিয়ম—নুংশিবা ( ওই ), তথা—অদুগুম্না, সর্ব্বগোপীষু—গোপী পুম্নমক্কী মনূঙদা, সা এব—মহাক্কমক, একা—অমতংত্রুদা, বিষ্ণোঃ—বিষ্ণুগী, অত্যন্তবল্লভা—য়াম্না নুংশিবীনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমতী রাধানা বিষ্ণুগী নুংশিবী ওইবগুম মহাক্কী কুণ্ডস্ম বিষ্ণুগী নুংশিবা পোৎ অমনী। গোপীশিংগী মরক্তা মহাক মথন্তনী বিষ্ণুগী যাম্না নুংশিবী হায়বদো।

## নৈনরোল

শ্লোকসি পদ্মপুরাণ-দগী লৌথোকপনী।

## মূল ২১৫

ত্রেলোক্যে পৃথিবী ধন্যা যত্র বৃন্দাবনং পুরী।
তত্রাপি গোপিকাঃ পার্থ যত্র রাধাভিধা মম॥ ২১৫॥

## শব্দার্থ

ত্রৈলোক্যে—( স্বর্গ-মর্ত্ত-পাতাল ) মরোল অহুমসিদা, পৃথিবী—পৃথিবী কৌবী মর্ত্ত্যলোকসিনা, ধন্যা—লাইবক-ফবীনী, যত্র—মফমদা, বৃন্দাবনম্—বৃন্দাবন, পুরী—নগরী, তত্র-মফমত্রুদস্ম ( বৃন্দাবন অদুদস্ম ) গোপিকাঃ—গোপীশিং, পার্থ—হে অর্জ্জুন, যত্র—মফুদা, রাধাভিধা—রাধা কৌবী মম—এগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীকৃষ্ণনা হায় )—হে অর্জ্জুন। স্বর্গ, মর্ত্ত্য অমগা পাতাল-লোক মরোল অহুমসিগী মনূঙদা পৃথিবীনা লাইবকফবীনী, মবমদি লোকসিদা বৃন্দাবন কৌবা নগরী লৈ, বৃন্দাবনত্রুগী মনূঙদা গোপীশিংনা লাইবক-ফবীনী, মরমদি গোপীশিংত্রুগী মনূঙদা শ্রীরাধা কৌবী এগী গোপিকা যাওরি।

## নৈনমরোল

শ্লোক অসি আদিপুরাণ-দগী লৌথোকপনী। মসিনা খণ্ডহল্লিবদি

গোপীশিংনা অথোইবী ওইবদি রাধাগী মপান্-তাংবনী, মরমমতুন শ্রীরাধানা গোপীশিংগী মনুঙদা খাইদগী থোইরিবনী।

## মূল ২১৬

রাধা-সহ ক্রীড়া রস-বৃদ্ধির কারণ।

আর সব গোপীগণ রসোপকরণ ॥ ২১৬ ॥

## শব্দার্থ

রাধা-সহ—শ্রীরাধাগা লোয়ননা, ক্রীড়া—শান্নবদি, রস-বৃদ্ধির—রস হেঙ্গৎনবগী, কারণ—মরমনী, আর—অতৈ, সব—পুম্নমক, গোপীগণ—গোপীশিংদি রস-উপকরণ রসগী তেঙবাঙনবা খুৎলাইনী।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরাধাগা লোয়ননা শান্নবদি (শ্রীকৃষ্ণগী) রস (নুংঙাইবা) হেঙ্গৎ-নবগীনী। অতৈ গোপীশিং পুম্নমক রসতু ফংনবগী তেঙবাঙনবা খুৎলাই ওইরী।

## তৈন্নবোল

গোপীশিংসে কাঙলুপ মঙা থোক্না তৈ মতুদি—সখী, নিত্যসখী, প্রাণসখী, প্রিয়সখী অমসুং পরমপ্রেষ্ঠসখী। মখোয়সি শ্রীমতী রাধারাণীগী লোইনবী ওইরী। মখোয়সে কৃষ্ণদা প্রেম রস পোকহনবগী থবক্তা হৈ-শিংনি। পরমপ্রেষ্ঠসখী না পানখ্রী। রাধাকৃষ্ণ অনীনা মধুর-রস চুপ্পবদা মখোয় ময়ামনসিনা কৃষ্ণগা মীচঙ অমূক চঙনী অমসুং রাধাগী মীচঙ অমূক চঙনী। অমুক্তা মখোয়না শান্নাংতুনা রাধাকৃষ্ণ অনীগী লীলাদা রস হেঙ্গৎ-হনবগী তেঙবাঙবা ওইরিবনী।

## মূল ২১৭

কৃষ্ণের বল্লভা রাধা কৃষ্ণপ্রাণধন।

তাঁহা বিনু সুখহেতু নহে গোপীগণ ॥ ২১৭ ॥

## শব্দার্থ

কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী, বল্লভা—নুংশিবী, রাধা—রাধানী, কৃষ্ণপ্রাণধন

—শ্রীকৃষ্ণগী থৱাইগী লক্ষ্মী, তাঁহা বিনু—মহাক নত্তনা, সুখহেতু—নুংঙাইনবগী মরম, নহে—নত্তে, গোপীগণ—গোপীশিং।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

শ্রীকৃষ্ণগী নুংশিবী রাধাদি শ্রীকৃষ্ণগী থৱাইগী লক্ষ্মী। মহাক ( শ্রীমতী রাধিকা ) নত্তনদি গোপীশিংনা ( শ্রীকৃষ্ণগী ) নুংঙাইনবগী মরম ওইদে।

## তৈনবোল

মধুররসগী মচি ওইবহু আস্বাদন তৌবগীদমক মকওইনা শ্রীরাধাগা লোয়নননা শ্রীকৃষ্ণনা শান্নবনী, শ্রীরাধাগা লোয়নননা শান্নবদা মকওইনা রস (নুংঙাইবা) পোকয়ি, অতৈ গোপীশিংনা রসহু হেঙ্গৎনবদা তেঙবাঙউ, ভাব মথল মথেল পুখোক্নুনা রসগী মথল মথেল থোকহল্লী। শ্রীমতী রাধা নত্তনদি গোপীশিংনা তোঙান তোঙান্না শ্রীকৃষ্ণবু নুংঙাইহনবদি ঙমদে, শ্রীরাধাগা লৈমিন্নবা মতমদা মধুর-রসগী মচা নোয়থৎহন্নবগী মতেঙ পীবা ঙম্মী। মসিনা তাকপদি গোপীশি দগী শ্রীরাধানা যোইবা হেল্লী হায়বসিনী।

## মূল ২১৮

কংসারিরপি সংসারবাসনাবদ্ধশৃঙ্খলাম্।

রাধামাধায় হৃদয়ে তত্যাজ ব্রজসুন্দরীঃ ॥ ২১৮ ॥

## শব্দার্থ

কংস-অরি —কংসগী য়েক্নবা ( শ্রীকৃষ্ণ ) অপি সু, সংসার—মপূঙ-ফাবা মচি ( সার ), বাসন — অনীঙবা, বদ্ধ - পুনবা, শৃঙ্খলাম—যোংল্লীঙ কোন্নহৌ ওইবা, ( সংসারবাসনাবদ্ধশৃঙ্খলাম্— মপূঙফাবা মচি ওইবা অনীঙববু পুন্নবা যোংলী ওইবিবী ), রাধাম— শ্রীরাধাবু আধায—চেংন কোল্লগা, হৃদয়ে—থম্মোইদা, তত্যাজ— থাদোক্লম্মী ব্রজসুন্দরীঃ—( অতৈ ) গোপীশিংবু।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

কংসগী য়েক্নবা শ্রীকৃষ্ণনা ( রাসলীলা পান্বগী মচক ওইবা ) মহাক্কী মপূঙফাবা মচি ওইবা অনীঙববু চেংনা ফা-পুন্নবগী যোংলী ওইবিবী শ্রীরাধিকাবু থম্মোইদা রাখম্না কোল্লগা অতৈ ব্রজগোপীশিংবু থাদোক্লম্মী।

## মৈতৈলোন

শ্লোক অসি জয়দেব কবিগী শ্রীগীতগোবিন্দগী লোয়ৌকপনি ( ৩/১ ) । শ্রীরাধানা রাসমণ্ডলা থাদোক্লনা চৎখ্রবদা অতৈ গোপী পুম্নমক রাস-মণ্ডলদা লৈহৌরিবনী । অদুগ রাসলীলা শাননীঙবা শ্রীকৃষ্ণনা গোপী পুম্নমকপু থাদোক্লমগা শ্রীমতীরাধারাণী মথক্তবু থিবা লেংখিবম্নী । মসিনা তাকপবু- শ্রীরাধা নত্তনা অতৈ গোপী কোটি চানা লৈহৌরবদুনসু রাস-লীলা শান্নব য়াদে হায়বসিনি । যাবরোইদি শ্রীরাধা যাওদ্রবসু মখোয়-শিংগী । যমনা শ্রীকৃষ্ণন লীলা শানবমন্দবনি । শ্রীরাধা নত্তনদি অতৈ গোপীশিংনা মথন-মথন্দা শ্রীকৃষ্ণবু নুংঙাইহনবা ঙমদে হায়বগী প্রমাণ ওইরিবনা নৈ বির শ্লোক অসিন । সিনা মমা । তোঙ্গা তাক্লিবদি শ্রীরাধাদি গোপী পুম্নমক্তগী থোই হায়বসনি ।

### মূ / ২১৯

সেই রাধার ভাব লঞা চৈতন্যাবতার ।

যুগধর্ম্ম নাম-প্রেম কৈল পরচার ॥ ২১৯ ॥

### শব্দার্থ

সেই রাধার ভাব লঞা, ভাব --পূকচেল নত্রগ প্রেম, লঞা— লৌদুনা, চৈতন্য-অবতার --চৈতন্য ওইনা শ্রীকৃষ্ণগী অবতার, যুগধর্ম্ম-- যুগগীধর্ম্ম, নাম-প্রেম --ভগবানগী মিংলেন অমসুং ভগবানবু নুংশিবা, কৈল ভৌবে পরচার শান্দোকপা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরাধাগমকী ভাব (পূকচেল নত্রগা (প্রেম)) লৌবগা শ্রীচৈতন্যগী রূপদা (শ্রীকৃষ্ণগী) অবতার তৌখি । অদুগা মহাক্না যুগগী ধর্ম্ম ভগবানগী মিংলেন অমদি প্রেম (ভগবানবু নুংশিবা) হায়বদু প্রচার তৌখি ।

### মূ / ২২০

সেই ভাবে নিজ বাঞ্ছা করিল পূরণ ।

অবতারের এই বাঞ্ছা মূল যে কারণ ॥ ২২০ ॥

### শব্দার্থ

সেই- মদু, ভাবে—( শ্রীরাধাগী ) ভাব-তা, নিজ মহাগী,

বাঞ্ছা—অনীওবা , কবিল- তৌখি , পূরণ—পাওথোকপা , অবতারের— অবতারগী , এই বাঞ্ছা—অনীওবসি , মুল – মরু ওইবা , যে কারণ— মরম ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

( শ্রীরাধাগী ) ভাব অহুনা মছাগী (শ্রীকৃষ্ণগী) অনীওবা পাওথোকখি। অনীওবসিনা শ্রীচৈতন্য ওইনা অবতার তৌরকপগী মরু ওইব, মরম্নী।

## নৈনরোল

**নিজ বাঞ্ছা**—শ্রীরাধাগী প্রেমগী মতীক ( মহিমা ) করম তৌযি, প্রেমদুনা খৃৎলাই ওইরগা আস্বাদন তৌখিবা শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্য ( ছন্না চৎবগী পূক্নীঙ হূনঙাই ওইবা মতৌ ) অহুনা করম তৌবা অদুগা মাধুর্য্যদু আস্বাদন তৌবগা নুংঙাইবদনা করম তৌবা—মরম অহুমসি শ্রীকৃষ্ণনা খঙ্গীঙখি , শ্রীরাধাগী ভাব নত্তনদি শ্রীকৃষ্ণগী অনীওবা অহুমসে থুংব যাবোই হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাগী ভাব লৌবগা শ্রীচৈতন্য ওইনা অবতার তৌবিখি অমসুং শ্রীচৈতন্য ওইনা বাঞ্ছা অহুমসি থুংখি।

যুগগী ধর্ম্ম নাম-সঙ্কীর্ত্তন প্রচার তৌবগীদমক রাধাগী ভাব লৌদবা যাই , মাগী বাঞ্ছা অহুমসি পূরণ ওইনবগীদমক্তা শ্রীরাধাগী ভাব লৌবগা শ্রীচৈতন্য ওইনা অবতার তৌখিবনী , মরমসিনা বাঞ্ছা অহুমসে শ্রীচৈতন্য ওইনা অবতার তৌবগী মরু ওইবা মরম্নী।

শ্লো। ২২১

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য গোসাঞি ব্রজেন্দ্রকুমার।
রসময়-মূর্ত্তি কৃষ্ণ সাক্ষাৎ শৃঙ্গার। ২২১ ॥

## শব্দার্থ

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য গোসাঞি- শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু , ব্রজেন্দ্রকুমার ব্রজ-নিংথৌগী মচানুপা কৃষ্ণ , রসময় মূর্ত্তি- রসশিংনা থৈবা হক্চাং , কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ , সাক্ষাৎ—তশেংনা , শৃঙ্গার—মূর্ত্তি ওইববা শৃঙ্গার-রসনী (নুপা-নুপী নুংশিনবা হায়বা রসদু)।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুসে রসগী ছক্তম্ লৌবা ব্রজনিংথৌ মপাবি শ্রীকৃষ্ণনী। মহাক শৃঙ্গার-রসনা ওইবা মূর্তিনী।

## মূল ২২২

সেই রস আস্বাদিতে কৈল অবতার।
আনুষঙ্গে কৈল সব রসেব প্রচাব ॥ ২২২ ॥

**শব্দার্থ**

সেই বস -( শৃঙ্গার ) রসদু ( হায়বদি আশ্রয়জাতীয় শৃঙ্গাব রস ), আস্বাদিতে মহাও তংগে হাযত্তনা, কৈল অ-তার—অবতার তৌখি, আনুষঙ্গে—( মুখ্য ন না ) গৌণ ওইনা, কেল তৌখি, সব বসেব—রস পূ-গী প্রচাব- শা-লাকপা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

( শ্যবাধান৷ আশ্রয় ( ভূঙবম ) ওইনা চুপখিবা ) শৃঙ্গার বস চুপাকে হাংতুনা ( শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীচৈতন্য ওইনা অবতার তৌখিবনী। ( মন ওইবা মবগসিগ, ) লোইননা অতৈ রস পূমনক্কী প্রচার তৌখিবনী।

## মূল ২২৩

বিশ্বং ... নুরঞ্জনেন জনয়ন্নানন্দমিন্দীবর-
শ্রেণী-শ্যামল-কোমলৈরুপনয়ন্নঙ্গৈরনঙ্গোৎসবম্‌
স্বচ্ছন্দং ব্রজসুন্দরীভিরভিতঃ প্রত্যঙ্গমালিঙ্গিতঃ
শৃঙ্গারং সখি মূর্তিমানিব মধৌ মুগ্ধো হরিঃ ক্রীড়তি ॥ ২২৩ ॥

**শব্দার্থ**

বিশ্বম— গোপী পন্নমক্ক অনুরঞ্জনেন পেলহনব হায়ব৷ থবক্কু-না জনয়ন্ -পোক-খুনা, আনন্দম— যুংঙাইবা, ইন্দীবর-শ্রেণী—থম্বান-শঙ পাংন, শ্যামল—অংবাম্নবা, কোমলৈঃ—থোংলবা, উপনয়ন পুবক্তুনা, অঙ্গৈঃ -হকচাঙ কাযাৎশিংনা, অনঙ্গ-উৎসবম—মদন-দেবগী হবাও-কুম্মৈ, স্বচ্ছন্দম—মপাং-হঙ্গোযবা লৈতনা, ব্রজসুন্দরীভিঃ

—ব্রজগোপীশিংনা , অভিতঃ—অঙ্গ পূন্নমক্না , প্রত্যঙ্গম—হকচাঙ কয়াৎ-খুদিংবু , আলিঙ্গিতঃ—কোনসন্নবা , শৃঙ্গারঃ—শৃঙ্গার-রসনা , সখি —হে সখি , মূর্ত্তিমান—মূর্ত্তিওইবা , ইব—তুম্না , মধৌ —বসন্তগী মতমদা , মুগ্ধঃ —শুমহৎলবা হরি — শ্রীকৃষ্ণনা , ক্রীড়তি —শান্নি ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ইত , মপূক্নীঙ পেলহন্দুনা গোপীশিংবু ভাইহল্লগা ফাদুগা অশঙবা থম্বাল্নগীস্তু হেন্না শংলনা । অমস্তুং মেঙল । হকচাঙ-কা য়াংশিন্না গোপী শিংগী থম্মোইদা মদন-উৎসব থোকহন্দুনা ফাদুগা হাঙ্গায । লৈতনা গোপীশিংগী হকচাঙ-কায়াৎশিনা ( কৃষ্ণগী ) অঙ্গ পূদি মব কোল্ল । মর্ত্তি পৌবগা মন লাওনা চোংথোবক্লনা শৃঙ্গার-রসগী মচব ওইব শুমহৎলবা শ্রীকৃষ্ণনা বসন্তগী মতমদা শান্নরি ।

## নৈনরোল

শ্লোক অসি জয়দেব কবিগী গীতগোবিন্দগী লৌথোকপনা (১/১১) । মমাঙগী পয়ারদা শ্রীকৃষ্ণবু চৎচবা শৃঙ্গার রসনা হায়রগী প্রমাণদি শ্লোক-সিনী ।

## মূল ২২৪

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য গোসাঞি রসের সদন ।

অশেষবিশেষে কৈল রস আস্বাদন । ২২৪ ॥

## শব্দার্থ

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য গোসাঞি—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভু , রসের রস পূন্নমক্কী , সদন—মতম্না , অশেষবিশেষে—মধুর বসগী থোইদোকপা নখল অমতা থাক্তবমথৈ , কৈল— তৌখি , বস আস্বাদন — রস চূপ্না ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুদি বস পূন্নমক্না তৃঙনফম্না । নহাক্না মধুবরসগী থোইদোকপা নখল অমতা থাক্তবমথৈ রস চূপ খি ।

## মূল ২২৫

সেই দ্বারে প্রবর্ত্তাইল কলিযুগধর্ম্ম ।

চৈতন্যের দাসে জানে এই সব মর্ম্ম ।। ২২৫ ॥

## শব্দার্থ

সেই দ্বারে—মতুম্না ; প্রবর্ত্তাইল—শন্দোক্লম্মী , কলিযুগধর্ম্ম—কলি-যুগগী ধর্ম্ম , চৈতন্যের—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুগী , দাসে—মনাইভক্তনা , জানে—খঙডী , এই—মসি , সব—পূম্বা , মর্ম্ম—অথুপ্পা, মতীঙ ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতুম্না ( শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা ) কলিযুগগী ধর্ম্ম ( নাম-সঙ্কীর্ত্তন ) অতুম্ শন্দোক্লম্মী । অথূপ্পা পূম্নমকসি শ্রীচৈতন্যগী মনাই ভক্তশিংনা খঙডী ।

## ৈনেনরোল

সেই দ্বারে—মতুনা, মতুম্না , মধুর-রসগী থোইদোকপা মখল অমতা থাক্তবমথৈ চুপ্পা চুপা হায়বদি চুপ্পগা লোযননা ।

কলিযুগ ধর্ম্ম - নামসঙ্কীর্ত্তন । থোইদোকপা অমতা থাক্তবমথৈ রস-মথেল চুপ্পগা লোযননা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা কলিযুগগীধর্ম্ম নামসঙ্কীর্ত্তন হাযবদুসু শন্দোক্লম্মী ।

মসিগী অথপ্পা রাদি শ্রীচৈতন্যগী মনাই-ভক্তশিংনা খঙডী । শ্রীচৈতন্য অবতারগী মখ্য ওইবা মরমদি বাঙ্গা অতুম থুংনবনী । অনীঙবশিংসি থুংনবা তৌবগী তুংইনবা ওইনা ( আনুষঙ্গিক ওইনা ) নাম-প্রেম প্রচার তৌখি, মরমঅদুনা নাম প্রেম প্রচারদি চেতন্য অবতারগী গৌণ ওইবা মরম্না । বাফমসি অথঙবশিংগী অনুভব-নী । শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী ভক্তশিংদি মাগী মবুক্তা লৈবা ভাব খঙডী অদুগা মাগী লনাগী অথুপ্পা রাস্ খঙডী , মানা অবতার তৌবগী মরম হাযরিবসে মনাই ভক্তশিংদুনা অনুভব তৌরগা ফংখিবা সত্যনী, অতুনা থাজবদা মতীক চাবনী ।

## মূল ২২৬-২২৭

অদ্বৈত—আচার্য্য নিত্যানন্দ শ্রীনিবাস ।<br>
গদাধর দামোদর মুরারি হরিদাস ।। ২২৬ ।।<br>
আর যত চৈতন্যকৃষ্ণের ভক্তগণ ।<br>
ভক্তিভাবে শিরে ধরি সভার চরণ ।। ২২৭ ।।

## শব্দার্থ

অদ্বৈত-আচার্য্য—শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্য, নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু, শ্রীনিবাস—শ্রীবাস পণ্ডিত, গদাধব—শ্রীগদাধর পণ্ডিত, দামোদর—শ্রীস্বরূপ দামোদর, মুরারি—শ্রীমুরাবি গুপ্ত, হরিদাস—শ্রীহরিদাস ঠাকুর, আর—অতৈ, যত—লৈরিব। অদূক, চৈতন্যকৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্যগী, ভক্তগণ—ভক্তশিং, ভক্তি-ভাবে—ভক্তিগ। লোয়ননা, শিরে—কোক্তা, ধরি—পায়জরি, সভার—লোইনমক্কী, চরণ—খোঙ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদ্বৈত আচার্য্য নিত্যানন্দ, শ্রীবাস পণ্ডিত, গদাধর, স্বরূপ দামোদব, মুরারি গুপ্ত, হবিদাস ঠাকুর অদুগা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুগী ভক্ত অতৈ পুম্বা—মখোয পুন্নমক্কী চবণশিংবু কোক্তা থমজরি ( হাযবদি খুকমজবি )।

## মূল ২২৮

ষষ্ঠশ্লোকেব এই কহিল আভাস।
মূলশ্লোকেব অর্থ শুন করিয়ে প্রকাশ ॥ ২২৮ ॥

## শব্দার্থ

ষষ্ঠ—তরূকশুবা, শ্লোকের—শ্লোক্কী, এই—মসি, কহিল—হাযবে, আভাস—ৱাহৌদোক, মূল শ্লোকেব—শ্লোক্কী মখা গুইবা, অর্থ—মরোল, শুন—নাকোঙনা তাবিযু, করিয়ে—তৌজবি, প্রকাশ—ফোঙদোকপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তরূক-শুবা শ্লোক্কী ৱাহৌদোক ( আভাস ) অমা পিজরে, হৌজিক মূল শ্লোক্কী মরোল হন্দোকচগে, শ্রবণ তৌবিযু।

## মূল ২২৯

শ্রীরাধায়া প্রণযমহিমা কীদৃশো বানযৈবা
স্বাদ্যো যেনাদ্ভুতমধুরিমা কীদৃশো বা মদীযঃ।
সৌখ্যঞ্চাস্য মদনুভবতঃ কীদৃশং বেতি লোভা—
ত্তদ্ভাবাঢ্যঃ সমজনি শচীগর্ভসিন্ধৌ হরীন্দুঃ ॥ ২২৯ ॥

শ্লোকসিগী শব্দার্থ অমদি অনুবাদনচিংবদি আদি লীলাগী অহানবা পরিচ্ছেদদা তন্নকখুবা মূল অদুদা যেংবিয়ু।

শ্লোকসি শ্রীস্বরূপ গোস্বামীগী কড়চাদগী লৌথোকপনী।

## মূল ২৩০

এ সব সিদ্ধান্ত গূঢ়—কহিতে না যুযায়।
না কহিলে কেহো ইহার অন্ত নাহি পায় ॥ ২৩০ ॥

### শব্দার্থ

এ—অসি, সব—পুম্বা সিদ্ধান্ত—বাবেপ, ৱারোই, গূঢ়—অথুপ্পনী, কহিতে—হায়দোকপা, না যুযায়—হৌনদে, না কহিলে হায়দ্রবদি, কেহো—কনামনা, ইহার—মসিগী, অন্ত—লোম্না শক্তক, নাহি পায়—ফ লোই।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অথুপ্পা সিদ্ধান্ত পুম্বসি ময়ামদা হায়দোকপা চুমদে। অদুবু হায়দাক্রবদি কনাগুম্বনা মসিগী ৱা মতোম্লোমা খঙদনা য়াই।

## মূল ২৩১

অতএব কহি কিছু করিয়া নিগূঢ়।
বুঝিবে রসিক ভক্ত না বুঝিবে মূঢ় ॥ ২৩১ ॥

### শব্দার্থ

অতএব—মবমদুনা কহি—হায়গে, কছু—খরা, করিয়া নিগূঢ়—থুপচন্না, ইঙ্গিতনা, বুঝিবে—খঙগনি, রসিক—রস খঙবা ভক্তনা, না বুঝিবে—খঙলোই, মূঢ়—খঙদবা ভক্ত-নত্তবা মীনা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মবমসিনা থুপচন্নগা খিত্তং হায়জগে ঐ। (হায়দৌরিবসি) রসিক ওইবা ভক্তনা খঙগনি অদুগা ভক্ত-নত্তবা অপঙবদি খঙলোই।

## মূল ২৩২

হৃদয়ে ধরয়ে যে চৈতন্য-নিত্যানন্দ।
এ সব সিদ্ধান্তে সেই পাইবে আনন্দ ॥ ২৩২ ॥

### শব্দার্থ

হৃদয়ে—থম্মোইদা, ধরয়ে—থম্মী, যে—মহাক্না, চৈতন্য-নিত্যানন্দ—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু অমসুং শ্রীনিত্যানন্দবু, এ সব সিদ্ধান্তে—সিদ্ধান্ত পূম্বসিদা, সেই—মহাক্না, পাইবে—ফংগনী, আনন্দ—নুংঙাইবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্যবু অমসুং শ্রীনিত্যানন্দবু থম্মোইদা থম্লিবা হাযবদি থরাই যাওনা নীঙজরিবা মহাক অত্নুতনা সিদ্ধান্ত পূম্বসিদা নুংঙাইজগনী।

## মূল ২৩৩

এ সব সিদ্ধান্ত-বস আম্রের পল্লব।

ভক্তগণ কোকিলের সর্ব্বদা বল্লভ ॥ ২ ৩ ॥

### শব্দার্থ

এ সব—মসিপূম্বা, সিদ্ধান্ত-রস—রসগী মছক ওইবা সিদ্ধান্ত; আম্রের—হৈনৌগী, পল্লব—নানৌনী, ভক্তগণ—ভক্তশিং, কোকিলের—কোকিলগুম্বশিংগী, সর্ব্বদা—মতম পূম্বদা, বল্লভ—পাম্নঙাইনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রসগী মছক ওইবা সিদ্ধান্তশিং পূম্সে হেনৌগী নানৌগুম্বনি। মতম পূম্বদা ভক্তগী মছক ওইবা কোকিলশিংগী পাম্নঙাইনী।

## মূল ২৩৪

অভক্ত-উষ্ট্রের ইথে না হয় প্রবেশ।

তবে চিত্তে হয় মোর আনন্দ বিশেষ ॥ ২৩৪ ॥

### শব্দার্থ

অভক্ত-উষ্ট্রের—ভক্ত-নত্তবা উট্ হায়বা জাৎকী, ইথে—অসিদা, না হয়—ওইদে, প্রবেশ—চঙবা, তবে—অদু ওইরবদি, চিত্তে থম্মোইদা, হয—ওই, মোর—ঐগী; আনন্দ—নুংঙাইবা, বিশেষ—থোইদোকপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

উট্কী জাৎকুম্বা অভক্তশিংনা হীরমসিদা চঙডু হাযবা যাবোই, য়াদ্রবোইদি ঐগী থম্মোইদা থোইদোকপা নুংঙাই অমা ওইয়ে।

## মৈনবরোল

খুপচল্লগা পুথোক্লিবা সিদ্ধান্তসিব ভক্ত—নত্তবা মীশিংনা লৌবা ওমদ্রবদা কবিরাজ মহাশয়গী মনুওঙাই অমা ওই, মল্লমদি অভক্তশিংনা অথীবা অর্থ হন্দুনা অপরাধী ওইগদবদগী মখোয়বু রক্ষা তৌবা য়ারে। মখোয়না সিদ্ধান্ততু খঙগে হায়দ্রবদি মখোয়গী অপরাধ ওইররোই।

## মূল ২৩৫

যে লাগি কহিতে ভয়, সে যদি না জানে।

ইহা বই কিবা সুখ আছে ত্রিভুবনে॥ ২৩৫॥

### শব্দার্থ

যে লাগি—মাগীমকা, কহিতে—হায়দোকপদা, ভয়—কিবা, সে—মহাক্লা যদি না জানে—খঙদ্রবদি ইহা বই—মতু নত্তনা, কিবা—করি, সুখ—নুংঙাইবা, আছে—লৈ, ত্রিভুবনে—মবোল অহুমদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(ভক্ত নত্তবা) মখোয়গা দমক্তা হায়দোকপা কিবনী। মখোয়নবু খঙদ্রবদি মতুদগা হেল্লা নুংঙাইবা করি অমা মবোল অহুমসিদা লৈবিবগে?

## মৈনবরোল

গ্রন্থকারনা হায়—অভক্তশিংনা অওইবা মর্ম্ম খঙবা ওমদতুনা অথীবা অর্থ হন্দুনা অপরাধী ওইগনী হায়বদগী মখোয়গা মফমদা অথপ্পা সিদ্ধান্ত [illegible] হায়দোকপা [illegible] কি। এনা থূপচল্লগা তাকপা মবনা মখোয়না সিদ্ধান্ততুগা মবনদা ববিনত্তা খঙদ্রবদি মতু। এগী নুংঙাইবা [illegible] মবমদি অতু [illegible] বনিনা অথীবা অর্থ [illegible] মখোয়না হায়দ্রাক্লবোই অদুন। মখোয় অপরাধ তৌরবোই।

অভক্তশিংনা কুতর্ক তৌবরুনী হায়বগীদমক গ্রন্থকারনা কিবা নত্তে, কুতর্কদি হায়রা করুপা ওমগনী। মানা [illegible] করিহুনা মখোয়না অথীবা অর্থ হন্দুনা অপরাধী ও খিগদবরা হায়দুনা মখোয়গীদমক কিবিবনী,

## মূল ২৩৬

অতএব ভক্তগণে করি নমস্কার।

নিঃশঙ্কে কহিয়ে তার হউক চমৎকার॥ ২৩৬॥

## শব্দার্থ

অতএব - মরমসিনা , ভক্তগণে—ভক্তশিংবু , করি—তৌদুনা , নমস্কার—খুরুম্বা , নিঃশঙ্কে—চিংনবা লৈতনা , কহিয়ে—হায়জগে , তার —মখোয়গী ( ভক্তশিংগী ) , হউক—ওইসনু , চমৎকার—( নুংঙাইবগী ) অঙকপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমদুনা ( অভক্তশিংনা খঙলবোই হায়দুনা ) ভক্তশিংদা খুরুমজবগা ( সিদ্ধান্তসি ) চিংনবা লৈতনা ঐহাক হায়জগে। ( সিদ্ধান্ত শ্রবণ তৌরগা নুংঙাইবগী ) অঙকপা হায়বদু মখোয়গী ( ভক্তশিংগী ) ওইসনু।

## মূল ২৩৭

কৃষ্ণের বিচার এক রহয়ে অন্তরে।
পূর্ণানন্দ - পূর্ণরসস্বরূপ কহে মোরে ॥ ২৩৭ ॥

## শব্দার্থ

কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী , বিচার ৱাখল এক—অমা রহয়ে—লৈ , অন্তরে—পুক্নীঙদা , পূর্ণ-আনন্দ—মপুঙফা নুংঙাইবা , পূর্ণ-রসস্বরূপ —মপুঙফাবা রসগী মহুক কহে—হায় মোরে—ঐবু।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা মতম অমদা খনখি—"( তত্বখঙবশিংনা ) ঐবু মপুঙফাবা নুংঙাইবনী অমসুং রস পুম্বগী মহুক্নী হায়না হায়।"

## টৈনবরোল

শ্রীকৃষ্ণদি পূর্ণানন্দ-পূর্ণরস স্বরূপ-নী হায়বগী প্রমাণ খরদং উৎচরি। তৈত্তিরীয় উপনষৎনা হায়—"রসো বৈ স /২/৭ ॥ মহাক্তি রস স্বরূপনী।" শ্রুতিনা অমুকসু হায—আনন্দং ব্রহ্ম। শ্রীমদ্ভাগবতমদা বসুদেবনা হায- "কেবল-অনুভব-আনন্দ-স্বরূপঃ /১০/৩/১৩ ॥" গোপাল তাপনীনা হায—"ওঁ সচ্চিদানন্দরূপায় কৃষ্ণায় অক্লিষ্ট-কারিণে ॥ পূ ১ ॥" ব্রহ্মসংহিতানা হায—"ঈশ্বরঃ পরমঃ কৃষ্ণঃ সচ্চিদানন্দবিগ্রহঃ।" ৫/১ ॥"

শ্রীকৃষ্ণসে রস ওইনা মহাও-তংনঙাই ( আস্বাদ্য ), রসিক ওইনা

মহাও-তংবা মহাক ( আস্বাদক ) অদুগা মহাও তংবা ( আস্বাদন ) ওইনা মহাক আনন্দনী। অদুগা মাগী স্বরূপকী হায়বরবস্থু মহাক আনন্দ-ঘনবিগ্রহ-নী ( আনন্দনা গঙশল্লগা ওইবা মূর্ত্তিনী )।

## মূল ২৩৮

আমা হৈতে আনন্দিত হয় ত্রিভুবন।
আমাকে আনন্দ দিবে ঐছে কোন জন ॥ ২৩৮ ॥

## শব্দার্থ

আমা হৈতে—ঐঙোন্দগী, আনন্দিত—নুংঙাইবা, হয—ওই, ত্রিভুবন—মবোল অহুম্না ( স্বর্গ মর্ত্ত্য, পাতাল ) আমাকে—ঐঙোন্দা; আনন্দ নুংঙাইবা, দিবে - পীগনী ঐছে- অদুগুম্ব, কোন্ জন—মী কনানা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐঙোন্দগী ( আনন্দ ফংলগা ) ( স্বর্গ, মর্ত্ত্য, পাতাল ) মবোল অহুম্না নুংঙাইজরিবনী। ঐঙোন্দা আনন্দ পীবিরনবা অদুগুম্বা মীতা কনা লৈবগে ?

## মূল ২৩৯

আমা হেতে যাব হয় শত শতগুণ।
সেই জন আহলাদিতে পারে মোর মন ॥ ২৩৯ ॥

## শব্দার্থ

আমা হেতে—ঐঙোন্দগী যাব মহাকী, হয—ওই, শত শত — মশীঙ লাকঙমদনা, গুণ—গুণ, সেহ-জন—মা অদুনা, আহ্লাদিতে—হরাওহনবা, নুংঙাইহন্‌বা, পারে ঙমী, মোর—ঐগী, মন— পুক্নীঙবু।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐঙোন্দগী শরূক চামা চামা হেনা গুণ যেবা মহাক অদুনা ঐগী পুক্নীঙবু নুংঙাইহন্‌বা ঙম্মী।

## মূল ২৪০

আমা হৈতে গুণী বড জগতের অসম্ভব।
একলি রাধাতে তাহা করি অনুভব ॥ ২৪০ ॥

## শব্দার্থ

আমা হৈতে ঐগী ঙোন্দগী, গুণী—গুণ-চেনবা মী, বড়—হেন্না চাউবা, জগতের—জগৎকী দমক, অসম্ভব—ওইথোক্তে, একলি রাধাতে—শ্রীমতী রাধা মথন্তদা, তাহা—মদু, করি—ঐনা তৌযি, অনুভব—খঙবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐগী ঙোন্দগী হেন্না গুণ-লৈবা অচৌবদি জগৎতা লৈবা ওইথোক্তে। রাধা মথন্তদা গুণ হেন্না লৈ হায়বসি খঙঙী (মবমদি মহাজনা ঐবু নুংঙাইহনবা ওন্মী)।

## নৈনরোল

শ্রীরাধানা মবন্নাই গুণগা বৈভবতগনা শ্রীকৃষ্ণগী ইন্দ্রিয় পূর্মমক্কী নুংঙাইনব। শীনবা ওন্মী হায়বগী প্রমাণ শ্রীগোবিন্দলীলামৃতদা ফংঙী। "কৃষ্ণেন্দ্রিয়াহ্লাদিগুণৈরুদারা শ্রীরাধিকা রাজত রাধিকৈব। —শ্রীকৃষ্ণগী ইন্দ্রিয়বু হরাওহনবা সৌন্দর্য্য-মাধুর্য্যনাদি গুণ লৈতংবাবী শ্রীরাধিকানা শ্রীরাধিকামক্কী মতৌগুম্না ঙাল্লাইরি/১১/১২৮॥"

### মূল ২৪১-২৪২

কোটি কাম জিনি রূপ যদ্যপি আমার।
অসমোর্দ্ধমাধুর্য্য-সাম্য নাহি যার॥ ২৪১॥
মোর রূপে আপ্যায়িত হয় ত্রিভুবন।
রাধার দর্শনে মোর জুড়ায় নয়ন॥ ২৪২॥

## শব্দার্থ

কোটি—লাখ চামা, কাম—কামদেববু, জিনি-ওমজবা, রূপ—ছক, যদ্যপি-ওইরবসু, আমার—ঐগী, অসম-উর্দ্ধ-মান্নবা অতুগা অহেনবা লৈতবা, মাধুর্য্য মাধুরী (পূর্কীগ হুবা মতৌ), সাম্য-মান্নবা, নাহি-লৈতে, যার—মদুগী, মোর-ঐগী, রূপে-ছক্না, আপ্যায়িত —পেনবা, হয়-ওই, ত্রিভুবন মরোল অম, রাধার দর্শনে— শ্রীরাধাবু উবদা, মোর-ঐগী, জুড়ায়-পেল্লা, নয়ন মীৎ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কামদেব কোটিবু ওমজবা ঐগী ছক ওইরবসু, কনামতগী মাধুর্য্যনা

মাঙ্গবা মন্ত্রগা হেন্‌বা ঙমদ্রবা ঐগী মাধুর্য্য ওইরবস্তু অমসুং ঐগী ছক্লা মরোল অহুম্সু পেল্‌হন্‌বা ঙম্লবস্তু, রাধাবু উবদা ঐগী ইমীৎ পেল্লী।

## মূল ২৪৩

মোর বংশীগীতে আকর্ষয়ে ত্রিভুবন।

রাধার বচনে হরে আমার শ্রবণ ॥ ২৪৩ ॥

### শব্দার্থ

মোর—ঐগী, বংশীগীতে—বাঁশীগী ঈশৈনা, আকর্ষযে—চিংঙী, ত্রিভুবন—মরোল অহুম্সু, রাধার—শ্রীরাধাগী, বচনে—রাহৈনা, হরে—হূজে, আমার—ঐগী শ্রবণ—নাকোঙ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐগী বাঁশীগী ঈশৈনা মরোল অহুম্সু চিংবা ঙম্মী। অদুগুম্বা ঐগী নাকোঙবু রাধাগী রাঙাড়না শুম্‌হৎলী।

## মূল ২৪৪

যদ্যপি আমার গন্ধে জগত সুগন্ধ।

মোর চিত্তপ্রাণ হরে রাধা-অঙ্গ-গন্ধ ॥ ২৪৪ ॥

### শব্দার্থ

যদ্যপি—হ, আমার—ঐগী, গন্ধে—মণম্না, জগত—জগৎ, সুগন্ধ—মণম-নু শিবা (ফং), মোর—ঐগী, চিত্ত-প্রাণ পূক্লাঙ-থবাইবু, হরে—হূই, রাধা-অঙ্গগন্ধ—শ্রীরাধাগী হকুম্না।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐগী ইণমা জগৎকী মণম নু শিরবস্তু রাধাগী হকুণমা ঐগী থবাই-পূকপঙবু হূজে।

## মূল ২৪৫

যদ্যপি আমার রসে জগত সরস।

রাধার অধর রস আমা করে বশ ॥ ২৪৫ ॥

### শব্দার্থ

যদ্যপি—রস্তু ; আমার—ঐগী , রসে—মহাওনা ; জগত—জগৎ , সরস—অহাওবা ( ওই ) , রাধার—রাধাগী , অধর-বস—চীন্‌বান্‌গী মহাওনা , আমা—ঐবু , করে বশ—মথা পোল্‌হল্লী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐগী মহাওনা জগৎ পূম্বা অহাওবা (মহাও-চেনবা) ওইরবস্তু, রাধাগী চীন্‌বান্‌গী মহাওনা ঐবু মথা পোল্‌হল্লী।

### মূল ২৪৬

যদ্যপি আমার স্পর্শ কোটীন্দু-শীতল।

রাধিকার স্পর্শে আমা করে সুশীতল ॥ ২৪৬ ॥

### শব্দার্থ

যদ্যপি—বস্তু , আমার—ঐগী , স্পর্শ—শোকপনা , কোটি-ইন্দূ—থাজ কোটিহুম্ , শীতল—ঈঙঙী , রাধিকাব স্পর্শে—রাধিকানা শোকপনা , আমা—ঐবু , কবে—সুশীতল—যাম্না যাম্না ঈঙহল্লী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐনা শোকপদি থাজ-কোটিদগী হেন্না ঈঙলবস্তু রাধিকানা শোকপনা ঐবু য়াম্না য়াম্না ঈঙহল্লী।

### মূল ২৪৭

এইমত জগতের সুখে আমি হেতু।

রাধিকার রূপগুণ আমার জীবাতু ॥ ২৪৭ ॥

### শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসূম্না , জগতের সুখে—জগৎকী নুংঙাইবদা , আমি—ঐনা , হেতু—ওইহন্নবা মরম্নী , রাধিকার—রাধিকাগী , রূপগুণ—ছক্কা গুণগনা , আমার—ঐগী , জীবাতু—হিংননবা ইদাক্লী নত্রগা থরাইনী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসূম্না ( হায়রবদি রূপ, রস, গন্ধ, স্পর্শ অদুগা শব্দ-বিষয়

মণ্ডাসিদা ) জগৎকী মুংঙাইনবগী মরম ঐনী। অদুগা রাধাগী ছক্কা গুণগনা ঐগী হিংননবা হীদাক্কী হায়বদি থরাইনী।

## মূল ২৪৮

এইমত অনুভব আমার প্রতীত।

বিচারি দেখিয়ে যদি,—সব বিপরীত ॥ ২৪৮ ॥

## শব্দার্থ

এইমত　মতৌ অসুম্না, অনুভব—খঙবনা, আমার—ঐগী, প্রতীত—থাজবা, বিচারি—খন্থদুনা, দেখিয়ে যদি—য়েংলগদি, সব—লোইনমক, বিপরীত—ওন্না তৈনৈ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না অনুভব তৌবদা ঐনা থাজকবনী। খন্থদুনা য়েংলগদি ( ঐনা থাজবসিগী ) ওন্নতৈনবা ঙাক ওইরে।

## তৈনবরোল

শ্রীকৃষ্ণনা হায়বি—"শ্রীরাধাগী রূপ দর্শন তৌবনা ইমীৎ পেল্লী, শ্রীরাধাগী মরাহৈ তাবগা ইনাকোঙ পেল্লী- অসিনচিংবসি ঐ ইছামক্না অনুভব তৌবে, অদুগা অনুভব মযামসিদগী ঐনা থাজকুই, মদুদি রূপ-রস গন্ধ স্পর্শ শব্দনচিংবগী মাধুর্য্যদদা শ্রীমতী রাধিকানা ঐঙোন্দগী হেল্লী, কবিগুম্না মওংগী বিচার তৌবা লেতনা কেবল অনুভবতগী ঐনা থাজকবনী, অদুবু ততস্থ ওইনা বিচার তৌবগদি করি উবগে হায়বব্রু থাজকুবা পুম্নমক ইওন্-ওন্নরম্লে। হায়বদি ঐগী রূপ-রসনচিংবগী মাধুর্য্যনা শ্রী রাধাগী রূপ-রসনচিংবগী মাধুর্য্যদগী হেল্লে। মরমদি, ঐগী রূপ-রসনচিংবগী মাধুর্য্যনা শ্রীরাধাগী মীৎ-নাকোঙ নচিংবা ইন্দ্রিযশিংবু ঙমখৈ-লেতনা নুংঙাইহল্লী। হায়বদি শ্রীরাধাগী রূপ-নচিংবদা ঐনা ফংবা আনন্দবুদি ঐগী রূপনচিংবদা শ্রীরাধানা ফংবা আনন্দনা হেল্লী।"

## মূল ২৪৯

রাধার দর্শনে মোর জুড়ায় নয়ন।

আমার দর্শনে রাধা সুখে অগেয়ান ॥ ২৪৯ ॥

### শব্দার্থ

রাধার দর্শনে—রাধাবু উবদা, মোর—ঐগী, জুড়ায়—পেল্লী, নয়ন—মীৎ, আমার দর্শনে—ঐবু উবদা, রাধা—শ্রীরাধাদি, সুখে—নুংঙাইবনা, অগেয়ান—জ্ঞান মাঙভী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাধাবু উবদা ঐগী মীৎ পেল্লী। ঐবু উবদা শ্রীরাধাদি নুংঙাইবনা জ্ঞান মাঙভী।

### মূল ২৫০

পরস্পর বেণুগীতে হরযে চেতন।
মোর ভ্রমে তমালেরে করে আলিঙ্গন ॥ ২৫০ ॥

### শব্দার্থ

পরস্পর—অমগা অমগা থেঙ্গায়নতুনা, বেণুগীতে—তরুবা বেণু কৌবা রাদগী থোবকপা বাঁশীগী মখোনগুম্বা খোন, হরযে—চিংশল্লী, চেতন—জ্ঞান, মোর ভ্রমে—ঐনী হায়না শেরান্নবা লৌদুনা তমালেরে—তোমাল পাম্বৈবু, করে—তৌযি, আলিঙ্গন—কোনবা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রা পাংগী অনী তরুবগা থোবকপা বাঁশী খোন মানবা খোন্দুনা শ্রীমতী রাধারাণীগী জ্ঞান মাঙহল্লা, তমাল পাম্বৈবু ঐহাক্নী হায়দুনা কোন্সল্লী।

### নৈনবোল

শব্দগী ( খোন্গী ) মরমদা হায়রি। শ্রীকৃষ্ণনা হায়রী—হান্না হায়খ্রে সাক্ষাৎ ওইনা শ্রীরাধাগী মচীন্দগী মরাতৈ নাকোঙনা তরগদি ঐগী নাকোঙনা পেনজৈ (মূল ২৪৩), অদুবু মদুগী মপেন্দ পেনবা কৌদ মরমদি পেন্নবদুদা নুংঙাইমনখিদুনা ঐ জ্ঞান-মাঙবা হায়বদুদি ওইবা ঙমদে। অদুবু শ্রীরাধাদি কমদৌয়ি। ঐগী কণ্ঠগী খোংজেল্ সাক্ষাৎ তাবগী বাদি থমগদুনা রা অনী তরুবগী মখোন্ তাবদদা নত্রগা বাগী চুৎলিবা মখূদা নুংশীৎ চঙলগা বাঁশীগী মখোন্গুম্বা খোন থোবকপদদা মদু নাকোঙনা হেক তাবগা কৃষ্ণ ঐগী বাঁশী মখোন ওইরবোই নীঙদুনা শ্রীরাধানা নুংঙাইবা হেন্মনখিদুনা জ্ঞান পুমাঙ হেক্তা মাঙদুনা লৈ। মরমসিনা ঐগী কণ্ঠংকী খোন নত্রগা বংশীধ্বনি মনাকোঙদা চঙলগদি মা করি ওইগনি। হায়বদু হায়মম খঙদে।

## মূল ২৫১

'কৃষ্ণ-আলিঙ্গন পাইনু, জনম সফলে।'
সেই সুখে মগ্ন রহে বৃক্ষ করি কোলে॥ ২৫১ ॥

## শব্দার্থ

কৃষ্ণ-আলিঙ্গন—কৃষ্ণবু কোনজবা, পাইনু—ফংলে, জনম পোকপা; সফলে—মহৈ য়াল্লে, সেইসুখে—নুংঙাইবা অদুদা, মগ—লুপ্পা; রহে—লৈ, বৃক্ষ—পাম্বীবু, করি কোলে—মথাদা কোন্দুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণবু কোপ্পবা ফংলে পোকপগী মহৈ পাল্লে হায়বগী নুংঙাইবদুদা তমাল পাম্বীবু কোল্লগা লুপ্পুনা লৈ।

## নৈনরোল

স্পর্শগী ( হকচাঙ শোক্কুনা পাযবগা ) ব্রা হাযরী। শ্রীকৃষ্ণনা হায়—"সাক্ষাৎ ওইনা এমা শ্রীরাধাগী হকচাঙ পাযকবগা ঐ য়াম্না ফজনা ইংঙৌদি হাযববু করিগুম্বা পোৎ অমত্তু রাধানীগা হায়দুনা কোল্লুবদা মছামকপু কোল্লগা ইংবদুমক য়োদে। অদুগা রাধাদি কমদোয়ি? সাক্ষাৎ ওইনা ঐগী হকচাঙ পাযবগী ব্রাদি থমথ্রদুনা তনৌবা তমালগী মচুগা ঐগী কুচুগা হাই-ফেংমান্নে হাযদুনা তরুণ তমাল পাম্বী উরগস্থু শ্রীরাধানা করিগুম্বা মতমদা এম্বু উরে হাযনা শেরাম্বনা থল্লী, অদুম্না শেরাম্ননা থল্লুবদগী তমাল পাম্বীদুবু নুংশিজনা কোনৈ্জে— ঐবু কোনবা ফংজবে হাযদুনা থল্লগা পুন্সী মহৈ যাল্লে হাযদৈ, মদুদা কয়াম্‌ক নুংঙাইজবগে হায়ববু তমাল-বু কোন্দুনা নুংঙাই-ইপাক্ত নুপ্পুনা লৈখিদনা ডাইবং শেৎফাৎখি। তমালবু কোনবতদা মানা ঐব কোল্লম্বী হাযবগী নুংঙাইবদু অনুভব তৌখি।

## মূল ২৫২

অনুকূল বাতে যদি পায মোর গন্ধ।
উড়িয়া পড়িতে চাহে প্রেমে হঞা অন্ধ॥ ২৫২ ॥

## শব্দার্থ

অনুকূল মাযৈক-মাযথম-চুম্বা, বাতে-নুংশীৎনা, যদি পায়—

ফংলবদি ; মোর — ঐগী , গন্ধ—হক্লম , উড়িয়া — ( উচেকুম্না ) পাইদুনা , পড়িতে—তাবা , চায—পাম্মী , প্রেমে—মুংশিবনা , হএগা — ওইদুনা , অন্ধ—মীৎতাঙবা ।

**মৈতৈলোন্দা ছন্দোকপা**

( শ্রীরাধাগী ) মায়কৈ-তন্বা মুংশিংনা পুরকুনা ঐগী হকচাঙগী মণম ফংলবদি ( ঐবু ) মুংশিবদগী (মহাক) মীৎ তাঙলবস্তু উদ-উদনা (উচেকুম) পাইদুনা লাক্লীঙঙী ।

## নৈনরোল

গন্ধগী ( মণমগী ) বা হায়রী । শ্রীকৃষ্ণনা হায—"সাক্ষাৎ ওইনা শ্রীরাধাগী হক্লমদুনা ঐগী পূক্লীঙ হুজে, মতম পুম্বদা মাগী অঙ্গগন্ধদু ফংনীঙঙী । অদুবু শ্রীরাধাদি ঐগী অঙ্গগন্ধ ফংলগা কমদৌযি ? সাক্ষাৎ ওইনা ঐগী অঙ্গগন্ধ ফংবা নত্তবা, কবিগুম্বদা মাযরম-চুম্বা মুংশিংনা পুদুনা চৎথিবা ঐগী হক্লমদু ফংবদদা শ্রীরাধানা ইনাক তম্না মাশা থগুনা পাইবা য়াররবদিকো হাযনা হোৎনৈ— মীৎতাঙবা মীতানা চুমদ্রিং চেন্দুনা চৎপগুম্মী, চুমদ্রিংচৎনবা লম্বেল লৈ-লোত হাযবা খম্ভরুবা তৌদবমথৈ ।"

**উড়িয়া পড়িতে চাহে**—শ্রীকৃষ্ণগা মিলন ওইনবগী উৎকণ্ঠাত্ত কয়ামুক কন্‌বগে হাযববু শ্রীরাধানা খোঙনা চৎলবদি থীনুখ্রগনী হাযদুনা মদুগী শরুকপুদি উচেকুম্না পাইনীঙ লম্মী । **প্রেমে অন্ধ হএগা**—করম্বা মফমদা লম্বী লৈত্রা লৈতত্রা হাযনা মীৎতাঙবনা খঙদনগুম শ্রীরাধাসু কৃষ্ণগী অঙ্গগন্ধ ফংবদা প্রেম-না ঙাওথিদুনা লম্বীরা লম্বী নত্তবরা চৎলিবসীবু নত্রগা তিংখং মথক্তবা নত্রগা তাঙজলিল্‌গী মথক্তরা চৎলিবসিবু হায়বা থিরুদবমথৈ কৃষ্ণগী অঙ্গগন্ধদুদা তমদুনা চেন্‌-চৎ চৎলী ।

## মূল ২৫৩

তাম্বুলচর্ব্বিত যবে করে আস্বাদনে।

আনন্দ সমুদ্রে মগ্ন, কিছুই না জানে ।। ২৫৩ ।।

**শব্দার্থ**

তাম্বুল — ক্বাগা চাননবা মনা, পান , চর্ব্বিত — অছায়বা , যবে — মতমদা , করে আস্বাদনে — মহাও তংঙী , আনন্দ-সমুদ্রে—নুংঙাইবগী ইপাক্তা , মগ্ন—লুপ্পী , কিছুই — করিছু , না জানে—খঙদে ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

( শ্রীকৃষ্ণনা ) ছাযবা তাম্বুল-পান মহাও তংবা মতমদা নুংঙাইবগী ইপাক্তা লুপ্‌খিবনা অতৈ করিমতা খঙলমদে।

## মূল ২৫৪

আমার সঙ্গমে রাধা পায যে আনন্দ।
শত মুখে কহি যদি, নাহি পাই অন্ত ॥ ২৫৪ ॥

### শব্দার্থ

আমার সঙ্গমে—ঐগা অচীকপা-লীলা শান্নবদা , রাধা—শ্রীমতী রাধারাণী , পায—ফংঙী , যে—মহু , আনন্দ—নুংঙাইবা , শত—চামা , মুখে—চীন্না , কহি যদি—হাযহুনম্মু , নাহি পাই—ফংদে , অন্ত—লোইবা মতাঙ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

ঐগা অচীকপা-লীলাগী উনবদা রাধানা নুংঙাইবহুদি, ঐনা ইচীন চামা পাল্লগা হাযবস্থু লোইবা নাইরোই।

## মূল ২৫৫

লীলা-অন্তে সুখে ইহার যে অঙ্গ মাধুরী।
তাহা দেখি সুখে আমি আপনা পাসরি ॥ ২৫৫ ॥

### শব্দার্থ

লীলা-অন্তে—অচীক-লীলা লোইরবদা , সুখে—নুংঙাইবনা , ইহার—মহাক্কী ( রাধাগী ) , যে অঙ্গ মাধুরী—অঙ্গগী পুক্লীঙ হুবা মতৌ , তাহা—মহু , দেখি—উরগা , সুখে—নুংঙাইবনা , আমি—ঐ , আপনা—ইছাবু , পাসরি—কাউজে।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

অচীকপা লীলা লোইবদা নুংঙাইবদগী শ্রীরাধাগী অঙ্গদা ওইরকপা মাধুর্য্য অহু উরুরগা ঐনা নুংঙা' খিবনা ঐহাক ইছাবু কাউথোকচৈ।

## মূল ২৫৬

দোঁহার যে সম রস- ভরতমুনি মানে।
আমার ব্রজের রস সেহো নাহি জানে ॥ ২৫৬ ॥

### শব্দার্থ

দোঁহার—অনীগী ( নায়ক অমসুং নায়িকাগী ), যে—মতু, সম রস—নুংঙাইবা মান্নৈ; ভরতমুনি—রসশাস্ত্র-খঙবা ভরত মুনিনা, মানে—য়াই, আমার—ঐগী, ব্রজের রস—ব্রজদা গোপীশিংগা ঐগা সঙ্গম তৌরগা নুংঙাইবা, সেহো—মহাকসু, নাহি জানে—খঙদে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( নায়ক-নাযিকাগী সঙ্গমদা ) মাথায় অনীমক চপ মান্নন। নুংঙাই হায়না ভবতমুনিনা হায। ঐগী ব্রজদা গোপীশিংগা সঙ্গম তৌবগী নুংঙাইবগী মরমদা মহাক খঙদে (অতুনা মহাক্না অনীমক্না নুংঙাইবা মান্নৈ হাযরিবনী)।

### নৈনরোল

রসশাস্ত্র-খঙবা ভরত মুনিনা রূপ-রূপী উনবা মতমদা অনীমক্কী নুংঙাইবতুগী চাং চপ মান্নৈ হাযনা হায়। মুনিনী রাসি মীরয়েনগী সম্ভোগরস-দদি চৎনৈ, মরমতুনা মীওইবগী সম্ভোগ-সুখগী মরমদমক ভরতমুনিনা ইরম্বনী। অতুনা শ্রীকৃষ্ণনা হায— "ব্রজসুন্দরীশিংগা ঐগা সঙ্গম তৌবদা কনানা কযামুক নুংঙাইবগে হাযবতু ভবতমুনিনা খঙদে খঙসবদি মহাক্না নায়ক-নাযিকা অনীমক চপ মান্ননা নুংঙাইমিন্নৈ হাযবসি ইরমোইদোবনী।"

## মূল ২৫৭

অন্যোন্য সঙ্গমে আমি যত সুখ পাই।
তাহা হৈতে রাধা-সুখ শত অধিকাই। ২৫৭ ॥

### শব্দার্থ

অন্য-অন্য-সঙ্গমে—অমগা অমগা অচীকপা লীশা শান্নবদা, আমি—ঐনা, যত—অদুক, সুখ—নুংঙাইবা, পাই—ফংও, তাহা হৈতে—মদুদগী, রাধা-সুখ—সঙ্গম তৌবদগী রাধানা নুংঙাইবনা, শত—(শরূক) চামা, অধিকাই—হেন্নী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( রাধাগী ঐগা ) মহৈ মহৈ সঙ্গম তৌবদগী ঐনা ফংবা নুংঙাইবগী শরুক্তগী রাধানা ফংবা নুংঙাইবনা শরুক চাম্না হেল্লী।

## মূল ২৫৮

নির্ধৃতামৃতমাধুরীপরিমলঃ কল্যাণি বিম্বাধরো
বক্ত্রং পঙ্কজসৌরভং কুহুরুতশ্লাঘাভিদস্তে গিরঃ।
অঙ্গং চন্দনশীতলং তনুরিয়ং সৌন্দর্য্যসর্ব্বস্বভাক্
ত্বামাস্বাদ্য মমেদমিন্দ্রিয়কুলং রাধে মুহুর্ম্মোদতে ॥ ২৫৮ ॥

## শব্দার্থ

নির্ধৃত—মাযথীবা পীবা, অমৃত-মাধুরী-পরিমল —অমৃতগী মাধুরী অমসুং নুংশিবা মণম্বু, কল্যাণি—হে মঙ্গলগী মচুক ওইবী, বিম্ব-অধরঃ —ঙাংঙ্রানবা চীন্বান্, বক্ত্রম্ মায়থোঙ, পঙ্কজসৌরভম্—থম্বালগী মণম চেল্লিবা, কুহুরুত—কোকিল-খোন্গী, শ্লাঘা—নাপলবু; ভিদঃ— মাযথীহনবা, তে—নহাক্কী, গিরঃ- ৱাহৈশিং, অঙ্গম্—হকচাঙনা, ইযম্—অসি, সৌন্দর্য্য-সর্ব্বস্বভাক্—ফজবা হায়রবতুগী লৈজবা মরল পূম্নমক মাগী শরুক ওইরবা ( হকচাঙ ) ত্বাম—নহাকপু, আস্বাদ্য—আস্বাদন তৌরগা, মম—ঐগী, ইদম—অসি, ইন্দ্রিযকুলম্—ইন্দ্রিয় পূম্নমক, রাধে —হে রাধিকে, মুহুঃ—হন্না হন্না, মোদতে—নুংঙাইরে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাদা হাযবি— ) হে মঙ্গলগী মচুক ওইবী, নঙগী বিম্বফলগুম্না ঙাংঙ্রানবা চীনবান্দুনা অমৃতগী মাধুরী ( অথুম্বা ) অমসুং মণম্বু ঙমজে, নঙগী মায়থোঙদু থম্বালগী মণম্ংম্ নুংশিবা চেল্লী, নঙগী ৱাহৈনা কোকিল-খোন্গী নাপলবু যৈথেকযি, নঙগী অঙ্গদি চন্দন-দগী হেন্না ঈঙঙী, নঙগী হকচাঙদি ফজবগী ( সৌন্দর্য্যগী ) লন পূম্বা চেনবীনী। হে রাধে, নহাকপু আস্বাদন তৌবগা ঐগী ইন্দ্রিয পুম্নমক হন্না হন্না হরাওরে।

## নৈনরোল

শ্লোকসি ললিতমাধব কৌবা শ্রীরূপগোস্বামীনা ইবা নাটক অতুদগী লৌথোকপনী ( ৯/৯ )।

শ্রীরাধাগী চীনৃবান্-রস ফানৃবদা শ্রীকৃষ্ণগী লৈয়েঙ, মাযথোঙগী মণম্না নাত্তোন, রাহৈ তাবদা নাকোঙ, অঙ্গ-শোকপদা উন্সা অত্নগা শাবানগী ফজবা উবদা শ্রীকৃষ্ণগী মীৎ হন্না হন্না নুংঙাইজরি। শ্রীরাধাগী ছক্কচিংবনা শ্রীকৃষ্ণগী ইন্দ্রিয় মঙামক আনন্দ ফংঙে হায়বত্ন শ্লোকসিনা হায়রি।

## মুল ২৫৯

রূপে কংসহবস্য লুব্ধনয়নাং স্পর্শেঽতিহৃষ্যত্ত্বচং
ঘ্রাণ্যামুৎকলিতশ্রুতিং পরিমলে সংহৃষ্টনাসাপুটাম্।
আরজ্যদ্রসনাং কিলাধরপুটে ন্যঞ্চন্মুখাম্ভোরুহাং
দম্ভোদ্গীর্ণমহাধৃতিং বহিরপি প্রোদ্যদ্বিকারাকুলাম্।। ২৫৯।।

## শব্দার্থ

রূপে — ছক ফজবদা, কংসহবস্য— কংসগী য়েক্কবা শ্রীকৃষ্ণগী, লুব্ধনয়নাম্—মিহোরবা মীৎ পাল্লিবী, স্পর্শে—শোক্-শন্নবদা, অতিহৃষ্যৎ-ত্বচম—হরাওবনা হাক্মন্দুনা তুজুংবা উন্সাগী মপু ওইবিবা, ঘ্রাণ্যাম—(শ্রীকৃষ্ণগী) রাহৈ (তাবগীদমক), উৎকলিতশ্রুতিম—খোযরাংলবা নাকোঙনা মাগী ওইরিবী অত্নগুম্বা মহাকপু, পবিমলে- (শ্রীকৃষ্ণগী) অঙ্গ গন্ধনা, সংহৃষ্টনাসা-পুটাম্— হরাওহল্লবা নাত্তোন নাখুন অনীনা মাগী ওইবা অত্নগুম্বা মহাকপু, আরজ্যৎ-রসনাম—অনুরাগগী ওইবা লৈয়েং-পানবীবু, কিল— করি হায়নী, অধরপুটে—চীনবান অনীদা, ন্যঞ্চৎ-মুখাম্ভোরুহাম্—ইকায়বদগী নোম্থরিবা মায়থোঙ থম্বাল্না মাগী ওইবা অত্নগুম্বা মহাকপু, দম্ভ-উদগীর্ণমহাধৃতিম্—যৌনা অথাঙকনৃবীশারিবীবু, বহিঃ—মপাম্থোংদা, অপি—সু, প্রোদ্যৎ-বিকার-আকুলাম্- খোইবাঙবী ওই হাযবগী নাওং উৎলিবীবু।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী রূপ-তা মিহোবা মীৎ পাল্লিবী, শ্রীকৃষ্ণনা শোকৃপদা য়াম্না তুজুংলবা উন্সাগী মপু ওইবী, শ্রীকৃষ্ণগী রাহৈ তাগদবগী খোরাংলবা নাকোঙনা মাগী ওইরিবী, শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গগন্ধ গন্বদা হরাওজবী নাত্তোনগী মবেম্মা, শ্রীকৃষ্ণগী চীনৃবান্-অমৃত ফাম্নীঙ্বা লৈয়েঙগী মপু, তৌশন্নত্নবা অয়োম্বী অথাঙকনবা উৎলবসু মপাম্থোংদা সাত্ত্বিক বিকার লাক্নুনা লাঙতক্নবী, ইকাযবনা মরাই লুকথরবী ( শ্রীরাধাবু এনা নীঙশীঙজরি )।

## মৈনবরোল

শ্লোকসি শ্রীরূপগোস্বামীপাদনা হায়বা শ্রীকৃষ্ণগী রূপ-নচিংবা উবদা শ্রীরাধাগী মাযথোঙ করম তৌবগে হায়বত্থু তাকপনী। শ্রীকৃষ্ণগী রূপ-নচিংবনা শ্রীরাধাবু হুংঙাইহনবত্থু যাম্না কা হেমনখিবত্থুদা শ্রীরাধান। ইকায-বদগী মরায লুকথজত্থুনা খাঙজবদা ঙম্নমদে, অত্থুনা সাত্ত্বিক বিকারশিংত্থু তরং তরংনা মহাক্কী অঙ্গদা ফাওরক্কুনা উংখি। অত্থুনা শ্রীরাধানা মাগী মুংঙাইবত্থু লোংপা ঙমদবে। শ্রীকৃষ্ণগী রূপ-নচিংবা অনুভব তৌবদা শ্রীরাধাগী মছাদা মহাভাবকী বিকার পূম্নমক থোরকযি, তৌইগুম্বসু শ্রীরাধাগী রূপ-নচিংবনদি শ্রীকৃষ্ণদা বিকার ময়ামত্থুগুম্বা থোরক্তে। মসিনা তাকপদি শ্রীরাধাগী রূপ নচিংবনা শ্রীকৃষ্ণবু মুংঙাইহনববুদি শ্রীকৃষ্ণগী রূপ-নচিংবনা শ্রীরাধাবু মুংঙাইহনবগী শরুক্তা যাম্না হেল্লী হায়বনী।

### মূল ২৬০

তাতে জানি, মোতে আছে কোন এক রস।
আমার মোহিনী রাধা তারে করে বশ ॥ ২৬০ ॥

### শব্দার্থ

তাতে—মরমত্থুনা, জানি—খঙঙী, মোতে—ঐঙোন্দা, আছে—লৈ, কোন—করিগুম্বা, এক—অমা, রস-অহাওবা পোৎ, আমার—ঐগী (ঐবু), মোহিনী শুমহৎ-ঙম্মী, রাধা—শ্রীরাধানী, তারে—মহাকপু কারে- তৌযি, বশ—নমহৎপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমসিনা ঐনা খঙবদি ঐঙোন্দা করিগুম্বা রস (মহাও) অমা লৈ হায়বত্থুনী। ঐবু শুমহৎপী শ্রীরাধানী, (অত্থুগুম্বা) মহাকপু ফাওবা (রসত্থুনা) নম্হৎপা ঙম্মী।

### মূল ২৬১

আমা হৈতে রাধা পায় যে জাতীয় সুখ।
তাহা আস্বাদিতে আমি সদাই উন্মুখ ॥ ২৬১ ॥

### শব্দার্থ

আমা হৈতে—ঐঙোন্দগী, রাধা—শ্রীরাধানা, পায়—ফংঙী, যে

—মতু, জাতীয়—জাত্তাগী, সুখ—নুংঙাইবা, তাহা—মতু, আস্বাদিতে —মহাও তংবগীদমক, আমি—ঐ, সদাই—মতম পুম্নমক্তা, উন্মুখ— খৌরাংবনা মায়ওন্‌বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐতোন্দগী শ্রীরাধানা ফংবা নুংঙাইবা জাত্তাদো আস্বাদন তৌনীঙবনা ঐ মতম পুম্বদা খোয়রাঙঙী।

নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণনা হায়রি—"ঐগী রূপ-রস-গন্ধ-স্পর্শ-শব্দনচিংবগী হায়কম খঙদবা মাধুর্য্যবু আস্বাদন তৌরগা শ্রীরাধানা ফংবা নুংঙাইবা মথন্দো ঐহাক আস্বাদন তৌনীঙলে।" নুংঙাইবা জাত্তাসি ফংগে হায়রবদা শ্রীকৃষ্ণগী রূপ-রস-নচিংবগী মাধুর্য্যবু আস্বাদন তৌদ্রিমথৈদি ফংবা য়ারোই, মরমতুনা শ্রীকৃষ্ণনা মহামক্কী রূপ-নচিংবগী মাধুর্য্যবু আস্বাদন তৌবগীদমক মতম পুম্বদা খোযরাঙবনী। মতু নৈনবিবা পযারসিনা ফোঙদোক্লি।

মূল ২৬২

নানা যত্ন করি আমি, নারি আস্বাদিতে।

সে সুখমাধুর্য্য-ঘ্রাণে লোভ বাঢে চিতে॥ ২৬২॥

শব্দার্থ

নানা—মথল মথা যত্ন—হোৎনবা, করি—তৌযি, আমি—ঐনা, নারি—ঙমদে ঐ, আস্বাদিতে—আস্বাদন তৌবা, সে—মতু, সুখমাধুর্য্য—নুংঙাইবগী মাধুর্য্য (মথুম), ঘ্রাণে—মণম লৌবদা, লোভ—অপাম্বা, বাঢে—হেঙ্গৎলকযি, চিতে—থম্মোইদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐনা মথলমথা কয়া হো নৈ, অদুবু (রাধা প্রেম) আস্বাদন তৌবা ঙমদে। (রাধাগী) নুংঙাইবগী মাধুর্য্যাতুগী মণম ফংনীঙবদু ঐগী চিত্তদা অসুম অসুম হেঙ্গৎলী।

নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণগী রূপ-নচিংবা অনুভব তৌরগা শ্রীরাধানা ফংলিবা নুংঙাইবা মথন্দু ফংনীঙবনা শ্রীচৈতন্য ওইনা অবতার তৌবগী মুখ্য কারণশিংগী

মনুঙদা খ্বাইদগী হেন্না মুখ্য ওইবা-কারন্নী। মুংঙাইবসি ফংগে হায়রবদি শ্রীকৃষ্ণগী মহাক্কী মাধুর্য্যতু আস্বাদন তৌবা ঙাই। মরমতুনা শ্রীরাধাগী ভাব লৌরিবনী, মরমদি মতুনা মানা শামজরিবা মুংঙাইবতু ফংনববগী উপাযগী মহক অমনী।

## মূল ২৬৩

রস আস্বাদিতে আমি কৈল অবতার।

প্রেমরস আস্বাদিল বিবিধ প্রকার ॥ ২৬৩ ॥

### শব্দার্থ

রস—প্রেমরস, আস্বাদিতে—আস্বাদন তৌগে হাযতুনা, আমি—ঐ, কৈল—তৌবনী, অবতার—( ব্রজদা ) নোংঙম্না, প্রেমরস—মুংশিবগী মহাও, আস্বাদিল—আস্বাদন তৌরে ( ঐ ), বিবিধ প্রকার—মখল মখা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রস আস্বাদন তৌগে হায়বগীদমক ঐহাক ব্রহ্মাণ্ডদা নোংগুম্লকপনী। ( কৃষ্ণগা ) ঐহাক প্রেমরস (মুংশিবগী মহাও) জাৎ জাৎ আস্বাদন তৌরে।

## মূল ২৬৪

রাগমার্গে ভক্ত ভক্তি করে যে প্রকারে।

তাহা শিখাইল লীলা-আচরণ দ্বারে ॥ ২৬৪ ॥

### শব্দার্থ

রাগ মার্গে—(ভক্তনা মহাগী ওইজবা থাদোক্তুনা শ্রীকৃষ্ণবু) মুংশিবগী লম্বীদা, ভক্ত—ভক্তনা, ভক্তি করে—নীঙঙী, যে-প্রকারে—মওং অদুদা, তাহা—মদু ( মওংদু ); শিখাইল—তমখি, লীলা-আচরণ—লীলাদা মহাক্না চৎপা মতৌ, দ্বারে—( অদু ) না।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্তনা রাগমার্গদা ( মুংশিবগী লম্বীদা ) ( শ্রীকৃষ্ণবু ) ভক্তি তৌবগী মওং অদু লীলাদা চৎপা শাজৎনা তাক্তুনা তম্বিখি।

## নৈনবোল

শ্রীকৃষ্ণনা ব্রহ্মাণ্ডদা কুম্লরুগা ব্রজ-পরিকরশিংগা লোয়ননা শান্নখিবা লীলাতুদা শ্রীকৃষ্ণবু লুনা মুংশিনা হায়বদি রাগমার্গদা নীঙখিবতু উরগা জীবনা শ্রীকৃষ্ণবু করম্না সেবা তৌগদগে হায়বত্থু উৎপিখি।

## মূল ২৬৫

এই তিন তৃষ্ণা মোর নহিল পূরণ।

বিজাতীয়-ভাবে নহে তাহা আস্বাদন ॥ ২৬৫ ॥

## শব্দার্থ

এই তিন—অহুমসি, তৃষ্ণা—খৌরাংবা, মোর—ঐগী, নহিল—ওইরমদ্রে, পূরণ—থুংবা, বিজাতীয়-ভাবে—ওম্নবা জাত্তাগী ভাব-তা, নহে—ওইদে, তাহা—(অনীঙবা অহুম) অতু, আস্বাদন—মহাও তংবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রকট ব্রজলীলাদা) ঐগী অনীঙবা অহুমসি থুংখিদে। (মরমদি) ওম্নবা জাত্তাগী ভাব পুবনদি (অনীঙবশিং) অতু আস্বাদন তৌবা যাদে।

## নৈনবোল

শ্রীকৃষ্ণবু শ্রীরাধানা নুংশিরগা নুংঙাই। মতাঙসিদা শ্রীকৃষ্ণনা নুংশিবতুগী (প্রেমতুগী) বিষয়নী হায়বদি নুংশিনফম্নী, অতুনা শ্রীকৃষ্ণগী ভাব-তি বিষয় ওইবা জাত্তাগী ভাব-নী। অতুগা প্রেমতুগী তুঙফম (আশ্রয়) ওইবিবনা শ্রীরাধানী, অতুনা শ্রীরাধাগী ভাব-তি আশ্রয় ওইবা জাত্তাগী ভাব-নী। আশ্রয়-জাতীয় ওইবা সুখ ফংগে হায়ববদি আশ্রয়-নত্তবনা হায়বদি বিষয়-জাতীয় ওইবা ভাব-নদি যারোই। অতুনা বিষয়জাতীয়সি বিজাতীয়নী। মা হায়ববু কৃষ্ণনা কৃষ্ণ ওইনা বাধাগী নুংঙাইবা ফংবা যাদে, রাধাগী ভাব অতু লৌরগদদা রাধানা নুংঙাইবগুম নুংঙাইগদবনী।

**এই তিন তৃষ্ণা**—তৃষ্ণাগী অর্থদি খৌবাংবা হায়বনী, অতুনা অপাম্বা (বাসনা) হায়বনী। পান্নিবা অহুমদি—শ্রীরাধাগী প্রণয় (শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিবা) অতুগী মতীক-মযায করম তৌবগে, শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যনা করম-তৌবা, অতুগা শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যতু আস্বাদন তৌরগা শ্রীরাধানা ফংবা আনন্দতুনা করম তৌবা হায়বা অহুমসিনী।

## মূল ২৬৬

রাধিকার ভাবকান্তি অঙ্গীকার বিনে ।
সেই তিন সুখ কভু নহে আস্বাদনে ॥ ২৬৬ ॥

### শব্দার্থ

রাধিকার—শ্রীরাধিকাগী , ভাব-কান্তি—পূকচেল অমসুং কুচু , অঙ্গীকার – মছাদা লৌশনবা , বিনে – নত্তনা , সেই তিন—অহুম অতু , সুখ – মুংঙাইবা , কভু—কদৌঙৈদসু , নহে – ওইদে , আস্বাদনে – মহাও তংবা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবাধিকাগী ভাবকা ( পূকচেলগা ) কান্তিগা ( কুচুগা ) ইছাদা লৌশন্নবদি নুংঙাইবা মখল অহুম অতুগী মহাও কদৌঙৈদসু ফংবা যাদে ।

### নৈনরোল

বাঙ্গা অহুম থুংলগা নুংঙাইবা মখল অহুম ফংবতুবু এ তিন সুখ হায়রিবনী ।

## মূল ২৬৭

বাধাভাব অঙ্গীকরি—ধবি তার বর্ণ ।
তিন সুখ আস্বাদিতে হব অবতীর্ণ ॥ ২৬৭ ॥

### শব্দার্থ

রাধাভাব—শ্রীরাধাগী ভাব ( পূকচেল ) , অঙ্গীকরি—লৌশন্দুনা , ধবি—লৌতুনা , তার – মাগী ( শ্রীরাধাগী ) , বর্ণ—কুচু , তিন—অহুম , সুখ—মুংঙাইবা , আস্বাদিতে—আস্বাদন তৌননবা , হব – ওইগনী , অবতীর্ণ—নোংগুম্বা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরাধাগী ভাব পূক্রীঙদা পুরগা অমসুং মাগী কুচুনা ঐগী কুচু ওইহল্লগা ( অনীওবা থুংবগী ) মুংঙাইবা অহুমতুগী মহাও তংলুনবগীদমক (ব্রহ্মাণ্ডদা) নোংগুম্লগে ।

## মৈনবরোল

তন্মক-শুবা শ্লোক অতুদা হায়রিবা শ্রীকৃষ্ণগী অনীশুবা অহুমতু থুংনববগীদমক শ্রীরাধাগী ভাব কান্তি লৌরগা অবতার তৌগে হায়না লেপখি। অনীশুবশিংতু থুংলগা মুংঙাইবত্নী ত্তিন সুখ হায়রিবসে।

## মূল ২৬৮

সর্ব্বভাবে কৈল কৃষ্ণ এই ত নিশ্চয়।
হেনকালে আইল যুগাবতাব-সময় ॥ ২৬৮ ॥

## শব্দার্থ

সর্ব্বভাবে—মওং শুনা খল্লগা, কৈল—তৌরম্মী, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা, এইত—মসিমক, নিশ্চয়—লেপ্পা, হেনকালে—মতম অসিদা, আইল—থুংলরে, যুগ-অবতার-সময়—যুগগী অবতার তৌবগী মতম।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমশুনা খল্লগা শ্রীকৃষ্ণনা মসিমক লেপখি। মতা অসিবাইদা যুগাব-তারগী মতমসু থুংলখি।

## মূল ২৬৯

সেই কালে শ্রীঅদ্বৈত করেন আরাধন।
তাঁহার হুঙ্কারে কৈল কৃষ্ণ আকর্ষণ ॥ ২৬৯ ॥

## শব্দার্থ

সেই কালে—মতমতুদা, শ্রীঅদ্বৈত—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য, করেন আরাধন—পূজা তৌরি, তাঁহার—মহাক্কী (শ্রীঅদ্বৈতগী), হুঙ্কারে ঙংলগা কৌবনা, কৈল—তৌখি, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণবু, আকর্ষণ—চিংবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতমতুদা (শ্রীকৃষ্ণনা অবতার তৌবা হায়না সঙ্কল্প তৌবা অতুগা যুগাবতারগী মতমসু যৌরক্লবা মতমতুদা) শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যনা আরাধনা তৌজে। মহাক্কী হুঙ্কারনা শ্রীকৃষ্ণবু চিংখি।

## মৈনবরোল

শ্রীঅদ্বৈতগী আরাধনাবু উপলক্ষ্য (লোয়নবা লক্ষ্য) ওইহল্লগা

শ্রীকৃষ্ণনা অবতার তৌনবা থৌরাংখি। তশেংবদি মক ওইনা মছামক্কী বাঙ্গা অহুম থুংহল্লবগী তৌথিবা সঙ্কল্পতু পাঙথোক্লবনী।

## মূল ২৭০

পিতা মাতা গুরুগণ আগে অবতারি।
রাধিকার ভাব-বর্ণ অঙ্গীকার করি ॥ ২৭০ ॥
নবদ্বীপে শচীগর্ভ-শুদ্ধদুগ্ধসিন্ধু।
তাহাতে প্রকট হৈলা কৃষ্ণ পূর্ণ-ইন্দু ॥ ২৭১ ॥

## শব্দার্থ

পিতা-মাতা- পম্হৌ-পলেম, গুরুগণ—গুরুশিং, আগে- অহান্‌বদা, অবতারি—নোংগুমহল্লগা, রাধিকার—শ্রীরাধাগী ভাব-বর্ণ পূকাচল অমসুং কুচু, অঙ্গীকার করি—মছাদা লৌরগা, নবদ্বীপে নবদ্বীপ ধামদা, শচীগর্ভশুদ্ধদুগ্ধসিন্ধু শচী-গর্ভগী মছক ওইবা মত্তবা শাঙ্গোমগী সমুদ্র, তাহাতে—মতুদা, প্রকট হৈল — ফোঙবিল্লগা ফাওবিখি, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ, পূর্ণ-ইন্দু—থাজ-মপুঙ্গমা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পলেম-পম্হৌবু গুরুজনশিংবু অহান্‌বদা অবতার তৌহল্লগা শ্রীরাধিকাগী ভাব অমসুং কুচু লৌবগা শ্রীনবদ্বীপ ধামদা শচীগর্ভগী মছক ওইবা মত্তবা (প্রাকৃত নত্তবা) শঙ্গোমগী সমুদ্রদা থাজ-মপুঙ শ্রীকৃষ্ণনা থোকপিখি।

## নৈনরোল

নরলীলা (মীওইবা ওইনা শান্নবা) পাংথোক্লবগীদমক পলেম পম্হৌ লৈহন্‌কম থোকয়ি। অদুবু শ্রীকৃষ্ণগী পিতা মাতাদি নিত্য, অনাদিসিদ্ধনী। অনাদিসিদ্ধ ভাব লৈবা মরম্না মখোয়না শ্রীকৃষ্ণগী পলেম পম্হৌ ওই হায়বগী অভিমান তৌবনী।

শ্রীনবদ্বীপধামদা অবতীর্ণ ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণবু (গৌরসুন্দরবু) থাজ-মপুঙগা চাংদম্নরি। দুগ্ধসিন্ধুদা থাজ-মপুঙ থোকয়ি। শ্রীশচীগী গর্ভদা শ্রীকৃষ্ণ থোক্লবে হায়দুনা শচীগর্ভবু দুগ্ধসিন্ধু হায়রিবনী। দুগ্ধসিন্ধু ওইরবসু মসি প্রাকৃত-দুগ্ধসিন্ধু নাত্তে, মসি শেংলবা চিন্ময় দুগ্ধসিন্ধুনী, মরমদি প্রাকৃত

দুগ্ধসিন্ধুদা সচ্চিদানন্দবিগ্রহ শ্রীকৃষ্ণগী আবির্ভাব ওইবা য়াদে। তশেঙবমক প্রাকৃত জীবগুম্না শ্রীচৈতন্যনা শ্রীশচীদেবীগী গর্ভদা শুক্র ( মশী ) অমসুং শোনিত ( ঈ ) মরক্তা পোকখিবা নত্তে। অওইবা হায়রগদি পোকপা হায়বত্তু ওইখিদে, অনাদি ওইবা, অজ (পোকপা-নাইদবা) ওইবা, নিত্য ওইবা ভগবানদি প্রাকৃত জীবগুম্না পোক্তে- লীলাসিদ্ধিগীদমক জন্ম-লীলাগী ( পোকপগী ) অভিনয় অদূক তৌবতনী।

পয়ার অনীসি তরুক শুবা শ্লোকী ভক্তাবাঢ্যঃ সমজনি শচী-গর্ভসিন্ধৌ হরীন্দুঃ হায়বা শরুকুগী অর্থন।।

## মূল ২৭১

এই ত করিল ষষ্ঠ শ্লোকের ব্যাখ্যান।
স্বরূপ গোসাঞির পাদপদ্ম করি ধ্যান॥ ২৭১॥

### শব্দার্থ

এইত—মসিনীদো, করিল—তৌজরে, ষষ্ঠ—তরুকশুবা, শ্লোকের—শ্লোকী, ব্যাখ্যান—শন্দোক্লা তাকপা, স্বরূপগোসাঞির—শ্রীস্বরূপ দামোদর গোস্বামীগী, পাদ—খোঙ, পদ্ম—থ,াল, করি—তৌদুনা, ধ্যান—খনব।।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লপা

শ্রীল স্বরূপদামোদর গোস্বামীগী খুযা-থম্বানবু নীঙশীঙলগা তরুক-শুবা শ্লোকী ব্যাখ্যা তৌজবদি অসিনীদো।

### টৈনরোল

শ্রীমন্মহাপ্রভুগী অবতার-তত্ত্ববু স্বরূপ দামোদর গোস্বামীমক্লা জগৎ-তা শন্দোকখি। ষষ্ঠ শ্লোক অসিস্তু মহাকমকী কড়চাদগী লৌথোরকপনী।

## মূল ২৭২

এই দুই শ্লোকের আমি যে করিল অর্থ।
শ্রীরূপ গোষাঞির শ্লোক প্রমাণ সমর্থ॥ ২৭২॥

### শব্দার্থ

এই দুই—অনীসি, শ্লোকের—শ্লোকী, আমি—ঐ, যে—অদু,

করিল—তৌরে, অর্থ—লোন হন্দোকপা, শ্রীরূপগোসাঞিঁর—শ্রীরূপ গোস্বামীগী, শ্লোক—শ্লোক, প্রমাণ প্রমাণ, সমর্থ—ওস্না (ওই)।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

শ্লোক অনীসিগী ঐনা হল্লিবা অর্থবু শ্রীরূপগোস্বামীগী শ্লোক অমনা প্রমাণ তৌবা ওন্মী।

**নৈনরোল**

শ্লোক অনী হায়রিবসি মঙাগুবা অমসুং তরুকগুবা শ্লোকপু হায়রিবনী। অনীসিগী অর্থ কবিরাজ গোস্বামীনা হল্লিবসিগী প্রমাণদি মথওদা লাক্লিবা শ্রীরূপ গোস্বামীগী শ্লোকসিনী।

## মূল ২৭৩

অপারং কস্যাপি প্রণয়িজনবৃন্দস্য কুতুকী
রসস্তোমং হৃত্বা মধুরমুপভোক্তুং কমপি যঃ।
রুচং স্বামাবব্রে দ্যুতিমিহ তদীয়াং প্রকটয়ন্
স দেবশ্চৈতন্যাকৃতিতিরাং নঃ কৃপয়তু॥ ২৭৩॥

শব্দার্থনচিংবা পরিচ্ছেদসিগী মূল ৫২ শ্লোক অতুদা যেংবিয়ু।

## মূল ২৭৪

মঙ্গলাচরণং কৃষ্ণচৈতন্য তত্ত্বলক্ষণম্।
প্রয়োজনঞ্চাবতারে শ্লোক ষটকৈর্নিরূপিতম॥ ২৭৪॥

**শব্দার্থ**

মঙ্গল—আচরণম—মঙ্গলাচরণ কৃষ্ণচৈতন্যতত্ত্বলক্ষণম্ শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য কনানো হায়বগী খূদম, প্রয়োজনম—(অবতারগী) মরম, চ—অমসুং, অবতারে—নোংগুম্বগী, শ্লোকষটকৈঃ—শ্লোক তরুক্রা, নিরূপিতম্—লেপ্লগা তাক্লে।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

মঙ্গলাচরণ্নে শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী তত্ত্বনে অতুগা অবতারগী মরম্নে পুন্নমক্না শ্লোক তরুক্রা লেপ্লগা খণ্ডহল্লে।

**মূল ২৭৫**

শ্রীরূপ-রঘুনাথ-পদে যার আশ ।

চৈতন্যচরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস ॥ ২৭৫ ॥

**শব্দার্থ**

শ্রীরূপ—শ্রীলরূপ গোস্বামী, রঘুনাথ—শ্রীলরঘুনাথ গোস্বামীগী পদে—খুয়াদা, যার—মহাক্কী, আশ—আশা, চৈতন্য চরিতামৃত—শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত, কহে—লীজরি, কৃষ্ণদাস—শ্রীকৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামীনা ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

শ্রীরূপ অমসুং শ্রীরঘুনাথগী খুযাদা খুরুমজহনা মখোযগী কৃপাবু আশ তৌজরগা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতবু শ্রীকৃষ্ণদাসনা ব্রারীজরি ।

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতে আদিখণ্ডে চৈতন্যাবতারমূলপ্রযোজনকথন নাম চতুর্থপরিচ্ছেদঃ ॥ ৪ ॥

---



# শীতলজিৎকী লাইবীকশিং

**উপন্যাস**—ইমা, বোহিণী, মুংশিরাখৈবা, থাদোকপা।

**রাবী মচা**—লৈকোম্নুংদা লৈমুংশি।

**শৈরেং**—কেতুকী, বাল্মীকি, ইখৌলাংবা, শকুন্তলা,

শৈরাংবা ( ১বা শরুক্ )।

**অতৈ অতৈ—**

১। নেতাজী সুভাষচন্দ্র বসু অমসুং আজাদ হিন্দ ফৌজ

২। শ্রীমদ্ভগবদগীতা ( মৈতৈলোন্দা )

৩। শ্রীনরোত্তমদাসকী প্রার্থনা ( মূল অমসুং মৈতৈবোনগী অনুবাদকা কোন্নবা )

৪। বৈষ্ণবপদাবলীগী শাযোন-শৈখন

৫। **Friends' English to Manipuri Dictionary**

৬। **Friends' Pocket Dictionary ( English to Manipuri )**

৭। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( অনুবাদ ) খণ্ড অহানবা।

৮। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( অনুবাদ ) খণ্ড অনিশুবা।

৯। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( অনুবাদ ) খণ্ড অহুমশুবা।

১০। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( অনুবাদ ) খণ্ড মরিশুবা।